# শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী

বী. এম. মাইস্নাম্বা




উমা পাব্লিকেসন্স
বাংখৈ য়োংলান লৈরক
ইম্ফাল নোংপোক



by **B.M. Maisnamba**



| | |
|---|---|
| মহাননা ফোংবা : | ডিসেম্বর, ২০০২ |
| ফোঙজবা | শ্রীমতী থৌবানীনা উমা পাব্লিকেসন্সগীদমক ফোঙজবা |
| মখুৎশা লাইয়েক | য়ুম্নাম ওপেন্দ্র, গোল্ড মেডালিষ্ট |
| মখুৎশা মথেক | সাগম সোমোল, ব্রাংবে |
| ফংফমথোকপা | আযবা মশামক |
| লাইরিক ফংফম | ১। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ (বুক ষ্টোর)<br>পাউনা কৈথেল, ইম্ফাল<br>২ সংচনা বুক ষ্টোর এন্দ পাব্লিসিং হাউস<br>পোলো গ্রাউণ্ড মনীং, ইম্ফাল<br>৩। বাজেস বুক ষ্টোর<br>গোভর্নর রোড, ইম্ফাল |
| মমল | লুপা ২১০   লাইব্রেরী এডিসন |
| টাইপ সেটিং | আর আর ওফসেট প্রিন্টিং প্রেস,<br>নিউ চেকোন, সেকেন্দ স্ট্রীট। |
| নম্ফম | লময়ানবা প্রিন্টর্স<br>কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল। |

নুহোংদবীশিংদা !

অদুগা

নঙোন্দসু !

# ৱাহৌদোক
(অয়িবৈ ৱারোল)

ঐনা শ্রীধাম নবদ্বীপ্তু য়াম্না নুংশি ! গৌরধর্ম্মদা কা হেন্না থাজৰুবগী ৱাফম নত্তে। ঐহাক সুরধুনী গঙ্গা মপান্দা পোকপসু নত্তে। ঐদি ইম্ফাল তুরেল মপান্দা পোকপনি। অদুবুনে, মহৌশাদগী হৌরদুনা শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা অমুক্তং চৎলুগে হায়দুনা নীংজরকই। কাইনথংদা, নীংজবা থুংলে। অনীরক চৎলুরে। ঐগী খোঙচৎ, ৱারী থিবগী (ষ্টোরি হন্টিং) খোঙচৎনি হায়বা তাই। পাকুংনা তক্রস্বা সুরধুনী গঙ্গগী ঘাট্টা ঈরুপ্তুনা, ঈরোইদুনা শান্নরুরে ; হৈকৎ লৈকৎ তৌরুরে। ঐগী অপোকপগী পুন্সি ৱারী—শ্রীধাম নবদ্বীপকা থাদোক্লবা য়াদবা মরী অমা লৈনরী। মাগী পুন্সিদা য়ুমফম ওইরগা নোভেল নৎত্রগা পুন্সিৱারী অমা ইথোকপা য়াই। ইবসু ইথোক্লে, **"মাইন্নাম পন্দিত!"** অদৈদি, মথং মথং ইনিংলকই। মচাক কয়া ফংখি। থিংঙমদ্রবা ইথিল কয়া পাইশিল্লকখি।

শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা য়ুমফম ওইরগা নোভেল কয়া ইথরকই। **শ্রীধাম নবদ্বীপ ওৎবী** অমসুং **শ্রীমতী কুমারিকা** ফোঙখ্রে। অতৈসু কয়া অমা লৈরি। **শ্রীধাম নবদ্বীপ নোভেল সেরিজ** ; মপৃংদা তকক্তি ইবা লোইরবনি। মশীং হেঙ্গৎলকপা য়ারি। খুঙ্গৎপা হৈরবদি ৱারী ইনিংঙাই মচাক য়াম্না ফংঙি। ফজবা কয়া য়াওরি। হৌজিকসু থিগৎনিংঙাই কয়া লৈরি। শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা, লাইনীং লম্বীগী মরুম থুপ্তুনা মহাপুরুষ কয়া হিংলম্মী। হৌজিকসু কয়া লৈহৌরি।

**দিভাইন লভ ঃ** নিমাই পন্দিতসু মহাপুরুষ অমনি। মাবু মানুষদেবতা হায়দুনসু কৌনৈ। মপৃংদা, শ্রীধাম নবদ্বীপ্তু মহাক্র মমিং চৎলবা তীর্থস্থান অমা ওইহনখিবনি। মাগী পুন্সি ৱারী মতেক অমা, ঐগী নোভেল অমদা হাপনিংলকই। মতাংচানা ভোলুম অসিদা থেৎচিঞ্জে। হেন্দোক্র মরম চানা, মতাং চানা লৈথেৎচবনি। মহাকপু লাইনি, শ্রীকৃষ্ণগী অবতারনি, নুংদা রাধা লোৎপনি হায়দুনা শৈথানরি। ঐগী ৱারীগী লোকেসন অমসুং সেট্টিং- মাগী পোক্লফম লমদমদা ওইরুরে। অদুনা, মাগী মহিমা, মাগী ধর্ম্ম চৎপা ভক্তশিংদা খঙহনবা চুস্ত্র খল্লি। পৌরপ্পা লম্মীৎ তুম্মীৎসু যাত্রিকশিংগী য়েংদুনা হাপচিঞ্জে। অনৌবা মীরোনগী ইচাশিং, ইশৃশিংদি ধর্ম্মগী লাইরিক পানদ্রে। করি ধর্ম্ম চৎলি হায়বসু মখোয় খঙজদ্রে। মৈতৈ, য়ুমথোং কয়াদা মপা মপুগী মমিংদা উৎসব কৎনৈ। শ্রীচৈতন্য গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী মুর্তি লেঙশিন্দুনা লুক কৎনৈ, হৈকৎ লৈকৎ তৌনৈ। অঙাংশিংনা লাইমচা অসিবু কনানো হায়দুনা হংনরকলে। মমা মপা ওইবশিংনসু মমুৎতানা তাকপী তম্বীদ্রে। মাগী ধর্ম্মদি অদুম মচৎলি। অদুনা, মাগী পুন্সি ৱারী মতেক অমত্তং ওইরবসু শম্পৎনা খঙহন্দবা য়ারক্তে। মাগী ধর্ম্ম অসি পাক হেক মুৎথৎখিবসু য়ারোইদৌরি ! লৈনুং য়ৌনা মরা তাশিনখ্রবনি। মহাপ্রভু কনানো খঙজদ্রিবা পাখণ্ড লৈশাবী শিবা মতমদসু বেশ ওনবীদুনা শ্রীচৈতন্যগী মফমদা চিড়া উৎসব কৎতুনা সোরাৎ শোন্নরি। মসিসু চুমদবনি। গৌরধর্ম্মদা পৃক্লিং চুপশিনখ্রবা অহল লমন খরসু শ্রীচৈতন্যবু মনুং য়ৌশিন্না খঙদবসু ময়াওরি। শিরগা নামদি অদুম লৌনৈ—শ্রীচৈতন্যাদাস অমদি লালিতা দাসী ! অসিনচিংবা। বেশ ওনখিবী লম্বোইবীশিংনা 'নারায়নীদাসী' থোনবদি য়াদব্রা ?

'নারায়নী' কনানো ? মতেক অমত্তং খণ্ডজিনবদা কাম্নগনি। নিমাই পন্দিত (শ্রীচৈতন্য নাম ফংদ্রিঙেদা) নুপী অনী লুহোংলম্মী। মহাক্না য়াম্না নুংশিজনা, খোইদাজনা লুহোংখিবীদি 'লক্ষীপ্রিয়া' কৌই। প্রচীন মায়াপুর ঘাট্টা মবানী থেংনদুনা নুংশিনখি। ফজরবা নুংশি ৱারীনি। মবানী কুইনা লৈমিন্নখিদে, লক্ষীপ্রিয়া লীননা চিক্তুনা শিখি। মতুংদা 'বিষ্ণুপ্রিয়া' কৌবী অমগা হায়নশিংনদুনা লুহোংখি। নিমাই পন্দিতনা বিষ্ণুপ্রিয়াবু হকচিন্না নুংশিবা ঙমখিদবরা ? মরম অসিগী বিষ্ণুপ্রিয়াবু থাদোক্লগা সন্ন্যাসী ওইদুনা চংখিব্রা ? পন্দিত খরগী মতনি। শ্রীচৈতন্যবু য়াদবা কাঙবু অমসু লৈরি ; মরুওইনা নুপীশিং। মখোয়না শ্রীচৈতন্যবু লাইনত্তে, মীনি হায়নৈ। নুপীশিং অদুনা কালি নীংঙি। নুপী কাঙবু অমনা আদিকালগী শ্রীনদীয়া বিহারী নীংনৈ।

নিমাই পন্দিতকী অরোৎপী নুপী অমসু লৈরম্বা ? **'চৈতন্য ভাগবত'** লেংলম্বা শ্রীবৃন্দাবনদাসকী মমা ইবেম্মা নারায়নী ! নিমাই পন্দিতকী কনানো ? দিভাইন লভকী অঙকপা শক্তি অমদগী নারায়নীনা বৃন্দাবনদাসপু মচাওইনা ফংজখিবনি হায়রি। নারায়নীনা নিমাইবু নীংজখি। নোংমা, নিমাই পন্দিতনা ময়াদগী অশায়বা ক্বা কোৎথোক্লগা নারায়নীদা পীজখি। মদুনা উঙমদবা শিদ্ধা পানখিবনি হায়রি। ওইরম্বা য়াই। মানুষদেবতানা ঙমদবা থবক করি লৈবগে ? যীশূ খ্রাইষ্টসু ঈশিং মথক্তা খুরুম তোংলগা চংখি হায়নরি। ঐখোয়গী মায়চৌ কোনোক থেঙ্গ্রাসু ঈশিং মনুংদা লুপ্তুনা নুমিৎ কয়ানি লৈবা ঙমখি হায়রি।

ওইনীংবা ওইসনু ! শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা মীচম কয়াগী খুম্ভোক ৱারীসু মশীং খঙদনা লৈরি। সুরধুনী গঙ্গা মপানগী মং ফুরা মনুংদা অমদি নেম প্লেট মরক্তসু ৱারী কয়া লোৎতুনা লৈরি। মচং খরদং পাউদমজরি।

**লৈমা নিংথৌগী কিশি :** ঙাংবী মহারানীগী ৱারীসু ইথোকপা য়াই। মহাকসু লাইনীংবী অমনি। মাগীসু মচাক খরা ফংলে। নোংমসু, ঐগী ইশেননুপা (মাম্মাগী মচানুপা) ডা. কারাম মনিমোহন্না হায়রম্মী—"ইবাই ! ঐঙোন্দসু দোকুমেন্ট কয়া লৈ, ইংলেন্দগী চেনবনি, নোভেল অমা ইয়ুবা।"

চুম্মী, ইথোকপা য়াই। ইম্থোকপা, খাইনবগী ফজরবা ৱারী অমা য়াওরি। পুন্সি ৱারীনা সাহিত্য ওম্থোকপদি করিসু অকায়বা লৈতে। ঐ ইশামক ঙাংবী মহারানীগী মণিপুর সোনার মন্দির চংঙুরে। মফম অদুদা নুঙঙৌগী মুর্তি অমা লাৎহৌই। মহারানীগী মুর্তিনি হায়রকই। ঐনা ফোতো নমলকই, দর্শন তৌরকই। শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা নোঙ্গাখিবা চুড়াচান্দ মহারাজগী সমাধি মন্দিরদি শাদে। লীন মকোনগী মোংশোং অমদা লৈহৌই। 'লমলক খোঙহামফম' ওইহৌরে। মদু হেক উবদা থুক লাউই। কনানসু শেমগৎ শাগৎপগী ৱাফম লৈতে। মদুসু ফোতো নমলকই। মীতোপকী সমাধি মন্দিরশিং অমদি সমাধি কুটিরশিং য়াম্না মওং তানা, ফজনা লৈহৌই। মতিক মগুণ লৈখ্রবা চুড়াচান্দ মহারাজগী নীংশিং খুভম মওং তাদে। অদুগা মহারানী ঙাংবীগীদি মওং তাই, নীংথিজরবা আশ্রম অমনি। লৈমা নিংথৌ অনীগী মরক্তা কনফ্লিক অমা লৈনখিবরা ? মণিপুর রাজবাড়ীসু অনীথোক্লা চিংখাইনখ্রে — পুরানা রাজবাড়ী অমসুং নতুন রাজবাড়ী। ইসকনগী কাঙবুনা মফম অসিদা চংশিল্লক্তুনা লম মচেৎ অমা ফক্তুনা লৈখ্রে। শ্রীঅনুপ্রভুগী খা-নোংপোক ওইরপনা মন্দির অমা লীংলরে। মমিংনা শ্রীগোপালদেব মন্দির ! শ্রীঅনুপ্রভুগী যাত্রিকশিং চিংথোকপসু হৌরকলে। নিমাই জন্মস্থান মুন্নবগী লড়াইসু চংথরি। পুন্নমক অসি ৱারীগী মচাক ঙাক্তনি। তশেং তশেংলবা থৌদোক ৱারীশিং, নাকোইননা সাহিত্য ওম্থোকপা য়াই।

**নুংশি লুপতিন :** শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা নুংশি লুপতিন অমা উবা ফংঙি। খুন্দামিন্নরিবা পুম্নমক নুংশি চান্ননা লৈমিন্নে। মৈতৈনুপীনা বাঙ্গালী ওংবসু লৈ। মৈতে নুপানা বাঙ্গালী নুপী লৌবসু য়াওই। থোইনা ঙকনিংঙাই ওইদে। ঐথোয় লৈকাইগী ইচল অমসু নবদ্বীপ্তা ওংখি। মাগী ময়ুমদসু লমদল্লুই। ফজরবা নুংশি ৱারী কয়াসু থেংনরকই। মৈতে ওংবী বাঙ্গালী নুপী অমখক্তা মাগী ৱারী লীরকই। মহাক ফনেক শেৎহৌরে। বাঙ্গালী ওংবী মৈতে নুপীনা সাড়ী শেৎলি। লাইবক্কী শম কারক্তা সিন্দুর নম্মী। মৈতে নুপাদা ওংজবী মৈতৈনুপীশিংসু বাঙ্গালী নুপীগী মতৌ তমদুনা লাইবক্কী সিন্দুর নমনৈ। শাইদাংলুবা মফমগী চৎনবী লৌবা হায়বা অসি হৌনশানি। ঐথোয়গী চৎনবী (মৌ, লৈশাবীগী ফিজেৎ অমদি শমকক, শমহাৎ) মাঙখ্রে। অমুক হঞ্জিনবা য়াদৌ মানদ্রে। মৈতে নুপীনা ফনেক শেৎলবসু, সাড়ী শেৎলবসু, লাইবক্কী শম কারক্তা সিন্দুর নম্বা অসি, অতৈ মফমদসু উবা ফংঙি।

মণিপুরগী ৱাংমদা, লাইরিক তম্বা চৎখিবী নুপী কয়া অমসু অতোপ-অতোপ্পা জাতিদা মৱা নাইখি। ময়ুম লমদমদা হল্লকখিদবা কয়া য়াওরি। আরব য়ৌখিদুনা বেগম ওইখিবসু য়াওরে। মসিগী মরম য়াম্না লৈখ্রে। মৈতে নুপানা মপান্দগী নুপী লৌরকপদি ইয়াম য়ামদ্রি। মরক অসিদা অরোৎপা অরোৎপী কয়াগী ৱারীসু অদুম মথোকই। হোটেল অমদা থেংনরুবসু য়াওখ্রে। খৃঙ্গৎপা য়াবা মচাক য়াওরি। অসিগুম্বা থৌদোক থোকসনু ; কনানসু থিংলুবা ঙম্মোই। মীওইবদা লৈরিবা অপাম নুংশি অমদি ময়াইকাবা (হিয়ুমেন সেক্স বিহেবিয়র) অসুক্কী মতিক শাথিখ্রবা লীচৎনি। লাইসু অদুম ঙাওনৈ। মীদি করিগী ঙাওরোইদগে ? লাইনীংফমদসু মচা পোকনৈ। কবিসু য়াদবা লৈতে।

**মোর্দন লাইনীংবী :** নোংমসু, সাধনাদাসীগী আখড়াদা লমদল্লুই। খোঙচৎ অমদা শকখঙনখিবী লাইনীংবীনি। য়াম্না তোরোৎ খোদানবগী খুদোংচাবা অমা ফংখি, ইচম চম্মী ; য়াম্নসু নোক্কল্লি। মহাক চহী ৩০দা কৃষ্ণ কল্টতা লাইমিং লৌখি। মহাক্না লাইমিং লৌরবা মতুংদা মচানুপা অনীসু পোকই। ঐ ঙকই ! লাইনীংবীনা মচা পোকপা। মচানুপাশিংগী মমিং 'গৌরাঙ্গ' অমসুং 'নিত্যাইনন্দ' থোঞ্জে। ওম্বোক্না হকচিন্না থাজবা অমা মঙোন্দা লৈহৌই। মাগী মচা অনীমক লাইগী অবতারনি হায়দুনা থাজজে। লাইগী মচাদি নত্তে। মপাদি কনানো ? লাপ্না লৈখ্রে হায়দুনা খুম্মী। মসিসু ফজরবা মথেল অমনি। সহজিয়া কল্ট মনুংদা 'হিয়ুমেন সেক্স বিহেবিয়র' থাদোকপা য়াদে হায়বগী খুদম ফংঙি। ফজে, মাগী পুন্সি ৱারী। মহাক্না ঐঙোন্দা লাইরিক অমা খুদোল তৌরকই। ঐ ইশাবুসু অয়িবনি হায়দুনা শকতাকখি। ফোতো কয়াসু নম্মীনরকই। মচানুপা অনীনসু ঐবু 'প্রভু প্রভু' হায়দুনা লুনা তৌই। 'প্রভু' হায়বা অসি শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা চৎনরিবা মিংগৌ অমনি। অতিথিবু 'প্রভু' হায়দুনা তরাম্না ওকপসি চৎনৈ। চহী ৪২ সুরবী সাধনাদাসী য়েংবা য়ানা ফজরিবী লাইনীংবীনি। মখাতানা মচা পোকপা য়ারি। মাগী পুন্সিদা ফজরবা সাহিত্য য়াওরি। নোভেল অমা ইথোকপা য়াই।

নোংমসু, থেংনখি মোর্দন লাইনীংবী অমা, হাই হিল তোংবী, সনগ্লাস উপ্পী, কুচুমুবী ফজবী ! মহাক্তি নৌদুনতা লৈ। মাগী ৱারীসু তোঙানবনি। ফজবা সাহিত্য ময়াওরম্মী, শীংনবগী লাইনীং লম্বীনি। নকোইনদুনা ইথোকলে, **'নুতন বিষ্ণুপ্রিয়া !'** ৱারী অসিদসু মহাক য়াওরি। মহাকসু সহজিয়া কল্টপু শৌগৎলি।

অদুগা, শ্রীমতী কুমারী দেবদাসীগী খৃৎপুনদি করি লাইনীং শন্দোকলিবা ?



ইনুং ঙাল্লে !

ঙসিসু অমুক ইনুং ঙাল্লে। ক্বাক লৈতবা লমদসু নোংঙান্দবা লৈতে। নোং পুমঙাল হেক ঙাল্লে। নুমিৎ মশক্তি উদ্রি। লৈচিল থারি, অইংবা নুংশিৎ শিৎলি। উচেক ৱায়া কয়ানা লৈচিল্লক্তা কোইপাইনরি, চেকচাক খোংলি। কবিগী লোন্দা, নুংশিবা ঈশৈ শকলি হায়বসু য়াই। ক্বাক খোংবদি তাদ্রে। ক্বাক লৈতবরা লমদমসিদা ? চরোই খোংবা তাই ; তে তে তেতু! ক্বাক পাইথ্রনি। রন্নীং ট্রেন খোংবসু তোয়না তোয়না তাই — য়াম্না তাম্না অমসুং য়াম্না নক্না।

মিকুপ খরগী মতুংদা, থৌজিল্লকই ট্রেন অমা। থুংলরে, কামরূপ এক্সপ্রেস ! অসুম অসুম খোঙজেল তপথরকই, চপ লেপখ্রে — প্লেটফোর্ম নম্বর ৱানগী টালি নম্বর ৱান্দা। অকা- অকুম তৌরিবা যাত্রিকশিং, অমনা অমবু ঙাইঙমদে। মীনা কৃক কৃক হেক ইন্নরি।

ষ্টেসন মচানি।

মাঙদা লৈরে, শ্রীধাম নবদ্বীপ ! দ্বীপ মাপল লৈরিবা মফম ! মিনিট অহুমদগী হেন্না ট্রেন খামদে। অদুনা, মহে মহে ইন্নরিবনি। কুমথবা নংহৌদ্রবদি অতোপ্পা ষ্টেসন অমদা কুমলুবা তাই। যাত্রিকশিংগী মপোৎ মচৈ — লৌথবা নংহৌদবসু কোঙ্গায়নি। অমবু ওইরবসু, যাত্রিকশিং কুমথবা লোইরমাল্লে। ট্রেন থাখ্রে ; য়াংনা চেনখ্রে — অৱাং মায়কৈ পাংনা পাংনা।

(নোংমসু,

চহী কয়া মমাঙগী ৱানি। অসিগুম্বা ট্রেন অমদনি। সেকেন্দ ক্লাসকী খোঙনাও ময়াদা, মকোক ঙাথরগা তুমলিবী নুপী অমা, কুমথবা কাউদুনা অদুম তোংলগা চৎখি। হৌজিক্লা, মহাক কন্দায়দা লৈখ্রবা ?)

শ্রীধাম নবদ্বীপকী রেলৱে ষ্টেসন — 'নবদ্বীপ ধাম' হায়রগসু খঙনৈ। ষ্টেসন মচা ওইরবসু, ইংলিস ময়েক অচৌবনা সাইন বোর্ড চাউনা য়েকই — নাপু মচুগী মথক্তা, অমুবা মচুনি। লৈকং থোং (ওভর ব্রিজ) মথক্তগী পৌরপ্পা উরিবা লম্মীৎ তুম্মীৎ, মান চিত্র — মসিনা নোংচুপ থংবা নবদ্বীপ সহরগী শক্তমনি। ট্রেনগী খোঙচৎতা চৎলিবা যাত্রিকশিং ! নাক য়েৎকী সাইন বোর্ড য়েংবা কাউবীগনু। যাত্রিক কয়া লম্মুক্রখিবা য়াওখ্রে। কনাগুম্বা 'টেম্পল গাইদ' ওইবিনীংবা য়াওরিব্রা ? ষ্টেসন মচা অসিগী মওং মতৌ, খরদং খঙজিনবীয়ু, মতুংদা কান্নরকপা য়াই।

রেল টালি অহুমদং লৈরিবা ষ্টেসন মচা অসিদা প্লেটফোর্মসু অনীদং লৈরি। প্লেটফোর্ম নম্বর ৱানগা রেলৱে ওফিসকা লৈমিন্নরে। মসিনা নোংপোকলোমদনি। ৱেটিং রুমসু অদুম লৈমিন্নরে। প্লেটফোর্ম নম্বর টু অমসুং থ্রি পুনশিল্লি। মসিনা নোংচুপলোমদনি। ৱেটিং সেদ মচা অমগী নাক- য়েংতা টালি অনী লৈথ্রি। টালি নম্বর থ্রিগা হেক তাইনবদা, মোংশোং লমহাংনি। মথংদা (খরা তাম্না) ঈচেল লেপথ্রবী জাহ্নবী গঙ্গাগী অমনবা খোঙনুং লৈথ্রি — মচি মচিদা ষন খোঙ্গুল মানবা পাৎ (ওক্স বো লেক) মচা মচা শ্রীরিতুদ্বীপকী শরুক অমা ওইরি। জাহ্নু মুনিগী আশ্রম ওইরম্মী। মমিং চৎলবা তীর্থস্থান অমসু ওইরি। অমনবা জাহ্নবী গঙ্গাদসু স্নান তৌনরি। শেংলবা মফমনি — জাহ্নু মুনি অমসুং ভগীরথী গঙ্গা দেবী অনীগী 'মিলন স্থান' অমসু ওইখিবা মফমনি। মনাক্তা তারিবা খুঙ্গং, শ্রীরামপুর কৌই। শ্রীধাম নবদ্বীপকী নোংচুপ থংবা শরুক্কা (শ্রীরামপুরগী চিদাই ওইরপ্পা) বর্দ্ধমান জিলাগা শম্নথ্রি, থোইনা লাপ্নদ্রে।

রেলৱেগী টালি অহুম্মক, খা- ৱাং চেনবনি। মখারোম থংবা মায়কৈদা তাম্না লৈহৌরে, হাওড়া ষ্টেসন। কিলোমিটর ১০৫ লাপনৈ, বস লম্বীনা কিলোমিটর ১১৪। মরক্তা বান্দেল, পানুৱা, বারাকপুর অসিনচিংবা ষ্টেসন মচা মচাসু লৈহৌরে। অৱাংলোমদা কাতোৱা (নিমাই পন্দিতকী শম ককফম, কান্টক নগরী) ফাওরগা প্রেমনিকেতন, শান্তিনিকেতন অমদি শ্রীনিকেতন য়ৌশিনবা য়াই। মায়কৈ অমদা, মুর্শিদাবাদ, অজিমগঞ্জ অসিনচিংবা কয়া লৈথ্রি। কামরূপ এক্সপ্রেসকী টালি খোঙচং, গুৱাহাতি ষ্টেসন্দা অমুক থুংলগনি।



ট্রেনগী খোঙচং!

লমথুংফম লৈ। মতমগী খোঙচংতি পঙ্ফুংফম নাইদে; তাঙ্কক অহুমগী লাংওন লংদাইনি। মঙাল অহুমগী ফিজি-ফিনা, খক থাদোক্লদে। অদুম য়াওন্নদুনা চংখি; কনানসু থিংলুবা ঙমদে। মিকুপ অমত্তং ফাদুনা থম্বসু ঙমদে।

অসুম্না, চহী অমসু লোইগদৌরে!

চহী কয়া অমসু হৌখ্রে। পুন্সিগী ৱামচংদি ঙাইহনি। ঙাইহকী তোঙান তোঙানবা মরম লৈ; মীওইবা খুদিংমক্কীসু মান্নদে। ঙাইহবগী অরোইবা পনখৈ হায়বা অমসু লৈরি। মসিমদি মীওইবা খুদিংমক্না হৈরে শিংলে হায়দুনসু নাম্ছোকপা ঙম্বা নত্তে। শ্রীমতী কুমারিকাসু খৌরাংনা ঙাইরম্মী। মহাক্তি করিবু, কনাবু ঙাইথ্রিবা? ঙাইহবগী পনখৈ মনুংদা চহী অমা, চহী কয়া হৌখিবা খঙহৌদে।

শ্রীমতী কুমারিকা উখিদবা কুইরে।

লম্বী অসিদা মহাকপু উখিদবা কুইরে। মহাক শিশুৱ্রা? মহাকপু উখিদবা কুইরে। প্রেমধোনীদগী হাওড়া ফাওবা, হাওড়াদগী অমুক প্রেমধোনী। অহিং নুংথিল খঙখিদে, মাগী খোঙচং। লোকেল ট্রেনগী থোঙনাওদা ঙাথরগা য়াম্না তোয়না চংলম্মী; হঙ্গৎ হন্দা। ৱাইথুংফম অনী অসিদা (শ্রীধাম নবদ্বীপকী লম্বী ফাওরগা) মশীং খঙদনা চংলম্মী। মহাক্তি ট্রেনগী মখোলদা ঙাওরম্মী। মহাক 'নাইটমার' লায়না পকলবী অমদৌনসু তৌরম্মী। অহিং

হৌগৎতুনা হেক্তা মপান থোকখি, মঙোন্দা অকি- অখঙ লৈতে। নোংমসু, থাবল ফরবা অহিং অমদা, প্রেমধোনী গঙ্গা মপান্দা ফমদুনা লৈরই। মাগী ছাত্রিশিংনা কোইখি থিদুনা পুশিল্লকখি।

মহাক অঙ্গওবী অমদৌনা তৌরকখি। অদু ওইদুনসু (মহাক) মতম কুইনা প্রেমনিকেতন্দা ওজা ওইরম্মী। লেদিজ হোষ্টেলগী ৱার্দেনসু। মাগী ছাত্রি কয়া পুরদুনা এক্সকর্সন কয়াসু চৎলুই। প্রেমনিকেতন লেদিজ হোষ্টেলগী ৱার্দেনসু অহুম সুরকখি। মহাকসু মতম শাংনা ছুতি লৌবগী খুদোংচাবা কয়া ফংখি। মহাক মথন্তা ভারতকী তোঙান তোঙানবা মফম কয়াদসু কোয়রুরে।

মহাক্তি মপূক্রিংদা চিংনবা থন্বা হৈনদে। মহাক্না মীশক অনীখক মহৌশাদগী কোইথি থিরকলি — শ্রীমান্স বাসু অমসুং শান্তনু গোস্বামী। অনীমক হিংলম্বা য়াবগী থাজবা অমা, মঙোন্দা লৈরি। ভারতকী মফম কয়াদা নক্সলাইটকী ঈহৌ লৈরি। মরক মরক্তা ঈ-পাউ কয়া ফংঙলকই। কেরেলা, অন্ধ্রা প্রদেশ, বিহার, ওরিষা অমদি উত্তর প্রদেশ — নক্সলাইটকী মুভমেন্ট লৈরিবা লমশিংনি। মহাক্না মফমশিং অসিসু য়ৌরুরে। ভারতকী অচৌবা সিটি মরি (দিল্লি, বোম্বে, মাদ্রাজ অমদি কোলকাতা) মহাক য়ৌরুরে, থিবা য়াবা থিরুরে। নীংবা কায়রগা অমুক হল্লকই। প্রেমনিকেতন্দা লমদনফম ওইরে।

চৈরেক অদুদা, প্রোফেসার বাসু মতৈ মনাও নোংমতন্দা (মিকুপ খরদং কান্নরগা) নোঙ্গাখি। মচাগী ৱাখলদা লাইমন ওইগ্নবা অহল অনীদো নোংম- নোংমগী শোল্হরক্তুনা লায়না ওইখিবনি। প্রোফেসার জে কে বাসু হেক শিবগা, তেংথা-নাওইরিবী জয়মতীসু ৱাঙ্খি ; মপুরোইবগী মতুং ইনখিবনি। অসিগুম্বা নোংকারোল অসি পংনদি থোক্তে। অমরোমদদি, ফজবা পোলোইনি।

শ্রীমতী কুমারিকানা অহল অনী অসিগী অরোইবা মিকুপ্তা সেবা ফংজখি। বাসু মতৈ মনাও শিবগী পাউ — নেসনেল পেপর কয়াগী হেদ লাইন্দা ফোঙখি। শ্রীমতীগী থৌরাংনি। থৱায় য়াওদ্রবা হকচাং অনী অদু হীদাক থাদুনা নুমিৎ হুমনি থমলম্মী। শ্রীমান্স বাসু লাকখিদ্রে। মহাক শিরমলগনি হায়দুনা লৌনখি। বাসু মতৈ মনাও, মচানুপা অনী পোক্লুবগী করি কান্নরি ? মমা মপাগী চিতাদা মৈ চুবীনবা কনাসু লৈখিদ্রবা !

শ্রীমতী কুমারিকানা শ্রীমান্সপু কুইথনা ঙাইবা তৌখিদ্রে। মহাক মশামক্না মাঙজিল থাদুনা বাসু মতৈ মনাওগী মথৌ মঙম পাঙথোকখি। প্রেমনিকেতন অমদি প্রেমধোনী ট্রাস্টকী মেম্বরশিং অমদি ওজাশিংসু য়াওখি, অৱাবা ফোঙদোক্লখি। শ্রীমতীনা মৈ কোয়রদুনা চিতাদা মৈ চুখি। মহাক্তি তেংথা-নাওইদুনা কপখিদে ; পি মরিক খরদংদি লোন্না তৈথোকচখি। মহাক নুপী ওইরবসু অহল অনী অদুগী চিতাদা মৈ চুবা য়াই। মহাক্না প্রেমনিৱাসকী চুম শো পায়হৌরে। পায়শিনবা য়াই।

নোংমা, নুংথিল অমদনি। য়াম্না ঙল্লিঙৈ মতমগী ৱানি।

প্রেমনিৱাসকী য়ুম্বুরেনবী ওইরম্বী জয়মতী বাসুনা ফাগী ওই, করি ওইনা শ্রীমতীদা হায়রম্বা ৱাফম খরা লৈ।

"শ্রীমতী ! নঙ মাম্মা ইবানীনা শিখ্রবদি নহাক্না প্রেমনিৱাসকী য়ুম্বুরেনবী ওইহৌগদবনি।" জয়মতী বাসুনা মখাতানা হায়রম্মী — "ইনেগী ইবেম্মা ! নহাক প্রেমনিৱাসতা লৈররো, চুম শো পুম্নমক নঙোন্দা শিন্নরবনি, পায়শিল্লু সে।"

"ঙাইখোদা, ইনে!" শ্রীমতী কুমারিকানা ঙাইহাক খল্লগা খুম্মী — "ঐদি মীতোপনি, য়ুম্বুরেনবী নত্তেদা।"

"ইনেনা নহাকপু মীতোপ অমনি হায়দুনা লৌদে ; নঙোন্দা নত্তনা শিন্নরমগদবা মীশকসু লৈতে। নঙ মাম্মা ইবানী শিবা মতমদসু নঙনা মথৌ মঙম পাঙথোকউকো।"

"করিগুম্বা শ্রীমাননা হিংলমদুনা হল্লক্লবদি ?"

"ইনেদি মহাক হিংলমখিনি থাজদ্রেদা।" জয়মতী বাসুনা ঙাইহাক খল্লুরগা মখাতানা হায়রকই—"নহাক মাগী ব্রাখল থাদোকউ, মতিক চাবা নুপা অমদা নয়ুম পাল্লু, ব্রানাইদবী ওইনা হিংগনুকো।"

মনি মমৌগী ব্রারী তারিবা প্রোফেসার বাসুনা মরক থৎতুনা ঙাংলকই—"অদুগা মাম্মী ! নহাক প্রেমনিব্রাসতা লৈহৌগদবনি। সঙ্গাই অসি নঙোন্দা পীরে হায়দুনা ইরমলগে।"

"অদো মাম্মা ! মপু অশেংবা লাক্লবদি ?" শ্রীমতী কুমারিকানা নোৎশিল্লকই।

"লাক্লরোইদা, ঐগী ইচাদো।" প্রোফেসার বাসুনা নুংঙাইতনা শোঞ্জে—"শিফম নাফম খঙদনা শিরমলগনি, ঐনসু মাবু...।"

"অমবু ওইরে, শ্রীমতী নহাক লুহোংঙুকো।" জয়মতী বাসুনা অমুকসু হঞ্জিন্দুনা ঙাংলকই—"মাম্মী ! নহাক লুহোংঙুকো।"

"ঐবু কনাগা...?" শ্রীমতী কুমারিকানা হংঙি।

"মনিক বেনার্জীদা ! " জয়মতী বাসুনা মখা শমথবদুনা ঙাংলকই — "প্রোফেসার বেনার্জীদা ! মহাক্লা নহাকপু য়াল্লা পামজৈ হায়রম্মী।"

"ঐগী চহী আ য়ৌশিনখ্রে।"

"হেন্দোক্লা নয়ুম পানবা য়ারি, বেনার্জীসু পাখঙ শরীনি।"

"ফরে ফরে ইনে !" শ্রীমতীনা নোকফেৎ তৌরগা খুম্মী—"ঐ নুপা ফাবা চৎলগে।"

"কন্দায়দা...?" জয়মতীনা খঙনিংনা হংঙি।

"মোদিনী বাগান্দা ! থেংনবা অমা হেক্তা...।" শ্রীমতী কুমারিকানা অসুল্লা হায়রমলগা মনেগী মনাক্তগী ফুক হৌগৎতুনা চেম্প্লোরকখি।

"হাই ! শ্রীমতী ঙাইখোনে।" জয়মতী বাসুনা লাউহৌই—"সে সে মরু ওইবা চুম শোসে পুথ্রোনে ; পুন্সি হায়বসি তন্বা ঙমদে।"

"ইনে অদুম পায়খোদা কোন্না খুৎশিন্নসি।" শ্রীমতীনা মখাতানা লাউরম্মী—"লাকখিনি লাকখিনি মপু অশেংবদো।"

"হোয় হোয় নঙগী থাজবদো চুম্বা ওইসনু !" জয়মতী বাসুনা অমুক ওক্তনা লাউহৌই।

নুংঙাইরবা নুমিৎ অদুগী অব্রায় অখুম – শ্রীমতী কুমারিকানা নীংশিং নীংশিং মপি শিন্থখি। মং কারমদাইদা মতিং শোক্লা তেংথারদুনা লাউরকখি—"হো মাম্মা ! হো ইনে ! নমৌবু কনাদা শিন্নরমলিবনো ? ঐবু ইথন্তা করম্না হিংঙু হায়রিবনো ? ঐসিবু প্রেমনিব্রাসকী কনানো ?"

অমবু ওইরবসু, প্রেমনিব্রাসকী চুম শো — শ্রীমতী কুমারিকানা পায়হৌরে। মফম অদুদা মহাক লৈবা য়াবগী হকসু পীরম্মী। অদুবু, মহাক লৈনিংখিদে, অহিং অমা ফাওবা য়ারেকখিদে। করম্নসু মথন্তা লৈরূগনি ? মতম খরদি মহাক লৈতাফম্মসু খঙখিদে। মাগী লেমহৌরিবা পুন্সিগী

ফিরেপ লৌফম খঙখিদে। অহল অনীগী ফুল (চিন্তামণি) মহাক্না ফংজহৌই। য়াম্না চেকশিন্না থমজখি। মখোয়না শিন্নরম্বা থবক থৌরম কয়াসু পাঙথোক্নে হায়দুনা খঞ্জখি।

নোংমদি, শ্রীমতী কুমারিকানা কাতোবা নগরগী খোঙনাং বট মখোঙদা চংশিন্দুনা মরু শিং হেক নান্না কোকথোকলুই। মাগী ফজরবা শকফম অদু খঙওন ওনখি। প্রেমনিকেতন লেদিজ হোষ্টেলদা হঞ্জিল্লকখিদ্রে। কাতোবা নগরদগী শ্বাই মাঙখ্রে।

অদুগা ঙসিনা, মহাক কদায়দা হাথৌখ্রবা!



ট্রেন কয়া চেল্লি।

শ্রীধাম নবদ্বীপকী ষ্টেসন মচা অসিদা লোকেল ট্রেন কয়াসু মরাং কায়না চেল্লি। পুং খুদিংগী ফংঙি। ঙাইহাক লৈতনা তীর্থ যাত্রিক সঙ্গু সঙ্গু পুরকই। ষ্টেসন হেন্দোক্তুনা চংলুরবসু থোয়না ব্রানিংঙাই ওইদে। মরক্তা কুমথরগা লোকেল ট্রেন অমদা হল্লকপা য়াই।

ষ্টেসনলোমদা অমুক মীংয়েং চিংশিঞ্জরী।

লল্লোন ইতিক তৌজবা মীওই কয়াসু লোকেল ট্রেনশিংনা পুরকই। ময়ুম লমদমদা থুংলবসু য়াওই। পৃথিবীগী তোঙান- তোঙানবা মফমদগী টুরিষ্ট কয়াসু থুংলৈ। মখোয় অয়াম্বদি 'ইসকন চন্দ্রোদয়' মন্দিরগী ভক্তশিংনি। অমনবা লাইশঙ মন্দিরশিংগী ভক্তসু ময়েং তাবদি নত্তে; নোংমা নোংমগী হেঙ্গৎলকলি। থোইদোক্না 'হোলি মাদরগী সুরধুনী গঙ্গা মন্দির' মমিং চংখৎলকলে। মন্দির অদুদা লাৎলিবা শ্রীনদীয়া বিহারী! তীর্থ যাত্রিক কয়াবুসু চিংশিল্লি। করি হায়নি, য়োৎচিংবীনা (মেগনেট) য়োংনাও চিংগুম্মী। মদুগী মরম য়াম্না লৈখ্রে। মী খোনবা অমদি যাত্রিক ফাবা হৈরবী দেবদাসী কয়াসু লৈ। শকহেনবীনা অয়াম্বনি। যাত্রিক ভক্তশিং, মাগী মাগী অপাম্বা লাইফমদা চংচখিসনু। কনানসু থিংলুবা য়ারোই।

ট্রেন্দগী কুমথরকপা যাত্রিকশিং — মরী মরী পরেং পরেংনি। প্লেটফোম নম্বর ব্রানগী ওফিস (শাংলবা বিল্ডিং অনী কারক্তা ফাংলিবা থোকফম) ফাওদোক্লগা মমাঙ পাংনা চংশিন্নখ্রে। অসোমদসু কুম্নহৈনি।

রেল রে ষ্টেসন অসিগী নোংপোক থংবা গেট মমাঙ, মাঙ্গোল অমদৌনা তৌই। গেট মচানি, য়াম্না লাওবসু নত্তে, কাহেন্নসু ব্রাংদে (মরাক ময়ুং অদু ফুট ৮ x ৮ ওইগনি)। নাক- য়েংতা হাইদোক হাইজিন য়াবা য়োংথোঙ পাল্লি। গেট মতোন অদু ফার্ষ্ট ব্রেকেট তৌনা কালোক কোল্লি। মথক্তা থারি —'নবদ্বীপ ধাম'! মচুনা য়েল্লো মথক্তা অমুবনি। কালোক কোনফমদা লৈতেং ওইনা কোইরপ থারি —"প্ল্যাটফম টিকিট সহপ্ল্যাট ফর্মে প্রবেশ করিবেন।' মচুনা অঙৌবদা অমুবনা য়েকই। প্লেটফোর্ম টিকেট য়াওদনা চংবা য়াদে হায়বনি। গেটকী নাক য়েংতা, কালোক নাকন্দা ব্রাহে খরসু থারি —'ধুম পান নিবেধ'! 'No Smoking'!

চেকশিনবীয়ু যাত্রিকশিং! মহৌশাগা মান্নদ্রবনি। রেল রে ষ্টেসন্দা অমদি ট্রেন মনুংদা চুরুট থকপা বন্দ! ফারবদি লুপা ২০০ ফাইন! লুপা ২/৩ পীবা চুরুট মচৈ অমগীদমক লুপা ২০০

পীথোকপা পাম্মুদ্রা ? ঙসিমক চুরুট বেড়ী থকপা থাদোকপীয়ু। ইহে ! হায়রিমক্তদা হয়াহে ! রেলয়ে পুলিসনা বেড়ী থক্তুনা থোরকপা বিহারী যাত্রিক অমা লুসম পায়দুনা কাচিন্দা ইনশিনখ্রে। শোয়দ্রে, লুপা ২০০ ! পান পরাগ, জর্দা, খৈনি চাবদি থিংদে, পান- কেদাং ফক্লাংদা কাপশিনবসু য়ারি, হৌজিক্কী ওইনা আইন শেমদ্রিবনি। চাবীয়ু হাবীয়ু পান খৈনী ! চুরুট থকপদি বন্দ ! অদুগনে, নোটিস অমসু লৈরে, য়েংবীয়ু। গেটকী নাক- য়েৎতা থারি 'Taking Cycle on the Platform is Prohibited'। মসিনা মরুওইবা নোটিসনি। পোৎচোই য়োনবশিংনা অশম্বা লম্বী থিদুনা সাইকলদা পোলাং য়াম্লগা শ্রীরামপুরদা চৎনরম্মী। মদুদগী অথিংবা অসি থমখিবনি।

শ্রীধাম নবদ্বীপকী ষ্টেসন — পীকলবসু পীক্ল, য়াম্না চেকশিনবা মফমনি। টিকেট য়াওদনা তোংলকপা পেসেঞ্জরশিংনা নাম্বোকফম লৈতে, চেক য়াম্না কনবদি নত্তে। চেকশিন থৌরাংদি লৈ। মেন গেটকী মাঙ্গোলদা পুলিস খরা মথৌ তৌদুনা লৈরি। মখোয়না চিংনবা মী য়াওরবদি মপোৎ মতৈ চেক তৌই। মহৌশা শান্তনু গোস্বামীগী মমিং ওন্দুনা নক্সলাইটকী কেন্দর অমা লোংলম্মী। অদুনা, পুণ্যধাম অসিদা ইরাং থোক্তনবা চেকশিন থৌরাং তৌরি।

ষ্টেসনগী মেন গেট্টা লৈরিবা মাঙ্গোল মচা অসিদগী সিড়ী তরাদং মথং মথং কুমথরগা খোঙলম্বী চাউতকপা অমা লৈপ্রি। লম্বী অসিগী অৱাং থংবা নাক্কন্দা টিকেট ককফম ওফিস অমদি কান্তিন লৈরি। যাত্রিকশিং ! ঙাইহাক্তং লমদম্দুনা 'নবদ্বীপ চা' ফানবীয়ু ; অদুম য়াবনি। হৃনগদবা নুমিৎকী টিকেট বুক তৌশিনবিয়ু ; টিকেট ফংবা য়াম্না ৱাবনি। মমিং চৎপা লাইফমনি, যাত্রিক ৱাত্তে। লম্বী অসিগী মখা থংবা শরুক্তা রিক্সো ষ্টেন্দ লৈ। কার, টেক্সী ফংবা ৱাগনি। রিক্সো তোংখৎত্রিঙৈদো ঙাইহাক্তং লেপ্পীয়ু।

পার্কিং অসিগী হেক মমাঙ ওইরপ্পা খোঙনাং বট (সনা খোঙনাং মচা অমসু উতাংবী ওইনা নপশিনবা) অচৌবা অমা হৌরিবা অসে উবিরেদনা। মখোঙ অদু ফুট অহুম খরা হেল্লপ্পা (ৱাংবা) কোইশিন্দুনা চেক চল্লি। নুঙফাল মথক্তা পীক্তকপা যোগমায়া লাৎপা পিথ্রাইগী মিংশেল চনবা দোল অমা খিন্দুনা লৈবনি। লাইপুদি উদে, ষ্টেসন ঙাকলিবনি। লাইমাঙদা উপুমচা অমা খিন্দুনা থম্বনি ; মথক্তা থারি 'প্রাণালী' (দোনেসন বোক্স)। যোগমায়া অসিবু হান্না খুরুম্বীয়ু — চেক পোষ্টনি ! শেন অচোইবা য়াওরবদি খরদং কৎপীরম্মু, হে লৈ কৎপীরুনু, লৌশিল্লু য়ারোই। 'এন্ট্রি ফি' পীরমদ্রবদি কয়া নুংঙাইরোই। লুমদুনা লৈরম্বা য়াই, লাইপু অমা। মহাক্কী মমিংসু 'যোগমায়া' ! চেকশিনবীয়ু। দোনেসন তৌরমদবা যাত্রিকশিং, মহাক্ল মশক মুন্না খঙজিনগনি। থৌবা নৎত্রগা খায়বা লাক্কনি। অদুনা, লাই কৎপদা পাম্মুবীরুনু !

য়ানশিনবীয়ু মমাঙ পাংনা !



"হে তীর্থ যাত্রিকশিং ! মীরাদাসীনা খুরুমজরি !"

লেঙশিনবীরকউ, তরাম্না ওকচরি। তহা তহাখিনু। পোৎচৈ চেকশিনবীয়ু। রেল রে ষ্টেসন্দা অমদি বস পার্কিংদা যাত্রিক ঙাইরিবা মীথুংশঙগী দালালশিং, স্কুল কলেজদা মিংচনবগী এজেন্টশিং অমদি লাইশাঙ মন্দিরগী টেম্পল গাইদ নৎত্রগা টুরিষ্ট গাইদশিংবু হেক্তা থাজবীরুনু।

মীওই মীতৌ মুন্না য়েংবীয়ু। হুরান চীম্থি মহানি। লাইফমদসু তাকু-তারাং লৈবনি। লেপখো, ঙাইখো মিকুপ অমত্তং !"

নোংমসু...

মশক মতৌ য়াম্না ফজববী তীর্থ যাত্রিক নুপী অমগী মপোৎ মচৈ লোইনা হৃবিখি। মশাদা শেৎলি ইল্লিবা ফিরোলদগী হেন্না লৈহৌদ্রে। কয়া নুংশিখ্রে। মহাক মথন্তা 'চিন্তামণি' পুরগা লৈরোন চনবা লাকখিবনি। মাগী মঙক্তা, য়াম্না চেকশিন্না লীকয়ান ওইনা (নাপু মচুগী ফিজেৎতা পুল্লগা) শিজরকপা চিন্তামণি অদুদি মাঙখিদে। কন্নাগীবু ওইরিগবা ! মাগী হেন্দ বেগসু লাকপীখি, অদুম ফংখিদ্রে।

মহাক, মথৌনা মবিংজেল যাম্না লৈবী নুপীনি। মীকি লাইকিদে। মখয়াৎ চিকলগা নোকফেংতং তৌখি। মপৃক্রিংদা করিগুম্বা অমা শীংখিমাল্লে। পৈশা অমগী মপু ওইদ্রবী নুপী অদো, লৈশাবী অবিবীনিসু হায়, শকলোৎপী মৌনিসু হায়, মীগী মচীন মেল্লুবদি ইতিক নচ্চদে। অমবু ওইবে, ওইনীংবা ওইজসনু। মহাক অদো, কদাযদা চংজফম লৌরগা করি ওইবকখি হায়বা খঙবীনিংব্রা ? ময়ূম লমদমদা হনখিদ্রে। হৌজিকসু মহাক হিংলি। মফম কদায়দা, কমদৌনা হিংলিবা ! নুপীদি উবিনি, নুপীদি ঈশিংনি, হিংবা য়াম্না লায়বনি। মমৈথংদা, নুপী অদো 'দেবদাসী' ওইখ্রেদো। ইস ! দেবদাসী ! দেবদাসী মখল অনী সুই, খঙজিনবদা কান্নগনি। লাইশঙগী জগোই শাবীশিংবুসু 'দেবদাসী' কৌই। মখোয় ময়ূম পানবা য়াদে। খা ভারতকী মন্দিরশিংদা লৈবনি। মখোয়বু 'টেম্পল দান্সর'সু কৌনৈ। লোন্না থুপ্না ৱাইনবী ওইবসু য়াওনৈ। লাইনীংবী যুমনাইদবীসু 'দেবদাসী' কৌনৈ। মসিনা অৱাং ভারত্তা লৈবনি। তশেং তশেংলবী দেবদাসীদি লুহোংনদে। অদুম ওইনমক, দেবদাসী মখল অনীমক 'লাইওংবী' নৎত্রগা 'লাইতু' হায়নসু খঙনৈ। মসিদি বাথুপনে। দেবদাসী খবদি 'নবদ্বীপ মরূ' পুবগা চেনখিবসু য়াওই।

অদুগা মহাক্তি ? অনীমক ওইবম্বা যাবগী থাজবা লৈ। কন্নানসু তম্বা ঙমদে — মফম মতমগী থৌদোক। থোইদোক্না লম্মুক্সরবী নৎত্রগা লম্মাংনরবী নুপীগী পুন্সি ! অৱাবগী মশকনি।

"মীবাদাসীনা, অমুকসু হঙ্গৎচবি।

ইপা ইপু, ইমা ইন্দোল, ইচে ইনেম, ইচীন ইনাও পুম্নমক ! পোৎ চৈ সুবিবেকো ? তপ্না তপ্না লেঙশিনবিবকউ ! চমলবী নুপী অমসু মহামায়াবী ওল্লকখি। তাবীয়ু ৱারী লীজগে; সুপ্লগী মতেক অমত্তং। 'লাই- মায়া' থেংনববা, মাযাজাল তৌজখিনি। লাই- মাযা হায়দিকো কুমারী যোগমায়া ! যোগিমাবু চৈজবা নচ্চদে। মাগী মহিমা শক - শোঞ্জবনি। মহাকপু পান্দা থোইবী, পান্থোইবীসু কৌই। মশক্না ফজবিবা, ঙৌরোক হেক ঙৌবদনা ! পাতক চেংতক, ফিভম মূর্তিসু কবি হায়রনি, ইর্টনেসনেল সাইজ ! ঙসিনা শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা যুগ থৈদুনা লৈররে।

লাই - মায়াগী মীৎয়েং নায়েং, মীৎচি পাখোং- অঙকপনি, অঙকপা ! ওন্থোক্লুসু হৈগ্রবী নুপীনি। হনু- হন্থি ফাওবা মহাক্না সুমহৎপা গুম্মী, সাধু বৈষ্ণব কয়াসু মঙোন্দা হেক্তা পংথনৈ। ইমা ইবেন কয়াসু মাগী অভিনয় (এক্টিং) মখল মথেলনা বিষ্ণুপ্রিয়া (নিমাই পন্দিতনা গুপ্তানা হন্দোকপিরম্লবী মনাইনুপী) শারদুনা অভিনয় উৎল- উৎলগা ইন্নফি মচি অমত্তং তিংথোক্তুনা শেন নীবদা, পীদবা ঙম্লোই। ঙাইহাক্তংদা মাগী ফিগাও ইন্নফি অদু খংলুম হেক লুমথরক্তুনা শেগায়বা য়াওখি — লৈমায়দা শেন অচোইবা, পুমচায় ; জিয়াও জিয়াও ! মহাক্তিনে মহানি, মহাগী লময়ৌবীনি। মমৈদনে, ইমা ইবেন নখোয়গী সনা লুপা, শেঙ্গাও মাঙজখিনি। মহাক হুরান চীম্থি তৌবী অমদি নত্তে ; শীংনবা য়াদে হায়জবনি। তঙাইফদনা মাগী লাইফমদা 'এন্ত্রি ফি'

নত্রগা 'তীর্থ শেনখায়' খরদং হেক কংগিরম্মু, মশকসু তাকচগে। শোয়দনসু থেংনগনি। মাগা মুক্কুরবা কান্নরোই। মহাকপু ফবসু, থিবসু ওম্মোই। মহাক্তি দারুগাগী যুরিংখাউ চন্নসু ওইবিনি। করি হায়নি, মহাক যোগমায়ানি, যোগমায়া, শ্বাই হেক্তা মাওবা ওস্মী।

অদুঙৈ, দ্বাপর যুগতা কংস মহারাজবু নমথাক তৌরগা নোংথক্তা পাইখিবী যোগমায়াগী ব্বারী তাবিরেদনা। কুমারী মায়াসু (মফম অসিদা লৈরিবী) অদুগুম্বী যোগমায়ানি, যোগমায়া! মহাক্না পাওথোকপা ওমদবা থবক লৈতে। লৌনম লাংথাক হৈপ্রবীনি।

মহাক লাইম্নকপম চনুনি, 'লাই- মায়া' কৌবনি। হৌজিক্না 'মায়াদাসী' নত্রগা 'কুমারী যোগমায়া!' 'যোগিমা' হায়রগসু খঙনব্রে, চহী ৫০গ্নসনি ; মশক মতৌদি অদুম মফজরি, হৌজিক্কবু মতৈ অমা লৈখৎলক্বে! মহাক থম্মোয় চাউবীনি, অশিন- অরাংসু য়াম্না হে ; পাউথাওপুবী (লাইবার চংপা) অমা ওইনসু শীংথানৈ। মহাক্তি নোংথাঙলৈমগী শক্তমসু পুবীনি। মাগা মুক্কবীরুনু, চেকশিনবীয়ু হায়জবনি। অদুনা মীরাদাসীবু থাজবীয়ু। লমজিং লমতাক ওইজগে!"

তীর্থ যাত্রিকশিংবু তরাম্না ওকলিবী নুপী — কুমারী মেংবীনি। মেংঙি, ইংঙি মেংবী কৌই। মীরাবাইসু কৌই। মীরাগী অবতারদি নত্তে। অদুনা মেংবী হায়রগসু খঙনৈ। কনাগুম্বনা মহাকপু 'মীরাদাসী' কৌনৈ, কৌবা য়াই। মহাক লাইনীংবীনি, মীরাগী মতৌ তমলুই। শ্রীনদীয়া বিহারীগী মফমদা, মাগী থব্বায় হকচাং কখোকপ্রে। লুহোংবা য়াদ্রবীনি। মহাক ঈশৈ শকপা, একতার খোংবা হে। মখোলসু নুংশি, মী খোনবসু লময়োই। মহাক টেম্পল গাইদনি। ষ্টেসনগী নোংপোক থংবা গেট্টা মহাক লেপলি। লেকচর তৌদুনা যাত্রিক ফানবা হোংনরি!

মীরাদাসী, চম্না হিংঙি, চম্না শেৎ- চায়। শামতুগী ইন্নফি অঙৌবা ইল্লি, পুমঙৌ ফনেক (উরৈরোম শংবা ময়াংলং ফনেক) শেংলি। মীওই মীতৌ ফজে, কুচু পাল্লি। মমীৎ খুতকই, মনাতোনসু নমতক তৌই। অদু ওইদুনসু, মায়থোং নুংশি। লাইবক্তা গোপী চন্দন থিল্লি। মরেংবান্দা নাপু মচুগী খাউ অমা য়াল্লি। মনুংদা লাইপোৎ তিনপোৎ, চন্দন- চব্রা খরা য়াওরি। মাগী যাত্রিক থেংনদবা নৎত্রগা ফংদবা নুমিৎসু লৈ। মাগী থবক্তি লেপ্পে। খুছক খুনখা কোয়না চংলি, হরি নাম, রাধে নাম শন্দোকই — ধুপ, চন্দন, ধর্ম্মগী লাইরিক অমদি উরিক, লুগুন, নমাবলী, দেবা- দেবী কয়াগী মুর্তি, ফোতো (মচা মচা) য়োনবা চংলি। মহাক লম্মীৎ তুম্মীৎ মুন্না খঙই। মাগী খুৎফা ওইনা রিক্সো ড্রাইভর কয়াসু লৈ। যাত্রিকশিংবু মফম চানা চানা মাগী রিক্সো খুৎপুশিংদা শিন্নদুনা লাইফমশিংদা থাজিনখি। মনুংদা, মখোয় মশেন শেন খাইদোক খাইজিন (কমিসন) তৌনরম্না য়াই। মদু উশিনফম থোক্তে। হিংমিন্নবা তাই পুম্নমক, পাম্বে অমনবু ওইরবসু।

করিগুম্বা মতমদা, মহাক্না মাঙ থারদুনা যাত্রিক কয়াবু কোয়না পুজে। শ্রীধাম নবদ্বীপকী লাইফম খরদি খোঙনা চংপনা হেন্না খুদোংচাবা লৈ। মফম অসিদা ওটৈ রিক্সো চেন্দে, টুরিষ্ট ভান অমসুং টেক্সী ফংঙি, খুদক্তা হেক্তা ফংবদি নত্তে। কুমারী মেংবীনা খুদক্তা শিনবদি ওস্মী।

কুমারী মেংবী য়াম্নসু নোল্লুকই, অশেংবা দাসীনি। লোন অহুম মরি খঙই (ইংলিস, হিন্দী, বাঙ্গালী অমদি মৈতৈলোন)। মঙোন্দা অকে অমৌ, শেনথুম মীহৌবা লৈতে। মাগী ফি নৎত্রগা দক্ষিনা মস্তিরুদে, পীরম্বা খরা লৌই, য়াম্নসু পেম্থোকচবা হৈবীনি। অদুনা কুমারী মেংবী নৎত্রগা মীরাদাসী মমিং চংলি। ইমুং মনুং, নুপী অঙাং সঙ্গু সঙ্গু লাকপা যাত্রিকশিং! কুমারী মেংবীগী মতুং ইন্দুনা চংপনা হেন্না খুদোং চাগনি।

কুমারী মেংবী (মীরাদাসী) নত্তবা টেম্পল গাইদ, নুপী নুপা কয়াসু লৈরি। থোইদোক্না অপাইবী অনীথকসু লৈরি — অমনা যোগমায়া ! অতোপ্পা অদুনা শ্রীমতী কাভেরী গোস্বামী। ঙসিদি, যোগমায়া উদ্রে। মাদি পাংনসু থোক্নদে। কুমরী মেংবী ওইনা থারকএ। অদুগা, শ্রীমতী কাভেরী গোস্বামীদি ?



থুংলরে,

শ্রীমতী কাভেরী গোস্বামী থুংলরে ! অৱাংলোমগী পার্কিংদা লেপ্লরে। মাগী মাগী এলাকা লৈনৈ। মখারোম্না মেংবীগীনি। হেঞ্জিনবা য়ানদে। কুমারী মেংবী অমসুং শ্রীমতী কাভেরী গোস্বামী — মাগী মাগী তীর্থ যাত্রিক ফানবা হোৎনরি। তোঙান-তোঙানবা মায়কৈদা লেপ্তুনা লৈনরি। মমীৎ খৎনৈ। মখোয় অনী মরক মরক্তা ৱারী শানৈ, মীয়াম মমাঙদদি পংনা কৌনদে। ইচে ইনাও হায়দুনা য়াম্না নুংশিনৈ। মখোয় অনী তোঙান তোঙানবা মঠকী টেম্পল গাইদনি। নোং-ফাদোক, মখোয় অনীদি খোঙনাং বট মখোঙগী মুর্তি (যোগমায়াগী এন্ট্রি ফি কংফম) মনাক্তা ফমদুনা চিকথনৈ, থম্মোয়গী পাউফ ওদোক্নৈ ; অচাপোৎ য়েন্নদুনা চমিন্নৈ। নোংমনা, মাগী মাগী মঠকী হাকন চংদুনা মরৈ য়েৎনৈ, খুৎথোক্নগে তৌবসু য়াওখি। অমুক হেক্তা খুরুমনৈ। মবানীগী অৱায়-অখুম য়াম্না নুংঙাইবা মতাং য়াওখি। ঙসিসু, শ্রীমতী কাভেরী গোস্বামীনা মেংবীগী মনাক্তে চংলক্তুনা লেপ্লরে।

"হরে কৃষ্ণ ! হরে কৃষ্ণ !" শ্রীমতী কাভেরীনা মখুৎ লোন্নরদুনা খুরুম্মী।

"রাধে রাধে ! জয় রাধে কৃষ্ণ !" কুমারী মেংবীনা খুরুম্বা ওক্তুনা মচেবু নুংশিনা কৌরগা মখাতানা হঙ্গৎলি — "ইচে কাভেরী ! নহাক ঐখোয়গী আশ্রমদা লাকওবা।"

"মাই, মাই!" শ্রীমতী কাভেরী গোস্বামীনা মঙক হাইরপ তৌরগা নোকফেৎ তৌনা খুম্মী — "ঐদি কুমারীসু নত্তনা।"

"অদু ওইরসু য়ানিদা।" মেংবীনা তকশিল্লি।

"মেংবী ! নঙদুম ঐখোযগী লাইফ মেম্বর ভক্ত কুমারী ওইরসিদো।" শ্রীমতী কাভেরীনা মখা তানা নোৎশিল্লকই — "নঙদি মরু অচংবীনি, নঙগী লাইফ মেম্বর ফিসু ইচে পুখৎপীগে।"

(লাইনীংবদা লাইফ মেম্বর ফি লৌখৎপসিবু...) কুমারী মেংবীনা নুংখন্নৈ, মপানথোক্নদি খুমদোক্তে। মোমোন তৌনা হায়রকই — "নখোয়গী ঈথক ইরাংদো ননাওদি কয়া পামজদে।"

"মীবাদাসী ! হৌজিক্তি নখোয়গী শিজ লাইওংবী অমদি মীরাবাইগী যুগ অদু নত্রে। লাইদা ওংবী ওইরসুনে...।" শ্রীমতী কাভেরী গোস্বামীনা মখা শমথরদুনা হায়রকই — "মোর্দন এজনি, লাইসু নীংগদবনি, অদুগা মীসু ! মপানগী ওইবা শো ময়ামসু তৌবা তাবনি, মেম্বর মশীং হেঙ্গৎহনবা চংঙি ; নৎত্রবদি টেম্পল বিজিনেশ মুৎথরক্কনি।"

"অদুসু চুম্মী ইচে !" মীরাদাসীনা ঙাইহাক লকক তৌরগা হায়রকই — "তৌবতবু ভক্তিরস য়াওদবদৌনা উইদা, মপানগী ওইবা শোনা খরা হেল্লপ তৌই, লাল্লবসু ননাওবু ঙাকপীয়ু।"

"ভক্তি!" শ্রীমতী কাভেরীনা ঙাইহাক্তং লেপলগা হায়রকই—"মফম মতমনা পুরকপা অহোংবনি, মেংবী!"

"ইচে! ঙসিদি ব্রা অমদুম হংগেনা।" কুমারী মেংবীনা ব্রাথেদুনা হায়রকই—"শেংনা শেংনা খুমগদ্রা?"

"করি ব্রানো, ইনাও?" শ্রীমতী কাভেরীনা হংঙি।

"ইচেগী স্বামীসিবু কনানো?" কুমারী মেংবীনা হংঙি।

"হেমন্ত গোস্বামী!" শ্রীমতী কাভেরী গোস্বামীনা নোকফেৎ তৌরগা নোংশিল্লকই, "নঙগীদি কনানো, মীরাদসী?"

"ঐদি কুমারীনি! শেংলবী কুমারী!"

"নঙবো কুমারী? হুম! ঐ থাজদে।" শ্রীমতী কাভেরী মঙক হাইজে।

"সুরধুনী গঙ্গানা সাখি! ঐদি কোনশেংনি, ইচে!"

"মেংবী! সহজিয়া কল্টনা অথোইবা লাইনীংনি। ঐখোয়গী সাধনা দাসীসু মচানুপা অনী পোক্তুনা লাইনীংলি।" শ্রীমতী কাভেরী গোস্বামীনা হায়রকই—"কান্নদে মীরাদসী! নব্রা নাইয়ু! ঐখোয়গী আশ্রমদা, ব্রহ্মচারী পালন লোইরবা পাখণ্ড য়াম্না লৈকো। হরিদাস গোস্বামীনা নঙবু পাম্মী হায়রকই।"

মেংবী মমীৎ লংখৎলি—"হা! ইব্রা নাইয়ু হায়বা? ঐবো হরিদাস গোস্বামীদা?"

"হোয়নে, লাইনীংগে হায়রবদি...।"

"ইচেসু হান্না...?" কুমারী মেংবীনা খঙনিংনা হংঙি।

"অদুনবু, ইচেসু শ্রীমতী কাভেরী গোস্বামী মিংথোল ফংলিবনি।"

"ঐগীসু লৈয়ে লৈয়ে..।" কুমারী মেংবীনা নোকফেৎ তৌজে।

"কনানিনা?" শ্রীমতী কাভেরীনা খঙনিংনা হংঙি—"হা! কনানো, মেংবী?"

"নোংমা খঙলক্কনি, ইচে!" কুমারী মেংবী নোকফেৎনৈ।

"হো, অদুনিদনা মেংবী! হরিদাসকা নঙগা লম্বা চায়।" শ্রীমতী কাভেরীনা খংহায় অমুক হায়রকই—"ঐ চৎলে মেংবী! ট্রেনসু থুংলরে। ঙসিসু ঐগী স্পিসিয়েল যাত্রিক খরা লাক্কনি।"

শ্রীমতী কাভেরী গোস্বামী অব্রাংলোমদা প্রপ প্রপ চেল্লোকপ্রে। মিকুপ খরগী মতুংদনি। টেম্পল গাইদ অনীনা মাগী মাগী যাত্রিক পুরগা খুল মনুংদা চংশিনব্রে।



পুণ্যধামগী এলাকা হৌরে।

ষ্টেসনগী মেন গেট্টা লৈরিবা খোঙলম্বী অচৌবা অসিগী মতোনগা ষ্টেসন রোডকা অমত্তা ওইনা শম্নখ্রি। খোঙনাং বট মখোঙদগী নোংপোক ফেল্লে (মৈরম) ওইরপ্পা লম্বী অচৌবা অমা

খুল মনুংদা চংশিনখ্রি। শান্তিলাতা রোড কৌই। মসিনা খ্বাইদগী মরুওইবা লম্বীনি। মণিপুর রোডসু কৌই, তেখড়ীপাড়া রোডসু কৌই। ক্রোস রোড অসি চার আলি নংত্রগা তিন আলি হায়নসু খঙনৈ। কৌবসু য়াই, ষ্টেসন রোড অসিদি মশাং অমনি (খা-ৱাং), মনীং মমাঙ অনীগী লম্বী শম্নফমনি। ষ্টেসননা কেন্দ্র ওইরগা খুল মনুংদা (গঙ্গা মপান য়ৌনবা) চংশিন্নবা লম্বী মরি অমসুং লৈরক মচা কয়া লৈরি। অৱাং খুন্দোনগী লম্বীনা বাড়ল ঘাট (মায়াপুর ঘাট) তাবা লম্বীনি। ষ্টেসন রোড মমাঙগী লম্বী অচৌবা অসিনা মণিপুর রাজবাড়ী, শ্রীঅনুপ্রভূ মন্দির অমদি মণিপুর ঘাট তাবা লম্বীনি। হোলি মাদরগী সুরধুনী গঙ্গা মন্দির তাবা লম্বীসু মসিদা চংবা তাই।

চুমদ্রিং অসুম চংশিনবীয়ু !

লৈকংথোং মথক্তগী উরিবা শক্তম, পৌরপ্না মীৎয়েং তবীসি। ষ্টেসন রোডতগী মমাঙ পাংনা হায়জিনখ্রিবা লম্বীশিংগী নম্বর (মশীং) মখারোমদগী থাবা হৌই। গৌরাঙ্গ সেতু মখোঙদা জিবো মাইল খুটি য়ুংঙি ; থোংখোঙদগী মনীং পাংনা (ৱাংতক্স) কাপথরক্তুনা ষ্টেসন রোডতা শমনৈ। মসিনা লম্বী নম্বর ৱাননি। মণিপুর ঘাট তাবা লম্বীনা নম্বর টুনি। অৱাংলোমদা খরা চংখৎলগা লম্বী নম্বর থ্রিনি। অৱাং খুন্দোনগী বাড়ল ঘাট তাবা লম্বী নম্বর ফোবনি। লম্বী নম্বর ৱান, টু, থ্রি, ফোব — খুল মনুংদদি মিরাং মহুমদৌনা কোইশম শম্নে — ৱানগী মতোন্দা, টুগী মতোন, টুগী ময়াইদা থ্রিগী লৈরক মচা মচা কয়ানি। খুল মনুংদা গঙ্গা মপান ওইরপ্না মণিপুর রোড, মণিপুর মোর, কোলেব দেঙ্গা রোড অনীনা য়াংলেন শরু ওইবগা কোইশম শম্নখ্রি, শম্নদবা অমত্তা লৈত্রে। শ্রীধাম নবদ্বীপ সহর মনুংগী লম্বী, পীকচরবসু ফজনা শেম শাখ্রবা লম্বী থোংগী কায়াৎ উবা ফংগনি। মেন রোডশিংদগী মশা লোংথোরকপা গলী (লৈরক) মচাশিং মশীং থিঙমদ্রে ; চাম্মগী মথক্তা ওইগনি। নম্বর থাবা য়াওই, থাদবা য়াওই। গলীদি থোইনা মরু ওইদ্রে। খুল মনুংদদি গঙ্গা তাবা ঘাটনা হেন্না মরু ওইরকই। ঘাটকী মমিং খঙলবদি লাইশঙ মন্দির থিবসু লায়গনি। মীচেন মীরোৎ থিদোকপসু লায়রগনি। ঘাটকী ৱাফম থমখিসি। খুল মনুংদা চংশিনবা য়াদ্রি। মিকুপ অমত্তং লেপ্পীখো।

শ্রীধাম নবদ্বীপ হোজং লম্বী নম্বর টুগী অৱাংথংবা চিদাইদা হোটেল, দুকান পরেং লৈরি অৱাৎ অপা লৈশিনবীয়ু। যেংবীয়ু, মখাবোম থংবা চিদাইদা, মন্দির অহুম য়ুমথংন্দুনা লৈরে, লোকনাথ মন্দির, হনুমান মন্দির, শিব মন্দির। লাইশঙ মমাঙদা প্রণালী বোক্স। অঙম অঙম্বা কৎপীরম্মু। কুমারী অম্বিকা চৌধুরীখোয়গী লাই য়াওরি ; শেন কৎলমদনা চংশিনবা নুংঙাইরোই। মখোয়গী মী থাদোক্তুনা থম্বনি ; মশক খঙখিগনি ; থৌবা মুনবা লাকপা য়াই। চৌধুরানীসু যোগমায়াদৌনা শাথিবীনি। অম্বিকা গেট লাম্থেক্লবদি থোইনা অপনবা লৈররোই। অদুগনে যাত্রিকশিং ! তীর্থ স্নান চৎপা হায়বা অসিদি শেন তিংবা তাবনি ; শেন পাম্মুবীরুনু। মীনা পেল্লবদি লাইনসু থৌজানবীরক্কনি। নখোয়না দান ধর্ম্ম তৌদুনা কৎপীদ্রবদি গৌড়ীয়া মঠকী পুজবীশিংদি করম্না হিংগনি ? খূনিং মোদোন কাঙদুনা নখোয়বু ঙাইরমগনি।

লেঙশিনবীয়ু, পূক্নিং হেদৌ কাদনা। লম্বী চুথেক খুদিংগী লাইফম লাইশঙ কয়ানি। ঘাট হিদেন খুদিংগী দেবদাসী কয়ানি, অতিথি সেবা ফবীসু লৈবনি। মোংসোং উমং খুদিংগী সাধুবাবা কয়ানি, লমহাং তুহাং খুদিংগী আশ্রম আখড়ারা কয়ানি, মীথুংশঙ ৱাংতবনি ; চাকলেন শেনখায় হোঙবনি। সুরধুনী গঙ্গাগী নোংচুপ থংবা তোবর্বান্দা মরুওইবা লাইশং মন্দির ৪৫ লৈবনি ; নোংপোকথংবা তোবর্বান্দসু লাইশং মন্দির ২৫ লৈবনি। শ্রীধাম নবদ্বীপ অমসুং শ্রীধাম মায়াপুর, হৌজিক হিদান্নরি, দিষ্ট্রিক্ট কোর্টগী হায় কোর্ট্রা কেশ লানখৎখ্রে হায়রি। মুন্নরি, নিমাই জন্মস্থান ! বিচার পতিনা রাই পীবা ঙমদ্রি। পীথোকপসু য়াদ্রি।

ঙাকপীগনি, যাত্রিকশিং ! ঙাইহাক্তং মতম লৌজরে। ৱাকোঁই নত্তে, ৱামচংনি ; লম্মীং তুম্মীং খরদং থমজবনি। মতুংদা য়াম্লা কাল্লরকপা য়াই। য়েংবীয়ু অমুকস্‌সু !

রেলৱে ষ্টেসনগী খোঙনাং বট মখোঙ অসি বস পার্কিংসুনি। বস কয়া থৌজিল্লকলে। গৌরাঙ্গ সেতুরোমদগী মুর্শিদাবাদ অমদি শান্তিপুর ফাওরগা লাকপা বসশিং — মফম অসিদা ঙাইহাক্তং ওইরবসু খামলৈ। মীওই কয়া কয়া পুশিল্লকই। শ্রীধাম নবদ্বীপ পৌরসভা (মিউনিসিপালিটি এরিয়া) এলাকাগী নেট ৱার্কিং রোড সিষ্টেম — লম্বী নম্বর ৱান, টু, থ্রি, ফোর মরি অসিদগী শন্দোকফম ওইরি। ষ্টেসন মমাঙ অসিদগী চংনিংবা, চংনিংবা মফমদা য়ৌশিনবা য়াবনি। মী য়াম্লা পুনবা মফমনি। ঙাইহাক লৈতনা মীথুংফম ওইরিবনি। রিক্সোগী অৱাংপা লৈতে। ভারাসু য়াম্লা লৌনদে। লুপা ১০০না মন্দির কয়া কোয়বা য়াই — সোনার গৌরাঙ্গ মন্দির, শ্রীনবদ্বীচন্দ্র, নিত্যাইনন্দ মন্দির অসিনচিংবা মথং মথং লৈবনি। রিক্সোৱালাশিং মপুকচেল শেংঙি, লম্মীং তুম্মিংসু খঙই। উংপাং তৌদে, মখোয় প্রভু থাজে। মখোয়গী মতেং লৌরোঁই হায়রবসু 'টেম্পল গাইদ' নৎত্রগা 'টুরিষ্ট গাইদ' কয়াসু তীর্থ যাত্রিক ঙাইদুনা লৈবনি।

দেবদাসী কয়াসু লৈবনি। মখোয়সু লোয়নবা নুংঙাইবনি। চংখোনবী ফজবী কয়াসু য়াওবনি। মীৎয়েং কারনদি তৌকনু। মখোয়দি কৎথোক্লবীনি, মখোয়দি থাদোক্লবীনি। কৈ অমোম অনী লৈবনিকো, হৈনা চেকশিন্না চংবীয়ু। কৈ অমনা কালিকানি ! কৈ অমনা পাম্বেইবীনি ! কৈ অনীগী মরক্তা, নোংশা অমোম অমসু লৈবনি।

নোংশা অমোম ! অতৈ কনা নত্তে।

শ্রীমতী কুমারিকানি !



শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা ওংলরে !

শ্রীমতী কুমারিকা, শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা ওংলরে। মাগী হৌফম শাৎফমদা মফম চানা ওংলরে। মহাকসু, মমাইবেম্মা য়েংখোম ফজবীদৌনা শ্রীধাম নবদ্বীপ ওংবী কৌবা য়ারে, খেন্নবা খরদি মরৈরি। মমাদি পন্দিত গঙ্গাদাস বাবাজিদা স্বামী ওইদুনা শ্রীমতী রাধিকা দাসী হায়বা মিংথোল ফংজখি। শ্রীমতী কুমারিকাগী স্বামীদি কনাবু ওইরিগবা ! শকলোংপা, শকউদবা খোয়ুম নৎত্রগা মতিক মগুণ লৈরবা সাধু সন্ন্যাসী অমদা ওইরম্বা য়াইকো।

মাগী পুন্সিগী নবদ্বীপ চেপ্টর ! তংদু লৈতাখ্রবনি। মফম অসিদা ওংলবসু য়াম্লা কুইরে। নদীয়াবাসী পুম্নমক্না মহাকপু শকখঙখ্রে। মহাক্না, খ্বাই ময়ামগী মশক থোকপা থবক অমা তৌখ্রে। মসিদা, নদীয়াবাসীশিংনা য়াম্লা পেন্নখি। মহাকপু ইকায়খুম্নবসু উংনৈ। মহাক মশাগী ফিদম- ফিরেপ অমসু শেমগৎচবা ঙমখ্রে। মহাক্না, মতম অমদা য়াম্লা পামজখিদবা মাগী মমিং, শ্রীমতী কুমারিকা হায়বা অসিনা হেন্নদুম পোপুলর ওইথোকখ্রে, য়াম্নসু মগুণ লৈরক্লে, য়াম্নসু দিষ্টিং ওইরবা মিংথোল অমদুম ওইররে। মাবু খঙদবা লৈত্রে, মমিং অসে চীনফা পুনখ্রে। কনানসু নুংলোন থিনখিদ্রে। মহাক মৌরা নৎত্রগা লৈশাবী অশেংবী ওইরিব্রা হায়বা কনানসু হংনখিদ্রে।

অঙকপনি ! মাগী পুন্সি খোঙচং !

শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা মহাক পোকই ; মণিপুরদা চাউরকই। মণিপুর থাদোক্তুনা লাকই। প্রেমধোনী নগরদা শাইন্দাংফম ওইরুই। প্রেমনিকেতন থাদোক্লমলে। শ্রীমতী কুমারিকানা প্রেমনিকেতন থাদোক্লম্বা য়াম্না কুইরে। অতে মফম কয়াদসু ফাইরুরে ; মফম কয়াদসু মতেক মতেক লমদল্লুরে। মশম চোংখৎলকই ; অমুক কোকথোকই। কাইনথংদা, শ্রীধাম নবদ্বীপ য়ৌবকখি। চহী কয়া মমাঙগী ৱানি। মতম অদুদা, মপা ইবুংঙো গঙ্গাদাস বাবাজিসু মশা ইদুনা লৈরম্মী। মপাগী সেবা মতেক অমা ফংজখি।

"ইপাই ইবেম্মা সুরধুনী !"

পন্দিত গঙ্গাদাসনা মচানুপীগী মতৌ উবদা পুমঙক ঙকখি। অনা ফমুংদা হিপ্লা হিপ্লা মচানুপীবু য়েংলগা হায়রকই—"নঙনা তৌরিসিবু করি মতৌনো ?"

"বাবাজি !" শ্রীমতী কুমারিকানা মপাগী মনাক্তা ফম্না ফম্না হায়রকই—"নচাদি হৌজিক ফাওবা নৈশাৎত্রিবী লৈশাবীনি। বাবাজিনা নচাদা থোনবীখিবা শ্রীমতী কুমারিকা হায়বা ইমিং অদু চপ হেক চারবীনি, অদুনা পুন্সিসে..।"

"হা ! নঙবো, হৌজিক ফাওবা ? বিষ্ণু বিষ্ণু ! অঙকপনি ! হে ভগবান নঙগী লীলা !" পন্দিত গঙ্গাদাসনা মখা তারদুনা হায়রকই—"অদুনা অসুপ কুইবসি নয়ুম পাল্লু য়াদ্রিবা ওইরেকো।"

"বাবাজি ! ইনাওবী গঙ্গানা মঙজরম্বা মঙ অমদি নচানা পাওথোকচগে খল্লি।" শ্রীমতী কুমারিকানা বাবাজিদা হঙ্গৎচৈ।

"করিনিনা ? গঙ্গানা করি হায়রম্মী ?"

"নচানা 'কুমারীত্ব সাধনা' নৎত্রগা 'কুমারী কল্ট' হায়বা অমা হৌদোক্লগে হায়দুনা খঞ্জরি।" শ্রীমতী কুমারিকানা মপা ইবুংঙোদগী পাউতাক লৌবা ওইনা হঙ্গৎচৈ—"মসিদা বাবাজিগী ৱাই করি লৈবীবগে ?"

"মদুদি য়াম্না ফগ্রবা লাইনীং মখল অমনি, ঙমনদবৈ ৱানি।" পন্দিত গঙ্গাদাসনা মখা শমথরদুনা হায়রকই—"য়েংঙ্গদনা, নঙগী ননাওনুপী গঙ্গা অদুনা মপুন্সিগী লাইনীংবী ওইদুনা ময়ুম পাল্লোই হায়খি অদুগা ঙসি ফাওবা মফম খঙখিদ্রে...।"

"অদো, নচানুপী ঐনা পাঙথোক্কে খঞ্জরি। মপী মপা লৈত্রবা অঙাং কয়া অমসু য়োকসিরা খন্দুনা নুপীমচা অমসু নুংশিমনখ্রদুনা পুরকল্লগা থৈদোক্তুনা থমলি।"

"হা ! নুপী মচা অমসু নঙনা পুরকল্লবা ?"

"অহোয়, নোংমা নচাগী ফিজি পায়দুনা য়ান্নরকই, ঐঙোন্দা 'আইমা' হায়দুনা কৌরকই। পৃক্সিন্দা তিং লাউখি।" শ্রীমতী কুমারিকানা মখা শমথরদুনা হায়রকই—"আইমা হায়বা নুংশি মীকৌ অদু তাবদা অঙাং অদুবু ইচা ওইনা য়োকনিংলকখি। লমজানি, অঙাং অদু কনাসু লৈত্রে। বোলপুর ষ্টেসন্দা থেংনবনি। চন্দ্রিমানা ঐবু য়োকপীরকপা অদুসু খঙনীং হেক নীংশিংলকখি। নচাসু মতম কুইনা লমজানু ওইদুনা ওম্বেক্ল ৱানা হিংলকখিদো, বাবাজি !"

শ্রীমতী কুমারিকাদি নোংমতসু খোঞ্জেল থোক্ল কপখিদে। মোমোন মোমোন তৌজবীনি। মিকুপ অদুদা খোঞ্জেল থোক্ল, থম্মোয়সু নুংহিক্ল কপখৎলকই।

পন্দিত গঙ্গাদাসসু মপূক্লিং নুংশিরক্তুনা খোঞ্জেল ফাইরপ্না হায়রকই—"ইপাই ইবেম্মা শ্রীমতী কুমারিকা! নঙদি থম্মোয় চাওবীনি! নঙ ইপাবু ব্বারৌগনু। নঙনা নীংলিবা পুম্নমক থুংজবা ওইয়ু! নমা ইবেম্মা শ্রীমতী রাধিকানসু মফম অসিদা লমজাশিংগী শাইদাংফম ওইহননিংখি। নমানা নীংজরম্বা পুম্বসু নঙনা থুংহল্লু। ফংত্রবা নপা ঐনা নমাবুসু লমজা ওইহনখি।"

"করি হায়বা বাবাজি?" শ্রীমতী কুমারিকানা ঙক্তুনা হংলকই—"ইমাবু বাবাজিনা লমজা ওইহনখি হায়বদি করি করম্না মওংদনো? নচাদা শেংনা হায়বীরম্মু।"

"ইপাই ইবেম্মা! অসুম থোকউ হায়বদুনি, কনানসু পুম্নিবু তম্না ঙমদে।" পন্দিত গঙ্গাদাস বাবাজিনা হায়রকই—"নমা ইবেম্মা শ্রীমতী রাধিকা মিংথোল ফংখিবী মহাকসু মীহাৎপী মীচেন অমনি; মফম অসিদা লোৎপা লাকখিবনি। অদুগা, নপা ঐসিসু অতোপ্পা রক্তকর অমনিনে, সুরো! অমবু ওইরে, ঙসিদি লীথোক্লমলগে, শিগদবসু কুইদ্রে। নঙদি খঙহৌরো, চীঙ্গাং লান্দুনদি শন্দোকম্লুরগনু।"

"বাবাজি! অঙকপা ব্বারী অদো নচাদা মরিক চুম্না লীবিরম্মু, কনাদসু হায়দোকচরোই, নচানা শিবদা পুজখিগে।"

"অদো ইবেম্মা! গৌতমীদাসী লৈব্রা? মহাক ফাওবা তাহনবা য়াদবনি।"

"লৈতে, বাবাজি! নচানা পাখোন থাখি।"

"অদুগনে সুরো, গঙ্গামা অসে লুনা তৌবীয়ুকো।"

"ফগনি, বাবাজি!" শ্রীমতী কুমারিকানা মখা তানা হঙ্গৎচৈ—"ব্বাবী মখা চৎথবীয়ু।"

পন্দিত গঙ্গাদাস বাবাজিনা মহাক্কী অমদি শ্রীমতী রাধিকাগী অঙকপা ব্বাবী অদু শমপৎনা হায়বকই—"সুমদৌবনি, সুরো। নঙগী নমাগী অপোকপা অদু ঐগীদি ইতাওনি। শোয়বদগী অমদি খঙদবদগী ইপানা পুলিস ওইরিঙৈদা মহাকপু হাৎখি। লমজানু ওইরবী নমানা লমন খুম্না ওইনা ঐঙোন্দ ওংলখি। নমাসে ইচাগুম্বীনি। নমাগী মিসন কাইনথংদা খঙলকপনি। ইপাই ইবেম্মা! ইপানা পাপসু তৌখ্রে, পুণ্যসু তাল্লব্রা হায়দুনদি খল্লি। নঙনা অমুক নমাগী নীংজবা থুংহল্লু। লমজা য়োকপী ওইয়ুকো।"

"বাবাজি!" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই—"বিধিবুদি কর্ম্মনা মরুনি হায়বা অদু বাবাজিনা উৎপীবমলে। নচাসু শাইদাংকোন অমা চলাইরগে হায়দুনা লেপচরে অদুগা ঐ ইশামক্লা শ্রীমতী কুমারিকা ওইনা কুমারী কল্ট নৎত্রগা কুমারীত্ব সাধনা অসি শোয়দনমক হৌদোকচরগনি। ময়ুম পাল্লোই হায়বা কুমারী কয়া থেংনরুবে।"

"কুমারীশিংদো ননাও নুপীদৌনা চেনখ্রবদি কমদৌবা?"

"মদুসু করি অমত্তা কায়দে, বাবাজি!" শ্রীমতী কুমারিকানা শমথরদুনা হায়রকই, "সহজিয়া কল্ট নৎত্রগা সহজিয়া সাধনা হায়রিবা লাইনীং লম্বী অদুগী মতুংইন্না লাইনীংবা লাইনীংবীশিংনা আশ্রমদা পুন্না লৈমিন্নবা য়াই, মচা মশূ পোকপসু য়াই।"

"ইপাখোয়না তৌখ্রিবা, চৎখ্রিবা লাইনীংদি মদুনি।" পন্দিত গঙ্গাদাসনা মচানুপীগী ব্বাঙাং লোইদ্রিঙৈদা মরক থৎতুনা শমথরকই—"মদুনসু অথোইবনি খন্নে।"

"নচাগীদি মদু নত্তে, আশ্রমদা লৈবদি য়াহল্লোই।" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই, "ইনাওবী গঙ্গানা লৌখ্রিবা ফিরেপ চুম্মী। মহাক্ল পূক্লিংগী অপাম নুংশি খুদুম চনবা ঙমখিদ্রে,

অদুনা মহাক চেনখ্রে, আশ্রমদা হঙ্কিনফম থোক্তে হায়বসি মাগী ফিরেপনি। পথাপ অসিমক ঐগী আশ্রমদা চংথবসু য়াহনগনি। তৌবতবু সহজিয়া কস্টপুদি শৌগৎলোই।”

“নঙগীসিবু সুরো!” পন্দিত গঙ্গাদাস বাবাজিনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই—“কুমারীশিং অদু লাইওংবী নৎত্রগা দেবদাসী কস্ট ওইনা লৈহনগদৌরিব্রা ?”

“জগোইশাবী দেবদাসীদি ওইহল্লোই।” শ্রীমতী কুমারিকানা নাকোইনদুনা হায়বকই, “দেবদাসী ওইনা হিংজনীংবসু লৈহনবা য়াই, ময়ূম পানশ্রবদি কুমারী ওইদ্রবনিনা, মপান্দা লৈহনখিগনি। ঐহাক ইশানা কুমারিকা অমা ওইরে হায়দুনা নুপী খুদিংমকপু য়ুমনাইদবী কুমারী অমা ওইয়ু হায়বা নত্তেদা, বাবাজি! ঐগী আশ্রমদা, লম্মুক্লরবী, মরাইবক থিরবী মকওইনা কুমাবীশিংতবু থমজনীংঙি।”

“ইপা য়ারে নঙগী পান্দম।” পন্দিত গঙ্গাদাসনা ঙাইহাক খল্লগা অমুক হাযবকই, “অদো, সুরো, য়ুমনাই শোযদুনা লৈতাফম খঙদ্রবীশিংদি লৈফম পীবোইদ্রা ?”

“মখোয়গুম্বী নুপীগীদি নারী আশ্রম কয়া হান্নদগী য়াম্না লৈখ্রে, বাবাজি!” শ্রীমতী কুমাবিকানা মখা তানা হায়বকই—“কুমাবী অবিবী অমদি তংদু লৈতাদ্রবী কুমাবী কয়া অমা নচানা থেংনজবকই, মখোয়গী শাইদাংফমবু ওইরবসু, মতম খরগী লমদনফমবু ওইববসু কুমারী নিকেতন অমা লীংখৎপসি য়াম্না লাল্লগদ্রনে, বাবাজি ?”

“লানদে লানদে, ইপা য়াবে।” পন্দিত গঙ্গাদাসনা মচানুপীগী মকোক্তা নাম্ভূবীবদুনা হায়বকই—“তথাস্তু ! তথাস্তু !”



মিকুপ অদুদা,

গৌতমীদাসীনা নুপীমচা অমা মখূৎ শমলদুনা কা অদুদা চংলকই। পন্দিত গঙ্গাদাস অমদি শ্রীমতী কুমাবিকা মপা মচা ৱাবী শাবা চপ লেপখি।

“আইমা!” নুপীমচা অদুনা অসুম কৌবগা চেনশিল্লকই।

“ইচা লাকএদনা।” শ্রীমতী কুমারিকানা মপাগী মনাক্তগী ফুক হৌগৎতুনা চেপ্পোবকলে। নুপীমচা অদুবু মপাগী মনাক্তা পুশিল্লকই, অদুগা হাযবকই—“বাবাজি ! নুপীমচা অসিনি, নহালখৈ বান্দেলগী চিলদ্রেল হোমদা থমলুবনি, ঙসিদৈদি গঙ্গামাগী মনাক্তা থমলগে হায়ববু...।”

“নঙনা তৌবদা ইপানা য়াদবা অমুক লৈত্রে।”

শ্রীমতী কুমারিকানা নোকফেৎ তৌবগা নুপীমচা অদুদা হায়রকই—“ইবেম্মা ! ইমাগী মেদোন, পুপু বাবাজিগী চরণ শোক্লা খূকমজহৌ।”

অঙাং অদু য়াম্না মক মনাও কাংঙি, মচীন মখা য়াংঙি। নীংথিজনা তম্বী তাকপীরকলে হায়বগী মতৌ উই। ইকায়থিবী অমসু ওইদে। মরোলদি খোইতক্লরি। মশক মতৌ য়েংবা নুংঙাই। মোংতাই সুংতাইনরম্বী নুপীমচানি, য়াম্না তরু তনাল্লে ; ফিরোলসু মওং তানা লৈতেংবীরে।

কুচুসু ত্তৌই, মদুদা য়াকশিল্লপ তৌনা ঙাংলবা ফুরিৎ অমসুং ফর্ট শম্নবী শেংলি ; খোঙউপ তোংলক্তে, মপান্দা থমলম্মী।

নুপীমচা অদুনা মমাশাবী শ্রীমতী কুমারিকাগী মখুৎ থাদোক্লগা প্রপ প্রপ চেনশিনগ্রে, বাবাজিগী খুয়াদা লেপ্পী, মরাইবক্তা খূদোন অনী থেংনা খূরুমলগা হায়রকই—“পুপু বাবাজি ! নশূনা খুরুমজরি।”

পন্দিত গঙ্গাদাস বাবাজি শ্বাই লাওই। মহাক্না মমীংতা মচানুপা অমত্তং পোকচনবা লাইনীংখি। ঈশ্বরনা হায়বা তারে, মনুংগী থৌওংদি মীওইবনা উরুদে। মচানুপী অনী ফাইবোক ওইনা ফংজখি—“সুরধুনী গঙ্গা !” মহাক পেল্লে ; মচানুপী গঙ্গানা মাগী সেবা তৌরকই। মাগী শিরমদাইদা নুপা মরাই অমা হেল্লবী মচানুপী শ্রীমতী কুমারিকানা ফমশেন্নদুনা সেবা তৌররে। মচানুপা পোত্তবসু য়ারে খল্লকই। মমীংতা মশূসু উনিংলম্মী। মচানুপী শ্রীমতী কুমারিকানা মচা শারদুনা য়োকচরিবী নুপীমচা অদুনা ‘পুপু বাবাজি’ কৌখিবদু হায়ফম খঙদনা নুংঙাইখি। মচানুপীনা পোকচবা মশূনি হায়দুনা খঞ্জখি ; অদু অদাগী বাখল খনবা ঙমলক্তে।

“পুন্সিয়ু পুন্সিয়ু, ইশূদি !” পন্দিত গঙ্গাদাসনা মখা শমথরদুনা হায়রকই—“মাঙদা লাউনে, ইপু নশক য়েংগে।”

“হোয়, পুপু বাবাজি !” নুপী মচা অদুনা খুয়ারোমদগী থোরকলগা বাবাজিনা হিপলিবা ফমুংগী ফম্মাংদা লেপলরে।

“ইপা চেপকে, শ্রীমতী !” গঙ্গাদাস বাবাজিনা হায়রকই।

শ্রীমতী কুমারিকা চংশিলত্তুনা মপাগী ফমুং মচিন্দা ফমলরে, মপাবু তপ্না তপ্না চেপহল্লি অদুগা হায়রকই—“বাবাজি ! আনোক উপলগা মুন্না য়েংঙুকো নশূদো, সে সে আনোক।”

“ইপাদি মীৎ য়াম্না থৌরি, য়ানিদা।”

“অমুক্কা হেন্না ময়েক শেংনা য়েংনবা হায়বনিনে, বাবাজি !” শ্রীমতীনা মপাদা আনোক উপশিন-উপশিন্না অমুকসু শমথদুনা হায়রকই—“য়েংঙু, য়েংঙু ঐগী ইচা, হায়বদি বাবাজিগী নশূদো মুন্না অমুক্তং য়েংবীরম্মু, বরসু পীবিরম্মু, য়াম্না মরাইবক থিরবিনী। অদুবু মাগী আইমা ঐনা মীথোই মীহেনবী নুপী অমদি ওইহনগে খল্লি।”

শ্রীমতী কুমারিকা পেহৌ পেহৌ তৌই অদুবু খুদক্তা নোকফেং অমুক হেক্তা তৌরকই।

পন্দিত গঙ্গাদাস বাবাজিনা নুপীমচা অদুবু মুন্না, মমীৎ কুপ্তুনা য়েংলুরগা থুক লাউরপ তৌই ; ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই—“ইপাই ইবেম্মা, শ্রীমতী কুমারিকা ! ইশূগী শকফমসিবু . . . !”

মীতেক মীরৌ খঙলবী শ্রীমতী কুমারিকানা মরক খঙথৎ থৎতুনা হায়রকই—“বাবাজি ! ঐগী শকফম মান্দ্রনে ?”

পন্দিত গঙ্গাদাসনা নুপীমচা অদুবু অমুকসু মুন্না য়েংলগা হায়রকই—“হোয়নে হোয়নে নমা রাধিকাসু মানগুম তৌই।”

শ্রীমতী কুমারিকানা খুম্মী—“ই ! বাবাজি ! হৌজিকসু রাধিকা কাউদ্রিবোই। ইচাবুদি মমা মান্দ্রদি কনা মান্নি হায়গে, বাবাজি ?”

“হা ! করি হায়বা ?” গঙ্গাদাস বাবাজি মমীৎ লংখৎলি।

“ফাগী তৌবনিদা, বাবাজি !” শ্রীমতী কুমারিকানা ইচম চম্না হায়রকই—“নশূ ময়াম অমসু

লৈরখিগনি আশ্রম অসিদা। মতম খরদি হিংখোকো। ঐদি শ্রীমতী কুমারিকানি, পুম্নমক্কী মমা অথোইবী অমা ওইজনিংঙি। অর্শিবাদ পীনবিরম্মু।'

"ইপাই ইবেম্মা সুরধুনী! ইপা পেল্লে। নঙবু ইচা ওইনা ফংজবসে কয়াদা লাইবক ফগ্রবা! নঙনা নীংবা পুম্নমক থুংজহৌরো।" পন্দিত গঙ্গাদাস ঙমখে লৈতনা পেঙ্ককপী মতৌ উংলদুনা মখা শমথরকই—"নঙদি সুরধুনী মাইয়ামকনি; মহাক্কী বরদগীসু ফংজখিবীনি, গঙ্গাসু নঙনি। ইপানা নঙোন্দা থাজবা থম্মী। শাইদাংকোন অসিগী মমিং হোংদোকউ, ইপাগী মিং মুৎথৎলু, নমাগী মমিংসু মুৎথৎলু। ঐখোয়দি মীচেন মীরোৎনি। নঙনা "সুরধুনী গঙ্গা" অনীমক ওইদুনা লৈহৌরো। শাইদাংকোন অসি ঙসিদগীদি "শ্রীমতী কুমাবিকা লমজা হাউস" হায়দুনা থোঞ্জহৌরো, ইপানা অয়াবা পীবমলবনি। মফম অসিদা মপী মপা লৈত্রবা অঙাং কয়াগী শাইদাংকোন ওইহল্লু, ননাওনুপী গঙ্গানা নীংজরম্বা ইচ্ছাসু মচে নঙনা থুংহল্লু। হৌজিক্তি ইপা খুয়া তুশিৎন্না শিবা ফংজবগনি।"

"য়াথং অদুমক ইকোক থোংনা য়াজরি।" শ্রীমতী কুমারিকানা মেদোনগা লোয়ননা মকোক নোম্বুরকই।

পন্দিত গঙ্গাদাস বাবাজিনা অনীমক্কী মকোক মকোক্তা নাম্বুবীরদুনা হায়রকই—"তথাস্তু! তথাস্তু! ইপা মীৎ উইশিন্দুনা ধ্যান তৌখ্রগে... ঐবু হৌদোকলগনু, নাম শোন্দুনা ব্রত তৌরগে, ইপা চৎলগে খল্লে, ইস্থৎ ইরেং শিনবীনবা লৈরোইদ্রা বারবনি। ইপাগী লন থুম পুম্নমক মীওইবা জাতিগী সেবদা কৎথোকলম্মু। নঙগী শ্রীমতী কুমাবিকা হায়রিবা নমিং অদুগী মরুমদা নমাগা ইপাগসু লোৎতুনা লৈজগেকো।"

"নত্তে নত্তে বাবাজি!" শ্রীমতী কুমরিকানা হঙ্গৎচৈ—"পন্দিত গঙ্গাদাস শিরোমনি অমদি শ্রীমতী বাধিকাদাসী অনীগী মঙালদা নচানা ঙাক্কগদৌরিবনি।"

"ইপা মীৎ উইশিল্লেকো..।"

পন্দিত গঙ্গাদাস শিরোমনি মমীৎ উইশিনখ্রে।



নুমিদাংনি।

নুমিৎ মঙানিগী মতুংদনি। পন্দিত গঙ্গাদাস শিরোমনি, খোইদৌবা শান্নবা থাদোকখ্রে। অনাবা খংহেন হেঞ্জিল্লকই। মনাক্তা মাইবা, হরিনাম শক-শোনবা ভক্তশিং, গোপী সিনহা, গৌতমীদাসী, শ্রীমতী কুমারিকা মমামচা অসিনচিংবা ইকোয় কোয়না ফমশেন্নদুনা লৈরম্মী।

পন্দিতজিনা মমীৎতি পাংথোকপা তৌদনা হায়রকই—"গোপী! ইপা চৎলগেকো; নঙনা নচলবু য়েংশিলহোরো, অদুগা গৌতমীদাসী! সুরধুনী গঙ্গা নচাইবেম্মগী নীংজবা পুন্না থুংহন্নবা মতেং পাংহৌরো। ইপাই ইবেম্মা শ্রীমতী কুমাবিকা! নঙদি মতম পুম্নগী শ্রীমতী কুমারিকা ওইদুনা লৈহৌরোকো। রাধে রাধে জয় রাধে কৃষ্ণ! নাম অসি কাউরগনু! হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হবে। হরে রাম হরে রাম, রাম রাম হরে হরে। নামসিনা কোন্না শোনগদবনি। মসিতনা অথোইবা লাইশোননিকো, ইপাই ইবেম্মা... ইপা চৎলেকো!"

পন্দিতজি মঙক ইল্লকই। মিকুপ খরগী মতুংদা মাগী থবায় মিয়েলনা হকচাং থাদোকখ্রে। কদায়দা তিনখ্রবা ! কনানসু উরবা ওমখিদ্রে, কদায়দা মাঙগ্রবগে হায়বসু খঙখিদ্রে।কয়াদা ওকখ্রবা মীওইবগী পুন্সি পোলোই!

"বাবাজি ! নচাবু ইথন্তা করম্না হিংঙু হায়রিবনো ?"

শ্রীমতী কুমারিকানা থবায় য়াওদ্রবা মপাগী হকচাং কোল্লদুনা তেংথাজখি —"ইনাওবী গঙ্গাসু থিফম খঙদনা মাঙখ্রে, কনানা হায়, গঙ্গা মাইয়াগী ইরোলনুংদা লুপখ্রে, কনানা হায়, মহাক হিংলি, অদুবু কদায়দা ? পুন্সি অসিদা কায়নবা, খায়নবা ঙাক্তা। নচানা ইদোম করিবু তৌসিবা!"

মশানা রত্নকরনি খঙ্গখিবা পন্দিত গঙ্গাদাস বাবাজিগী পোলোই ফজনা লোইশিনখি। মহাক্কী পাপ, পুণ্য ওনখ্রবনি। মাগী ভক্ত, সেবক সখা কয়া থমলম্মী। খ্বাই ময়াম পুম্নমক্স মাগী মথৌ মঙম নীংথিজনা পাঙথোকখি। মচা নুপা পোক্তে হায়দুনা ৱানিংঙাই লৈখিদে। মচা নিঙোলসু মচা পিবাদগী হেন্নবা মতাং য়াওরকই। মরুচংবী মচানুপী পোকপগী কান্নজবা অদু পন্দিতজিসু মফম মতম চানা ফংজখি। মচানুপী গঙ্গা মাঙখিবগী চৈনাখোল কাউথোকপসু ওমখি। শকমান্নবী ফাইবোক মচীন মনাও, 'সুরধুনী গঙ্গা' অমদা অনী পুনবনি হায়বা ৱাখল অমসু ফাওজখি। পোলোইগী সেবা ফংজখিবী মচানুপীদসু সুরধুনী গঙ্গা ওইহৌরো হায়দুনা থাজবা থমলম্মী। লাইবক ফৈন্দা, সিনাম তোয়াই ! ওর্ফে পন্দিত গঙ্গাদাস শিরোমনি।

ফজে, মাগী পুন্সি পোলোই!



শ্রীমতী কুমারিকা মথন্তা ঙায়হৌরে।

মাগী শাগৈ নাতে, মরী মতা, মথং মথং কায়নখ্রে। কাইনথংদা, মাগী অপোকপা মপাসু চৎখ্রে। মাগীনি হায়বদা কনা লৈরি ? মহাক য়াম্না পিদোল্লবী নুপী অমনি। অদুবু, মহাক্তি য়াম্না ঈচং থৌবীনি। লীংজেল খাবীসু। মতম কুইনা তেংথা-নাওইদুনা লৈথোকখিদে। মহাক্স মপাগী নীংজবা থুংহনখ্রে। মমা ইবেম্মা শ্রীমতী রাধিকাগী সমাধি মনাক্তা মপাকুং গঙ্গাদাস পন্দিতকী হকচাংসু সংস্কার তৌবীখি। সমাধিগী নুঙপাক্তা মমিং মথা ফজনা হক্তুনা নীংশিং খুভম শেম্মী। সিনাম তোয়াই ওর্ফে রাধাকান্তা হায়রিবা ওরিজিনেল নাম অদুদি থাখিদ্রে। বেশ মিংথোল থারি 'পন্দিত গঙ্গাদাস শিরোমনি!' মতম অমগী রত্নকর- বাল্মিকি ওনখ্রে, মহৈ য়ানখ্রবা মপোকনি। কর্ম্ম যোগগী ফল ফংজখ্রে। মীহাৎপা মীচেন তোয়াই অদুনি হায়বা কনানসু খঙলরোই। য়েংখোম কহাই মীহাৎকী কেস ! ক্লোজ ফোর ইভর !

শ্রীমতী কুমারিকা কুফা চংদুনা লৈখ্রে। মপা ইকুংঙোনা পৈদুনা থমলম্বা লাইরিক ময়াম পাদুনা মতম লেল্লি। মহাক যোগিনী ওইরকপা তাখি, হান্নদগীসু মখল অমগী যোগিনী ওইরকলবনি। মওংদি মান্নদ্রে। হান্নগী যোগনা ঈথক-ইরাং শাগৎচরুবনি। হৌজিক্স লাইনীং পরে অমনি, ধ্যান যোগনি ; ঈথক- ইরাং অপাম নুংশি পুম্নমক ঈংথহনবনি। মশাগী ফি থোংদবা হকচাং কায়াৎশিং — মিংশেলদা য়েংখিদ্রে। মমায় ফাওবা মিংশেল য়েংখিদ্রে, ঈশিংদা নৎত্রগা লৈ

হাপ্লবা শেঙ্গেংগী শেম্পাক্তা চন্দন থিনবা ওইনা য়েংজৈ। মফি মরোল কোমথোকখিদ্রে, অসুক্কী মতিক চেকশিনখ্রে ; নুপী ফুরিৎ লীৎখিদ্রে। মৈতৈ ফনেক শেৎলি, ঙকশম কাবী ; খুদাং চোনবী কুর্তা লিৎলি, মথক্তা সাড়ী ফিইন ওই, করি ওইনা ইন্নফি অঙৌবা থোল্লি। নোংফাদোক মুগা ফনেক, মুগা ফি থোনবসু য়াওই। গেরুবা মচুদি মহাক শিজিন্নদে। মাগী অনৌবা দ্রেসিং ষ্টাইল অসিসু হেন্দোক্লে মফজে ; মশাদা পকচৈ ; হেক্তা চুশিন্নে। ফজবীনা তৌবনিনা ইফদা হেক ফজে। মশম চোংখৎলকলে। নাচোংথাগী অনৌবা য়েন্নীংদৌনা, অসুম অসুম চোংখৎলকলে। মহাক শমফবীনি, হান্নসু শাম্বান্দোং অমা কক্লগা পুরকই। লোৎশিন্দুনা থমলি। নৌহৌনা অমুক য়েলহৌ ফরবী মাগী শমলাংশিং ! কালিকা লাইরেম্বীগী মতৌগুম্না নীংদু য়ৈনা (অমুক) শাংহনদৌরিব্রা ? কৈনো অমদি তৌরকপা য়াই।

মপাকু বাবাজি লৈখিদ্রবা মতুংদা, মহাক ফনা কুইনা মপান থোকখিদে। গৌতমীদাসী অমদি গোপীদাস অনীদা শাইদাংকোনগী থবক পুম্নমক শিন্নখ্রে। মহাক্ল তুংশিঞ্জরকপা শেনথুম অমদি মপানা লোৎলম্বা লনগৈ — মফম চানা থাদখ্রে। শ্রীমতী রাধিকা শাইদাংকোন অসি অনৌবা মওংদা শেমগৎলকখি, গোপীদা শিন্নে। শ্রীনদীয়া বিহারীগী অনৌবা, ইনৌ হেক নৌরবা মুর্তি অমা নিরূপণ তৌদুনা লাৎপা হৌখ্রবনি। পন্দিত গঙ্গাদাস বাবাজি লৈখিদ্রবসু তীর্থ যাত্রিক কয়ানা মফম অসিদা য়ৌশিল্লকই। গৌতমীদাসীনা পুম্নমক ওকই, অশিন অরাং তৌদুনা মন্দির করবারসু চৎথরকখি।



নোংমা নুংথিলদনি।

শ্রীমতী রাধিকা শাইদাংকোনগী গেট মমাঙদা, রিক্সো অমা খামলৈ। সাড়ী অঙাংবা শেৎপী, মশা নোইতক তৌবী বাঙ্গালী নুপী অমগা নুপী মচা অমগা তোংলকই। নুপী অসি চহী ৪০ ঙকয়াগী মীওই মীতৌনি, হনুবী কৌবা য়াদ্রি ; ফজবা লৈখোন কয়া লৈরি। নুপী মচা অদুসু ইংতপ্লা ফজে। লৈ মচুগী পাতকপা ফুরিৎ স্কার্ট শম্নবী শেৎলি। নুপী অসিনা অঙাং অদু খুৎ শমলদুনা শাইদাংকোন মনুংদা চংশিল্লকই। মফম অদুগী ফজবা য়ুমলৈ কৈরৈ অদু য়েংল- য়েংলদুনা অসুম চংশিল্লকই।

"মাসি ! নঙ কনানো ?"

শাইদাংকোনগী শূমাং মতোন্দা মথন্তা চেগায় চোংদুনা য়ুমশাবী শান্নরিবী নুপী মচা অমনা মখোঙ নাম্মদি লৈবাক্তা থাদবা তৌদনা লেপ্লগা, বাঙ্গালী নুপী অদুবু শংত্রিক যেংলদুনা হংলকই, "কৈদৌবা লাকপনো ? নুপী মচা অদুনা কনানো, নচারা ?"

বাঙ্গালী নুপী অদুনা তশিং তশিংলবী শাইদাংকোনগী নুপী মচা অদুদা য়েংলগা নুংখন্নে (শকফমসিবু... ওম্বোক্লসু মান্নখ্রেদা) মচীন থোক্লা হংলকই—"নঙদি কনানো, ইবেম্মা ?"

"লমজানু !" নুপী মচা অদুনা খুম্মী।

"লমজানু হায়দি ?"

"ওর্ফান !"

"ও ঃ নঙগী কনাসু লৈত্রব্রা ?"

"লৈত্রে।" নুপীমচা অদুনা বাঙ্গালী নুপী অদুগী মনাক্তা লেপলিবী নুপী মচা অদুদা মখূৎ থিল্লগা মখাতানা হংলকই—"মহাকসু লমজানুরা ? ফরেদা, ঐসু ইথন্তা লৈবা নুংঙাইতে, লাউনে, চেগায় চোংবী শান্নসি। ইতাসু শান্নসি ইবানী।"

"লমজানু ! নঙগী নমিং অতৈদি থোনবীদ্রা ?" বাঙ্গালী নুপী অদুনা হংলকই।

"আইমানা, মেদোন কৌবীরে।" মেদোননা মখা তারদুনা হায়রকই—"হান্নদি লমজানু অদুম কৌরম্মী।"

"আইমা হায়দি গৌতমীদাসীবুরা ?"

"নত্তেদা, ইমাথোইসু কৌই; ঐগী ইমানি।"

"আইমাদো অমুক্তা উন্নগেদনা, নঙগী নমান্নবী ওইনবা পুরকইবা নুপীমচাসে, শিন্নরমগে তৌবনি। মাসু লমজানুনি।"

"আইমাদি কুফা চংলি, গঙ্গামা গৌতমীদাসী কৌরুগে।" মেদোননা শমথরদুনা হায়রকই, "লৈরম্মুকো, মাসি !"

মেদোন চেনখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা গৌতমীদাসীগা লোইনরদুনা লাকলে। বাঙ্গালী নুপী অদুনা নোল্লুক্লা গঙ্গামাদা খুরুম্মী, গঙ্গামানসু ওকই। ঙাইহাক মুন্না য়েংনৈ।

গৌতমীদাসীনা নুপী অদুদা মুন্না য়েংলগা হংলকই—"চৌধুরানী ! কুমারী অম্বিকা চৌধুরী নৎত্রনে, ইবেম্মবো ?"

"গঙ্গামা ! ঐবু কমদৌনা খঙবীবগে ?"

"এ ঃ করিগী খঙলোইদগে ?" গৌতমীদাসীনা মখাতানা হায়রকই—"খবর কাগজ কয়াগী চেমায়দা ইবেম্মা চৌধুরানীগী ফোতো য়াম্না তোয়না উজখি, মফমসিদদি করি থবক্কী লেঙবীরকপনো ?"

"শাইদাংফম থিবা লাকচবনি, গঙ্গামা !"

"এ ঃ ভুবন চৌধুরীগী মচানুপী চৌধুরানী অম্বিকানা মফমসিদা ?"

"গঙ্গামা ! চৌধুরী ময়ুমদো মুৎখ্রে হৌজিক্তি।"

"কৃষ্ণনগরগী জামিন্দার ইমুং মুৎখ্রবা !" গৌতামীদাসীনা ঙক্লদুনা হায়রকই—"ইমাসু মফম অদুগী নিঙোলনি, কমদৌনা মুৎখ্রবা ?"

"গঙ্গামা ! রাজনীতিগী শাংলবা ৱারী কয়া লৈখ্রে, কোন্না ৱারী তৌজগে।" অম্বিকা চৌধুরীনা হায়রকই—"নচাবু মেদোনগী আইমাগা অমুক্তা উন্নহনবীয়ু।"

"মাদি মপান থোকখিরোই হায়দুনা বাবাজিগী লৈনুং কুফাদা লাইনীংলি। নহাক লৈবগীদি ইমা অদুম শিঞ্জগে।"

"গঙ্গামা !" কুমারী অম্বিকানা তকশিনবা ওইনা হায়রকই—"ঐগী লৈজবা লন-থুম খরসু মেদাম শ্রীমতী কুমারিকাগী মফমদা দান তৌনিংঙি, অম্বিকা চৌধুরী লাকইদং হায়বীরুচো, য়াদ্রগসু হঞ্জখিগে।"

"চৌধুরানীগা ঐখোয় ইবেম্মগা হান্না খঙনখিব্রা ?"

"গঙ্গামা ! ঐসে মাগী ছাত্রি ওইরকই।"

"ও ঃ অদুদি চংসি লাউ।"

"অসুম লেপ্তুনা আশ্রমগী মওং মতৌ য়েংবসু ওইনা ইচা অনীগী চেগায় চোংবী শান্নবা য়াওদুনা ঙাইজগে।"

"নুপীমচাসিদি, কনানিনা ?" গৌতমীদাসীনা খঙনিংনা হংঙি।

"ইচানুপীনি !" কুমারী অম্বিকা চৌধুরীনা ইচম চম্না খুম্মী—"ঐগী ইচানুপী ! মমিংনা মীরা, মীরাবাইসু কৌই।"

"চৌধুরানীদি কুমারীনি তাজখি।"

চৌধুরানীনা গৌতমীদাসীবু লক্কনিংলকই, নোকমি নোকমি তৌরগা হায়রকই—"গঙ্গামা ! কুমারীসু অঙাংগী মমা ওইবা য়াইনা, য়াদ্রনে ?"

"হোয়দা অদুবুদি...।" গৌতমীদাসীনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই—"ঐখোয়গী ইবেম্মসু মচানুপী মেদোন লৈরে।"

"য়েংঙু গঙ্গামা ! নুংশিদ্রা ?" কুমারী অম্বিকানা হায়রকই—"ইচানুপী অনীসে হেক উন্নবদা খঙনদুনা য়ুমশাবী শান্নরিসে। মমা মমাসু লুনা তিন্নরকই, ঐসু চেগায় চোংলমগে।"

গৌতমীদাসী চংখ্রে। মশা লুমথরবী কুমারী অম্বিকা চৌধুরীনা অঙাং অনীগী মরক্তা য়ুমশাবী শান্নবা য়াওশিনখ্রে।



"চৌধুরানী লাকই!"

গৌতমীদাসীনা শোল্লাংননা হায়রে—"করি হায়খোগে, সুরো ?" লৈনুং কুফগী থোঙজিন ময়াদা গৌতমীদাসীনা য়াম্না কিজনা লেপলদুনা য়াথং ঙাইরি। মখাতানা হঙ্গৎচবদি ঙমদ্রে।

শ্রীমতী কুমারিকা খংপ্রেক খংই, শ্বাই লাউই। মমীৎ উইশিল্লদুনা কুশ আসন্দা ফমদুনা ধ্যান তৌরিবনি। মাগী ব্রাখল লমফেন্নকই, হৌজিকব্রাইদা চৌধুরানীবু খঙনীং নীংশিংলুই, উন্ননীংবসু পোকলুই। মিকুপ অদুদা পুশিল্লকলিবা পাউ, মহাক ঙকচানৈ। অসিগুম্বা থৌদোক অসি মী কয়াগী পুক্নিদসু থোকই। খুদক্তা নীংশিংলুবা মীশক, খঙহৌদনা ফাওরকপা অসি য়াম্না থাজদনা থোকপা অঙকপা অমনি। মঙদা উরম্বা মীশক অমা নোংঙানবগা খঙহৌদনা উন্নবা অসিসু য়াম্না তোয়না থোকই। অসিগুম্বা মখলগী থৌদোক অসিসু, অমরোমদদি 'সিক্স সেন্স' কৌবা য়াই। শ্রীমতী কুমারিকাদি যোগিনী অমনি, মঙাল খরসু ফংলবনি।

"করি হায়বা, গঙ্গামা ?"

শ্রীমতী কুমারিকানা মমীৎ খংপাঙ হেক পাঙথোক্লগা অঙকপা পোক্তুনা হংলকই, "চৌধুরানী হায়বদি, এক্স এম.পি !"

"অহোয়, কুমারী অম্বিকা চৌধুরানী লেঙলকই।" গৌতমীদাসীনা মখাতানা হায়রকই, "ইবেন্মবু উন্ননিংঙি হায়রৌই, মচানুপী অমসু লোয়নরকই, মেদোনগী লোঙ্গানি।"

"এ ঃ মাদি কন্দায়দৈ মচানুপী ?" শ্রীমতী কুমারিকা ফুক হৌগৎলকই ; মথক্তা কাখৎলকই। গৌতমীদাসী ঙাইহবা তৌদনা হোলি চেম্বরদগী চেঙ্খোরকই। মশা অদু ইফিং ফিংঙি, নুংঙাইবা হরাওবা অমদি থাজদনা অঙকপা অমসু পোক্লন্দুনা খঙলাউ লাউরকই—"চৌধুরানী ! কুমারী অম্বিকা চৌধুরানী...।"

কুমারী অম্বিকা চৌধুরী, রাজনীতিগী লুচিংবী অমনি। মহাক্না মীখল থেংনবা মতমদা চৌধুরীগী মহুৎতা 'চৌধুরানী' হায়বা মিংমৈ অসি শিজিন্নখি। হান্নসু মাবু চৌধুরানী হায়রগসু খঙনরম্মী। পোলিটিকেল এষ্ট্রোলোজর হায়বা পাঞ্জি কাঙবু অমা লৈ। মখোয় অসিনা মীখল থেংনগদবা মীওই কয়াগী ওইরকপা য়াবা তুংতাকক্না পীবগা লোয়ননা মমিং মথাসু মীখল থেংনগদৌরিবা কেন্দ্রগা হার্মোনী নম্বর তানবা হায়দুনবু ওইরবসু, মমিং হোংদোক হোংজিন তৌহনবসু য়াওখি। তৌবসু য়াম্না দিষ্টিং ওইবা মিং শিজিন্নবা অসিসু ভোটরশিংদা শাফু পীবা ঙম্মী। মাইবী পাঞ্জিগী ৱাফম অসি রাজনীতিগী মৈদান্দসু য়াম্না থাজনা লৌনরি। ইন্দিরা গান্ধীদি অসিগুম্বা কয়া থাজরমদবী নুপীনি। মহাকসু মীখলদা অমুক মায়থীবা নংখি, মতাং অমদা মাগী পোলিটিকেল এষ্ট্রোলোজর অমনা পাউতাক পীদুনা মঙক্তা চাউরবা সুগ্রিক পরেং শিহন্দুনা মীখল থেংনখি। মহাক হল্লক্তুনা শিদ্রিফাওবা প্রাইম মিনিষ্টর ওইরম্মী। ইন্দিরাজিগী মওং অসিদগী রাজনীতিৱালানা পঞ্জি থাজবা হেঙ্গৎলকখি।

কুমারী অম্বিকা চৌধুরীগী মরাইবকসু অঙকপনি। মাগী মপাবুং ভুবন চৌধুরী কংগ্রেস দলগী মীরেপ ওইদুনা মীখল কয়ারক থেংনখি, কাখিদে ; মরল মথুম ফনা য়াম্না তুমখি। মচানুপা অহুম, রাজনীতিগী লড়াইদা মথৱায় থাখি। কুমারী অম্বিকানা, চৌধুরানী হায়বা মিং অসি শিজিন্নদুনা এম.এল.এগী মীখল থেংনখি। মাগী কেন্দ্র নদীয়ানি। অহানবা লেপ্পদা, মায়পাকখি। মাগী দলনা সরকার শেম্বদি ঙমখিদে। অদুবু মহাক্তি কালিকাগী শকলোন লৌবীনি, হোৎনবদি লেপখিদে। নোংচুপ বঙ্গদা অহানবা নুপী চিফ মিনিষ্টর ওইনিংখি, ওইনবসু হোৎনখি। মহাক্না প্রেমনিকেতনদা লৈরিঙৈদো, শীংখিবা নৎত্রগা ৱাশকখিবা অমা লৈখি। মদুগী মতুং ইন্না পাল্লিবা সরকারবু থুগায়রগা অনৌবা সরকার অমা শেমদুনা মাবু চিফ মিনিষ্টর ওইহনবা ঙমগদবা লুচিংবা মঙা ফানবা হোৎনরুই, লৈজবা শেনথুম থাদরুই। মহাক্না লুচিংবা মঙা অদুগী মফমদা কন্দিসন অমসু থমখি। অঙকপা কন্দিসননি, মায় পাকখিদ্রে। মতুংদা অমুক নেসনেলগী পোলিটিক্সতা হাইজিনখি। মীঙম্বী নুপীনি। এম.পি. কারুই। দিল্লিদা লৈরুই। মন্ত্রি ওইবদি ফংখিদ্রে, টার্ম লোইবনা হানখি। মতুংদসু অমুক মীখল থেংনৈ, মায়থীরে ; মরল মথুম তুমশিল্লকখি। কাইনথংদা মাগী ৱাশক অমসু নীংশিংলকখি অদুনা মাগী মেদাম উন্নবা লাকলিবনি।

অঙাং, নুপীমচা অনীগী মরক্তা মশা ইরুম লুমলবী চৌধুরানী—চেগায় চোংবী শান্নরী, মনীং ওঙ্খোক্লগা যুম শান্নবা চেগায় লংথরকই। মাবু কৌখিবা মহাক তায়, মমাঙদা তারিবা থবক অদু হান্না লোইশিননিংঙি। মমায় ওঙ্খোরকই, মাগী চেগায় অদু লৈই মথক্তা তাগ্রে, ময়ূম শাবা য়াদ্রে। অঙাং অনীনা খূবাক খুরদুনা নুংঙাইজে। মহাকসু নুংঙাইজে। মনীং পাংনা প্রপ প্রপ চেনশিল্লকই।

মহাক্না তৌরিবা মওং অদু, শ্রীমতী কুমারিকানা লাপ্তুক্না উরে। মহাকসু নোকফেৎ তৌজে, চপ লেপ্পী অদুগা খঙে (চৌধুরানীসে ঙাইহাক ঙাওহনগেদো, ঐ গঙ্গা শারগে)। অসুম খন্না খন্না চেগায় লংবী শান্নফম য়ৌরকলে। গৌতমীদাসীসু মতুং ইন্নরদুনা য়ৌশিল্লকই।

শ্রীমতী কুমারিকা অমসুং চৌধুরানী মায়য়োক্নদুনা লেপমিন্নে। নমস্তে তৌনৈ। আম্বিকাদি মোমোন তৌই। শ্রীমতীদি মোমোন তৌদে, খঙজিন্নদবগী মওংদা শংত্রিক য়েংদুনা লৈখ্রে।

"মেদাম ! ঐবু খঙদ্রবো ?" কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীনা হায়বকই –"ঐনে ঐনে, চৌধুরানী ! কুমারী অম্বিকা চৌধুরী, কালিকা শাবী। প্রেমনিকেতন কোলেজদা থেংনখিবদো, কাউরব্রনে, মেদাম ?"

"ঐদি কনাগীসু মেদাম ওইরমদে, প্রেমনিকেতন্দসু লৈবমদে।" শ্রীমতী কুমারিকা মোং হাদনা হায়রকই –"খবরদা চৌধুরানীগী মিং য়াম্না তোয়না থেংনজখি, অদুদা শক খঙনিংদুনা থোকচবকপনি, করি থবক্কী লেঙবীরকপনো ?"

"মেদাম ! করিনোনে হায়বীরিসিবো ?" কুমারী অম্বিকানা হায়রপসু ইকায়রপ তৌনা হায়রকই–"অদোম্নসু ঐবু তোঙান্না টিয়ুসন তৌবীদুনা বি.এ. পাস তৌহনখিবী অম্বিকা চৌধুরীবু কাউবীববা ?"

গৌতমীদাসীনা মবক য়েনবা ওইনা হায়রকই–"চৌধুরানী ! ঐখোয় ইবেম্মদি মওং অমা তৌখ্রবনি, কাউরম্বসু য়াই, ঙাইহাক্তং ইংথবীখো, মবাইনা নীংশিংজবকখিনি।"

"হোয়নে, হোয়নে...।" অম্বিকানা অসুম শোল্লগা হায়বকই –"মেদামগী ফজখ্রবা শকফম থবদি হোংলমলে অদুগা ফজখ্রবা শল্লাংশিংসু লোইনা কোকথোক্তুনা বেশ ওনখ্রবা !"

"ঐখোয় ইবেম্মদি যোগিনীনি, বেশ ওনবীদি নত্তে।" গৌতমীদাসীনা শমথরকই, "চৌধুরানীগা কুইনা উন্নখিদবা অদুদা পাক চেক নীংশিংবা ঙমদবা ওইরিনি।"

"ওহ্লোকইদা, মেদাম শ্রীমতী কুমারিকা !" কুমারী অম্বিকানা মথন্তা শোঞ্জে –"পেং চোইববোই।"

"চৌধুরানী ! ঐ গঙ্গানি ; শ্রীমতি কুমারিকাগী শকমান্নবী ত্বিইন সিস্টর। হৌজিক্তা ঐগী ধ্যান্দা নঙবু নীংশিংলুইদো।"

শ্রীমতী কুমারিকানা তৌবিবা মওং অদু গৌতমীদাসী ভাপ তাবে। মোমোন তৌবগা মচীন খুমদুনা লৈখ্রে।

কুমারী অম্বিকা নুংঙাইজরে, হায়রকই --"ঐসুনে মেদামবু উন্ননীংমনখ্রদুনা লৈঙমখিদে, কদোমদগী রাখলনো খঙদে, অদুদা হেক্তা লাকলিবনি।"

"ঐ গঙ্গানিনে, চৌধুরানী !" শ্রীমতী কুমারিকানা মোং হাদনা হায়বকই--"নোংমা ইচেনা নঙগী নমিং পন্দুনা রারী তৌবম্মী, ইচেদি লৈখিদবা কুইখ্রে।"

"মেদামবু লৈখিদ্রে হায়বা !" কুমারী অম্বিকানা নুংঙাইতবা উৎতুনা হায়বকই –"ইস ! নহালখৈ অমুক্তং লাক্লে লাক্লে তৌরগা হেক ঙমখিদেদো।"

"হৌনশানি, চৌধুরানী !" শ্রীমতী কুমারিকানা হান্নগুম চিংলেম্না হায়রকই--"রাজনীতি, ধর্ম্মনীতি চপ মান্নে ; উংখিবা রাখলদগী হেন্দোকপা হাইদোকপা ঙমপোৎ নত্তে, ঐসু ঙাওরি।"

"মেদাম শ্রীমতী কুমারিকা লৈখিদবা কয়াম কুইরবগে ? করি লায়না নারম্বগে ?" কুমারী অম্বিকা চৌধুরীনা হংলকই।

"খঙদে খঙদে, গঙ্গাদা নুঙদুম নম্বো পোরগা হেক্তা চোংথদুনা শিখিবনি হায়নখি, মশাদি অদুম ফংখিদ্রে।"

"মেদামবো, সুইসাইদ!" কুমারী অম্বিকানা অঙকপা পোক্নুনা হায়রকই—"অদুক য়াম্না চংখোল্লবী, লৌশিং লৈরবী শ্রীমতী কুমারিকানা অদুম্না শিরমগনি হায়বা থাজদেদা, গঙ্গাজি! কদায়দনো অমা লৈরমগনিদা।"

"হোয়, লৈরি হিংলি ; শ্রীমতী কুমারিকা!" শ্রীমতী কুমারিকানা খুম্মী।

"হিংলি হায়বা গঙ্গাজি? কদায়দা লৈবগে?" অম্বিকানা খংহায় হায়জিল্লকই—"ঐগা অমুক্তং উন্নহন্‌বীয়ু।"

"হে অঙাওবী, মায়থকপী!" শ্রীমতী কুমারিকানা নোকফেং তৌরগা হায়রকই—"নতৌ য়েংগে তৌবনি, ঐনিনে শ্রীমতী কুমারিকা!"

"ঐবু হেক ঙাওহল্লিদকো, মেদাম!" কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীনা লুতোন শাৎনা নুংঙাইবা উৎলদুনা হায়রকই—"ঙসাইনা কোক হায়বীবা য়াদ্রো, ঐদি ইপা হেক পাখৎলুরে। শিদ শিথ্রবোই খঞ্জরকই।"

"অম্বি! ঐহাক নোক-খেদবা, ফাগী যুগায় তৌখিদবা কুইরে।" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই—"নহাক লাকই হেক তাবদা তুংজুংখি, লাপুক্লে নহাক উবদা খঙহৌদনা ইনাওবী গঙ্গা শাদুনা নঙবু লক্লনিংখি। তৌবসু ঐনা মরক মরক্তা ইনাওবী গঙ্গা শাদুনা মাবু নীংশিংবা তাই। পুন্সি অসিদা মহাক কায়নখিবগী মৈচাক মৈশা অমসু পীরমলে।"

"গঙ্গাজিবু লৈখিদ্রব্রা?"

"হোয়, মফম খঙখিদ্রে, খবরদা মাগী ফোতো ফোঙখি, টি ভিদসু উৎখিবনি ; হৌজিক ফাওবদি তাংদাংবা খঙখিদ্রে।" শ্রীমতী কুমারিকানা শমথরদুনা হায়রকই—"গঙ্গাদা চোংথখি হায়রিবী নুপী অদু গঙ্গা ওইগনি হায়দুনা থাজরকই।"

"গঙ্গাজিনা লীংখৎলম্বা কুমারী নিকেতন হায়বদুদি কমদৌখ্রে?" অম্বিকা চৌধুরানীনা খঙনিংনা হংলকই।

"হৌজিক্তি ঐনা সুরধুনীসু গঙ্গাসু পুন্না ওইদ্রুনা লৈহৌরেদনা।" শ্রীমতী কুমারিকানা মখাতানা ঙাংলকই—"শাইদাংকোন অসিদা পান্দম অনী থমদুনা চলাইরগে খন্দুনা হোৎনরি। কুমারী কল্ট হৌদোক্লগে, লমজা হাউস অমসু লীংখৎখ্রে।"

"মেদামগী ব্রাখল অদু য়াম্না ফবা ব্রাখলনি। ঐসু পাউ হায়ফেং তাজে ; অঙম্বা মতেংসু পাংজগে অদুগা মফম অসিদা লেমহৌরিবা পুন্সিসু লেনজনিংঙি।"

শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই—"তরাম্না ওকচরী চৌধুরানী! নত্তেনে অম্বি, নঙবু হৌজিক ফাওবা ...?"

"রাজনীতি তৌরিঙৈদা কাউথোকউরে, পুমকাউ হেক কাউখিবদি নত্তে, 'পঞ্চ পাণ্ডব' ফংখিদ্রে, হৌজিক্তি মতমসু হেনগ্রে, মতিক চাবা নুপাসু ফংদ্রে, কুমারী ওইনা অদুম হিংলগে খন্দুনা লাকচবনি।"

"পঞ্চ পণ্ডব!" শ্রীমতী কুমারিকানা অদুঙৈ প্রেমনিকেতনগী ব্রাফম অমা খংনীং নীংশিংলুরগা থিক-থিক নোক্লদুনা হায়রকই—"হোয়নে, হোয়নে, নোংমা দিবেটিং কম্পীটিসন অমদা... নঙনা লাউথোকখিবদো।"

"হোৎনরুরে, রাজনীতিদসু মায়থীরে। চৌধুরী ময়ুমসু মরোল মরাং তাকখ্রে। ইতোমতা ঙায়হৌরে, ইনম্মাশিং লৈহৌরি, তিন্নবা নুংঙাইহ্রে।"

"ঐ পাউ তায়, নোংমগী খবর পাবদি তোক্তে।" শ্রীমতী কুমারিকানা কোৎশিন্দুনা হায়রকই, "অতৈ লায়রি, নঙগী নচা নুপী অমা পুরকই হায়দু অদৈসিরা ?"

"হোয় মেদাম ! ঐ কৌজগে।" অম্বিকানা অসি হায়রগা মমায় ওম্থোকলপ তৌরগা কৌরকই—"মীরা ! মীরাবাই ! লাকউ-সিদা।"

মেদোননা মাঙ থারদুনা মীরাবাই চেনশিল্লকই। য়ৌশিল্লকই ; চপ চপ লেপলৈ।

শ্রীমতী কুমারিকানা মীরাবাইদা মুন্না য়েংলগা হায়রকই—"ইচাদি ওম্থোক্লে, ইংনা মেংনা উথ্রেদা, ইমানা নঙবু মেংবী কৌগেকো।"

"য়াই য়াই।" কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীনা হরাওজবা উৎতুনা মীরাদা হায়রকই—"মীরা ! আইমা খুরুম্মু।"

মীরাবাইসু মরু মনাও য়াম্না কাংবী নুপীমচানি। তৌবসু চৌধুরী ময়ুমগী অঙাংনি, হৌনলোনচৎ ফজনা খঙই। শ্রীমতী কুমারিকাগী মনাক্তা চেন্সিল্লক্তুনা মখোঙ শোক্লা খুরুমলগা হায়রকই—"খুরুমজরি, আইমা !"

শ্রীমতী কুমারিকানা মীরাবু মকোক্তা নাম্থীবীরদুনা মপানা ঙাংলম্বা ব্রাহৈ অদু শিজিন্নদুনা হায়রকই—"ইমাগী মেংবী, তথাস্তু ! তথাস্তু ! মীরাসু কৌগে ইমানা। নঙগী নমাগী মমিংদি করি কৌই, হা মেংবী ?"

"চৌধুরানী !" মেংবী মিংথোল ফংলবী মীরাবাইনা হায়রকই—"কুমারী অম্বিকা চৌধুরানী কৌই, ঐগী ইমাদি।"

"হি ! করি ব্রানো !" শ্রীমতী কুমারিকানা অম্বিকাদা মরৌলৈনা য়েংলগা মমীৎ খৎচিল্লকই, "লুহোংদ্রিবী নুপীনবু মচা পোকপ্রনে ? রাজনীতিগী মরুরা অসিবো, হা অম্বি ? মপাদি লীদর কনানো ? কনাদৈ লোন্না লৌরুবনো ?"

কুমারী অম্বিকা চৌধুরানী, করিসু থৌশাদে, ইতিং তিংনা খুমলকই —"মেদাম ! ঙকখ্রপোৎনি রাজনীতি হায়বা অসিসু ! তঙাইফদবা মতাংদদি 'নুপী লাং' অসিসু অঙকপা খুৎলায় অমা ওইনা শিজিন্নদবা য়াবক্তে। পোলিটিক্স ইন ব্রোমেন হায়বা অসিদি মপাঙ্গল কনখ্রপোৎনি ; টিকেট ফংদবসু লায়না ফংবা য়াই ; পোলিটিকেল কুমারী ওইনা হিংবা, লৈবা অসিসু নুংঙাইখ্রপোৎনি হায়জরিবা, ঐখোয়না হায়রিখৈসু হেক্তা য়াবীরকই, মীনোক মীৎয়েং, মীৎচি পাখোং অসিসু ওইজ ওইথক ফংনিংঙাইহনি। ইংলেন্দা পানখিবী ভারজিন কিইনগী ব্রারী মেদামসু পাখ্রবদাই ?"

"পাখ্রে, মখা চৎথরকউ, চৌধুরানী !" শ্রীমতী কুমারিকানা নোৎশিল্লকই —"নঙসু ভারজিন কিইন অমরা ? নঙগী নচাগী মপা কনানো ?"

"ঐসু ভারজিন কিন অমদৌনা লৈঙাক মপু ওইগে হায়দুনা হোৎনরুরে, মায়পাকখিদ্রে।" কুমারী অম্বিকানা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই —"অদুবু ঐহাক্তি শেংলিবীনি, কালিকা ইমাগী কসম ! ঐবু থাজবীয়ু মেদাম ! ঐহাকসু মেদোনগী আইমাদৌনা, মীরাগী য়োকচবী মমানি।"

"চৌধুরানী! ইবানীদি মহৌশাদগী হেঞ্জিন্নবা য়ারক্তে, পাঞ্জিন মান্নদুনতা লাকই। ঐনা নঙবু থৌদোক্তুনা য়েংবনি, রোমেন ইন পোলিটিক্স হায়বা অসিগী তায়োন্নবদা পোলিটিক্স ইন রোমেন হায়বা অসিদি দাটি গেমনি, নহাক্না মতম্ন চানা থাদোরকপা ফরে।" শ্রীমতী কুমারিকানা মখাতনা ঙাংলকই —"পোলিটিকেল কুমারী লোয়নমকপু মোৎলে হায়বদি লানগনি, খরবুদি করিগী য়াওরোইদগে।"

"চুমগ্রবা রানি, মেদাম! পানগী রাফম্না অমনি। নুংলোন্না তোঙানবনি।" কুমারী অম্বিকানা চৎথরকই—"পাব্বার পায়নবগীদমক্তা ইশামক পোলিটিকেল লুকমায় ওইহৌদবসু ফৈ হায়দুনা খল্লকই। হৌজিক্তি নতুং ইঞ্জরগে। প্রেমনিকেতন্দা শকখিবা রাশক, চৌধুরানীনা ঙাকচবা লাকলবনি।"



নোংমা,

কুইরবগী মমাঙদা, চহী কয়া মমাঙগী রানি। শ্রীমতী কুমারিকানা প্রেমনিকেতন্দা লৈরিঙৈদনি। নিকেতন অহুম্না (প্রেমনিকেতন, শান্তি নিকেতন, শ্রীনিকেতন) খুৎশম্নরগা ছাত্র ছাত্রি ময়ামগী ওইবা দিবেটিং কম্পিটিসন অমা পাঙথোকখি। মফমনা প্রেমনিকেতনগী কনফরেন্স হোলদা। থৌরম অদু, মপুংদা কুমারী অম্বিকা চৌধুরীনা শিনখিবনি। নিকেতন অহুমমক্না মাবু খঙদবা লৈতে, মহাক্না বার্তন তৌরবদা য়ারকখি। দিবেটকী টোপিকসু মহাক্না শেমখি, য়াম্না নুংঙাইবা হীরমনি; 'নুপা নুপী শক্তি মান্নে; নুপীসু ফোংনা নুপা লোনবা য়াই' হায়বা অসিনি।

টোপিক অসি, মী পুম্নমক ঙক্লখি, নুংঙাইনি হায়দুনা তাবসু লাক্লখি; নুপীনসু মপুং ওইনা শরুক য়াখি। অম্বিকানা টোপিক অসি থওইনা শীংনবা অমা য়াওনা শেমখিবনি। শ্রীমতী কুমারিকানা (মহাকপু ইন্টর্ভিয়ু লৌবা মতমদা) পীখিবা ক্লাসরুম লেকচর; 'নুপা নুপী শক্তি মান্নদে' হায়বা রাফম অদু অম্বিকানা য়ানিংখিদে, সুকয়া য়ানিংখিদে। মদুগী মায়োক্তা মূভ তৌরকপনি। মহাক মশামক প্রেমনিকেতনগী মীহুৎ ওইনা শরুক য়াদুনা শৌগৎখি। শান্তিনিকেতন্দগী একাবলীসু শরুক য়াবে। শ্রীনিকেতন্দগী মোনিকা সেনসু শরুক য়ারে। মখোয় অহুম অসিনা মপুংনি। অতৈদি থোইনা মতিংথোক্লা ঙাংবা ঙমখিদ্রে। দিবেট অদুগী স্পিকরদি শ্রীমতী কুমারিকানি। মহাক খঙখি, অম্বিকাগী থৌরাংনি হায়বা। হরাও হরাও য়াখি, মাগী হৌনবী মোমোনতং তৌজখি।

নিকেতন অহুমদগী শক্লাইরবা ওজা কয়াসু দিবেট অদু তাবা লাক্লখি। টোপিক অসিনসু চিংলকপনি। মরুওইনা, পোপুলর ওইরবী অম্বিকাগী রায়েৎ অদু খ্বাইনা তানিংঙি। হোল অদু মীনা পুমথন! নুপা কয়াসু শরুক য়াখি, থোইনা নুংঙাইখিদে। মতুংদা, নুপীশিংনা মথং মথং হৌরকই। মখোয়না নুংঙাইহনখি।

শ্রীনিকেতনগী মীহুৎ ওইরিবী মোনিকা সেননা টোপিক অসিগী মায়য়োক্তা লৈদুনা ফজনা ঙাংখি। মহাক্কী মচং ওইবা রায়েৎতি ইচম চম্মী। নুপা নুপী শক্তি মান্নদে, নুপীনা ফোংনা নুপা

লোল্লবদি ক্রাইম কয়া (নুপাশিংগী মরক্তা) থোরক্কনি হায়বা অসিদা খুদম কয়াসু পীরগা হাউসকী মীৎয়েং চিংশিনখি।

শান্তিনিকেতনগী মীহুৎ ওইরিবী একাবলীনা থয়াইরপ তৌনা থমখিবা ৱায়েৎ মচংসু ইচম চম্মী। নুপা নুপী শক্তিবুদি মান্নহনবা য়াই। নুপীনা নুপা ফোংনা লোনবা অসিদি য়ানিংদে, অমোৎপা লীচৎনি হায়দুনা ফজনা ঙাংখি।

প্রেমনিকেতনগী অনীসুবা মীহুৎ ওইরিবী গীতাবলীনা মফে ফুরগা ময়ামগী নুংঙাইনবা মথেল অমা ওইহনখি। মহাক্না হায়খি —"নুপা নুপী শক্তি মান্নহনগুমসি, নুপীনা নুপা লোন্না লোঞ্জবদি চৎনরক্কই, অদুম য়াহনসি।"

দিবেট তারিবা ময়াম্না খুবাক প্রোদোক প্রোদোক খুদুনা মাবু অশিংবীনি থাগৎনখি। ময়াম্না খৌবাংনা ঙাইনখি — চৌধুরানী অম্বিকা !

প্রেমনিকেতনগী মতিং থোক্লা অশিন অরাংসু ওইদুনা শরুক য়ারিবী কুমারী অম্বিকা চৌধুরীনা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরগা হায়খি —"মেদাম ! স্পিকর অমসুং তিনবীরিবা পুম্নমক ! নুপা নুপী শক্তি মান্নে হায়বা অদু ঐগী পুন্সিনা উৎকনি। ইতিহাসতসু ভারতচনু কয়া পোকখ্রে। রানী লক্ষ্মীবাইনা মনমদা মচা পোরগা, শগোল তোংলদুনা লাঙ্খেংনখি। নুপাদগীবু হেনবা শক্তি উৎখি। অতৈসু কয়ানি। ভারতবর্ষগী পরম্পরাগী মতুংইন্না ফোংনা নুপা মঙা লোনবী দ্রৌপদীবু সতীনি হায়দুনা শীংথানরি। মঙাদা ওংবী মহাকপু থাগৎনরি। মসিনা ময়েক লারবা খুদম অমনি। নুপীনা নুপা মঙা অদুবু ফজনা খুদুম চন্দুনা সেবা তৌবা ঙম্লবদি ক্রাইম থোকনিংঙাই ওইবোই, মহাভারতকী মতাংদসু মচীন মনাও মঙাগী মরক্তা ক্রাইম থোকখিবা লৈতে। নুপা অমনা ইমুং অমদা নুপী মঙা ফোংনা লোন্দুনা থম্বা য়াই, হেন্নবু থমখিবসু লৈ। ইতিহাসনা কসম ! নুমিৎ ৭নিগী চয়োলদা, নুপী অমনা নুমিৎ মঙানিদা, মপুবোইবা মঙাগী সেবা তৌবা য়াই। নুপাশিং কনাসু শাউনবোই। ঐনা অতোপ্পা পঞ্চালী হায়বদি দ্রৌপদী অমা ওইগে খল্লি। ঐদি নোংমতদা ময়াম মমাঙদা ইফোং হেক ফোংনা নুপা মঙাগা লুহোংগে খল্লি, মচীন মনাও মঙা পোকপা থিজবি। নৎত্রগসু ঐনা ঙমগদবা নুপা মঙা। অদুনা নুপাগা নুপীগা শক্তি মান্নে ; নুপীনা নুপা ফোংনা লোনবা য়াই ; ভাবতনারী দ্রৌপদীনা সাক্ষী ! ঐসু অনীসুবী পঞ্চালী ওইগনি ; ঐনা পুথোকচখিবা টোপিকী ময়েক লাববা খুদম অদু ঐনা উৎকনি। করিগুম্বা ঐনা মদু ঙমদ্রবদি ঐহাক পুন্সিগী কুমাবী ওইদুনা হিংগনি। দিবেটকী টোপিক অসিদা শৌগৎচরি। মতাংসিদা লোইজরে।"

প্রেমনিতেনগী কনফরেন্স হোল অদু পুমনীল। খুবাক মখোলনা প্রোদোক প্রোদোক ! ফন্না কুইনা নীন্দুনা লৈখি। তোঙান তোঙানবা মফমদা ফমলিবা জজ অহুম্না মাগী মাগী অয়োনবা মার্ক পীনখি। নিকেতন অহুমগী জজনি।

শ্রীমতী কুমারিকানা নুংদা অম্বিকাবু থাগৎখি, মচীন খুমলগা মথৱাই তানা নোকচখি। মহাক্না, স্পিকরগী ৱারোল পীবা ওইনা য়ামখ্রবা মীয়াম অদুগী পৃক্লিং চিংশিনবা ওইনা হায়খি, "মাই দিয়ার ত্রি-নিকেতিয়ান্স ! দিবেটরশিংনা তোঙান তোঙান পীখিবা ৱায়েৎশিং ঙম্নমক ফজে। নুপা নুপী রাইট মান্নে, শক্তিদি মান্নদে হায়বা হীরম অদোমদদি ঐহাক হান্নসু ঙাংজখ্রে। ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর ওইরিবী ইন্দিরাজীগী ৱাফমসু থমজখ্রে। থোইনা হঞ্জিনজরোই। মাগী ভাষনগী মচং ওইরবা পরেং অদুমতংদি তাবীরমদসু য়াই ; তঙাইফদনা পনজগে। ইন্দিরাজিনা হায়খি, "Equal right does not mean equal power"। ৱাফম অসি ঙসিসু কনা অমত্তনা

ককথংপা ঙমদ্রি। অদুবু কুমারী অম্বিকা চৌধুরীনা ককথংনি হায়রি। ওন্না ওইসনু ! ঙমদ্রবদি মহাক কুমারী ওইনা হিংগনিসু হায়খ্রে। ময়াম তাবিহৌইদনা ?

ঙসিসু ঐখোয়গী সমাজদা নুপীগী থাক হন্থনা লৈরি। নাকোইননা ৱাফম খরদংসু থমজগে। নুপীশিংনা পুন্সি খোঙলোয় ওইগদৌরিবা পার্টনর খনবদা চেকশিনবীহৌ। নুপা অদু মমীৎ য়ামদবা নুপা ওইনবা হোংনবীহৌ। নুপীশিংনা ফোংনবু ওইরবসু লোন্নবু ওইরবসু নুপা লোনগে হায়দুনদি খনবীরকনু। নুপাশিংনা শেমলম্বা চংনরোল, নুপীশিংনা ফনমক লাউ খোংলবসু শেমদোকপা ঙমদ্রি, ঙমদৌসু মানদ্রি। চৌধুরানীনা লময়ানবী ওইরগা শেমলকপা আইন অদু ঙাইখিবা তাই। অমরোমদা, মওং চারোইদৌবা ওইরবদি নুপীশিংনা য়ূম পানবীরকনু। নুপী খুদিংমক্তা হায়জবা নত্তে। তশেংনমক মুন্না হেক খল্লুরবদি ; নুপীনা নুপাগা লুহোংদুনা য়ুম্বান্নরগা লৈবা হায়বা অসি পোৎলুম অমনি। নুপাগী মীনাই ওইদুনা, মখা থাদুনা লেনবা পুন্সি, অৱাবগী মশকনি। অদুম ওইনমক, নুপী হায়বা অসি নুপাগী তেংবাংবী ওইনা শেমলকপনি। নুপাগী সেবা তৌবা তাই, মীনাইনি হায়দুনা হেক্তা খন্দোকপসু য়াদে। পেল্লক্তবা নুপী খরগী খোল্লাওদি তাজে, মদু থমজবনি।

নুপাগী য়াথংতবু ইন্দুনা নুপী মশাগী অনীংবা অমদি নীংতম্বা লৈতবা পুন্সি মহিং, রাইট মান্নবসু লৈরক্তবা য়াই। অদু ওইরবদি মান্নবা শক্তি লৈফম থোক্তে। নুপীদি নুপীনি, নুপানা নুপানি। নুপীশিংনা নুংঙাইনা, মনীংতম্না হিংগে হায়রবদি করি তৌবা তাবগে ? ঐ ইশামকসু খনফম খঙদ্রি, অদুনা য়ূম পাঙদ্রি ; মতা চাদ্রবদি পানখিদবসু য়াই। ঐদৌনা ফিরেপফম খঙদ্রিবী নুপীশিংগী মফমদা ঐনা থমজনীংবা ৱাফম অমত্তংসু লৈজরি। হৌজিক মতমগী লাইরিক লাইসু নীংথিনা হৈরবী নুপী অয়াম্বনা থায়নগী পুন্সি মরেল অদু পাম্লরক্রে। মনীংতম্না হিংনীংলকলে। অদু ওইরবদি মপাং নাইবা পুন্সি চংলনু। নুপাগী দসবিন ওইরুনু ! নদোম হিংঙু, কুমারী ওইনা ! ফংগনি তোঙানবা রাইট, তোঙানবা শক্তি। নুপা নুপী মান্নবদি ওইথোকলোই। ক্রিয়েসন্দগী খেন্নরকই। অমুকসু হায়নিংঙি, নুপীদি নুপী ওইনা হিংবসিবু য়াদ্রা ? নুপী লোয়নমক্কী ৱাফম নত্তে। তাইবং অসি অনীগী লীলানি। পুন্সিগী ওইনা য়ূম পাঞ্জরোই হায়বা নুপীশিং লৈবীরবদি চংপীয়ু শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা ! ঐগী ইনাওনুপী গঙ্গানা 'কুমারী নিকেতন' কৌবা আশ্রম অমা লীংখৎখ্রে। মফম অদুদা নুপীগী নীংতম্বা পুন্সি ফংগনি। নুপাগা মান্নবা রাইট, নুপাদগী হেনবা শক্তি ফংদ্রবসু নুপীদি নুপী ওইনা হিংসি। অদুনা, ঙসিগী টোপিক অসি তুংগী মীরোন্না শীংনরকপা ওইসনু হায়বা ৱাফম অসি থমজরগা তেনশিঞ্জগে।"

শ্রীমতী কুমারিকাগী ভাষন — তিল্লিবা মীয়াম্না মুন্না তাখি, খৃবাক প্রোদোক প্রোদোক ; পুমনীল নীলখি। মাগী পুন্সিগী ফিরেপ খজিক খজিক হোংবা হৌরকখি। মাগী ছাত্রি খরদি মাগী ৱাফম চুপ্পী খন্নখি। শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা লৈনিংবগী ৱাখলসু পোকহনখি।

থোইদোক্না থৌরম অদুদা প্রোফেসার বাসু য়াম্না পেঞ্জখি। মহাক্তি শ্রীমতী কুমারিকানবু তৌরিখৈ নুংঙাইজবনি। মীনিল নেমথখিবা মতাং অমদা বাসুনা ফুক হৌগৎলগা ময়াম তারসনু মতাগুম্না লাউরকখি — "থেঙ্ক য়ু ওল দি নিকেটিয়ান্স ! এন্দ আই এম প্রাউদ ওফ মাই নিশ ! ৱান দে শি মে বিকম অনাদর শ্রী…।"

"শ্রীমতী কুমারিকা !" শ্রীমতী কুমারিকানা বাসুগী ৱাহৈ অদু মপুং ফাহনবা ওইনা মরক খংথৎ থৎখি। বাসুনা 'শ্রীমা' হায়গে তৌবনি। মীতেক মীরৌ খঙলবী মমৌনুপীনা মাঙজৌননা খঙই, মখা শমথরক্তুনা ঙাংলকই — "ঐহাক্তি পুন্সি চুপ্পগী শ্রীমতী কুমারিকা ওইনা হিংলবা য়াই !

*ঐহাক প্রেমনিকেতনদা লৈখিগনি, লেমহৌরিবা পুন্সিদি নবদ্বীপ্তা লৈগনি, শ্রীমতী কুমারিকা* ওইনা। ঙাকপিগনি ! সার বাসুনা পোং কাংলপদগী লনাইগী পাউজেল খরা মরক থংচখ্রে। অমুক্কসু হায়জরি, ঙাকপীয়ু ময়াম্না। মথং অসিদি জজশিংনা পীখৎলকপা মার্কিংগী মতুং ইন্না মথং মনাও লাউথোকপীনবা প্রোফেসার মনিক বেনার্জীগী মফমদা শীন্নজরি।"

"থেঙ্ক য়ু মেদাম !" প্রোফেসার বেনার্জীনা অসুম্না হ্রাহৌরগা দিবেটিং কম্পিটিসন অদুগী ফল মথং মনাও নাইনা লাউথোরকই —"ফাষ্ট, কুমারী অম্বিকা চৌধুরী ফ্রেম প্রেমনিকেতন। সেকেন্দ মোনিকা সেন ফ্রেম শ্রীনিকেতন। থার্দ কুমারী একাবলী ফ্রেম শান্তি নিকেতন, কনসোলেসন প্রাইজ ৱিনর কুমারী গীতাবলী।"

খৃবাক মখোল প্রোদোক প্রোদোক ! প্রোফেসার বাসুনা মনা- মথুম য়েম্ন্থোকখি। নিকেতন অহুমগী দিবেট অদু য়াম্না মপুং ফাবা অমা ওইখি। শ্রীমতী কুমারিকাগী মশক মমিং — নিকেতন অনীগী ছাত্রশিং ওজাশিংনসু খঙনবা হৌখি।

মাগী কমেন্ট অদুবুসু থাগৎনরম্মী। অদুবু মাগী ছাত্রি ওইরিবী কুমারী অম্বিকা চৌধুরীদি মঙক হায়র হায়রদুনা য়ানিংখিদে। মখোয় অনী লুনসু লোয়নৈ, নুংদদি শীংনখি। পানদদি থকসি খাসি ঙাকনৈ।

থৌরম অদু ফজনা লোইশিনখি।

কুমারী অম্বিকা চৌধুরীনা মপূক্নিংদা শীংখি —"ঐনা নুপা নুপী শক্তি মান্নে হায়বদো উৎকনি। ঐ রাজনীতি য়াওগনি। অদুগা ফোংনা নুপা তরেৎপু লুহোংলগা দ্রৌপদীগী রেকোর্দ থুগাইগনি। মদু ঙমদ্রবদি, লৈগনি কুমারী নিকেতন্দা !"

ফজে, কুমারী অম্বিকা চৌধুরীগী চেলেঞ্জ ! নুপা সহুম চংবী চৌধুরানী ! মাগী হ্রাশক ঙাকপা লাকএ। মহাকসু শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা ওংলরে।



"চৌধুরানী !"

শ্রীমতী কুমারিকানা অম্বিকাবু নুংশিনা কৌরগা হায়রকই —"অদুঙৈ, নঙনা প্রেমনিকেতনগী দিবেটিং কম্পিটিসন অমদা শকখিবা হ্রাশক, ঐসু নৌহৌনা নীংশিংলকএ।"

"ঐ মায়থীরে মেদাম !" চৌধুরানীনা মশাগী মরাল য়াজরদুনা হায়রকই—"নুপা নুপী রাইট মান্নরবসু শক্তি মান্নদে হায়বদু য়ানিংলকএ।"

"অমবু ওইরে, নহাক লাকপসি ঐগীদি য়াম্না লাইহবক ফবনি।" শ্রীমতী কুমারিকানা শমথরদুনা হায়রকই —"নদীয়া জিলাদা নঙগী নমিং তাদবা, নশক খঙদবা লৈতে। ঐগী লেমহৌরিবা পুন্সি অসিদা মীয়ামগী থবক খরা তৌগে খল্লি। অহানবদা, নিমাই জন্মস্থান মুন্নরিবা অসি তকখায়নিংঙি। ঐনা লাইরিক কয়া, ফাইন্দিংস কয়া লৈনন্দুনা লৈরকপা কুইরে।"

"মেদামনা তৌসি হায়বদো তুংইঞ্জগে।"

"হৌজিক্তি ঐবু মেদাম কৌরনু, মরূপ ওইনা লোয়নরসি।" শ্রীমতী কুমারিকানা মখাতানা

হায়রকই—"নহাক রাজনীতিদগী পোত্থারবসু ঐঙোন্দগী য়াম্না হেনখ্রবীনি, মীয়ামগী মরু চংলবী লুচিংবী অমনি। ঐনা নোংমা নঙোন্দা, ট্রাই টু বি এ গুদ লীদর হায়খিবদো নীংশিংলিদনা ?"

"অহোয়, নীংশিংজরি। দুপ - দাপকী থবক্তদি ঐনা তৌবা ঙম্বা য়াম্না লৈ, অদুবু কোকতি খবা ৱাংলি হায়বা ইশানা য়াজে অদুনা মীখল অনীরক কাবদা করিসু মহৈ য়ানখিদ্রে।"

"চৌধুবানী ! দোন থিং অদরৱাইজ।" শ্রীমতী কুমারিকানা নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই, "বাজনীতি তৌবা হায়বা অসি লায়না মখল অমনি। মীখল মতম য়ৌরগা নহাক অমুক চেনবদি চেল্লোযকো ?"

"নেভর ! ঐহাক য়াম্না মুন্না খল্লগা মেদামবু থিজরকপনি। পোলিটিক্স বিদাই তৌজরবনি, যুমপানবগী ৱাখলসু থাদোকখ্রে।"

"ফবে, ইবানী পুল্লগা থবক খরা তৌমিন্নরসি। মফম অসিদা খ্বাইগী অম্বিমা ওইনা লৈরবো।" শ্রীমতী কুমারিকানা অসি হায়রগা মেদোনদা অমুক মঙক ইন্দুনা ঈঙ্গিৎ তৌবকই—"মেদোন ! মেংবীগী মমা অসে নঙগীসু নমানি, ঙসিদগী অম্বিমা কৌদুনা খুরুম্মু।"

মেদোননা অম্বিকা খুরুম্মী—"অম্বিমা ! নচা মেদোননা খুরুমজরি।"

"নুংশিদা ইচাদি, য়াইফবা ওইয়ু!" চৌধুরানীনা মেদোনবু হৌগৎপীবগা কোনশিল্লি।

মীরাসু শ্রীমতী কুমাবিকাদা খুরুম্মী—"ইমাথোই ! নচা মীরানা খুরুমজরি।"

শ্রীমতী কুমারিকানা মীরাবু হৌগৎপীবগা কোনশিল্লি—"মরু মনাও কাংঙিদা মীবা নঙসে, নশক্না ইংঙিবা।"

"চৌধুরানী ! লেঙশিল্লসি।" গৌতমীদাসীনা হায়রকই।

ময়াম অদু হোলি চেম্বর তম্না চংশিনখ্রে।



নুমিৎ তানিং তানিং তৌবকলে।

হোলি চেম্বব মনুংদা শ্রীমতী কুমাবিকা, চৌধুরানী ফম্মিনরি। গৌতমীদাসী অমদি অঙাং অনীদি মনুংদা চংখ্রি। মতম অসিদা নুপী অমা হোলি চেম্বর মনুংদা প্রপ প্রপ চেনশিল্লকই, নাক য়েৎ তুংলোমদা য়েংলমদে। শ্রীমতী কুমারিকা অমদি চৌধুরানী ফমলিবদু নুপী অদুনা উখিদে। ইমুং যৌনা হেক্তা চংশিনখ্রে। ৱাবী শারিবী অনী অদুসু উহৌদ্রে। শ্রীমতীনা সাহুম অমদি তাখি। নুপী অদু মশা পাতকই, য়াম্নসু মশা খিংঙি, মশক মতৌসু য়েংবা য়ানা ফজে, শ্বালৱার কমিজ অমদি চুনি অহুম অসিনা লৈতেং ওইজে, ফিগী খাউমচা অমসু ওয় থংবা লেংজুমদগী খাওন লাক্তুনা য়াল্লি।

মিকুপ খরগী মতুংদনি।

শ্রীমতী কুমারিকা লমজা হাউসকী গেটলোমদনি। খোল্লাও অমা তারকই—"খা কর ভাগ গয়ে, খা কর ভাগ গয়ে...।" খোল্লাও অসিগী হেক মতুংদা বিহারী পাখঙমচা অহুমখক শাইদাংকোনগী এলাকা মনুংদা চেনশিল্লক্তুনা হোলি চেম্বর য়ৌশিল্লকই।

শ্রীমতী কুমারিকা অমদি চৌধুরানী ইঙক ঙকই। মবানীমক মপান্দা থোরক্তুনা লেপলরে।

বিহারী পাখণ্ড অমনা শ্বর থবেৎনরদুনা হায়রকই—"আইমা ! ঐখোয় হোটেল বোইনি, নুপী অমনা পোৎচৈ চাখোক্লগা শেন পীরমদনা আশ্রম অসিদা চেনশিনখ্রে।"

"চৎলো চৎলো।" চৌধুরানীনা চৈহৎতুনা হায়রকই—"কনাসু লাক্তে মপান্দা থিরুচো, মফম অসি শ্রীমতী কুমারিকাগী শেংলবা আশ্রমনি খঙদ্রা ?"

"খঙজে, মাজি!" বিহারী পাখণ্ড অতোপ্পা অমনা খুন্মী।

"লুপা কয়াগী পোৎ চাখ্রিবনোনে ?" শ্রীমতী কুমারিকানা ইতপ তপ্পা হংলকই।

"লুপা তরাগীনি, আইমা!" বিহারী পাখণ্ড অহুমসুবা অদুনা খুন্মী অমসুং হায়রকই, "ঙকখ্রবী নুপীনি, মমীৎও মনা-ও থোক থাক য়াম্না হৈবীনি। মহাক্না পোৎলাক চৈরাক তৌদুনা লৈরকইবসি কুইরবনি, আর্ট এক্টিংসু হৈখ্রপোৎনি, ষ্টেসনগী থোঙনাং বট মখোঙদসু মাগী লাই লাৎতুনা যাত্রিকশিংদা শেন কৎলমদ্রবদি খূন চংবা য়ারোই হায়দুনকাসু থিংঙি, কপ-কপ্পুনা শেন নীবসু হৈখ্রবী নুপীনি। শেন য়াওনা য়াওনা তল চাবা লোইরমদাইদা, মশাদগী শম মনা অমা থৎলগা হৱায় থোংবদা থাদবদো ইমীৎনা উহৌবিবনি। চৈশিন্নরমলগা হেক্তা চৎখি। মেনেজরনা তান্নরগা মফি মুল্লু হায়দুনা তান্নরকপনি।"

"নুপীগী মফি মুনদোইবা !" চৌধুরানীনা হায়রকই—"নখোযবু দুঃশাসনলো ? চৎলো চৎলো, শ্বাইদা কনাসু লাক্তেকো। নখোয় ঐবু খঙদ্রা ? শেৎথৌবা ?"

"খঙজে, চৌধুবানী!" অহানবগী বিহারী পাখণ্ড অদুনা খুন্মী।

"নুপী অদুদি করি জাতিনো খঙব্রা ?" শ্রীমতী কুমারিকানা হংঙি।

"আইমা ! মহাক্তু মৈতৈ নুপীনিসু হায়।" বিহাবী পাখণ্ড অনীসুবা অদুনা হায়রকই—"অদুবু নুমিৎ খুদিংগী ফিজেৎ হোংঙি। নোংমনা বিষ্ণুপ্রিয়া শায়, নাপু মচুগী সাড়ী শেৎতুনা শেন নীবা চৎলম্মী, নোংমনা ফানেক শেৎলি, ঙসিদি শ্বলৱার কমিজ চুনি। মহাক্তু য়াম্না মমিং চৎলবী ড্রামা য়াওবী অমা ওইরম্মীসু হাযনৈ।"

শ্রীমতী কুমারিকানা মুন্না তারগা মঙক নোম্না নোম্না হংলকই—"মৈতৈ নুপী ! মমিংদি করি কৌই, খঙব্রা ?"

"মিস কংলৈপাক তাখি হায়।" বিহারী পাখণ্ড অহুমসুবা অদুনা শমথরদুনা হায়রকই, "মমিংনা লাই-মায়া!"

শ্রীমতী কুমাবিকানা য়াম্না লাংতক্লনা হংলকই—"করি হায়বা ! মিস কংলৈপাক তাখি হায়বা ? লাই মায়া!"

"অহোয় আইমা ! যোগমায়াসু কৌই হায়।"

"নখোয়না যোগমায়া ফাবা নতিক নত্তে, চৎলো চৎলো, নখোয়গী লুপা তরাদো ইমা পীরগে।" শ্রীমতী কুমারিকানা অসি হায়রগা ইমুংদা অমুক চংশিনখ্রে। লুপা তরা চৎপী নোট অমা লৌরুবগা পীখ্রে।

বিহারী পাখণ্ডশিং অদুনা শ্রীমতী কুমারিকাদা সলাম তৌরমলগা চৎখ্রে। শ্রীমতী কুমারিকা অমদি চৌধুরানী হান্নগুম কা মনুংদা চংদুনা ফম্মিন্নখ্রে।

"মেদাম!" চৌধুরানীনা য়াম্না খঙনিংনা হংলকই—"মিস কংলৈপাক, লাই- মায়া হায়সিবু কনানো? মশক মমিং খঙবীব্রা?"

"খঙই, য়াম্না মুন্না খঙই।" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই —"মফম অসিদা মহাক য়ৌরকলবদি ঐগী লাইবক ফবনি।"

"অদুদি মপান্দা থোক্লগা থিরুসিদনা।"

"ঙাইখো, মেন তান্না চা নুং থকখিসি।" শ্রীমতী কুমারিকানা ইমুংলোমদা অমুক ওনশিন্দুনা হায়রকই —"গঙ্গামা! মনীং থোঙ হাংদোকউ, যোগমায়াবু চেলহনখো। করম্বা তাল্লক্তবু চংথ্রিবা, অম্বি ইবানীনা থায়নগী এলবম য়েংলিঙৈদা উহৌদ্রে।"

লাইনিংথৌ কাচিনগী আলমিরা মরুমদা লোৎলিবী লাই-মায়া তারে। মহাক্ন নুংখন্নে (খোঞ্জেলসিবু... তাখ্রবা খোঞ্জেলনিসে। এরা কৈদৌজরনি, থোক্লগে। রামু হোটেলগী শেনদো পীরোই হায়দুনা পীরমদবনি, ঐবু উশিং থওইদবা! খঙনি, নুমিৎ মঙাগী মনুংদা হোটেলদো মুৎথৎপা ঙমদ্রবদি ঐ লাই-মায়া নৎত্রেদনা। ঐহাক হৌজিক হনুবী শারগা থোকখ্রগে? সনামহি কাচিন্দা চৈশূ অমসু লৈরে।)

লাই-মায়ানা মাগী খাউন্দগী ফনেক, ইন্নফি শ্বালব্বার কমিজ মথক্তা শেৎশিনখ্রে, খুদক্তা হনুবীগী মেকঅপ তৌবা লোইশিনখ্রে, হৈখ্রে থুখ্রে।

গৌতমীদাসীনা চানুং- অচা অথক পুরদুনা অঙাং অনীগা লোয়নরদুনা থোরকলে অদুগা হংলকই —"ইবেম্মনা লাউখিদুবু করি হায়বনো?"

"মনীংথোঙ হাংলম্মু হায়বনি, গঙ্গামা!"

"অদুম হাংদুনা লৈহৌই, করি তৌরবগে?" গৌতমীদাসীনা খঙনিংনা হংলকই।

"য়ারে য়ারে, চা নুং শেম শারো।" শ্রীমতী কুমারিকানা চৎথরকই —"ঙসিদি ঐহাক য়াম্না নুংঙাইরে। চৌধুরানীসু মাগী ব্রাশক ঙাকপা লাকলে। মিকুপ খরগী মতুংদা লাই অমসু ফাওবকলগনি।"

গৌতমীদাসীনা চা শেম্না শেম্না হংলকই—"লাই অমা হায়সিবু... শ্রীনদীয়া বিহারী?"

"নত্তেদা, গঙ্গামা! শ্রীমতী কুমারিকাগী খৃৎপু অহুম সুগদৌরে, অদুম য়েংঙুকো।"

ময়াম অদো চা নুং থক্তুনা লৈখ্রে।



"সন্ধ্যাগী ভিক্ষা লাকইয়ে!"

হোলি চেম্বরগী মমাঙথোঙদা মখ্বাং কোল্লবী হনুবী অমা লেপলদুনা হায়রকই —"আশ্রম অসিবু কনা কনা লৈবগে? চেঙ মুত অমত্তংগা আলু অমত্তংগা হাপ্পীয়ু। নুমিদাং চরা অমত্তংগী।"

শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা য়াম্না ফজরবা চৎনবী অমা লৈরি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু মতমদগী চৎনরকপা পরম্পারা— হৌজিকসু কাদয়না চৎথরি। য়ুমদা ভিক্ষা লাকপা অসি য়াম্না লুনা তৌনৈ, কনাসু

তাথি তাওইনা তৌনদে। বৈষ্ণব অমদি বৈষ্ণবী কয়ানা অযুক্তা, নুমিৎয়ুংবদা অমদি সন্ধ্যাদা ভিক্ষা নীবা চৎনৈ। য়ুমথোঙ অমা অনীদগীসু হেন্না চৎনদে। নোংমগী চরা নোংখন্নবা ওক্লবদং নীনৈ। শেন নীবদা পীদবসু তৌনদে। অতিথিবু লাইগী, প্রভুগী দুতনি হায়বগী থাজবা লৈনরি। ঈশ্বর থাজবগী খম থেংলবা মশক মতৌ উবা ফংঙি। নুংঙাই য়াইফবা কয়াসু লৈবা লমনি, লৈরক চাকনি ফিনিবা কয়াসু মরাং কায়না লৈ। নীরগা হিংবগী চৎনবী (কনাগুম্বনা নিমাইলোন কৌনবসু য়াওই) অসি সাধু বৈষ্ণবশিংগী মফমদদি তঙাইফদ্রবনি। হিংন্নবা নীবনি, লাইনীংবা লাইনীংবীশিংগী চৎনবোলনি খন্নে, হেন্দোক্লে ইকায়খুম্মদুনা তরাম্না তৌনৈ। ঘাট ময়াদা শঙমচা অমত্তং শারগা শ্রীচৈতন্য মুর্তি নৎত্রবসু দেবা- দেবী অমগী মুর্তিবু লাৎলবদি হিংবা ঙম্মী। গঙ্গা স্নান তৌরুরগা কারকপশিংনা হে-লৈ, শেন কৎনৈ, কৎলমদনা চৎপদা হঙ্গোইনৈ। অতে অতে লমদদি 'বেগরস আর নোট এলাওদ' হায়দুনা সাইন বোর্দ থেৎলি। শ্রীধাম নবদ্বীপুদি চাকনি ফিনিবশিংবু তরাম্না তৌনৈ।

"এ ! বৈষ্ণবী অমা ভিক্ষা লাকইনা।" গৌতমীদাসীনা অসি হায়রগা ফুক হৌগৎলদুনা ইমুংদা প্রপ প্রপ চংখি।

"গঙ্গামা !" শ্রীমতী কুমাবিকানা হায়বকই —"সন্ধ্যা য়াচংবা মতমদা ভিক্ষা লাকপসিদি অফবা খুদমনি, খবা নীংথিজনা হাপ্পীখিসি, প্রপ প্রপ চংঙু, বৈষ্ণবীবু কুইনা ঙাইহনগুমসি। ঙসিদি ঐ হেক্তা হাপচগে।"

মৈনা ফগ্রবী গঙ্গামানি। চহী ৭০ হেল্লবীনি। মশা মউ খিংলি। মেকক অমদা চেঙ, আলু, লফোই হাপুনা পুথোবকই।

"কদায কদায, গঙ্গামা !" শ্রীমতী কুমাবিকানা গৌতমীদাসীদগী মেকক অদু লৌনা লৌনা হায়বকই —"কুইবে, ইখুৎনা বৈষ্ণবীশিংদা ভিক্ষা হাপখিদবা। ঙসি চৌধুবানী লেঙলকপা অসিদি মঙ্গলগী মশক অমসু ওইবে, ঐসু সন্ধ্যাগী ভিক্ষাবীদগী বব নীহৌবগে।"

শ্রীমতী কুমাবিকা মপান্দা থোবকলে। মতুং ইল্লকই, গৌতমীদাসী, অম্বিকা চৌধুরানী। অঙাং অনীদি মনুংদা অচাপোৎ চাদুনা লৈহৌবি। শ্রীমতীনা বৈষ্ণবী অদু হান্না খুকম্মী।

"য়াইফবা ওইয়ু!" ভিক্ষাবী হনুবী অদুনা শ্রীমতীগী মকোক্তা নাছবীরদুনা হায়বকই—"যুগ যুগ জিয়ো।"

শ্রীমতী কুমাবিকা লেপখৎলকলে। হনুবী অদুগী ফিগাওদা য়াম্না নুংশিনা ভিক্ষা হাপচৈ, অদুগা হংঙি —"বৈষ্ণবীদি কদায়দা শাইদাংফম ওইবীবগে ?"

"ইমাগী লৈফম তাংদাংবা লৈতে।" হনুবী অদুনা হায়রকই —"নহালখে শ্রীঅনুপ্রভুগীদা লৈবম্মী, হৌজিক্ল থংনবা ঘাটকী চিদাই অসিদা খাঙপোকশঙ অমা থেংনদুনা ইথস্তা লৈজরি।"

"এ ঃ ঐখোয় গঙ্গাগী জিকোটেজদা হনুবী বৈষ্ণবী অমা লৈ হায়বদু ওইরে। লৈয়ু, লৈয়ু, ইমা।"

"মান্নি মান্নি ইমানি।"

"অদো, বৈষ্ণবী ! নুংত্তিগী লাকপীয়ুকো।"

"হোয় হোয়...।" হনুবী অদুনা হায়রকই —"ইবেম্মদি শকনাইরবী পন্দিতনি হায়না তাজে। নহালখৈদি খঙলুদে, পন্দিত গঙ্গাদাস বাবাজিগী মচানুপীনিসু তাজে, অদুদা লাকচবনি। য়াইফহৌরো, চৎলে চৎলে।"

"নুংশিদা বৈষ্ণবী!" শ্রীমতী কুমারিকানা শোঞ্জে।

ভিক্ষারী হনুবী অদু চৈশূ সুর-সুরদুনা মখাং কোল্লপ তৌনা তৌনা চংপা হৌখ্রে, মেন গেট ময়া য়ৌখ্রে।

"মায়া! হো যোগমায়া! মায়াজাল!"

শ্রীমতী কুমারিকানা খঙলাউ লাউরগা চেন্না চেন্না হায়রকই —"হৈদকো লাই- মায়া! ঐখোয় বাবাজিগী চৈশূ অদুদি পুখিনুদনা!"

লাই- মায়া চপ লেপ্পী! মশাপূম্বা তু খ্যাও! মমীৎতা পি ইরা চেল্লি। মমায় লৈরগা চেনশিল্লকই। শ্রীমতী কুমারিকাসু চেঙ্খোরকই। মফম খঙহৌদে মখোয় অনী চেজেৎ কোনশিন্নরগা হিক হিক কপমিন্নৈ, অদৈদি ও- খোংদুনা অমুক কপখৎলকই। অরা- নুংঙাইবনা থুমহংখ্রবা মিকুপনি। ব্রাহং পাউহংনখিদে। মীৎলু পিরাংনা অমদি মীকপ খোঞ্জেলনা নুংলোন ফোঙনখি।

থায়নগী মরূপ অনী, ফনা কুইনা কপমিন্নখি।



"ঙসি অসি য়াম্না য়াইফবরা নুমিৎনি।"

কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীনা অসুম্না হায়রদুনা মরূপ অনীগী মনাক্তা চংশিল্লকলে। মহাকসু মমীৎতা ইরা চেল্লি।

"ঐসু অদুম্না খল্লি, চৌধুরানী!" শ্রীমতি কুমারিকানা যোগমায়াবু কোনবা থাদোক্লদুনা হায়রকই —"মফম ইখঙ খঙহৌদনা মতম কুইনা কায়নখ্রবী মরূপ অনী থেংনবা অসিমুক নুংঙাইবসু, অঙকপসু পোকই, লাউচংসি, মায়া!"

লাই-মায়ানা লৈমায়দা তারিবা চৈসু অদু খুঙ্গৎলগা হান্নগুম্না হনুবী শাদুনা কোল্লপ তৌনা লেপলগা হায়রকই—"নঙদি চৈসু অসে ওঙ্খোক্লা মুন্না খঙলম্মীদা।"

"নত্তেনে, মায়া! নঙবু কৈদৌঙৈ, করম্না মতমদা শ্রীধাম নবদ্বীপ য়ৌরকপনো?" শ্রীমতী কুমারিকানা য়াম্না খঙনিংনা মখা চংথরদুনা হায়রকই—"অদুগা ঙসিগী ফিভম অসিদা... ঐদি তশেংনা থাজবা ঙমদে, মায়া!"

"শ্রীমতী! য়াম্না শাংখ্রবা ৱারীনি। থা অনী হেল্লে।" লাই-মায়ানা হায়রকই—"মতম কুইনা লাইনিংথৌ কাচিনদা য়াম্দুনা লৈরক্লবা ইমা পাজিগী ফুল পুরগা ইথন্তা লাকই; ইপোৎ ইচৈ লোইনা মাঙখ্রে... হিংবা তাই, থিবা তাখি, পান্নে অমা।"

শ্রীমতী কুমারিকানা মরক খংথৎ থৎতুনা হায়রকই —"ইনে থরোসু লৈখিদ্রবা! কয়াম কুইখ্রে মায়া?"

"নহাক্লা চংখ্রবা মতুং খরা লৈরগা লৈখিদ্রে। ইপ্পা ইবোতোনবু ঐনা মী ওইনবা শেমলুরে। ইচল নুপীদুগা ঐগা তিন্নবা, লৈমিন্নবা নুংঙাইত্রে।" লাই-মায়ানা কপ্প- কপ্পদুনা চংথরকই,

"নোংমা অহিংদি ঐবু য়ুমদা চংহন্নখিদ্রে, ফিল্ম নম্বা চংলুবনি, ময়াম্নসু থিল্লকপনি। তাহেদবা ৱাহৈ খোনফম কয়া ঙাংদুনা ইচল নুপী অদুনা থোঙ হাংখিদ্রে। মতম খরা মীগীদা লমদল্লুই। ইমা পাজিগী নীংজবা থুংহন্ননিংখি। নোংমা য়ুমদা চংলুই ; ফুল লৌরুই। অদৈদি, য়ুম থাদোরকপা তাখি ; মফম অসিদগী হল্লরোই খন্দুনা লৈরকপনি। ঙসিদো, রামু হোটেলগী মেনেজর রামু হায়দুনা ঐবু রাতকী সুন্দরী ওইনা লাকউদনা হায়দুনা লক্করকখি। ঐনা মাবু মীয়াম মমাঙদা খোঙ্গোইনখিগনি, মদুবু ঙমদ্রবা ঐ লাই-মায়া নৎত্রেদনা ! মাই লুপা তরাদো পীরোই হায়দুনা পীদ্রিবনি। মাবু বদনাম পীরগা লুপা তরাগী মথক্তা লুপা লিশীং অমগী ৱাকোংশেন থিহনখিগনি।"

শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই –"মায়া, তপথখো। নুপীগী ইজৎ হায়বা অসিদি য়াম্না লুবনি। নঙবু হৌজিকসু...?"

"শ্রীমতী, ঐদি শেংলিবীনি, পুমশেং শেংলিবীনি। অদুবুনে, লীলা ড্রামা, ফিল্ম কুম্বীবু পাউথোকপীবা অসিনা মরম ওইরদুনা য়ুমনাইখঙদবী ওইরক্রবনি।" লাই-মায়ানা মখা তানা হায়রকই –"ঐ হল্লবোই, মফম অসিদা ওংলগনি, হিংগনি পাম্বে অমনবু ওইরবসু। নহাক্তখে হনুবীগী মেকঅপ তৌরগা কোয়চৎ চংলি, অহিংসু ইথম্ভা আদগী খাঙপোক অসিদা লেকই, হান্নসু হায়খ্রে। ঐ শিবা কিদে, ঐ মৈতৈচনুনি, হৈজ্রাং অমা থাগোম্নে। অদুগা, ঐ পাম্হোইবী শাবীনি, কৈ তোংবী ! নোংথাঙ লৈমসু!"

চৌধুরানীনা মথম্ভা খঞ্জে (ঐসু অম্বিকানি, অদুবু ঐহাক মহাভারতকী মরূ লৌবী অম্বিকা অদুদি নত্তে, লম্বা তৌবা য়াগনি মায়াগা।)

"হোয়নে হোয়নে নঙদি পাম্হোইবী শাবী হায়দুনা ফাওখিবী আর্টিষ্টনি।" শ্রীমতী কুমাবিকানা মোমোন তৌনা নোংশিল্লকই–"নঙদি শকুন্তলা শাবী হায়দুনসু মমিং চংখি, অদুগা মিস কংলৈপাক্সু ! নত্তে, নঙগী দুষন্ত শাবা অদুগা থুংনখিদ্রবা !"

"শ্রীমতী ! দুষন্ত শাবা লোকেন্স শিখ্রে। ঐদি পুন্সিগী য়ুমনাইদবী ওইনা হিংলগে খনখ্রে। ঐহাক দেবদাসী ওইনিংঙি।" লাই মায়ানা খুম্মী।

"দেবদাসী হায়বদি...?" শ্রীমতীনা ঙাইহাক খল্লগা হংলকই –"টেম্পল দান্সর ? হোয়নে হোয়নে নঙদি জগোইসু হৈবীনি।"

"জগোইশাবী নত্তেদা, লাইনীংবী দেবদাসী ওইরগে হায়বনি !" লাই-মায়ানা খুম্মী।

"মায়া ! মফম অসিদা ঙসিদগী লৈরো।" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই –"ঐসু কুমারিকানি, শাইদাংকোন অসিদা কুমারী কয়া লৈহন্দুনা দেবদাসী কল্ট নৎত্রগা কুমারীত্ব সাধনা হৌদোক্লবা থৌরাং তৌরি লোয়ননা লমজা হাউস অমসু চলাইবা হৌরবনি। ইহে ! ইনাক্তা লৈপলিবী অসিসু কৈ অমোমনি, মহাকসু কুমারীনি, মপুন্সিগী য়ুমনাইদবী ওইনা হিংগনি হায়দুনা লেপখ্রবনি, মমিংনা কুমারী অম্বিকা চৌধুরী, চৌধুরানী হায়রগসু খঙনৈ। ঐগী ছাত্রিনি, হৌজিক্স মরূপ ! ঙসিসে অঙকপা নুমিৎনি, থেংনরে কৈ অমোম অনী ! ঐ কন্নাসু কিদ্রে।"

কুমারী অম্বিকা অমসুং কুমরী মায়া নোকমি নোকমি তৌরগা য়েংনৈ, শকখঙনবা ওইনা কোন্নে। থাদোক্লরগা অমুক মখূৎ শোকনৈ, নুংশিনা কৌনৈ। মখূৎ অমুক থাদোক্রে।

"মায়াজি ! নোংমা দিল্লিদা অদোমগী ড্রামা অমা য়েংজখি।"

"অম্বিকাজি ! হান্নদগী মিং তাজে। দিল্লিগী ড্রামা ফেষ্টিভেলদা উজখ্রে।"

শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই—"জি জি হায়বদো কৌনদ্রবসু য়াইদা, ইচম হেক চম্মা মায়া, অম্বিকা কৌনৌবা, ঐখোয় অহুম য়াম্না কোয়নগুমসি, য়াম্না নকশিন্ননা, নুংশিন্ননা শ্রীমতী কুমারী লমজা হাউস চলাইমিন্নরসি, য়ারেদনা ?"

"য়ারে য়ারে।" অম্বিকা, মায়া অনীমক্কা খুন্মী।

"অদো মায়া, নহালনা কোক চংলকপা য়াদ্রো ?" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই—"মফম অসি ঐগী অশেংবা ইমা ইপাগী আশ্রমনি। কৈদৌবৈ লাংফাং তৌদুনা হিংলুরিবা ?"

"পুম্বিগী চাংয়েং অমনি, মথেল অমসু।" লাই-মায়ানা হায়রকই—"শ্রীমতী রাধিকা শাইদাংকোন অমদি গঙ্গাদাস বাবাজিগী মমিং তায়। মফম অসিদা নহাক লৈরম্বা অসি অঙকপনি, থাজরুদে। হৌজিক্তি খঙলে, ঐনা লাইনিংথৌ কাচিন্দা লোৎলিঙৌদা নখোল তাখি, তাখ্রবা খোলনি হায়বা খঙলকই...।"

"অদৈদি, এক্ট্রেস অমা ওইনা হনুবী শারগা মনীংথোংদা থোরকলগা মমাঙথোংদা লাকখিবা ওইরিনি ?" শ্রীমতী কুমারিকানা নোকলদুনা হায়রকই—"মী অমা ইমুংদা চেনশিনখিবগী সহুমদি ঐসু তাখি, ঐনা অৱাংলোমগী পুজারী ইনে ওইরিনি খন্দোকখি, হৈখ্রে হৈখ্রে নঙসে ; লাই-মায়া কৌবমক য়াই। ঐদি মীতোপ ভিক্ষারী হনুবীনি খল্লুই ; বাবাজিগী চৈসু অদু উরমদ্রবদি খঙলমলোই।"

"অদুবুদি, মমিং লৈরবী কলাকারনিদনা, মী লিশীং কয়াগী মমীৎতগী পি তাহনবসু ঙম্বীনি, নোকহনবসু, শাউহনবসু।" কুমারী অম্বিকা চৌধুরীনা পাংশিন্দুনা শমথরগা হায়রকই—"অদুগা মিত্রং হৈবীসু। নীংশিংলকএ, নীংশিংলকএ... মণিপুরীগী ড্রামা কাঙবুনা দিল্লিদা উৎখিবা ড্রামা অদো ভিক্ষারী পোৎলাকপী কৌবদাই ?"

"মদুগী সিন মতেক অমত্তং উৎচরগা চৎখিগে তৌবনি।" কুমারী যোগমায়ানা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই—"অদুবু চৈসু মপুনা ঐবু খঙদোকখ্রে।"

"অমবু ওইরে, ঙসিদি ঐসু য়াম্না নুংঙাইরে।" শ্রীমতী কুমারিকানা অসি হায়রগা হোলি চেম্বর লোমদা ওনশিন্দুনা লাউরকই—"গঙ্গামা ! ধুপ থাউমৈ থান্দুনা লাই অনী অসিবু ওকপীয়ুসে, থুবকউ।"

"গঙ্গামা ! লাই অনী নত্তে ; লাই অমত্তনি।" কুমারী অম্বিকা চৌদুরানীনা শমথরদুনা লাউরকই—"অম্বিকা, মায়া অনীদি লাইপীগী পান্নোম ওইনা লৈজগে, মীচমনি ঐখোয়দি।"

মৈনা ফবী গঙ্গামা তায়। চেনা পনদে, হোবে হোবে তৌবসু হৈনজে। খুদক্তা হেক্তা ধুপ থাউমৈ, বর্তি, কোরীগী পুখম অমদা পুরদুনা থোরকই ; হোলি চেম্বরগী মাঙ্গোলদা লেপলগা ঙাইদুনা লৈখ্রে।

শ্রীমতী কুমারিকানা অম্বিকা, মায়া অনীবু নাকয়েৎতা লেঙ্গোল্লদুনা পুশিল্লকই ; চংশিল্লকই হোলি চেম্বর তম্না, মাঙ্গোলদা কাখৎলকই ; লাই-মায়াবু মশক তাক্তুনা হায়রকই—"গঙ্গামা ! ঐনা ঙাইহাক লৈতনা মমিং পনখিবী যোগমায়া, লাই-মায়া, মিস কংলৈপাক হায়বদো মহাক অসিনি ; ঙসিদি শ্রীনদীয়া বিহারীনা মাবুসু চিংদুনা পুরকলে।"

"এ ঃ ইবেম্মা নঙদি হনুবী ভিক্ষারী শাবসু হৈবোইনা।" গৌতমীদাসীনা হায়রকই,

"ওরাংতসু থেংনরক্মী, ষ্টেসনগী খোঙনাং মখোঙদা ; শচি বিলাপকী লীলা মতেক অমা উৎহৌই। কয়া নুংঙাইখ্রে!"

"গঙ্গামা !" লাই-মায়ানা হায়রকই—"খোঙনাং মখোঙদা লাৎলিবা যোগমায়া অদো, ঐগী লাইনি ; ঐসু কলিগী যোগমায়া অমনি ; ওরাংদি শেনসু য়াম্না তাইদো।"

"হোয়নে, হোয়নে, ইমাসু নঙনা কপ্ল-কপ্লদুনা নিমাই কৌরগা পি শিন্থুহৌবা অদুদা লুপা মঙা কৎলক্মী।" গঙ্গামানা হায়রকই —"শেন অদু হন্দোকউ হায়বা নত্তেকো ; ইমাসু পেনখিবনি।"

কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীনা পাংশিল্লকই —"গঙ্গামা ! মহাক অসে মমিং চৎলবী কলাকারনি ; দেবদাসী ওইদুনা শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা ওংবা লাকলবনি।"

"নুংঙাইরে, নুংঙাইবে, ইমাসু বৃন্দাবন চৎকে খনবসে য়াবনি।" গৌতমীদাসীনা হায়রকই, "নখোয় অহুমগী খুৎপু অসিদি ইমানা মমিং অমদুম থোননিংলকএদো।"

গৌতমীদাসীনা অসি হায়র হায়রগা লাই অহুম্ম মৈ ওত্তুনা আরতি কৎলি। মেদোন মেংবী অনীসু চেপ্তোরত্তুনা গঙ্গামাগী নাক য়েৎতা লেপ্তুনা য়েংলরে।

"গঙ্গামা !" শ্রীমতী কুমারিকানা নোকমি নোকমি তৌরদুনা হংলকই—"ঐখোয় অহুমগী খুৎপুবু কবি মিং থোনগে হায়রিবনো... থোল্লু থোল্লু য়াব্রা য়েংগে।"

গৌতমীদাসীনা হায়রকই—"ইমানা 'তিন দেবীয়াং' থোননিংঙি, অদুবু নখোয় লাইমকসু নত্তে ; অদুনা ঙসিদগী নখোয় অহুমগী খুৎপুবু 'শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী' হায়দুনা থোল্লগে ; পুন্সিগী লেঙদনা লৈমিন্নৌকো ; ইমাদি শ্রীধাম বৃন্দাবন্দা চৎখ্রগে ; মফম অদুদা শিজরুগে ; ঐগী স্বামীসু মফম অদুদা থুপখি।"

"শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী !" কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীনা মায়থোং মকা লামনা নোক্লদুনা হায়রকই—"কয়াদা চুশিন্নখ্রবা মমিংনো, আই লাইক ইট ; ৱাট্ এ নাইস নেম ওফ ত্রিনিটি!"

"আই থিং সো !" লাই-মায়ানা খুন্মী।

"গঙ্গামা ! নঙদি ওহ্লোক্ল মমিং থোনবা হৈখ্রেদা।" শ্রীমতী কুমারিকানা মঙক নোম্না নোম্না য়ানিংবা উৎলদুনা হায়রকই —"নচাসু য়ারে, ঐনা হেক পামজবা মিংথোলনি। মফম অসিদা শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী কয়াগী শাইদাংফম ওইহল্লগে।"

"ইমাদি কুমারী নত্তে !" গৌতামীদাসীনা মতাং চানা হায়রকই —"গৌতমীদাসীবু থাদোকপীরো, ছুতি পীবিরো।"

"ঙায়খো ঙায়খো, মেন তানা চৎলু।" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই —"তাগোপীবু থিলহনগে, নীংথিনা লৈরুনবা নচানা শিনগনি ; থাগী শেনথুম থাবীরক্কনি। নঙদি ইনাওবীগী মমানি ; ঐগীসু ইমানি, নচা লৈরি ; ফনবা শিনগনি।"

"ইমাগী সুরধুনী গঙ্গা !" গৌতমীদাসীনা হায়রকই—"নঙদি অমদা অনী পুল্লবীনি ; শ্রীমতী কুমারিকা ওইনা উরোং খিনবা ঙমজবা ওইয়ুকো !"

"নত্তে নত্তে গঙ্গামা !" শ্রীমতী কুমারিকানা মখা তানা হায়রকই —"নচাগী শ্রীধাম নবদ্বীপকী পুন্সি অসে অপুনবগী মমিংদা শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী অমা ওইনা হিংজগে।"

"হোয়নে, হোয়নে নঙসু দেবদাসী অমনি।" অদুগুমি জি-কোটেজগী অহিংদা...।" গৌতমীদাসীনা শমথরদুনা হায়রকই —"নঙদি শ্রীনদীয়া বিহারীগী থৌজাল ফংত্রবীনি। কুমারিকা, কুমারী অর্থ অমত্তনি হায়দুনা লৌবসু য়াই ; দেবদাসীশিংগী মমিং মমাঙদা শ্রীমতী হাপ্লসু চুমগনি খল্লি ইমাদি। লেঙশিল্লসি, শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী!"

গৌতমীদাসীনা শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী অহুমবুং ধুপ থাউমৈ অমদি আরতি কংলল-কংলদুনা মনীং হন্না হন্না চংশিনখি। শ্রীমতী কুমারিকা, কুমারী অম্বিকা চৌধুরানী, কুমারী যোগমায়া অহুম্না অমত্তা ওইরগা হোলি চেম্বর মনুংদা চংশিনখ্রে। কৈ অমোম অনী অমসুং নোংশা অমোম অমা!

অঙকপনি! অঙকপা নুপী অহুম পুনখ্রে।



শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী!

অঙকপা নুপী অহুম পুনখ্রে। শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা করি থোক্লগাবা! কুমারী অম্বিকা অমদি কুমারী যোগমায়া অনীসু শ্রীধাম নবদ্বীপ ওংবী কৌবা য়ারে। তৌবতবু কুমারীগী মমাঙদা 'শ্রীমতী' মিংথোল থিন্দোক্লুনা হাপ্পদি য়াফাৎত্রি। সুরধুনী মাস্নীদি হান্নসু শ্রীমতী কৌজরকই। মহাকপুদি শ্রীমতী কুমারিকা দেবদাসী নৎত্রগা শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী কৌবদা য়েৎননিংঙাই লৈররোই। মহাক শ্রীমতীনি, মহাক কুমারিকা নৎত্রগা কুমারীনি ; মহাক্তি দেবদাসী অমা ওইখিবসু কুইরবনি। 'খোয়ুম খোইমু লাবগী সখপ সাহুম' ফংজখ্রে! মহাক্না খঞ্জবা ৱাখলনি, অনী অমদি কুমারী কন্টতা লাইমিং লৌবতমক ঙায়রি। মনুং হুঞ্জিনবা তত্ত্বগী লাইমিংদি লৌদ্রিবনি।

হোলি চেম্বরগী মনুংদা মখোয় অহুম ফমিন্নখ্রে। মেদোন অমসুং মেংবী অনীনা কুমাবী যোগমায়াদা মীৎয়েং থমলদুনা য়েংজৈ। গৌতমীদাসীদি পুজাগী পোৎলমশিং পুরদুনা ইমুং মনুংদা অমুক চংখ্রে।

মীতেক মীরৌ খঙলবী যোগমায়ানা মেদোন অমসুং মেংবী — অঙাং অনী অদু কনা কনানো হায়বা খঙনিংলকই। মহাকসু ঙাংনিং শকনিংবদা পন্থবা হৈন্দবীনি, খূদক্তা সৎ হেক্তা হায়রকই, "নুংশিখ্রেদা নুপীমচা অনীসে! কনাই কনাই মচানো, নবানীদি ?"

"ভিক্ষারী হনুবী! নঙবু কনানোনে ?" মেদোননা নোৎশিল্লকই।

"ঐবু হনুবী হায়বা!" কুমারী যোগমায়ানা মশাদা ইল্লিবা ইন্নফি ফিজিলনা মমায় অদু সৎ সৎ তৈথোক্লগা হায়রকই —"হনুবী মাল্লিব্রা, য়েংঙু য়েংঙু।"

"হৈমা! হনুবী নত্তেনেহে, মেদোন!" মেংবীনা মমীৎ লংখৎলদুনা হায়রকই —"মশকসু য়াম্না ফজেনে, য়েংঙু য়েংঙু।"

"ঐগী ইমিংদি খঙলেদনা, লাই-মায়া! যোগমায়াসু কৌই।" কুমারী মায়ানা শমথরদুনা হায়রকই —"নবানীগী নশক নমিংসু তাকলো, অমদি মেদোন কৌই হায়বা খঙলে।"

কুমারী অম্বিকানা হায়রকই —"মেদোন, মেংবী! ঙসিদগীদি নোংথাঙদৌনা পাইরকপী মাসি অসিবু যোগিমা কৌকো।"

"হোয় অম্বিমা !" মেদোন অমসুং মেংবীনা খুম্মী।

শ্রীমতী কুমারিকানা কুমারী যোগমায়াগী মতৌ য়েংলগে খল্লদুনা নোকফেং নোকফেং তৌরগা হায়রকই—"য়েংঙোই মায়া ! মেদোনসে ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদগী শকফম মানদ্রা ? মহাক ঐগী ইচানুপীনি। অদুগা, মেংবীনা কুমারী অম্বিকাগী অমত্তা পোকচবা মচানুপীনি।"

"এ ঃ লুহোংদবী মমাসু মচা পোকইবা !" কুমারী যোগমায়ানা মরৌ লৈরপ্পা মমীৎ লংখৎলদুনা হায়রকই —"ঐগীসু ইচা অমত্তং লোন্নবু ওইরবসু, ফোংনবু ওইরবসু পোকচরমলবদি লমজা হাউসতা দান ওইনা কৎচরপ্পা য়াবনিদো, ওহোকইদা !"

শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই—"মেদোন, মেংবী ! নবানী যোগিমা খুরুম্মু অদুগা গঙ্গামাগী মনাক্তা চংথ্রো।"

মেদোন অমসুং মেংবীনা যোগমায়াগী মখোঙ শোক্রুদুনা হায়রকই —"খুরুমজরি, যোগিমা !"

যোগমায়ানা নুপীমচা অনীগী মকোক্তা নাহুবীরদুনা হায়রকই—"য়াইফবা ওইয়ু, মেদোন মেংবী ! ইমাসু নবানীদৌনা মরু মনাও কাংলবী ইচানুপী অমত্তংদি কন্দায়দৈনো পোকলুরগা দান তৌবা ঙমজবা ওইজগে, শেন-থুম য়াম্না কৎপদি ঙমখিরোই।"

মেদোন অমসুং মেংবী ইমুংদা চেনশিনখ্রে।

"ইবুকথোক্কী ইচাবু ওইববসু...।" কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীনা ঙাইহাক লকক তৌরগা হায়রকই—"লমজা হাউস হৌগৎলকপদা দান তৌবা হায়বা অসিসু অচৌবা কন্ত্রিবিয়ুসন অমনি হায়দুনা লৌবা যাই, য়াদ্রনে মেদাম ?"

"মেদাম কৌরনু হায়রগা।" শ্রীমতী কুমারিকানা তাপ ওকলগা হায়রকই—"শ্রীমতী অদুম কৌবোবা, হোয় চহীবুদি ঐনা নঙোন্দগী অহুমলোম হল্লি, মায়াদৈসু, ঐনা চহী খরা হল্লি, ইমান্নবী ওইনা অদুম তিন্নরকই, মিং অদুম কৌনরকই।"

"ঐবু তম্বী তাকপীবদসু নত্তনা হীরম কয়াদসু লমজিংবীরকপী অমদা মিং হেক কৌজবসু হঙ্গোইদা।" কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই —"মেদাম ! লৈরে লৈরে মিংগৌ অমা, ইমাথোই হেক্তা কৌজরগে, আইমা হায়দুনসু কৌজবা য়াইদনা ? মেদোন মেংবীনসু কৌবা হৌখ্রে।"

"এ ঃ ঐবু নঙগীসু ইমাথোই নৎত্রগা আইমা ?" শ্রীমতী কুমারিকানা নোকফেং তৌনা হায়রকই—"হোয়দা, কৌনিং কৌনিংবা হেক কৌজরো।"

"লমজা হাউসতা হেদ মাদর অমদি লৈবা তাবনি।" কুমারী যোগমায়ানা পাংশিনবা ওইনা হায়রকই—"ঐসু ঙসিদগী ইমাথোই হায়দুনা কৌজরগে।"

"ও য়েস !" কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীনা মায়থোং মকা লাম্না হায়রকই—"আই য়ুদ লাইক টু মেক মেদাম শ্রীমতী কুমারিকা এজ এ গুদ মাদর এন্দ হোলি মাদর ফোর ওল।"

"অম্বি, অদুগা মায়া !" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই —"ঐদি মীচমনি, মীচম ওইনা হিংজগে খন্দুনা সুরধুনী গঙ্গা ভেল্লিদা ওংজবা লাকপনি ; ঐবু খংব্রাং ব্রাংনা থাঙ্গৎপীগনু ; নচ্ছরুরুবদি খ্বাং তেক্কনিকো।"

"মায়া, অম্বি অনী লৈজরি, তারুক্লগা হেক্ত ওকচগে।" কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীনা

হায়রকই—"কুমারী কল্ট শন্দোরকপা হৌরসি, করি অমত্তা চিংনবীগনু, চৌধুরানী লৈরিঙৈদা ইমাথোইগী মায়য়োক্তা লেপ্লগাদবা মীদি নদীয়াদা লৈহল্লোই, তাস্থোকখিনি।"

"তৌবসু অম্বি!" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই—"ঐনা সহজিয়া কল্ট অসি মুৎথৎনিংই, ঐসু কল্ট অদুগী মনুংদা পোকখিবী নুপী অমদি ওইরুরে অদুবু চৎনরোল অসিদি তশেংনা পামদে; সহজিয়া কল্ট হায়বা লাইনীং মখল অদুনা মীওই কয়াদা মোৎহন্নবা নৎত্রগা লমজা কয়া থোরক্লবা মচাক অমা ওইরকই। খঙব্রা, মেদোন কনাগী মচানো? মহাকসু সহজিয়া কল্টতগী পোকখিবী লমজানু অমনি হায়বা য়াই। মাগী পারী পুরীদি হংলকলগনু, হয়েং কোন্না হায়রগে। ঐনা ইচা ওইনা য়োক্কনি।"

অম্বিকা অমসুং মায়া পৃমঙক ঙকই।

কুমারী যোগমায়ানা ঙাইহাক লৈরগা য়াম্না খঙনিংনা হায়রকই—"ঐদি ওস্থোক ওস্থোকপা ব্রাখল খল্লুরে।"

"মায়া! অমবু ওইরে।" শ্রীমতী কুমারিকানা য়াম্না চিংলেম্না হায়রকই—"মেদোন অমসুং মেংবী ইচানুপী অনী অসে ঙসিদগীদি নঙগীসু নচানুপীনি; নঙনা হৈজবা কলা বিদ্যা কয়াসু তম্বীয়ু, নঙদি অঙাংদা লাইরিক তাকপী তম্বীবসু য়াম্না হৈবীনি হায়বা ঐ খঙই। মবানীগী ওজাসু ওইয়ু। ঐখোয়দি লমজা য়োকপীসু ওইবা তাবনি।"

"য়াথং অদুমক ঙাকচগে, ইমাথোই!" কুমারী যোগমায়ানা খুম্মী।

"এঃ ঐবু নঙগীসু ইমাথোই?" শ্রীমতী কুমারিকানা মমীৎ লংখৎলদুনা মোমোনসু তৌনা হায়রকই—"নবানীনা ঐবু নমদুনা লালহৌবী ওইহনদৌরিব্রা?"

"চিংনবীরুনু পাস্নেম অনী লৈজরি।" কুমারী অম্বিকানা মখা তানা হায়রকই—"ঐসু সহজিয়া কল্ট অসি য়াজনিংদে, তকখায়নিংবা কুইরবনি।"

কুমারী যোগমায়ানা হায়রকই—"ঐদি মীনৌনি। সহজিয়া কল্ট হায়সিবু করম্বা মখলগী লাইনীং লম্বীনো?"

"যোগিমা! ঐদি কয়া খঙফাৎতে।" কুমারী অম্বিকানা হায়রকই—"ইমাথোইনা হেন্না খঙফম থোকই, পৌরপ্পা নুপা নুপী পুন্না আশ্রম অমদা লাইনীংমিন্নদুনা লৈববু সহজিয়া সাধনা নৎত্রগা সহজিয়া কল্ট হায়রগা খঙনৈ; মদুগী অরোন অথুপ তোঙান তোঙানবা কলচর কয়াসু লৈখ্রে।"

"মায়া! ফোঙনা য়ুম্বাল পুন্সিদা, খ্বাই ময়াম খঙনা লৈমিন্নদুনা সহজিয়া কল্ট চৎথবদি করিসু অকায়বা লৈতে।" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই—"আদি কালগী মুনিশিংনা ফজনা চৎথরকই। মদুগী ওন্নবদা, সাধুবাবা খরনা মাগী মাগী দাসী থমদুনা লাইনীংবগী মওং অমা চৎথরকখি, মদুসু সহজিয়া কল্টকী মনুং চল্লি; দাসী খনবা হায়বা অসিদগী অমোৎপা খরা থোরকই; দাসীশিংনা লোন্না মরম থুরগা অতোপ্পা মফমদা মচা পোকলুই, হুন্দোকলুবসু য়াওই; মপাশিংদি কৈসু থৌশাদে, মশক মমিং লোৎতুনা লৈখিবনা অয়াম্বনি। মতৌ অসুম্না লমজাগী চাকোক থোরকই অদুনা চৎনবী অসি মুৎথৎনিংঙি; দাসী খনবগী চৎনবী অসিসু অফবা নত্তে। নুপা লাইনীংবনা নুপা লাইনীংবগী মনাক্তা লৈবদি কায়দে। নুপী লাইনীংবীনা নুপী লাইনীংবীগী মনাক্তা তোঙান তোঙান লৈবসিবু ফজদ্রনে, হা অম্বি, অদুগা মায়া!"

"চুম্মী চুম্মী।" কুমারী মায়ানা হায়রকই—"ঐদি হান্না করিসু খণ্ডদবনিনা ঐগী ইপোৎ ইচৈ মাঙখিবা নুমীৎ অদুদা সমাজ বাড়ী কৌবা আশ্রম অমদা শাইদাংবা চৎলুই; সাধু বাবা অনীনা ঐগীদা, ঐগীদা হায়দুনা খৎনরকই, দাসী ওইযু, লেঙদনা লৈয়ু হায়রকই। ঐহাক ভাপ তারকই, পচ্ছরমদ্রে। অদৈদি, শ্রীঅনুপ্রভুগীদা চেনশিল্লুই, মহৌশা ঐগা খঙনখিবী উষা কৌবী অমা নিংথেমচা কোল্লুপ অদুদা ওৎদুনা লৈরম্মী, মাগী মতেং ফংদুনা দাসী খনবদগী নাছোকচবা ঙমহৌই। অদুবু ঐহাক দেবদাসী ওইনা হিংলগে হায়দুনদি লেপখি।"

"ঙসিদি নহাকসু অম্বিকাসু মফম চানা নোংমতদা থুংলবা অসিমুক ঙকপসু ঙকই, নুংঙাইবসু হায়ফম খঙদ্রে।" শ্রীমতী কুমাবিকানা মমীৎতা পিগী ইরা চেল্লপ তৌরগা হায়রকই, "ঐখোয় পুন্না লাইসু নীংমিন্নসি থবক খরসু তৌমিন্নরসি, ঐদি কুইনা হিংগদবসু মান্দে, ইশানা খঙজবা লায়না খরা লৈরে।"

"লায়না হায়দি..?" কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীনা খঙনিংনা হংলকই—"মহৌশাগী শারৈ হৌবী অদুরা, ইমাখোই?"

"হোয়, মদুসু মরক মরক্তা হৌই, অতৈসু কয়ানি।" শ্রীমতী কুমারিকানা করিসু থৌশাদনা হায়রকই—"অদুবু, ঐহাক লায়েংলরোই, যোগ থেরাফিদি তৌরি, অদুম ফখিবসু য়াইদা।"

"যোগদি য়াম্না কান্নখ্রবা পোৎনি।" কুমারী যোগমায়ানা হায়রকই —"ঐসু তৌরকই, জগোই শাবদসু য়াম্না ইশা য়াংহনবা য়াই, পৃব্রিং লাকশিনবসু খরমখৈদি ঙম্মী।"

"অতৈ লায়রি মায়া!" শ্রীমতী কুমারিকানা মতাং চানা থেৎচিল্লকই—"ফন্দ দ্রাইভ তৌনবা চেরিতি সো অমদুম উৎসিদো, ঐসু য়াওনি, ঈশৈ শক্কনি, অদুগা 'চিঠিগী মচানুপী' কৌবা ড্রামা অমসু ঐনা ইরগা লৈরে, কুমারী অম্বিকাসু কালিকা শাবী হায়দুনা ফাওরকপীনি, ঐখোয় অহুমগী কুন্দ্ধে তৌশিদো।"

"য়াই য়াই।" অম্বিকা মায়া অনীমক্না খুম্মী।

"তৌবতবু ঐখোয় অহুম কনা কনানো হায়বা অদুমদি হান্না শকখঙহনবা অমা চংঙি।" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই —"চৌধুরানীবুদি এম.পি. লেপলুরবনিনা খঙই, মায়া ইবানীদি কনানসু খঙদ্রি। মতাংচাবা অমদা মতিং থোকপা থবক অমত্তংদি হান্না তৌরগা শকতাকনিংঙি নৎত্রবদি ফ্লেপ সো তারোইদ্রনে, অম্বি?"

"মদুসু চুম্মী!" কুমারী অম্বিকানা হায়রকই—"ইমাখোইদি নিমাই জন্মস্থানগী ফাইন্দিংস কয়া খঙলবনিনা শাফোংফম অমা ফংনবা ঐহাক শিঞ্জরক্কে। কেস অমা চংথরিবনি, লৌইদ্রি।"

"মদুদি ঐনসু য়াম্না পামজবা হীরমনি।" শ্রীমতী কুমারিকানা মখা তানা হায়রকই—"কেস মরক্তা ঐহাক ফাওজিনগে, অদুগা তকখায়গে, নুমিৎ অদু মুন্না খঙদোক্লবা হোৎনৌ, অম্বি! নঙগী আইদিয়াদো ফজে, চৎসি ঐখোয় অহুম।"

"ঙসিসে কয়াদা নুংঙাইরবা।" কুমাবী যোগমায়ানা নুংঙাইবগী মিৎলু পিরাং ইহৌনা শোঞ্জরগা ঙাংলকই—"ঐসু শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা ওংঙু হায়দুনা অমথ্রবনিনা নীংশিংলরোই ইপাম লমদম!"

"শ্রীধাম নবদ্বীপ ওংবী হায়সিবু...।" কুমারী অম্বিকানা নোকফেংৎ নোকফেংৎ তৌনা হায়রকই—"নুপা য়াওদ্রসু ওংবা য়াবা নৎত্রো, হা মেদাম? আই মিন, ইমাখোই!"

"য়াইনা, ঐসু ওংলরিবসিনি।" শ্রীমতী কুমারিকানা খুম্মী।

কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীনা হায়রকই—"ঐবুদি হান্নসু নদীয়াবাসীনি। ঙসিদগীদি ঐসু শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা ওংজরগে।"

শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা ওংলবী অহুমদো হরাও তয়াম্বা নোকমিন্নে ; মকোক অহুম চুমশিন্নে। য়োৎশৃবী মখোঙ অহুমগী মতৌগুম্না লেঙ্গোন্নখি। নুমিৎ অসিদগী মখোয় অহুম্না খৃৎপু অমত্তা ওইনা হোলি চেম্বরদা লৈমিন্নখি লোয়ননা কুমারী কল্ট শন্দোকপা হৌরকই



ঙসিসু অমুক!

মমিং চৎলবী টেম্পল গাইদ অনী! ষ্টেসন রোড্কী হোজংফমদা লেপ্লরে। ঙশায়মখৈ ব্বারী শারদুনা পুন্না লৈমিন্নবম্মী। তীর্থ যাত্রিক হেক থুংলবগা মাগী মাগী এলাকাদা চেঙ্খোক্লখ্রে।

"লেঙশিনবীরকউ, লেঙশিনবীরকউ শ্রীধাম মায়াপুরদা!"

শ্রীমতী কাভেরী গোস্বামীনা খোঞ্জেল য়াক্লপনা লাউরদুনা মখা শমথরকই—"ৱেল কম টু শ্রীধাম মায়াপুর, দ রিয়েল বার্থ প্লেস ওফ শ্রীচৈতন্য গৌরাঙ্গ মহাপ্রভূ!"

"শ্বাগতম! আয়িয়ে পধারিয়ে।"

কুমারী মেংবী, মীরাদাসীনা খোঞ্জেল মেংলপ্পা লাউরদুনা খা মায়কৈদগী ওকশিল্লকই, "লেঙশিনবীরকউ, শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা! মফম অসি পুণ্যধামনি, মফম অশোমদনি শ্রীচৈতন্যা গৌরাঙ্গ মহাপ্রভূগী অশেংবা নিমাই জন্মস্থান! নিম পাম্বী হৌরি, ব্বাঙ্গোনশঙসু লৈরি, লমজিং লমতাক ওইজগে।"

"নত্তে, নত্তে! অশোমদনি। অশোম ব্বাংমদনি।"

শ্রীমতী কাভেরী গোস্বামীনা মখা ওকথরদুনা অব্বাং মায়কৈদগী অমুক লাউরকই, "নিমাইগী অশেংবা জন্মস্থান অশোমদনি। অশোমদসু নিম পাম্বী হৌরি, শ্রীধাম ময়াপুরদসু ব্বাঙ্গোনশঙ লৈরি, ৱেল কম টু শ্রীধাম মায়াপুর! লেট মি গাইদ য়ু ওল!"

মতম অমগী বঙ্গদেশ অপুনবগী কোনুং ওইরম্বা নদীয়া জিলা—অনীথোক্লা চিংখায়নরে। মঙাওথীরবী ভগীরথী গঙ্গাগী ঈচেলসু ঙাইহাক লৈতনা হোংদোক হোংজিল তৌখ্রে। নদীয়া জিলাগী মান চিত্র (মেপ) নৌহৌনা য়েকথোক, য়েকশিন তৌখ্রে। লম্মীৎলোন অমসুং ইতিহাস ; শেমদোক শেমজিন, লৈথোক লৈশিন কয়াসু লৈখ্রে। কলিকাতা সিতি কোলেজগী প্রোফেসার কে এন মুখর্জীগী ফাইন্দিংশিং—ওথোরিটি অমত্তনা, হৌজিক ফাওবা অচুম্বা রাই পীথোক্ত্রি। হেক্তা লাউথোকলুবসু য়াবা নত্তে। অনীমক চুম্মী নত্রগা অনীমক লাল্লি হায়দুনা রাই পীবা তারিব্রা? মদু নৎত্রবদি লাইনীং লম্বীদা নিমাই জন্মস্থান মুন্নবগী ইমু-নাইম্মু তান্নবা অমা খোরকপা য়াই। অদুঙৈ, জগাই মাধাই মচীন মনাওনা শ্রীনিত্যাইনন্দগী মকোক থুগাইখিবগুম... মহন্ত মশেলসু হাৎন-শূন্নরকপা য়াই। মসি ব্বায়েল চুপলি পায়বশিংনা খঙই।

চুম্মী, নিমাই জন্মস্থান অনী সুরি!

অমনা 'প্রচীন মায়াপুর' অতোপ্পা অমনা 'শ্রীধাম মায়াপুর'। সুরধুনী গঙ্গাগী নোংচুপ্তা শ্রীধাম নবদ্বীপ। সুরধুনী গঙ্গাগী নোংপোক্তা, শ্রীধাম মায়াপুর। প্রচীন মায়াপুরদি হান্নদগী লৈরমলে হায়রি। মসিবু পুথোক্লম্বা পন্দিত ব্রজমোহনদাসকী কাণ্ডবুনা, শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা থায়নদগী লাইশাঙ মন্দির কয়া লীংখৎতুনা সেবা চৎথরকলি, মন্দির করবারসু!

সুরধুনী গঙ্গাগী অন্নাং-নোংপোক চিদাইদা বামুন পুকুর কৌবা মফম অমা লৈ। মিয়াশিংনা পাল্লম্মী। 'মিয়াপুর'দগী মায়াপুর থোনখিবনি, হৌজিক্কা 'শ্রীধাম মায়াপুর' হায়দুনা খঙনখিবনি হায়বগী ৱায়েৎসু চৎথরি। মসিবু পুথোক্লম্বা পন্দিত কেদরনাথকী কাণ্ডবুনা লাইশাঙ মন্দির কয়াসু মথং মথং শাগৎতুনা সেবা চৎলি, মন্দির করবারসু। পন্দিত কেদরনাথগী ফাইন্দিংবু ঙাকলৌ পিরিবনা ইসকনগী খূৎপুসু য়াওরি, শেন- ৱাৎতে, মী য়াম্মী। সুরধুনী গঙ্গাগী ৱাংমা ৱাংমা, ধর্ম্মগী লড়াই চৎথরকলি। অনীমক চুম্মী নৎত্রগা অনী লাল্লি হায়দুনা অরোইবা ৱারেপ পীবা কনাগীসু মতিক নত্তে। নবদ্বীপ কাণ্ডবুনা হায়, মখোয়না চুম্মী। মায়াপুর কাণ্ডবুনা হায়, মখোয়না চুম্মী। লাউনবী, মাগী মাগী মী খোম্লরি।

শ্রীমতী কাভেরী গোস্বামী অমসুং কুমারী মেংবী- লুনা চান্নজৈ। অদুওইদুনসু তোঙান- তোঙানবা লাইনীং লম্বীগী বৈষ্ণবীনি। লাইসোন অমদি মীফালোন (যাত্রিক ফারোন) মান্নদে। শ্রীমতী কাভেরীনা শ্রীধাম মায়াপুরগী এজেন্টনি ; কুমারী মেংবীনা শ্রীধাম নবদ্বীপকী দাসীনি ; দেবদাসী!

কাভেরীনা তীর্থ যাত্রিকশিংবু 'হরে কৃষ্ণ! হরে কৃষ্ণ' হায়দুনা শোঙ্গরগা খুরুম্মী ; তরাম্না ওকচৈ। ঙসিসু মাগীদি ঙস্তানা যাত্রিক কয়া থেংনখ্রে। হান্নদগী পাউ ফাওনরবা টুরিষ্ট মোঙ্ক খরা ওকপা লাকপনি। মহাক মশানা মশক তাক্তুনা ইংলিসতা ঙাংঙি—"আই এম কাভেরী দাসী! য়ু আব ৱেলকম টু শ্রীধাম ময়াপুর! ভান ইজ ৱেটিং ফোর য়ু, মাই লোর্দ। হরে কৃষ্ণ! হরে কৃষ্ণ!"

নোংচুপলোমগী শকহেনবা লম্বোইবশিং- শ্রীমতী কাভেরী গোস্বামীগী মীৎয়েং নায়েং, ৱাঙাং শঙাং অদুদা ইমুন মুন্থে। থোইদোক্না মখোয়বু 'মাই লোর্দ' হায়দুনা নোল্লুকপা অদুদা অচাউ অবম কাজে। কাভেরীদা মমীৎ কুপ্পুনা য়েংলগা খুম্মী—"হরে কৃষ্ণ! হরে কৃষ্ণ!"

শ্রীমতী কাভেবী গোস্বামী - কুচু মুই। মুরসু মুন্নানি। রাসি লমযৌনা লৈ। মশা পাতকই, মরেপ ৱাংঙি। 'অমুবী ফজবী' হায়বা নুপী কাঙলুপ অদুগী মনুংদা থম্বা য়াই। মাগী য়াতোন উৎনা নোকপা মনোক- মদুনিসে হায়নরিবা। মাগী শকওং শাবান- ইন্টনেসনেল সাইজনি। চহীসু নৌরি ৩৫! অসিগুম্বী দাসী অসিদা ঙাওরোইদবা কনা লৈ?

চহী ৬০গী মথক ওইরবা লম্বোইবা শকহেনবশিং অদো পুমসুম হেক্তা সুমহৎখ্রে। অমনা মথন্তা শোঞ্জে—"হাও সুইট! হরে কৃষ্ণ! হরে কৃষ্ণ!"

শ্রীমতী কাভেরী গোস্বামী তায়। পাউখুম পীদে। মাগী যাত্রিকশিং পুরগা অন্নাং পাংনা ষ্টেসন রোডতা খোঙশানখ্রে। লাপতক্লা থাদুনা থমলিবা কাভেরী থাবা ভান অমদা মাগী যাত্রিকশিং তোংখৎহনখ্রে। মহাক্লা মেংবীদা মোমোন তৌনা মমীৎ খৎলম্মী।

কুমারী মেংবী মোমোন তৌই। মঙোন্দা নাপল য়াওদে, ইচম চম্মী। শ্রীমতী কাভেরী গোস্বামীদি খম থেংবীনি। মাবু টেম্পল গাইদ ওইরবসু 'এজেন্ট কাভেরী' হায়দুনা খঙনৈ। মহাক কনাগী এজেন্ট ওইরিগবা? রিক্সো ড্রাইভরশিংনা মাবু 'দবল দিল্লর' নৎত্রগা 'নুতন বিষ্ণুপ্রিয়া' হায়রগসু খঙনৈ। মহাক ইসকনগী লাইভ মেম্বরনি, অথোইবী বৈষ্ণবী অমসুনি। মহাক মশাগী

তোঙানবা লাইশঙ মন্দির অমসু লৈজে। মহাক্না শীংখিবা ৱাশক অমা লৈরি — মদুগী পান্দম ফংনবা নুং- পান শান্নরি। অদুনা 'দবল দিল্লর' কৌরিব্রা ?

মাগী মতৌ, কুমারী মেংবীনা তম্না ঙম্না নত্তে। নুংত্তিগা মান্নদবা মাগী মওং মতৌ —মেংবী ঙকই। অঙকপা নুপীনি, ভানসু মহাক্না থৌখি। বাড়ল ঘাট তাবা লম্বী অম্না ভান অদু য়াংনা পাইখ্রে। মেংবীনা য়েংদুনা লৈহৌহি। মাগী যাত্রিক ফাগনি হায়বা কাউথোকই।

কুমারী মেংবী লৌশিং লাকই, মাদি মীগী য়াইফনবতা খঙবীনি। মথন্তা শোঞ্জে —"রাধে রাধে ! জয় রাধে জয় কৃষ্ণ ! হে নদীয়া বিহারী ! ইচে কাভেরীবু অচুম্বা লম্বীদা লমজিংবীয়ু !"

কুমারী মেংবী, মীরা দাসী ! তুম্মিন্না লেপ্তুনা লৈরি। মহাক নুংঙাইতে। অমুকসু মথন্তা চীঙ্খোক্না ঙাংজে —"খঙদেদা, নিমাই জন্মস্থান ! নঙগী নরাইবক। কনানবু চুমলিবা, কনানবু লাল্লিবা ?"

মীরাদাসী উংজানরি।



নোংমা,

মতম কুইরবগী মমাঙদনি। নদীয়া জিলাগী দিষ্ট্রিক্ট কোর্ট্টা, কেস হিয়ারিং অমা চৎথরম্মী। নিমাই জন্মস্থান মুন্নবগী মতাংদনি। শ্রীধাম নবদ্বীপ অমসুং শ্রীধাম মায়াপুর — মায়কৈ অনীমক্কী উকিলশিংনা লৈজবী থাদুনা মরৈ য়েংনখি। কেস অদুগী বিচারপতি (জজ) ওইরিবা দি কে বেনার্জীনা অরোইবা রাই পীরগে হায়দুনা কলম পায়খৎলি, লুকথরপ তৌরগা জজমেন্ট শিট্টা, ময়েক তারগে হায়দুনা তৌরম্মী।

"হুজুর সাহেব !"

ইখঙ হেক খঙহৌদনা, খ্বাইগী মনীংদা ফমদুনা ৱায়েং তাবা লাকলিবী নুপী অমখক্না, ফুক হৌগৎলকই। মেংলপ তৌবা, অদুম্মদি ওইরগা হৌরপ তৌরবা খোঞ্জেলদা, মখা শমথরদুনা লাউরকই —"ঙাইবীখো মিকুপ অমত্তং। কেস অদু মতম পূম্বগী ওইনা খুমজিনবীগ্নো। সেরফালাগী খল অদু মচি লেঙদনা থম্বীয়ু। মদুনা অচুম্বা ৱায়েলগী রাই ওইগনি।"

কোর্ট অদুদা তিল্লিবা পুম্নমক খংপ্রেক খংনখি। মমাঙদা ফমলিবা মীয়াম পুম্নমক মঙক লৈথোরক্তুনা য়েংনরকই। নুপী অদুদা মীৎয়েং থম্নরকই। মহৈ মহৈ চিবোন চিবোন, পুমনীল নীল্লি, মথং মথং হংনখি —"নুপী অসিবু কনানো ? কনানো ?"

বেনার্জী সাহেব, মখুৎতগী কলম থাদখি। উগী নুঙথং অচৌবা পায়খৎলি, টেবিলদা মরি মঙারক থিল্লগা লাউথরকই —"ওদর ওদর ! প্লিজ কিপ কাইট।"

মীনিল নেমথখি, হান্নগুম ফিভম চুম্না চুম্না ফমদুনা লৈনখ্রে। মদুগী খুদোংচাবা লৌরগা মনীংদা লেপলিবী নুপী অদু জজগী মমাঙদা, য়াম্না ঈচং থৌনা লেপলে, অদুগা হায়রকই, "হুজুর সাহেব ! ননাই ঐনা ৱাফম খরদং হায়জবা য়াগদ্রা ?"

"মেদাম ! নহাক কনানো ? নহালমখৈদি অমুক্তা উখিদে।" বেনার্জী সাহেবনা মাগী তোংলাওনরবা মমীৎ অনী অদু শৃক্তোলদুনা হায়রকই—"কদোমগী মায়কৈদা তোংলিবনো ?"

"য়োর ওনর ! ঐদি মীওইবা জাতি পুন্নমক্কীনি।" নুপী অদুনা মোমোন তৌনা মখা শমথরকই—"নিমাই পন্দিত হায়বদি শ্রী চৈতৈন্য গৌরাঙ্গ মহাপ্রভূসু মীওইবা জাতি পুন্নমক্কীনি। মহাক নদীয়া জিলাদা পোকখি। প্রচিন মায়াপুর নৎত্রগা নিউমায়াপুর হায়রিবা মফম অনী অসিদা য়ুমফম ওইরগা অরোইবা রাই লেপ্পীগনু। মাগী মাগী থাজবা হায়বা অসি থাজবনি। হোংদোকপা, থৈদোকপা য়ারোই ; বিলিভ ইজ বিলিফ। প্লিজ কিপ দ বেলেন্স ইনটেক।"

নুপী অসি ৱাং চাউই, ফিভম মুর্তি ফজে। মশা নোইতক তৌই ; নৌনা নোইথোরকপা মাল্লি। ফিডৌ ইন্নফি ইল্লি, পুমডৌ ফনেক (উরৈরোম শংবা) শেৎলি। মখূৎতা মালা খাউ পায়দুনা মালা চৎলি। মশক ফজে, য়াম্লসু অহল নত্তে, নহানি হায়বসু য়াদ্রে। চিং- লেম্মী। মরু শিৎ নান্না কোকলুই। শমনৌ খরদি চোংখৎলকলে।

"নহাক কনানো, বৈষ্ণবী ?" বেনার্জী সাহেবনা নুপী অদুগী শকওং শক্তে, ঈচং থৌবা মত্তৈ অদুদা মুন্না য়েংলগা মখা তানা হংলকই—"চানবীদুনা শক তাকপীয়ু, মিং অশেংবা অমুক্তং হায়বীয়ু।"

"শ্রীমতী !" নুপী অদুনা নুংশা শ্বর অমুক্তং হোন্দোক্লগা মখা তারদুনা হায়রকই—"শ্রীমতী কুমারিকা কৌজে, ঐগী ইমিং ; সুরধুনী মাম্মী হায়রগসু খঙনৈ। ননাই ঐহাক প্রেমনিকেতনদগী লাকচবনি, ওঝা ওইজরম্মী। হৌজিক্তি থাদোক্লে।"

"করি হায়নিংঙি, হায়যু তাসি। কৈদৌবা লাকপনো মফমসিদা ?" বেনার্জী সাহেবনা অয়াবা পীরদুনা মখা তারকই—"গো ওন য়োর ওবজার্বেসন।"

"য়োর ওনর!" শ্রীমতী কুমারিকানা মশামক উকিল অমগী মওংদা অসুম্না ৱা হৌরগা হায়রকই—"আই বেগ য়োর পার্দন ! ননাই ঐসু স্কোলর, পন্দিতশিংগী ফাইন্দিংশিং মুন্না পাজরে। কোর্ট অসিদা তিল্লিবা শকনাইরবা উকিলশিংগী ৱায়েৎসু য়াম্না কুপ্না তাজরে। প্রেমনিকেতনগী মমিং চৎলগা প্রোফেসার জে কে বাসুগী মখাদা রিসার্চ খরসু তৌজরকই। ঐগী ইপাগী মমিং পন্দিত গঙ্গাদাস শিরোমনিগী কৌই। অরোইবদা, ননাই ঐহাক সুরধুনী গঙ্গা ভেল্লিদা খুন্দাদুনা লৈরগে হায়দুনা খঞ্জরি। ৱাফম খরা অসিনা ননাই ঐগী পৌরপ্পা শক্তাক ৱারোলনি।"

পন্দিত গঙ্গাদাস শিরোমনিগী মমিং তাদবা, খঙদবা মী লৈত্রবনি। সুরধুনী বন, সুরধুনী ঘাট পুথোক্তুনা সুরধুনী গঙ্গা কাথা নৌনা লীদুনা শন্দোক্লম্না পন্দিতনি। মহাক্কী মমিং পনখিবা অদুদা তিল্লিবা সভা অদু পুমনীল নীনখি —"খঙই খঙই পন্দিতজি খঙই।" অসুম হায়না মথং মথং শোন্নরকই। মীয়াম অদো পুমলাং লাংনখ্রে। মতম ঙাইহাক্তি ৱায়েল চৎথবা য়াখিদ্রে। জজসু কুম্মৈ য়েংদুনা লৈখি।

নরসিং মন্দিরগী নারায়ন বাবাজিনা মথন্তা শোঞ্জে—"লম্বোইবী নহা অসে নহালমখৈদি কনানো হায়বা খঙলুদে, পন্দিতজিগী মচানুপী অমা মাঙখি হায়বদু ওইরেকো। ওম্বোক্লসু চংখোন্না উখ্রে।"

শ্রীমতী কুমারিকাবু 'লম্বোইবী ফজবী' হায়দুনসু কৌনৈ। কৌবা য়াই, মহাক য়াম্না ফজরি। হৌজিক্লবু হেন্না ফজরবনি। মহাক সন্ন্যাসীনি অমদি ওইদ্রি। যোগিনী অমা ওইরবনি। মাগী যোগগী মওংসু হোংদোকখ্রে। মহাক মালা চৎপা হৌরক্লে। গঙ্গাদাসকী মতিক চারবী মচানুপীনি।

নিত্যাইনন্দ মন্দিরগী গৌরনিত্যাইদাসনা অমুক পাংশিল্লকই—"হোয়নে বাবাজি ! নুপী অসে প্রোফেসারনিসু হায়, ওহ্লেক্লা চম্লা উখ্রে। নহালখৈদি ইচম হেক চম্লা, টেম্পল গাইদ ওইনা কোয়চৎ চৎলম্মী অদুগা মাদি পন্দিত নুপী অমা ওইরমলে। অমবু ওইরে, মাগুম্বী নুপী খরা থোরকপা ফৈ।"

"অদুদা বাবাজি!" নারায়নদাসনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই—"মখোয় লাইরিক হৈবী অয়াম্বদি লৈবনা শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা লৈরগা শ্রীধাম মায়াপুরগী মীচংদা চংদুনা ইসকনগী মেম্বর হেক্তা ওইরম্মী। অশোমগী নিমাই জন্মস্থান, চুম্মী হেক্তা মহায়নে।"

"হোয়নে হোয়নে বাবাজি!" গৌরনিত্যাইদাসনা অমুক ওকশিল্লকই—"শ্রীমতী কাভেরী গোস্বামী হায়দুসু লৈবনা শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা, থবক্লা শ্রীধাম ময়াপুরগী এজেন্ট অপাইবী ওইরিদো। অসোম ব্লাংমনা অসুম অসুম চিংখি। ঐখোয়রোমগী অশেংবা মফমসি মমি শামজিল্লকলে। কেস অসে ঐখোয়না ঙমহৌদ্রবদি মুৎপা তাবনি, শ্রীধাম নবদ্বীপ ! মুৎপা তাবনি, ঐখোয়গী মন্দির করবার।"

"কেসতি ঐখোয়না ঙমফম থোকই।" নারায়ন বাবজিনা মখা তানা শমথরকই—"মথায় থায়নদগী প্রচিন ময়াপুর লৈরকলবনি। অদুগসু ঙরাংতগী মায়াপুর অমা থোরক্লুনা ভক্ত পূম্নমকপু মখোয়না ঙাওহনখ্রে।"

"পন্দিতজিগী মচানুপী অসিনা করি অমুক তৌদৌরিবা।" গৌরনিত্যাইদাসনা শাউরপ তৌনা শমথরকই—"বেনার্জী সাহেবসু অসোমদা তোংলপ তৌই। হেরা, ঙমদা ঙমখিসনু মাবু ঙকথি চপ্পুনা হাৎকনি।"

"অদুবু মরক থৎখ্রে।" নারায়ন বাবাজিনা হায়রকই—"ইবেম্মা অসি চংলকপা ফৱবনি, ঙাংবা শকপসু উকিলদু ঙাই, তাসি মাগী ব্লায়েৎ।"

অতোপ্পা নাক্কলদা ফমলিবা নিউ মায়াপুরগী কাঙবুসু চৈরক অদুদা মহৈ মহৈ ঙাংনৈ। মাগী মাগী মীচং চংনবা তাবনি।

"নুপী অসি লায়রোইদৌরি, নহালসু মায়াপুরগী নিমাই জন্মস্থানদা লাক্লুনা কোইচং চংতুনা য়েংলম্মী।" শ্রীচৈতন্য মঠকী মহন্ত ওইরিবা পীতাম্বর ঠাকুরনা মথন্তা শোঞ্জে—"লম্বোইবী ফজবী অসিনা নদীয়াদা কৈনো অমা তৌদৌরিকো।"

পীতাম্বর ঠাকুরগী মনাক্তা ফমলিবা ইসকনগী লম্বোইবা নহা শারথিদাসনা তাপ ওক্লুনা খুমলকই—" এ ঃ বাবাজি ! ব্লাবীরুনু ! ঐখোয়গীসু শ্রীমতী কাভেরী গোস্বামী লৈরিনা।"

"কাভেরীদি য়াম্না নাহা ওইরিবী টেম্পল গাইদনিদো।" পীতাম্বর ঠাকুরনা শমথরদুনা হায়রকই—"নুপী অসিদি মরু য়াম্না চংনা উই, প্রোফেসারনি, লোসু পাস তৌরে হায়না তায়। মাগী মতুংদদি কনা কনা লৈরিজাৎনো ?"

শারথিদাসকী মনাক্তা ফমলিবা শ্রীধাম নবদ্বীপলোমগী গৌতমদাসনা তারসনু মতাগুম্না ওকশিল্লকই—"লৈবনি, লৈবনি শ্রীমতী কুমারিকাগী নাক য়েৎতা কৈ অমোম অনী ! য়েংশিদো দাসীশিংগী নুপী লান ! তাও তাও, শ্রীমতী কুমারিকাগী ব্লায়েল। মহাক্তি উকিল নুপীনিসু হায়নৈ।"

শ্রীমতী কুমারিকা এল এল বি পাস তৌখ্রে। প্রেমনিকেতনদা লৈনা লৈনা প্রাইভেট ওইনা থাবনি। উকিল ওইগে হায়দুনা লো তমলুবদি নত্তে। মাগী কণ্ডাওনরবা ব্লাখল থৈদোক্লবা হোৎনরুবনি। তমলকপা মহৈ মতাং চানা শিজিন্নরকলে।

"ওদর ! ওদর !" জজ সাহেব বেনার্জীনা মখূৎতা পায়বিবা ঊগী নুঙথং অদু টেবিলদা য়ৈর- য়ৈরদুনা শ্রীমতী কুমারিকাবু মুন্না য়েংলগা হায়রকই —"মেদাম ! নহাক্তি মতিক চারবা মপাগী মতিক চারবী মচানুপীনি। ঐ পন্দিতজিবু মুন্না খঙহৌই। অদুগা নঙগী গাইদ ওইরিবা প্রোফেসার বাসুদো ঐগীদি ক্লাস মেট ওইনা কলিকাতা প্রসিদেন্সি কোলেজদগী খঙনরকই। নঙগী কমেন্ট অদু য়াম্না খন্ননিংঙাই ওই, নকোক হৈনা শিজিন্নে। হায়নিংবা লৈরবসু চৎথখো।"

"থেঙ্ক য়ু, য়োর ওনর !" শ্রীমতী কুমারিকানা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই —"ননাই ঐহাক প্রচিন মায়াপুরগী ফাইন্দিংদসু শৌগৎচদে, নিউ মায়াপুরগী ফাইন্দিংদসু মীচং চংজরোই। ঐদি ধর্ম্ম খুদিংমক্কী পঙ্ছুংফম চপ মান্নে হায়নসু খঞ্জে। ঐহাক্তি মীওইবা জাতি পুম্নমকপু অমত্তা ওইনসু খঞ্জে। য়োর ওনর ! চপ মান্নরবা খলগী সেরফালা পায়রদুনা লেপলিবী মীৎতাংবী নুপী অসিবু মুন্না য়েংবীরগা অচুম্বা বিচারগী রাই লেপ্পীয়ু। মদু নৎত্রবদি ধর্ম্মগী লান, অহিংসা, ইমু- নাইমু তাবগী থৌদোক কয়া থোরকপা য়াবগী চিংনবা লৈজে, মসিনা লোইজরে, হুজুর সাহেব !"

সেসন জজ দি কে বেনার্জীনা মহাক্কী নাক্কলদা খিন্দুনা থমলিবা 'সিম্বল ওফ জষ্টিস' হায়রগা খঙনরিবী মীৎতাংবী নুপী (মমীৎতা ফিমু পুনবী) মখূৎতা সেরফালা পায়রিবী মুর্তি য়েংনা য়েংনা মঙক নোম্মী — চপ মান্নবা খলদা থমলিবা ফালা অনী অদুদসু য়েংঙি। মহাক নোকফেৎ তৌই, লুকথবগা কলম পায়খৎতুনা খোরো খোরো খোৎখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা লাউথোরকই, "গৌরাঙ্গ সম্প্রাদায়গী ধর্ম্ম শন্দোক্লম্বা নিমাই পন্দিত এলাইজ শ্রীচৈতন্য গৌরাঙ্গ মহাপ্রভূ, হৌজিক্কী নোংচুপ বঙ্গ হায়রগা খঙনরিবা রাজ্য অসিগী নদীয়া জিলাদা পোকখি — ওইরম্বা য়াই প্রচিন মায়াপুরদা নৎত্রগা নিউ মায়াপুরদা। অমবু ওইরবসু শ্রীনিমাই পন্দিত নদীয়াদা পোকখি। মসিমদি য়েংননিংঙাই ওইদ্রে। মতম পুম্বগী চুমদুনা লৈরক্লবা ব্রাফমনি। দিয়ারফোর, দ কেস ইজ এদজোর্ন্দ সাই নে দাই !"

জজ সাহেব বেনার্জী ফুক হৌগৎলগা থোকখি। মনাই মশল ময়াম্না মতুং ইন্নখি।



খূবাক প্রোদোক প্রোদোক !

কোর্ট মনুংদা তিল্লিবা মীয়াম — হৌনরুবা, হায়নরুবা তৌদনা খূবাক খুগৎনরকই ; প্রোদোক প্রোদোক ! শ্রীধাম নবদ্বীপ অমদি শ্রীধাম মায়াপুর অনীমক্কী সাধু বৈষ্ণবশিং ; মীচমশিং অমদি প্রেসমেনশিং —ঈংথনরক্লে। সুরধুনী গঙ্গা ব্রাংমা ব্রাংমগী কেস তৌনরিবা পুম্নমক অমত্তা ওইরদুনা লাউখৎনরকই, কাঙবু অমনা ওক্কুনা খুম্মী—

"শ্রীমতী কুমারিকাকী — জয়
শ্রীমতী কুমারিকাকী — জয়"

খোল্লাওশিং অসিনা পুমনীল হেক্তা নীনখ্রে। মীওই খরনা শ্রীমতী কুমারিকাগী মখোঙ শোক্লা খুরুমনখি। শ্রীমতীনা মীওইশিং অদুগী মকোক মকোক্তা নাম্বরদুনা বর পীবা ওইনা হায়রকই —"তথাস্তু ! তথাস্তু !"

মহাক্ন অসুম হায়র- হায়রদুনা মীয়াম মরক্তগী মপান থোরক্নে। মহাক য়াম্না চিং-লেম্না প্রপ প্রপ চৎপা হৌরকলে। নুপী অনীখক চেনশিল্লক্তুনা মাগী নাক য়েৎতা ঙাক শেনখ্রে। থৌগল তৌরিবী নুপী অনী, মাগা লাকমিন্নবনি। নুপী অমনা কালিকা মিংথোন যংখ্রবীনি, গেরুবা মচুগী সাড়ী শেৎলি। মহাক্ন য়েৎতা চৎলি। নুপী অসি অতে নত্তে; কুমারী অম্বিকা চৌধুরীনি!

শ্রীমতী কুমারিকাগী ওয়দা থৌগল তৌরিবী নুপী অদুনা মৈতৈনুপীনি, লাইনীংবী অমগী ফিজেৎ শেৎলি (ইন্নফি অঙৌবা অমসুং উরেরোম শংবা ফনেক)। নুপী অসি অতে নত্তে; কুমারী যোগমায়ানি। নুপী অহুম অসিগী খুৎপু—অসুক্কী মতিক চুংশিন্নখ্রে। কৈ অমোম অনীগী মরক্তা, নোংশা অমোমগী শক্তম লৌরি—শ্রীমতী কুমারিকা! হৌজিক্তি মহাক ক্বিইন অমনি হায়বা য়ারে। ভার্জিন ক্বিইন; তোঙানবা ভার্জিন ক্বিইন!

নুপী অহুম অসিগী নাক য়েৎতা প্রেসমেন কয়ানা কোয়তান- তান্নরদুনা ৱাহং কয়া হংলে। শ্রীমতী কুমারিকনা খুম্বা য়াবা কয়া খুম্মী। 'নো কমেন্ট' হায়দুনা মঙক হায়রম্বসু য়াওই। প্রেসমেনশিংনা (মাগী মাগী নোট পেদতা) নোট তৌনা তৌনা ইন্নরকলি। লোইবা নাইদ্রবা ৱাহং কয়ানি। অম্বিকা অমদি যোগমায়া অনীনসু খুম্বা য়াবা কয়া খুমখ্রে। অদুবু ইন্নরকলি।

প্রেসমেন অমনা মরক খংথৎ থৎলদুনা হংলকই—"মেদাম! শ্রীমতী কুমারিকানা অসুক নহা ওইনা সন্ন্যাস লৌবিরিসিবু... কনাসু লৈত্রব্রা?"

শ্রীমতী কুমারিকা চপ লেপ্পী, মোমোন তৌনা খুমলকই—"ঐবু নহা ওইনা উরিবা! ঐগী চহী নিফু লানখৎখ্রে। ঐদি সন্ন্যাসীনি নত্তে; ঐহাক তপস্বীনি অমনি হায়না লৌবিয়ু।"

"করি, করম্বা তপস্যা তৌবিরিবগে?" অতোপ্পা প্রেসমেন অমনা নাক্কলদগী নোৎশিল্লকই।

শ্রীমতী কুমারিকানা মোমোন তৌরগা খুম্মী—"ঐনা অফবা মমা অমা ওইবা পামজখি। মরম অদুনা তপস্যা তৌরিবনি।"

"মেদামগী চহী মতাং অদুদা!" তোঙানবা প্রেসমেন অমনা ঙক্তুনা হংলকই—"তপস্বীনি অমনা মমা ওইরকপা য়াবগী ওইথোকপা লৈরিব্রা?"

"ওইথোকপা লৈ।" শ্রীমতী কুমারিকানা নোকফেৎ তৌরগা চৎনা চৎনা খুম্মী—"আদি কালগী মতমদা তপস্বীনি কয়াসু মমা ওইখিবা লৈ। মমা মখল য়াম্মী; ঐসু মমা অমদি ওইবা য়াই, য়াদ্রনে?"

প্রেসমেন অদুনা অমুকসু তান্না তান্নরগা হংলকই—"মেদামনা মালা চৎপীরিবা অদুবু করম্বা লাইনীং লম্বীনো?"

শ্রীমতী কুমারিকানা নোকফেৎ তৌনা খুম্মী—"চুম্নতগী মশীং থিবনি। মালা পরেংদা মরূ ১০৮ য়াওরি। জিরোনা ক্রিয়েটরগী মহুৎ শিল্লিবনি। মতাইগী মশীং অনী হায়বদি ৱান প্লস আইট তিনশিন্নরগা মাপল তাই; মসিনা নবগ্রহনি। মালা মরুশিংবু লেংলিবা চগো অসিনা হৌফম খণ্ডবা, লোইফম খণ্ডবা লৈথক লৈখা হায়বদি হোল য়ুনিভর্সনি। মীৎ উইশিল্লগা মালা চৎতুনা নাম শোনববু ওইরবসু, মশীং থিববু ওইরবসু, তৌরিবা থৌওং অসি থার্দ আই কেন্সেন্ট্রেসন কৌই, জিরোবু মশক খণ্ডনবা থিবনি।"

"থেঙ্ক য়ু মেদাম!" প্রেসমেন অদুনা অসি হায়রগা মখা তানা নোৎশিল্লকই—"মেদামদি জিরোবু মশক খণ্ডবীরব্রা?"

শ্রীমতী কুমারিকানা হৈশিংনা খুম্মী —"খঙবদি খঙলে, উবদি ঙমদ্রি। উবসু ঙমলরোই। অদুবু, মীসু লাইনি, মীনা মী শেম্মী। সো আই বিলিভ ইন হিয়ুমেনিজম, দেটস ওল!"

অহানবগী প্রেসমেন অদুনা তান্নরকল্লগা হাথু হাথু হংলকই—"আইম্মা! ফ্রেম হোয়ার দিদ য়ু গেট দ আইদিয়া ওফ কীপিং নদীয়া এজ ইপিসেন্টর ওফ নিমাই জন্মস্থান?"

"ফ্রেম মাই গুরুজ!" শ্রীমতী কুমারিকানা অসি হায়রমলগা খোঙথাং য়াঙখৎখ্রে। ৱাহৈ খরসু মখা তানা হায়রম্মী—"গুরু খল্লুই, হৌজিক্তি মরূসু ফংলে!"

শ্রীমতী কুমারিকাগী খোঙথাং- হৌজিক্তি শামু খোঙথাং নৎত্রগা কাঙঙা খোঙথাংদৌনা থাংবা য়াদ্রে। হেন্না হেন্না স্মার্ট ওইখৎলকলে, গম গম চৎখ্রে — তানদা নেৎলগা থাংবা খোঙথাংনি, করিগা প্রমান তৌসিবা! শক্তিগুম্না চেন চোংবসু নত্তে। মতুংদা প্রেসমেন কনাসু তান্নরক্লে। নুমিৎ অদুদা মাগী মায়থোং - য়াম্না মকা লামজখি। চুম্লক্তগী নুংঙাইজবনি। মঙোন্দা নাপল, মৎ কাবদি লৈখিদে। মহাক্লা চৎনা চৎনা য়াইফ পাউজেল কয়াসু তাজবা ফংখি। কোর্ট মনুংদগী মীওই কয়ানা চেঙ্গোরক্লুনা মহাকপু লাপুক্লা তান্ন- তান্নরদুনা লাউরকখি—

"শ্রীমতী কুমারিকাকী — জয়
শ্রীমতী কুমারিকাকী — জয়।"

মীয়ামগী য়াইফ খোল্লাও অদু তানা- তানা মহাক চৎলি। চৎনা চৎনা অহল অনীখক নীংশিংলকই —মাগী গুরু! মখোয়গী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচনীংলকই (নুংশিদা, সাব বাসু! অদুগা বাবাজিসু! মখোয়দগী ফংজহৌবা মঙালনি; ঐনবু করি খঙলুগানি? ঐদি মখোয়গী চিঙ্গোই য়াৱা অদুতং শন্দোকচবনি। হৌজিক্তি ঐহাক, প্রেমনিকেতনগী শ্রীমতী কুমারিকা ওইবা য়াদ্রবনি। ইনাওবী গঙ্গাসু মফম খঙহৌদনা মাঙখ্রে, কৈসু কায়দে; ইবানী ফাইবোক পুংবানি; ইমিংসু সুরধুনী- গঙ্গা! মাগী মমিংসু য়াওনা ঐহাক্লা সুরধুনী- গঙ্গা ওইবা তাবনি; অনৌবা সুরধুনী গঙ্গা! ফাইবোক পুংবাগী তোঙানবা কুমহৈ! থিবা তাই, ইনাওবী গঙ্গা! ঙসিসে, ঐদি য়াম্না নুংঙাই। পাউ অমজনিংঙি গুরু অনীদা। অদুবু লৈখিদ্রে, অনীমক! হৌনশানি, কায়নবা খাইনবা! লৈহৌরিদনা নীংশিং ৱারী।)

শ্রীমতী কুমারিকানা প্রেমনিকেতন্দা লৈরিঙৈদা থোকখিবা থৌদোক কয়া, নৌহৌনা অমুক নীংশিংবা হৌরকই — চৎনা চৎনা! মহাক্লা, নোংমাইজিং খুদিংগী প্রেমনিৱাসতা চৎতুনা প্রোফেসার বাসুদগী হীরম কয়া তমজহৌই। হিন্দু ধর্ম্মগী ৱাংঙুলোনসু কয়া অমা হংজহৌই। নিমাই জন্মস্থানগী মতাংদসু মহাক্লা কয়া অমা হংজখি।



"মাম্মা! নিমাই জন্মস্থান মুন্নরিসিবু...?"

"মাক্সী!" প্রোফেসার বাসুনা য়াম্না হৈশিংনা হায়রকই —"নিমাইদি নদীয়াদা পোকই। ননেনা ঙাইহাক লৈতনা শকইবা ঈশৈদো নঙসু তারবা নৎত্রো?"

"হোয়্, তাজরে মাম্মা !" শ্রীমতী কুমারিকানা খুম্মী —"ইনেনা পুজা তৌদুনা ঈশৈ শকলিঙৌদো ঐসু খোনপাংদুনা শকশ্রে।"

"নঙদি নখোলসু নুংশি। শৈশকপী অমসুনি।" প্রোফেসার বাসুনা নোকফেং তৌনা হায়রকই—"মতেক অমত্তং ঙংলকউ, মাম্মা তাগেদনা।"

"চো, ইকায়জে ; ইনে কৌরগা হেক শকহল্লু।"

"নঙোন্দগী তাগে হায়বনিনে, নোংমদি নহাক্ল ননেগী মহুৎ শিন্দুনা লাইমাঙদা ফমলগা পুজা তৌরবা য়াই ; অদুনা রিহারসেল মতেক অমত্তংদি তৌহৌবনা ফরোইদ্রা ? লাকখিনি, শ্রীমান্স ! লাকখিনি, নোংমদি পুজাগী লাইমাঙদা ফম্মিনরবা য়াই নবানী, অদুনা মাম্সী...।"

"মাম্মা নঙসিমা...।" শ্রীমতী কুমারিকানা (নুংদদি) নুংঙাইজরবসু ওইনজবা ওইনা হায়রকই—"তারোসে, শকলগে।"

"ঙাইখো ঙাইখো মাম্সী !" থংনবা কাদগী মনে জয়মতী বাসুনা প্রপ প্রপ চেঙ্খোরকলগা মন্দিলা খিংলদুনা তান থাগৎলকই।

শ্রীমতী কুমারিকানা মমীৎ চেজেৎ উইশিল্লপ তৌরগা য়াম্লসু পুক্রিং লুপশিল্লদুনা নুংশিরবা ঈশৈ মতেক অমা শকখি —

"রাধাই কুচু লৌরদুনা
নুংদা কৃষ্ণ লোৎলদুনা
নিমাই হায়না কৌরদুনা
নদীয়াদা ঙাল্লরে,
নদীয়াগী থাজ ওইনা।।"

"তো তো মাম্সী !" প্রোফেসার বাসুনা মরক থৎতুনা হায়রকই—"ঈশৈ অদো আদি কবি বৃন্দাবনদাসকী রচনা ওইগনি হায়নরি। নিমাই নদীয়াদা পোকপা তাবনি। মায়াপুর, নুংয়াপুর অমত্তা হেক পন্দে।"

"থেঙ্ক য়ু, মাম্মা !" শ্রীমতী কুমারিকানা ঈশৈ শকপা লেপলগা হংলকই—"অদুগা মাম্মা ! শ্রীনদীয়া বিহারী হায়সিবু কনানো ? আদি কালগী সন্ন্যাসী সুরধুনীগী অরোৎপা মপুরোইবনি হায়নরিসিবু তশেংনা চুমলিব্রা ?"

"নখোয়গী শিজ লাইওংবীসু শ্রীগোবিন্দগী সেবা ফংজখি হায়নরি।" প্রোফেসার বাসুনা মখা শমথরদুনা হায়রকই—"সুরধুনীসু শোয়দনমক্কী ফংলম্লা য়াই। নত্তে, নঙবু নমিং অশেংবসু সুরধুনী থোনশিল্লে... ওইগে হায়রিব্রনে তান্ত্রিক সন্ন্যাসী !"

"সুম খঙজনিংবনিদা মাম্মা !" শ্রীমতী কুমারিকানা মখা তানা হায়রকই—"অদুগা মাম্মা ! ঐনা অঙাং ওইরিঙৌদো য়োকচবী ইমা চন্দ্রিকানা শ্রীনদীয়া বিহারীগী শিলা মুর্তি অমা লৈনুংদা যুম্মখিসু হায়রম্মী। নমৌনা খঙজনীংলিবদি শ্রীনদীয়া বিহারী হায়সিবু অনী সুব্রা ? শ্রীচৈতন্যবুসু শ্রীনদীয়া বিহারী কৌনে।"

"মতম মতমগী বিহারী তারে।" প্রোফেসার বাসুনা শমথরদুনা হায়রকই —"য়াম্না হকচিনবা তত্ত্বদি নঙগী বাবাজিদা হংঙুরো, লৈনুংদগী শিলা মুর্তি অমদি গঙ্গাদাস পন্দিতনা ফংখি

হায়রি। অমবু ওইরে, শ্রীনদীয়া বিহারী অনীমক নদীয়াদা পোকই হায়বা ৱাফম অসি থমসি ; মাম্মাদি মুন্নবা, অনীথোকপা অসি ওম্বোক্লা পামখিদ্রে। নদীয়া ইজ নদীয়া।"

"অচুম্বনি, মাম্মা!" শ্রীমতী কুমারিকানা খুমখি।

নিমাই জন্মস্থান মুন্নবগী কেস হিয়ারিং তারিঙৈদা শ্রীমতী কুমারিকানা মাগী মাম্মা বাসুগী ৱাফম অসি খঙনীং হেক নীংশিংলকখি। অদৈদি মহাক ফুক হেক্তা হৌগৎলগা মনীংদগী লাউরকখিবনি।



নুমিৎ অদুদা,

শ্রীমতী কুমারিকা শাফোঙবা হৌখি। শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা ফুৎ লাউনা মঙাল নাইবা হৌরকখি। মহাক্না করিগুম্বা খরদি তৌরম্লগে খন্দুনা শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা লাকপনি। তৌবসু হৌখ্রে। সুরধুনী গঙ্গা ৱাংমা ৱাংমগী লড়াই! মহাক্না নেমথহনখি। অদুঙৈগী খুমজিনখ্রবা কেসকী ফাইল — হৌজিক ফাওবা হাংদোক্ত্রি। মসিদা মাগী অচৌবা, য়াম্না চাউবা থৌদাং অমা লৈখি। নদীয়াবাসী পুম্নমক্না মসি খঙই। লাইনীং লম্বীগা মরী লৈনবা থৌরম কয়াদা মহাকপু বার্তন তৌবা চিংথখিদে। মহাক্নসু তোঙান-তোঙানবা হীরমদা লেকচর পীখি। মাগী মতিক মগুণ, মঙাল মশেক, তপ্না তপ্না শন্দোরকখি।

সুরধুনী গঙ্গা ৱাংমা ৱাংমা- য়াম্না ঈংনা চিক্লা লৈনখ্রে। মরক মরক্তা, টেম্পল গাইদশিংনা মাগী মাগী মঠকী যাত্রিক ফানবা হোৎনদা (নাকপাক নাকপাক) লাউনরকপদি য়াওদবা নত্তে। ঙসিসু, অমুক টেম্পল গাইদ অনী (লুনা-চান্নসু তিন্নে) লাউনরি — শ্রীধাম নবদ্বীপ! শ্রীধাম মায়াপুর! মখোয় অনীমক্তি পাউখোল্লোয়নি, করিসু থোইনা খঙজবা নত্তে। যাত্রিক খোম্না য়ানবা পাম্বৈ খিজবনি।

শ্রীমতী কুমারিকানা করিগুম্বা টেম্পল গাইদ অনীগী খোল্লাও অসি তারবদি অনীমকপু শোয়দনা চৈরাক পীগনি। অমবু ওইরবসু, শ্রীমতী কাভেরী গোস্বামীদি মাগী যাত্রিক পুরগা চংখ্রে। কুমারী মেংবীদি খোঙনাং বট মখোঙদা হঞ্জিন্দুনা লেপলি। মাগী যাত্রিক লাক্ত্রি। মহাক করিনো অমা খনবগুম্নসু তৌরি। মচে কাভেরীনা ঙসিসু হায়রম্মী — "কান্নদে মেংবী, নৱা নাইয়ু! হরিদাস গোস্বামী নঙোন্দা ঙাওরি।" মদুদা, মহাক উংলিব্রা ? তুম্মিন্না অদুম লৈরি, খোঙবীনা লৈমায়দা তকলি। তীর্থ যাত্রিক ঙাইনা ঙাইনা নুংখন্নে (লৈয়ে, লৈয়ে, ঐগীসু। ঐদি দেবদাসীনি, লাইদা ওংলবী দেবদাসী!)

মীরাদাসী!

নহাক তুম্মিন্না লৈথোক্কনু। নঙোন্দা চীছাং শিন্নজরি। নঙ ৱা ঙাংঙু। নঙগী নখোল তাবসু নুংঙাই, মেংঙি, খোইথুমনৈ। থুংলরগনি ট্রেন অমসু। ফাজিল্লু যাত্রিকশিং! লাইশঙ মন্দিরশিং হিংহন্দবা য়াদে। নঙগী শিনফম নীংথিজনা পাঙথোকউ।

ওম্বোকপনি! মীরাদাসী উংজানরি। মমায় হায়গৎতে। খোঙবীনা (কোইলাস থাবা থুংদবা লৈমায়দা) তকলি, ময়েক অমা থোকপদৌনা তৌরি — 'হরিদাস!' নুমিৎ হেক খুদিংগী শ্রীমতী

কাভেরী গোস্বামীনা হরিদাসকী ৱাফম হৌদোক্লম্মী। মীরাদাসীগী মপূক্লিং লাংঙি, মহাক নুংখক্নে (নুপা নুপী লুমদিন্নবগী রস অদুতংদি লোন্নবু ওইরবসু খঙদোকপা চুমলিব্রা ? কন্নানসু খঙদৌ লৈতে। ইচে কাভেরীনা শেংলবী কুমারী ঐবু থাজবিদে। অদুদি ঐসু লোন্নাইবী দেবদাসী ওইসিরদো ! ঙসিদি ইখঙ হেক খঙহৌদনা ইবা নাইনিংলকএ ; য়াম্না নুংঙাইরমদৌমাল্লি। ইহুৎ শিলহৌনবা কুমারী অমত্তংগা আশ্রমদা পুশিল্লমসিরা ? অদৈদি ঐ চেনখিবা য়াৱনি। নুপাসু অফবা অমা লৈবে। ঙসিদি যাত্রিক মরক্তগী কুমারী অমা ফাবা ঙম্ল্লা য়েংগেদো। অদুগা, ঐ ইবা নাইগেদহৈ !)

ইস ! করি ৱাখলনো ? হেক থংনবা মিকুপ্তা মীরাদাসীনা লৈমায়দা খোঙবীনা সুক সুক নৈরদুনা হরিদাসকী মমিং মুৎথৎলি। মহাক তুংজুংঙি, লৌশিং লাকই। মচীনদা শোঞ্জে—"হং হং !" অদুগা অমুক নুংলেপচৈ (ঐগী ইবুঙোদি শ্রীনদীয়া বিহারীনি ! ঐদি মাগী তাল্লোয় লুমলেনবীনি ; ঐসে মাগী দেবদাসীনি। মঙোন্দা কৎথোকপ্রবা থব্বায় হকচাং অসিবু মীতোপ অমদা অমুক কৎপা ! নত্তে নত্তে, মদু পাপনি। হে ইবুংঙো ! নহাক অমুক্তংদি স্বয়ং ওইনা চোংথোকপীরকউ ; নফমদা থেঞ্জরগে নুংশি লুকমায়, ইবুংঙো নহাক্তি অহিংগী খোইমু ওন্দুনা শায়োন তৌবা ঙম্মী হায়না তাজখি। ইমাথোই শ্রীমতী কুমারিকাগী মফমদদি দর্শন পীবিখ্রে হায়নসু তাজখি। হে নদীয়া বিহারী ! ননাইসু অহিংগী লুথুম্বী ওইনা জি-কোটেজদা ঙাইজৌ হায়বরা ! তোংবীয়ুকো থম্বাল লৈয়োমনুংদা। সুপ্নগী অমুক্তং ওইরবসু। খঙহনবীয়ু হকতিন বস !)

মীরাদাসী হান্নগী ফিভমদা হঞ্জিল্লকই। মমায় হায়গৎলকই ; কোইরে লৈরদুনা য়েংলকই। মচীন কাংলকলে।



"হে তীর্থ যাত্রিকশিং !

মীরাদাসীনা ঙসিসু অমুক হন্না হঙ্গৎচরি। পোৎ-চৈ চেকশিনবীয়ুকো। মফম অসিদা মায়বীসু কোঙ্গায়নি।

নোংমা, চহী কয়াগী মমাঙদা 'চিন্তামণি' পুরগা লাকখিবী (মপোৎ মচৈ লোইনসু হুবীখিবী) নুপী অদু শ্রীমতী কুমাবিকা নত্তে। লাই-মায়ানি, লাই মায়া ! মরাইবক থিরবী লাই-মায়ানা হুরান-চীন্থি তৌরগা হিংগনি হায়দুনা ৱাশকখি। ঙমগ্রবী নুপীনি, মাগী লাইফম ফাওবা ষ্টেসনগী খোঙনাং বট মখোঙদা কনবা ঙমলকখি। মাগী মপোৎ মচৈদি মীতোপ অমনা হুখিবনি। মহাক্ল তীর্থ যাত্রিক খুদিংমক্তগী মপোৎ মচৈ হুবদি তৌদে, চুম্লতগী 'এন্ট্রি ফি' কৎফম অমত্তং থমজবনি। অদুবুনে, শীংনবা য়াদবীনি। যোগিমানা লীখিবা ৱারী খরদং থমজবনি। মাদি মীগী মত্তেংসু য়াম্লা পাংঙি। মহাক হৌজিক্তি শ্রীমতী কুমারিকাগী ওয়থংবা পান্থোম ওইদুনা লৈখ্রে। মাগী পুন্সিগী য়াম্লা মনুং হুঞ্জিনবা লারে লাথুপতি মীরাদাসীনা খঙজদ্রে। হে তীর্থ যাত্রিকশিং ! পোৎচৈ চেকশিনবীয়ু। লাই-মায়াগী দষা তাদনবা হোৎনবীয়ু ! য়াইফবা ওইবীয়ু অদোমগী খোঙচৎ। য়ৌশিনবীরম্মু হোলি চেম্বর ! হোলি মাদরগী হোলি চেম্বর ! শ্রীনদীয়া বিহারীগী দর্শন তৌবা কাউবীগনু। শ্রীমতী কুমারিকাগী শ্রীনদীয়া বিহারী ! সুরধুনী গঙ্গা মন্দিরদা লাৎলিবনি।

লেঙশিনবীরকউ! লেঙশিনবীরকউ! শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা অদোম্বু তরাম্না ওকচরি!"

মীরাদাসী! নহাক যাত্রিক ঙাইদুনা লৈহৌখো।

শ্রীমতী কুমারিকা শাফোঙখিবা কুইরে। মহাক মিংথোল কয়াসু ফংখ্রবনি। মহাক্কী কেকু লোৎফমসু খঙলে। হৌজিক্তা মহাক করম্বা ফিভমদা হিংলিবা?



পৃথিবীগী খোঙচৎসু উঙলি।

মতমগী খোঙচৎসু লেপ্পা লৈতে; চহী মরোল মরোল, থরো থরো ওন্থখি। শ্রীমতী কুমারিকাসু য়াওরি, খোঙচৎ অসিদা। মহাক লোৎতুনা লৈবসু য়ারক্তে। মীওই কয়া কয়ানা মহাকপু চুম্নক্তগী উন্নববু ওইরবসু, দর্শন তৌববু ওইরবসু, অতৎ অখম লৈতনা লাক্লরি। মহাকপু 'আইমা', 'ইমাথোই', 'হোলি মাদর' হায়দুনা কৌনরকলে। মাবু 'কুমারী য়োকপী' অমদি 'লমজা য়োকপী' হায়দুনসু খঙনরকলে। মহাক্না শীংথানিংঙাই ওইববা থবক কয়া অমসু তৌরকলি। হৌজিক্তি, মহাক শিরবসু য়ারে হায়দুনা খঞ্জরবনি, মতম কুইনা হিংগদবসু মানদ্রে। মহাক বোম্বেদা লায়েংবা চৎলুরে। মতম থারকলে। যৌদোক অমসু থোকখ্রে। অনাবা হেঞ্জিলকলে, হৌগৎ কাংখৎপা ঙমলক্তে। অরোইবা ওইনা মাগী নীংজবা অমত্তংদি লৈরি। মদুনি, মহাক্না ঙাইরিবা! হৌজিক্তা, মহাক কৈদৌরি?

মহাক মমীৎ উইশিল্লি।

শ্রীমতী কুমারিকা মঙ মঙলিব্রা? নীংশিং ব্রাখল মরক্তা, মঙসু মতেক মতেকনি। মাগী নীংশিং ব্রারী- মনীং মমাঙ হন্দোক হঞ্জিন শান্নরি। শমজিনবা তাবনি; মমৈ মকোক। মহাক্কী মমীৎ অনী অমুক হেক পাংথোকই, অমুক হেক উইশিল্লি, অদুগা ফমুংদা লোংনা হিপলি। কদায়দা, করম্বা ফমুংদা হিপলিবা? লুহোংবগী ফমুংদসু নত্তে। হোষ্টপিটালগী ফমুংদসু নত্তে। অদুদি, মফম কদায়দা?

হোলি চেম্বরদনি!

শ্রীমতী রাধিকা শাইদাংকোনগী হোলি চেম্বরদা। নোংপোক নোংচুপ ওন্দুনা থাবা ফমুংনি। য়াম্নসু পাকই, তরু তানাল্লি। লাইশঙ মন্দির মনুংদা থাবা ফমুংবু 'লাইফমুং' কৌনৈ। লাইশঙনি মফম অসি; লাইফমুং কৌবা য়াই। হোলি চেম্বরগী লাইফমুংদা, মহাক হিপলি। অতৈ লায়রি, শ্রীমতী রাধিকা হায়সিবু করম্বা শ্রীমতী রাধিকা? শ্রীধাম বৃন্দাবনগী শ্রীমতী রাধিকা অদু নত্তে। শ্রীধাম নবদ্বীপ ওংবী, য়েংখোম ফজবী! শ্রীমতী রাধিকা হায়দুনা নাম ফংজখি, মমিং অসিগী মরুমদা লোৎতুনা লৈবা তাখি। তৌবসু, শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা, শ্রীমতী রাধিকাগী মমিং থোনবা আশ্রম কয়া মরুম লৈ। মাগী মাগী পামজবগী মতুংইন্না থোঞ্জবনি। অদুবু করম্বা, কনাগী শ্রীমতী রাধিকা আশ্রমনো হায়বা অদু থিবদদি অব্রাবা অমা ওইরিবনি। মসি পন্দিত গঙ্গাদাস বাবাজিনা খঙখি। মরম অসিদগী বাবাজি অসিনা খ্বাইগা মান্নদবা মমিং, 'শ্রীমতী রাধিকা শাইদাংকোন' হায়বাঅসি থোনখিবনি। ফাজে, মাগী ব্রাখল! মৈতৈগী ওইবা মফম অমনি হায়বা খঙহল্লম্মী। থোনবসু য়াই, মফম অসিদা বাবাজিগী প্রিয়ে, য়োংখোম ফজবীগী শাইদাংফম ওইখি। হৌজিক্তি

শাইদাংকোন অসিবু 'শ্রীমতী কুমারিকা লমজা হাউস' নৎত্রগা 'শ্রীমতী কুমারী লমজা হাউস' হায়রগসু খঙনরকলে, মপূংদা লমজা হাউস! মসিন্দুম হেন্না মমিং চৎখ্রে।

হোলি চেম্বর — লমজা হাউস এলাকাগী য়াম্না শেংলবা মফম অমনি। 'সাধুকোন' নৎত্রগা 'বাবাজি সঙ্গায়' কৌরম্মী। মমৈথংদা কুমারী গঙ্গাদেবীনা 'হোলি চেম্বর' হায়দুনা থোনখিবনি। অনৌবা মিংথোল অসি কৌবা য়াই। মফম অসি হোলি প্লেসনি; শ্রীধাম নবদ্বীপ! মফম অসিদা, পন্দিত গঙ্গদাসসু মঙাল ফংখি!

শ্রীমতী কুমারিকাগী নুংমীৎতা শং শং হেক উজে -- লমজা হাউস অমদি মসিগী য়ুমলৈ কৈরৈ, মওং মতৌ! মহাক নুংখন্নে (নুংশিদা, হে লমজা হাউস! নঙদি কনাগা অমুক লৈহৌদৌরি? ইনাওবী গঙ্গাসু লৈখিদ্রে। তৌবুদি, লৈরিদনা কুমারী অম্বিকা চৌধুরানী! কুমারী যোগমায়াসু! অতৈসু কয়ানি। অদুদি কৈদৌ ব্রাজকনি! ইহুৎ ইরেং শিনবা গুন্বী নুপী অনী লৈহৌরি। মবানীগী তেংবাংবী অনীসু লৈরিদো, কুমারী একাবলী! কুমারী গীতাবলী; অদুগা কুমারী মেংবীসু হৌজিক্তি লৈশাবী মপূং মরৈ ফারকলে। মাদি হৈশিংলবী টেম্পল গাইদ অমসু ওইখ্রে; অতৈসু কয়ানি। মেদোনদি কমদৌবা? মাবুদি কুমারী ওইনা হিংহনিংদে; কনাদা থাজরমসিবা! মহাকনিদো অহানবা 'লমজানু'! মহাক্তবু য়োক্তুনা থম্বা য়ানবা লীংখিবনি, শ্রীমতী কুমারিকা লমজা হাউস! হে নুংশিরবী লমজ হাউস! ঐদি চৎখ্রনি, কুইররোই; লৈহৌরোকো নঙদি তোবর্বান অসিদা, হোলি প্লেস অসিগী তোবর্বান অসিদা।)

শ্রীমতী কুমারিকাগী লাওরবা মীৎমা অনী তপ্পা তপ্পা অমুক পাংথোরকই। মচীন্দা অমুকসু মুরুম মুরুম হেক শোঞ্জে — "নুংশিদা, হে লমজা হাউস!"



লমজা হাউস!

লমজা হাউস লৈরিবা মফম — শ্রীধাম নবদ্বীপ সহরগী ময়াইথংবা চিদাইনি, সুরধুনী মপান্দা; সুরধুনী গঙ্গাগী নোংচুপ থংবা তোবর্বান্দা। লমজা হাউসকী হেক মমাঙদা, সুরধুনী ঘাট লৈ। য়াম্নসু ফজবা, য়াম্নসু ঈংবা মফমনি — নীলখোংবা, চরাংনবা কাহেন্না লৈতে। থায়না থায়না মমাঙঙৈদা, সুরধুনী কৌবা তান্ত্রিক সন্ন্যাসীনি নৎত্রগা সুরধুনী দাসীনা লাইনীংলম্বা উমং অদুগী এলাকানি। চহী চা কয়া উমং লমলেম ওইদুনা লৈরম্মী। মী চংবসু কিন্নরম্মী। সুরধুনীগী ভূত থোকই হায়নরম্মী। সুরধুনী ঘাট (হিদেন) কৌবা মফম অমা লৈরম্মী হায়বসু কাউথোক্রকই। সুরধুনী কনানো হায়বা খঙদবসু কোঙ্গায়নি। শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা চেল্লিবা ভগীরথী গঙ্গাগী মতেক খরদংবু 'সুরধুনী গঙ্গা' কৌনৈ। সুরধুনী দাসী নৎত্রগা সুরধুনী সন্ন্যাসীনি অসিগা থাদোক্রবা য়াদবা মরী অমা লৈনরকই। ব্রারী অসিসু নদীয়াবাসী অয়াম্বনা কাউথোক্রখ্রে। মফম অসিনা খ্বাইদগী শেংলবা তীর্থস্থান, হোলি প্লেস অমনি। ঘাট অসিগী তোঙান-তোঙানবা মমিং খরসু লৈ, 'উদ্ধার ঘাট' নৎত্রগা 'মিলন ঘাট'! কনাগা কনাগা মফম অসিদা মিলন ওইখ্রিবা নৎত্রগা কনানা কনাবু উদ্ধার তৌখ্রিবা। মসিগী শাংলবা পুব্বারী লৈ। লময়ৌরবা প্রেম কথা অমগা থাগোন্নরি।

পন্দিত গঙ্গাদাস শিরোমনিনা সুরধুনী তপবন পুথোকখি। সুরধুনী ঘাট শেমগৎলম্মী। মমিং চৎলবা মফম অমা ওইরকখি। মাগী মমিংদা পাট্টা তাশিন্দুনা মপু ওইরকখি। মহাক্তি ইনাকখুনবা

সাধুবাবনি। মাগী লৈজবা লনথুম পুম্নমক মচানুপী অনীগী মমিংদা থম্বীরম্মী। সাধুবাবা অসিনা লৈনুংদা, চন্দন উপু যুমজিন্দুনা লাইনীংলম্বা যুমফম অদুদা 'লাইনিংথৌ খুভম' শেমখি। ইনা কুপ্পা সঙ্গায় যুমজাও অমা লৈরম্মী। হৌজিক্তি শিদোক্তুনা অনৌবা যুগাকী অর সি সি বিল্ডিং শাগ্রে। লাইশঙ মন্দিরগী মণ্ডংদা শাবনি। সাধুবাবা অদুনা মণ্ডাল ফংখিবা সঙ্গায় অসিবু 'হোলি চেম্বর' কৌবা হেন্দোক্লা চুম্মী। হৌজিকসু সাধুববাগী নীংশিং খৃভমসু, লাইনিংথৌ খৃভমসু থমদুনা লাংলি। লৈমরেল শিদবীসু লাংলি। সাধুবাবাগী মুর্তি অমদি চন্দন উপু লাইদৌনা লাংলি। গঙ্গাদাস বাবাজিগী লম অমদি মরল মথুম পুম্নমক— মাগী চেকলা গোপীনা ফংগনি খঞ্জরম্মনি। অদুবু ফংখিদ্রে। মহাকসু কুইনা হিংলমদ্রে। বাবাজিগী মতুং ইন্দুনা নোঙ্গাগ্রে। গৌতমীদাসীসু বৃন্দাবন চংখিবদগী হল্লক্তে। হৌজিক্তি মপু অশেংবা লাক্তুনা লৈররে। শ্রীমতী রাধিকা শাইদাংকোনগী মমিং মুংশিল্লকলে। মচানুপীগী মমিংনা থোইনা হেন্না মণ্ডাল নাইরকলে।

শ্রীমতী কুমারিকা আশ্রম হায়দুনা অমুক খণ্ডনরকখি। নোংমা, গৌতমীদাসীনা মেদোনবু মখুৎ শমলদুনা আশ্রম অসিদা চংলকই। নুমিৎ খরনিগী মতুংদা 'শ্রীমতী কুমারী লমজা হাউস' হায়দুনা থাবা সাইন বোর্দ অচৌবা অমা মেন গেট্টা থেংপা উরকখি। লমজা অমদগী লমজা কয়া- মফম অসিদা চংজফম ফংখি। লোয়ননা 'যুমনাইদবী' নংত্রগা 'ম্বানাইদগী' কুমারী কয়াগী শাইদাংফম অমসু ওইরকখি। অমদা, অহুম পুনবা আশ্রমনি। থোইনা হেন্না মমিং চংলকই।

শ্রীমতী কুমাবিকা আশ্রম অমদি মনুংদা লৈরিবা 'লমজা হাউস', 'কুমারী নিকেতন' অমদি 'সুরধুনী গঙ্গা মন্দির' —অহুম অসিবু কোল্লিবা এলাকা ; হায়ফেৎ পাক চাউই। মরাক ময়ুং মান্নরপ তৌই। মায়কৈ মরিদা ফরাইকোন (চেকপল) লৈগ্রি। মখারোম থংবা চেকপলগা হেক তাইনবদা, লমহাং ষনজাবুং অমদি পাতক লনতকপা হৈনৌবন, নাশিকবন কয়া লৈগ্রি। পাকশন্না শন্দোক্লিবা বন মচা মচাশিং অসি হেক লোইশিল্লকপদা শমসান ঘাট নংত্রগা মুরী ঘাট (মী অশিবা পোৎলোইফম) লৈ। মথংদা বসন্তনগর, তারা ঘাট, মণিপুর ঘাট, লম্প্লোইবী যুম্ফম, সেতু ঘাট অসিনচিংবা ঘাট অমসুং খুন মচা মচা কয়া লৈগ্রি। মমাঙথংবা ফরাইকোন্দগী থোইনা লাপ্তুনা সুরধুনী গঙ্গা চেত্থরি। অৱাংথংবা ফরাইকোনগা হেক তাইনবদা হোজং লম্বী অচৌবা অমা লৈ। মসিনা সুরধুনী ঘাট তাবা লম্বীনি। লম্বী অসিদা লমজা হাউসকী মেন গেট ফাংলি, মমায় অৱাং ওল্লি। লম্বী অচৌবা অসিগা তাইনবদা লমহাং, ষনজাবুং অমদি বনদৌনা তৌবা উমংমচা, মোংশোং কয়া লৈগ্রে। অদৈদি মমিং চংলবা ঘাট কয়া অমসু মথং মথং লৈগ্রে। মমিং চংলবা ঘাট খরদং পনবা য়াই ; দেরা পারা ঘাট, দণ্ডপতি ঘাট, ফাঁসি তলা ঘাট, কাভেরী ঘাট, শিবা সখণ্ড ঘাট, জি ঘাট, প্রৌড়া ঘাট, বাড়ল ঘাট, খেৱা ঘাট নংত্রগা মায়াপুর ঘাট, বানীর ঘাট, মধায় ঘাট, নিরদয়া ঘাট, বিষ্ণুপ্রিয়া ঘাট, প্রতপ নগর ঘাট, প্রচীন মায়াপুর ঘাট অসিনচিংবা ঘাট কয়ানা সুরধুনী গঙ্গাগী নোংচুপ থংবা তোবর্বান্দা লৈতেং ওইগ্রি। ঘাটশিং (মরুওইবশিং) য়াম্না পাক শাংনা সিড়ী চল্লী ; মী কয়া স্নান তৌনবগী খুদোংচাবা লৈ। ঘাট খুদিংদা লাইশঙ, মন্দির মচা মচাসু লৈ, পন্দিত পুরোহিত কয়াসু লৈ।

লমজা হাউসকী মনিংথংবা ফরাইকোনগী তাইনবদসু, লমহাং ষনজবুং অমদি পল্লি অচৌবা লৈ। পল্লি ময়াদা 'নবদ্বীপ শ্রীচৈতন্য শিক্ষা সংস্কৃতিক সেবা নিকেতন' কৌবা মহৈকোন অমা লৈ। হোজং লম্বী অচৌবা অসিগা মণিপুর রোড অমদি কোলের দেঙ্গা রোডকা শম্নগ্রি। চংনিংবা, য়ৌনিংবা মফমদা চংপসু য়াগ্রে ; ষ্টেসন তাবসু য়ারে, প্রচীন ময়াপুর চংপসু য়ারে, বাড়ল ঘাট বাজার তাবসু য়াগ্রে। নিউ ময়াপুর চংপসু য়ারে।

শ্রীমতী কুমারিকা আশ্রমগী য়ুমলৈ কৈরে অমদি য়ুমশারোল, মওং মতৌ, য়াম্না নীংথিজে ; লোকেসনসু মফম চাই। নোংপোক থংবা ফরাইকোন্দা গেট অমসু ফাংলি ; গঙ্গা গেট কৌই ; গঙ্গাস্নান চংনবা লম্বীনি। অৱাংগী মেন গেট্রগী থোরক্কবসু গঙ্গাস্নান চংপা য়াই। মসিনা খ্বাই ময়ামগী স্না তৌবা চংনবা লম্বীনি। মখা থংবা ফরাইকোন্দসু য়োংথোঙ ফাংলি, পংনা হাংদে। মনীংথংবা ফরাইকোন্দসু, য়োংথোঙ ফাংলি ; মসিসু পংনা হাংদে। আশ্রম অসি খ্বাই ময়ামগী মীৎয়েংফম, মীৎতাফম ওইখ্রে।

এলাকা মনুং অসিদা, য়াম্না চাউরবা পুখ্রি অমনা কেন্দ্র ওইরি। পুখ্রি ময়াইজবুক্তা য়াম্নসু চাউদবা য়াম্নসু পীক্তবা মন্দির অমা লৈরি। মওং মতৌনা, কোকতুমবোল মঙানা মতোন্দা (ময়াইদা অচৌবা অমা, চিথেক মরিদা মচা মচা মরি) থিনগৎলি, জগনাথ পুরীগী রথ মওংনি। শ্রীধাম নবদ্বীপকী মন্দির অয়াম্বদি মওং অসিদা থৈদোক থৈজিন শান্নে। মন্দির অসিবু 'সুরধুনী গঙ্গা মন্দির' কৌই। কনাগুম্বনা 'জলীয় (ঈশিংগী) মন্দির' হায়দুনসু কৌনৈ। মন্দির মনুংদা শ্রীনদীয়া বিহারী কৌবা লাইগী মুর্তি অমা লাৎলি, মমায় অৱাং ওল্লি ; মন্দিরগী থোঙজাও অহুম ফাংলি (অৱাং, নোংপোক, মনীং ওল্লি।) পুখ্রি মপান্দগী রেনবোন থোং মরিনা পুখ্রি ময়াইদা কালোক ওইরি — মন্দির য়ৌশিন্নবা লম্বীনি। মন্দির অসিগী অকোয়বদা খোঙ লম্বীগী মচীনশিংগা শমনৈ। উগী থোং নত্তে, অহৈবীনি। অকোয়বদা লাইশূমাং লৈরি — হায়ফেৎ পাক চাউনা কল্লি। মন্দির মথক্কী মায়কৈ মরি অমদি চিথেক মরি পাকই ; মী চাম্মা চনী ইকোয় কোযনা ফম্না চল্লি। তোঙানবা মান্দপ অমদি লুকহৌশঙ লৈতে। পুখ্রিগী মৈরম চিথেক্তো লুকহৌশঙ (ৱালহৌশঙ) অমদি ভান্দারী লৈ। পুখ্রি মপালগী অকোয়বদা পাক চাউরবা লম্বীশিংনা কোয়শম্নরি। লাই খুরুম্না লাকপা ভক্তশিংনা রেনবো থোং অমদা হেক্তা চংশিনবা য়াই।

সুরধুনী গঙ্গা মন্দিরগী পুখ্রি — সুরধুনী গঙ্গামকনি খন্নে, ঈশিং ঈফুৎ ফাওজিল্লকই। মেম্বোক মেনশিন তৌবসু য়াই। পুখ্রিগী মনুংদা অচৌবা উকু অমা ফাংলি, য়াম্নসু লূবা পুখ্রিনি। গঙ্গাজল চেনশিনফম লেভেলগা মপা চন্নে ; মী চংবসু য়াদৌ মাল্লি। মতম পুম্বদা ঈশিংনা নীক নীক লাওদুনা লৈ, লূবসু লুই। পুখ্রি অসিদা স্নান তৌরবসু য়াই। অদুবু অথিংবা লৈ। ঈশিং শোক্কৎলগা ঈরুজফম লৈ। পুখ্রিদা ঙা চাউর- চাউরবা য়োকই। মীৎয়েংফমগী য়োকপনি। মফম অসিদগী ঙা ফাদোকপা য়াদে। কুমারী দেবদাসীশিং ঙা চাদে। পুখ্রিদা (মোটর বোট নত্তবা খোঙনা ওৎলগা হোন্দুনা শান্নবা য়াবা) হিনাউ কয়া থম্মী। তীর্থ যাত্রিকশিংগী ঙাইহাক তোংনবনি। থোইদোক হেন্দোকপা হিনাউ অমসু লৈ। ঙানু কাঙাঙ মঙক পাল্লি, নাক য়েৎ পোংতকনি ; ঙানু কাঙাঙ অচৌবনি হায়বসু য়াই। মী তরেৎ নিপাল তোংবা য়াই, নৌনা হোল্লি। মসিদি হোলি মাদর অমসুং মাগী দাসীশিংতগীনি। থবল ফবা অহিংদা কুমারীশিংনা হিনাউ অসিদা তোংদুনাপুখ্রিদা লমথোকই, অৱায়- অখুম্নদুনা মতম লেঞ্জে।

শ্রীমতী কুমারিকা অশ্রমগী ফজবা, মসিনসু লোইবা নত্তে। নোংপোক থংবা রেনবো থোংগী নাক- য়েৎতা মথোল মরি লোংখৎনা গেষ্ট হাউস লৈখ্রি। অৱাংথংবা গেষ্ট হাউসপুনা 'একা ভবন' কৌই। মসিদা গেষ্ট হাউস পান্নবী লৈ। মাগী তেংবাংবী কয়াসু লৈ। খা থংবা রেনবো থোংগী চিদাইদা মথোল মরিগী চাউরবা, শাংলবা ভবন লৈ। মসিদা লমজাশিংগী লৈফম স্কুল, পার্ক পুন্না লৈ। গ্রাউন্দ ফ্লোরদা ময়াই ওইরপ্না 'গীতা ভবন' কৌবা অমা লৈ। অৱাংথংবা রেনবো থোংগী ৱাংমদা, চিংখৈ চিথেক্তা শ্রীমতী রাধিকা মন্দির লৈ, কৌবু লাইচি চিথেক্তা গঙ্গাদাস বাবাজিগী সমাধি মন্দির লৈ। মৈরম চিথেক্তা (ৱালহৌশঙ মনাক্তা) মন্দির মচা অমসু লৈ। মসিদা

পাখংবগী পাফল লাংলি। মোইরাং লাইচি চিথেক্তাসু মন্দির অমা লৈ। মসিদা পাছ্থোইবী লাংলি। মনীংথংবা রেনবো থোং অমদি পুখ্রি লম্বীগা হেক তাইবদা হোলি চেম্বর, নাক য়েংতা লৈকোল মচা অনীনা লৈতেংলি। অতরগুলাপকী ফৈদোমশিংদা বাহে খরা থারগা প্লে কার্দ য়ুংঙি "Pluck me in time !" অরাংথংবা লৈকোলগী মথংদা 'কালিকা ভাবন' লৈ। মখা থংবা লৈকোলগী মথংদা 'পাছ্থোইবী সঙ্গায়' লৈ । শ্রীমতী কুমারী লমজা হাউসকী ভবন অমদি সঙ্গায়শিং, মপীশিংগী মমিংদা থোল্লি, মপীশিংগী লৈফমনি। মাগী মাগী খূৎপুগী কুমারী নহা কয়াসু চেকশিন্না লৈহল্লি। মনীংদা শিন্দমশঙ, পোখাশঙ অসিনচিংবা কয়াগী বিল্ডিং অমসু লৈ। মদুবুনা 'কুমাবী নিকেতন' কৌই। মসিদসু কুমারী নহা কয়াগী লৈফমনি, শৃমাংদা কুমারী গঙ্গাগী মুর্তি খিল্লি। মাবু নীংশিংনবা মচেনা শেমখিবনি।

হোলি চেম্বরগী নাক য়েংতা কালিকা অমদি পাছ্থোইবী অনীনা ঙাকলি। অরাং থংবা বেনবো থোংগী মপাদা মেন গেটনি। গেটকী নাক য়েংতা, চেকপাল মযাদসু শাংলবা মীঙাইশঙ লৈ। নোংজু পম্বাদা নোংথুপফমসুনি। মেন গেট যোৎথোঙনি, নুমিদাংদা য়াম্না চেকশিন্না শো লোল্লি, য়াবেক সন্ত্রিতানৈ। অয়াম্বা মতমদা কালিকা অমদি পাছ্থোইবীনা থোঙ ঙাকই ; লমহেন তুহেনবা কনাসু চংলুবা মতিক নত্তে। মঙক কেনবা কিনৈ। অহিংদা থাঙপাক পায়বী থোকই ; অহিংদা ত্রিশূল পায়বী থোকই। লৈমবেল শিদবীনা, হোলি চেম্বর মনুংদা নুংঙাইনা পোখাবা ফংজে ; মিপাইনিংঙাই কবিসু লৈতে।

লমজা হাউস ! মহৌশাগী অমদি খূৎশেমগী ফজবা কযানা লৈতেংলবা মফমনি।

হে তীর্থ যাত্রিকশিং !

শ্রীমতী কুমাবী লমজা হাউসকী পৌরপ্পা শক্তম তঙাইফদনা খঙজিনবা কান্নরক্কনি। মিকুপ খবদং ওইরবসু লেঙশিনবীরম্মু। কুমাবীশিংনা লাংলিবা শ্রীনদীয়া বিহারী ! মতিক মগুণ লৈবা লাই পাখঙনি ; তোঙানবা অবতারগী মুর্তিনি। শেন কংলোই হায়রবসু হৈ, লৈ কংপা য়াবনি, কাউবীগনু, দর্শন তৌবীয়ু। লোয়ননা উন্নবীরম্মু হোলি মাদর ! মীকৌ মীরাক য়াম্না ফজবী নুপীনি ; নুপী অচংবীনি। অদুবু খুইথরবী গুলাপনি, কেনখ্রনি কুইররোই ; তুংদা নীংঙমবীহৌরোই, সুপ্লতংগী অমুক্তংদি উন্নবীরম্মু।



মহাক মঙ মঙলি !

শ্রীমতী কুমাবিকী মঙ মঙলি। মঙবু শাংনা শাংনা মঙবা য়াত্রা ? য়াই, মঙগী অনীসুবা তাঙ্কক। কনাগুম্বা কনাগুম্বী মীওই খরগী পুক্সিদা থোকই। 'সিক্স সেন্স' (তুংতাকবা) হায়বা ঈঙ্গিৎ অমসু মঙদা ফাওনৈ। মঙগী মরমদা ইবা লাইরিক কয়াদসু নৈনরি। মঙবু তুংথোকবাগী খূদম (ওমেন) উংপনি হায়দুনা লৌবা য়াই। নুংঙাইবা মঙ, ফজবা মঙ নংত্রগা অরাবা মঙ- মীওইবা পুক্সিদা থোকখিবা অমদি থোক্লগদবা থৌদোক্কা য়াম্না নকশিন্ননা মরী লৈনৈ। সাহিত্যগী ওইনা, মঙগী থৌদোক্ল ফজবা মহাও অমা পীবা অসিসু চংনরকই। লাইগা মীগা শম্নরিঙৈ মতমদগী হৌরকই। লাইফাও নত্রগা আকাশবাণী হায়বা মখল অসিসু আদি কালগী সাহিত্যদা শিজিন্নরম্মী।

থোইদোক্লা নুংঙাইবা অমদি লাংতক্লহনবগী মচল অমা ওইহল্লি। হৌজিক মতমগী য়াম্না কুপশিনবা মীৎয়েংদা য়েংলুরবদি ওইথোকপা য়াদে। মঙবু শাংনা শাংনা মঙফম থোক্তে। চুম্মী, য়াম্না চুমথ্রবা ৱানি। অনৌবা যুগ অসিদা 'ড্রিম এলিগোরী' নত্রগা 'ড্রিম ফেন্টাসী' হায়বা লৈচল কয়া থোরক্লি; চাংয়েং কয়া তৌনরক্লি। অদুনা, মঙ হায়বা অসিসু মীওইবা পুন্সিগী রিয়েলিটিগা থাদোক্লবা য়াদবা মচল অমা ওইনা লৌবা য়াই। মঙ হায়বা অসি মীওইবগী ৱাখলদগী থোরকপা শকলোন অমনি।

শ্রীমতী কুমারিকাদি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌরদুনা মঙ খেমলগা মঙবগী হৈনবী অমা শান্নরকই। মহাক্তি মঙ শাংনা শাংনা মঙজবা য়াই। মাগী নীংশিং ৱাখল মরক্তা মঙসু মতেক মতেকনি। মহাক নুংঙাইবা মঙ মঙজসনু! মঙ অমগী মথংদা মঙ অমা, চহী মবোল মরোলগী তুংদা হল্লকপা থৌদোক্কী মঙসু য়াওবি। লীশাংশিংনা মঙ মঙখিবসু নত্তে, তাইবংগী থৌদোক কয়াসু য়াওরি। মাগী মশা পুম্বা নমথরি। ৱাখলসু তংখায় অমা লৈবগুম্না তৌবি। মহাক নেশা চাবীরা ? ওইবম্বা য়াইকো, লম্বোইবী লময়োবীনি ; মোর্দন লম্বোইবী ! মাগী মঙ অমসুং নুংৱাখল - মবক মরক্তা খম্লাংনৈ।

মহাক্তি 'নমফু মঙ' শান্নবসু য়াম্না হৈ। মহাক যোগিনী অমসু ওইখ্রবনি। মহাক্কী নুংমীৎতা চিংশিনবগী শক্তি লৈ, অসুক্কী মতিক কনখ্রে। নাক- য়েৎতা অমদি মনীংলোমদা ৱাখল চোয়থোক্তে। লাইবক মপাগী নুংমীৎ লৈরিবা ফ্রেম অসিদা মাগী ৱাখল পুম্লমক থম্বা ঙম্মী। অদুনা মহাক্তি মমীৎ উইশিল্লগা উনিংবা পোৎশক কয়াবু চিংশিল্লগা উজবা ঙম্মী। তুমলমদাইদা, য়াম্না হকচিনবা ৱাখল অমদা তুমথরগা খনখিবা ৱাখলগী থৌদোকপু মমঙদা মঙহনবা ঙমলবনি। তশেংনমক, মহাক্তি লাইনীং পবৈ চেৎলবী অমসু ওইবকলবনি। মহাক্লা চহী কয়া চংনা হোৎনরকপা যোগ, সিদ্ধা পাল্লবনি। মাগী মনাই মশল অমদি সেবক সখা কয়াদসু থৌওং অসি কন্না তম্বীবি।

হৌজিক্তি, মহাক মওং অমা তৌরে, মাগী নেচর পুমহোং হোংখ্রবনি। অদুবু মঙ শান্নবদি তোক্ত্রি; হেন্দুম হেঞ্জিল্লকই। মহাক্লা মঙলানগী তোঙানবা ৱাবী অমা, মথক্তা শাগৎপদৌনসু তৌরিব্রা ? মঙ মচেৎ, নীংশিং ৱাখলসু মচেৎ অমা- মাগী নুংমীৎকী ফ্রেমদা উজরি। অদুঙৈ, গঙ্গা মপান্দা (য়াম্না ঙল্লিঙৈ মতমদা) থোকখিবা থৌদোক অমা মঙগুম করিগুম অমুক হল্লকলি।



অহিংনি!

থাবল ফরবা অহিং! নোংমদোল মকোইদগী ঙাম্ভোরকপা, চায়থরকপা মঙালনা পুমঙান হেক ঙান্না নীংথিজখ্রি। সুরধুনী গঙ্গা মপান্দা লৈবা খাঙপোকশঙ অমগী মনুংদনি। খঙপোকশঙগী য়ুমথক অদু মফুৎ মফুৎ হোরি। মখূলশিং অদুদা থাবল মঙালনা লিৎল্লকই। খূৎশেমগী মৈঙালনা দ্রামাগী ফম্পাক্তা কাপথরকপদৌনা নীংথিজখ্রে। মনুং অদুদা, মঙাল মশেক (রে) কয়ানা ফন্দোক্লা পুমচায়, পুমঙান ! খাঙপোকশঙগী হোরপ হোরপ তৌরবা মখূলশিংদা লিরিবা নুংশিৎ লীৎশিৎলকই, নুংশিবা হৈনম লৈনম লীৎশিৎলকই - চিং চিং ! লৈনমনা পুমথন ! পূক্লিং হকচাং তুজুংনিংঙাইনি।

ইমুংগী লময়াইদা ৱাখোক মরি য়ুংশিল্লগা শেন্বা ফমুং অমা থারি, পাক চাউই, য়াম্না, নীংথিজনা লৈতেংঙি। কাঙখল খনদে। থোয়না ঙকনিংঙাই ওইদে। অনৌবা ফুগাকী লাইনীংশঙ নৎত্রগা সাধু বৈষ্ণবশিংগী হিপফম চাফম, নীংথিজনা লৈতেংনরে। চরূগী নৎত্রগা য়ুবি মশিংগী মোম্পাক শিজিন্নদ্রে। কাংথোল ফাওবা ফজনা থানরে। য়ুমলৈ কৈরৈসু তরু- তনাল্লে ; য়াম্না হাইজিনিক ওইনা লৈনরে। থায়নগী মোৎনা লাইনীংবা অদু থাদোক্লখ্রে। ফিজেৎ লৈতেংনৈ। মশম খাক্তনা ঘটা পুনবা সাধুশিং, সেমপু লুজে, থাউ মনম নুংশিবা তৈনরে। লাইনীংবীশিংসু অদু মঙাই। খাঙপোকশঙ অসিদসু, মদুগী খূদম উবা ফংঙি। মমিংতবু ৱাখোঙনা মখোঙ ওইরিবা ফমুং অদু অসুক্কী মতিক মওং তাই, হৈনম লৈনমসু চেল্লি। চেনফমসু থোকই ; লিরিবা নুংশিংনা পুশিল্লকই। অদুগীসু মথক্তা, হকচাংদা নুংশিবা মনম চেনখ্রবী নুপী অমা লোংহিপ্পরি। শ্রীমতী কুমারিকা মশামকনি। অঙকপা মতৌনি। মহাক ফৈজুপ সুপতে। উনাগী ফৈজুপ সুপ্পী হায়বা তাই। তৌবসু ওল্লাংথাগী অহিংনি। মশা পুন্বা অদু বকুল মনা মপৈ অমগী মনুংদা হিপলি হায়বা য়াই। নানখ্রবা ফমুং অদু পুমচায় ! ঙকই ! করম্বা মখলগী লাইনীংনো ? অশাবা খাংলিব্রা ? বকুল পাম্বী অসিসু মরাং কায়না হৌখ্রে, মনা মরক অদুদা বকুল লৈরাংগী নুংশিবা মনমসু চেল্লিবনি। মহাক্কী মমীৎ উইশিল্লি। তান্ত্রিক সন্ন্যাসীনি খরদি অসুম তৌনা তুম্বসু য়াওই।

শ্রীমতী কুমারিকা মমীৎ পাংথোরকই, থাবল মঙাল চংলকলিবা য়ুমথক অহোবদা মুন্না য়েংখৎলি, নোকমি নোকমিসু তৌজে। ঙাইহাক লৈরগা মচীন লেঙলকই—"হে প্রভু ! হে নদীয়া বিহাবী ! অহিংগী তন্দন ওন্দুনা পাইবা ঙম্মী হায়বদাই ! ঙাইজরকপা কুইরে, লেঙথবীরকউ থাবল মঙালগী হোজংদা।"

য়ুমথক্তগী শকউদবা নুপাগী খোঞ্জেল অমনা লুমলপ তৌনা লাউথরকই—"হৈ অঙাওবী ! থাবল মঙালগী ফজরবা মরক্তদি ঐহাক তন্দন ওনবা য়াদে, কুফেৎ কাফেৎ মঙালনা ফিত্তৌ শেৎপী চান্দনীবু নমহৎপা ঙম্মোইনে।"

"অদুদি প্রভু ! খোইমু ওল্লগা পাইশিনবীরকউ।"

"অহিংদা পাইবা খোইমুগী তোংফম পীগেরা ?"

"মফম চানা কায়দোংফম পীজগে, ননাইনা।"

"কন্দায়দা হান্না...?"

"শমজিগী শম্বুলদা !"

"নঙগী শম্বুলদি মোনখাংনখ্রে।"

"ননাই হৌগৎচরগে...।"

"নত্তে, নঙবু কনানো দেবী ?" শকউদবা খোঞ্জেল অদুনা হায়রকই—"নহাক্না ঐবু চিংবদগী খাঙমদদুনা লাকপনি।"

"হাইমা ! ননাই সুরধুনীবু কাউবীরব্রা ?"

"সুরধুনী হায়দি ?"

"আদি কালগী সুরধুনী, প্রভু নহাক্কী লুমলেনবী। ঙসিনা সুরধুনী মাঙ্গী ওইনা অমুক পোক্লবনি। মপোক অসিদসু, নঙগী অঙকপা চম্মকার অদুত্তং থোকহনবীয়ু হায়দুনা নীংজরি, প্রভু নঙতবু। পোকপগী মহৈ য়ালহনবীয়ু।"

"নীংজবা অদুমক থুংজবা ওইয়ু।" শকউদবা খোঞ্জেল অদুনা মখা শমথরদুনা হায়রকই, "নবদ্বীপ মরূ পীয়ু হায়ব্রা ?"

"লায়েংনবগী পান্বে ওইনা... পামজে অমত্তং।"

"মফম কন্দায়দা নমীৎ নমায় পাংলুগনি ?"

"শ্বাইদা সুম..।"

"শ্বাইদদি য়াদে, পুখিবদি য়াই।"

"অমবু ওইরে, পীনবিরো, পুজখিগে লাপ্পা।"

"অদুদি, খোইমু ওল্লগে, ফৈজোম লেংয়ান থাদরক্লগে।"

"হৌগৎচরগে ননাইসু।"

মিকুপ খরগী মতুংদনি। য়ুমথক অহোবদগী থাবল মঙাল মরক্তা ফৈজোম লেংয়ান পাইথরকই, থম্বাল মচুগী লেংয়াননি, ফৈজোম্না ব্রান্দেমখোইবী মপালগুম্না পাতকপা নিম মচুনি। বকুল মনাগী ফৈজুপ মনুংদা হিপলিবী শ্রীমতী কুমারিকা ফুক হৌগৎলকই, মশাদা কুপলম্বা বকুল মনাশিং পুমচায়; ফমুংদা, লৈমায়দা। সুরধুনী মাম্সীনা ফম্মাংদা লেপ্লা লেপ্লা পাইথরক্লিবা ফৈজোম লেংয়ান লাম্মী! মখুৎনা ওকচৈ, ফমুংদা থমখি। ইস! তুজুংনিংঙাইনি! সুরধুনী মাম্সীগী মশাদা ফি মচেৎ অমত্তা থোংদ্রে। অকুৎ অতোং নাইরবা ওংলৌ কায়াৎশিং, ফম ফম ... ধন ধন থনিকলে, মওং মরিল কায়দ্রি। ওংলৌ ফিরেপ কয়াৎসু ফজৈ, ফল্লপ তৌবা লেংবান অনীদগী হুইথরকপা, চেংশিল্লকপা, ফন্দোরকপা শাথেক শবান — লময়ৌনা ফজরবী নুপী অমগী লৈফম থোকপা কায়াৎশিং অমত্তা ব্রাৎতে। থম্বাল মানবীনা মরোল অমা, মফম চানা কায়াৎ লৈশাৎলি ; পাকতক, তোংলপ! মদুবু উরুরবা (মীদি হায়রুমু) লাইসু অদুম ঙাওনিবো।

অহিংগী খোইমু! খোইঙং খোঞ্জেল তারকই। য়ুমথক অহোবদগী খোইমু অমা পাইথরকই ; ঙংল ঙংলদুনা। সুরধুনী মাম্সী শ্বাই লাউজৈ, মশা পুম্বা তুজুংনৈ।

খোয়ুমগী শক্তম লৌরিবা খোইমু অদুনা হায়রকই—"দেবী! কন্দায়, কন্দায় তোংলগে।"

"তোংবীয়ু শমজিগী গুলাপতা।"

"কন্দায় নঙগী শমজিদদি গুলাপসু থেৎতেনা।"

"প্রভুদি পুম্নমক্কী ক্রিয়েটেরনি হায়দাই ?" সুরধুনী মাম্সীনা হঙ্গৎচৈ—"অঙাংবা গুলাপ অমা লাৎহনবীয়ু শমজিদা।"

"কলি যুগতদি মদু ওইথোক্লরোই, দেবী!" খোইমু অদুনা শমজিদা তোংলগা শমথরকই, "মনমদি নুংশিহৈ নঙগী শমজি অসিসু।"

"করিগী নুংশিরোইদগে, প্রভু ! হৌজিকব্রাইদসু মকে শেমদুনা নবদ্বীপ তেল তৈজখিবনি।"

"পীয়ু হায়খিবদাই...?"

"প্রভুগী লেংয়ান, ফৈজোমসু ননাইগী প্রেমশৈয্যা মথক্তা তাখ্রে, ননাইসু নাকেম্ছাগী লাইরেম্বী ওন্দুনা লৈজরে।"

"অদুদি, প্রিয়ে! মালেম পৃথিবীগী শক্তম লৌরোদনা।" খোইমু অদুনা হায়রকই—"ঐহাক শমজি থাদোকচরগে, অদুগা থম্বাল লৈকা তম্না পাইশিল্লকে।"

"য়াথং অদুমক।" সুরধুনী মাঙ্গীনা অসি হায়রগা ফমুং মথক্তা লোংইপ্লখ্রে।

"দেবী! নঙসিদি আদি কালগী সুরধুনীদগী হেন্নবু...?"

"অদো প্রভু! অদুঙৈ আদি কালগী সুরধুনীগী মফমদা স্বয়ংরূপ পুথোক্তুনা দর্শন পীনবিখিবগুম্না ননাইদসু তাইবং মীগী মুর্তি অদু উহনবীয়ু, নাকেন্থগী লাইরেম্বগী শক্তম লৌবীরগা উহনবীয়ু।"

"দেবী! কলি যুগ অসিদদি মদুসু ওইথোক্লরোই। নহাক্না খোইমু ওইনা পাইরকউ হায়খিবনিনা... খোইমু মরু ওইনা পীরমলগে।"

খোইমু অদু ঙংল-ঙংলদুনা পাইশিল্লকই। তোংফম চানা তোংখ্রে। খোইমু শাখপ হেঞ্জিল্লকই, মহু কল্লবা মমু অদুনা লৈজবী থাদুনা চিকথৎখ্রে... খোইমু মরু পিশিনখ্রবা!"

"অস! শিবে শিরে, ঐবু হাৎলগেরা?"

খোইমু অদো, শ্রীমাঙ্গ বাসু ওল্লকই। মহাক ঙকচানৈ, হরাও তুংজুংনা নুংঙাইজে।

শ্রীমতী কুমারিকা, মীৎকপ খংথোক হেক থোকই। মঙগী খোল্লাও অদুমক মচীনদসু লাউবকই—"অস! শিরে শিরে, ঐবু হাৎলগেরা... নঙ ওইরে, নদীয়া বিহারী!"

শ্রীমতী কুমারিকাবু ফমশেন্নরিবী নুপী অমনা ইফিং ফিংনা হংলকই—"ইমাথোই! কৈদৌরে, কৈদৌবে?"

শ্রীমতী কুম্মারিকা মোমোন্নে। মমীৎ অমুক উইশিনখ্রে।

হোলি চেম্বরগী লাইফমুংদা য়াতারি।



হোলি চেম্বর!

হোলি মাদরগী লৈফম ওইরিবা হোলি চেম্বর! য়াম্না নীংথিজে। মফম চানা চানা উপু অয়ুংবী, সোফা সেট, টেবিল চৌক্রি থাই। লময়াইগী সেন্টর টেবিল মথক্তা অহিংবা লৈ চরোং চরোংগী ফুল গ্লাস খিন্দুনা থম্মী। নুংশিবা লৈনম চেল্লি।

কাজাউ অসিগী ফক্লাং অকোয়বদা লাইনীং ধর্ম্ম শন্দোক্লম্বা (তোঙান তোঙানবা) মহাপুরুষ কয়াগী মুর্তি অমদি ফ্রেম চনবা ফোতো থেৎলি। হিন্দু, মুসলিম, শিখ ইশায়—ইমুং অমত্তনি হায়বা উৎলি। দেবা-দেবী কয়াসু সুরে। শ্রীরাম কৃষ্ণ, শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু, গৌতম বুদ্ধ, মহাবীর, গুরু নানক, মাকাগী কবর, সনামহি লৈমরেল, পাখংবগী পফাল, যেশূ অমদি মাদর মেদোন্না অসিনচিংবা পুন্নমক সুরে, চিংথদ্রে হায়বা য়াই। ফক্লাংদা নপশিন্দুনা শেম্বা থেল্লা মচা মচা নৎত্রগা রেকশিং — মুর্তিশিং অমদি ফক্লাং ফোতোশিংগী মমাঙ, মমাঙদা শেম্মী। মথক্তা মোমবত্তী অমগী মথংদা অমা—ইকোয় হেক কোয়না থল্লি। পুমডাল হেক ঙাল্লি, বিজুলী মৈ থানদে। কেন্দল ষ্টেন্দশিংদা ধুপ মচৈ যুং-যুংদুনা থারি। নুংশিবা মনম্না কা অদু পুমথন হেক্তা থনখ্রে।

অহিং মীৎশেং খাঙলুবী লৈশাবী অমনা মৈ মুৎতনবা হোৎনরি। দেবা- দেবীশিংদা থৌনিজৈ। লাইফমুং মনাক্তা অমুক হেক লেপলৈ। মরক মরক্তা মখূৎদাং ঘড়ী য়েংঙি। মনীংথংবা ফল্লাংদসু তোয়না তোয়না য়েংজৈ।

কৈদৌবৈ য়েংলিবা ?

লময়াই ওইরপ্লা থারিবা ফমুংগী মনীং থংবা ফল্লাংদা ময়েক অচৌবনা নম্বা ফল্লাং পাঞ্জিকা (ৱাল কেলেন্দর) অমা ৱাংতক থেৎলি। দিসেম্বর ২০০৭গী চেমায়— মপান্দগী লিরি শিৎচিল্লকপা নুংশিৎতা ফেরে ফেরে, নোম- হাইনরি। দিসেম্বব তাং ১দগী হৌরগা মশীংশিং অদু মুক অঙাংবনা মথং মথং (x) ইদুনা ককথরকলি। ওইরবা য়াই, অকল্লবা নুমিৎ অমগী কাউন্ট দাউন!

নুমিৎ অদু ঙাইরি, অরোইবগী অহৌবা নুমিৎ ! শ্রীমতী কুমারিকানা হিপলিবা ফমুং, থোইদোক্ল পাক চাউই, দবল বেড ! মতম অমদা কনাগা কনাগা হিপলম্বা ফমুংনো ? নাক য়েৎতা থৌগলনাইশিংগী ফমফম লৈ। ফম্মাংদা বেড সাইদ টেবিল চাউতকপা অমা থারি— মথক্তা টেলিফোন রিসিভর, হীদাক লাংথক কয়া লৈরি। ওক্সিজেন সেলিন্দর ষ্টেন্দ অমদি রেস্পিরেটরী মাক্সকী মরী মরাং- অৱাং থংবা ফল্লাং ময়াদা খিন্দুনা থম্মী।

মিকুপ খরগী মতুংদনি।

মপান্দগী উচেক ৱায়া খোংলকই। অহিং মীৎশেং খাঙলুবী লৈশাবী অদু ফল্লাং পাঞ্জিকা থেৎলিবা মনাক্তা লেপলৈ। চেমায়দগী তারিক অমা (x) মুক অঙাংবনা ককথৎলি। মহাক অমুক চৎথোরকই, ফম্মাংদা চপ লেপ্পুনা লৈররে।

নুমিৎ অমসু হৌখ্রে।

নোংঙানখি, নুমিৎ তাখি। নোংঙান্দবা অহিং লৈখিদে। ঙসিসু অমুক, অনৌবা অয়ুক ! উচেক ৱায়াগী চেক চাক লাউবা মখোল ইমুংদা চংলকই। নোংঙাল্লে হায়বা শ্রীমতী কুমারিকাসু খঙলে। মাগী মঙ অমদি নীংশিং ৱাখল কায়খ্রে। মশা লেঙলপ তৌরকই। ফম্মাংদা লেপলিবী লৈশাবী অদু নুংঙাইজে, চীনবাল কাংলপ তৌনা নোকফেংনৈ, চনিং তানা নুংশা শ্বর হোন্দোকচৈ, অমুকসু নুংশিনা কৌরকই — "ইমাথোই !"

শ্রীমতী কুমারিকাবু মতুংইন্নবী কুমারীশিংনা 'ইমাথোই' , 'হোলি মাদর' অমদি 'আইমা' অসিনচিংবা মিংথোল কয়ানা মিংগৌনৈ। কাঙবু অমনা ইচেবেম্মা নৎত্রগা ইচেম্মা কৌনবসু য়াওই। মথক থোংবা মীওইশিংনা 'সুরধুনী গঙ্গা' কৌনৈ। মনাওনুপীগী মমিং হিংহৌরি। মহাকসু অনৌবা যুগকী সুরধুনী গঙ্গা ওইরবনি হায়বা য়াৱে।

শ্রীমতী কুমারিকা তারে, তপ্লা তপ্লা মমীৎ পাংথোরক্লে। মাগী অহানবা মীৎয়েংনা কাউন্ট দাউন্দ কেলেন্দরগী মশীং উজে। হৌখিবা নুমিৎকী তারিক ককখ্রে হায়বসু উজে। মহাক করিসু পাখৎতে। থুক্কৎপা মতৌসু উদে। ঙসিদি মাগী হকচাংসু খরা নুংঙাইবগুম উই। ৱাখলনা ওইরম্বা য়াই। মাগী তরাওনরবী মীৎস্না অনী (মতম অমদা নুপা কয়াবু সুমহৎখিবদো) খংকুৎ কুৎশিনখ্রে; মীৎপান্দা খুইতল্লবা উনসাগী মমি উরে। অদু ওইদুনসু ফজরি। মমীৎ অনী অদু মথকলোমদা য়েংখৎতুনা লৈখ্রে।

মহাক নীংশিংলি — অহিং মমৈগী নুংঙাইরবা মঙ ! মঙগী অহানবা তাঙ্কক ! অমুকসু নীংশিংলকই ; মঙগী অনীসুবা তাঙ্কক ! অসুম্ন অসুম নীংশিংলকই ; মাগী পুক্সি ৱারী কয়াসু !

শ্রীমতী কুমারিকা খোইরুম মোমোন তৌই, মথন্তা অৱায় অখুমনৈ (ঙরাং অহিং মমৈগী মঙদা, নোকখিবা মায়থোং অমা উরম্মীদো। কনাগী ? অদুবু হেক্তা হায়দোকপা য়াব্রো ? হায়দোকওই। ঐ খঙঙি, মহাক হিংলি হায়বা, কাইনথংদা খঙলকপনি। মশাগী মমিং মশানা মুৎথৎচরগা শাংলবা চহী কয়া মফম কন্দায়দা লোৎতুনবু লৈখ্রিবা ! হিংলি, শ্রীমান্স বাসু হিংলি ; মমিং অমদা হিংলি। চুম্মী, মহাক্না লৌখ্রিবা ফিরেপ, চুম্মী। মতাক ক্রিমিনেল অমনি হায়বা ঐঙোন্দা খঙহনিংখিদে। মদুনসু লোৎখিবগী মরম অমনি। নোংমা, সার বাসুনা পুলিস কমিস্নারদা ইখিবা চিঠি ! ঐ নীংশিংলি ; ইমাঙদা ইখিবনি, পাহৌই পরেং খরা... ‘কিল হিম (শ্রীমান্স বাসু) ইভ ফাউন্দ গ্রিটি !’

সাব বাসুগী ৱাহে অসিমক পাউচে কয়াগী হেদ লাইন্দসু ফোঙখিবনি। মপাগী ৱাহৈ, মহাকসু শোয়দনা পারমগনি। শ্রীমান্স বাসুদি শিখ্রে ; মমিংবু হায়বনিকো। অদুবু হিংলি, ঐগী শ্রীমান, হিংলি। নোংমা, হৌখিবা চহীদানি। ঐগা কোলকাতা এয়ারপোর্টা থেংগাইনখিবা নুপা ! মমায় মচেং অমত্তংনি উখিবা, অমুবা আনোক উম্মী, ইংলিস টুপী অফনবী উম্মী, মশম খাকই, লেংজুম ফাওবা, মমায় ফজবদো চুবাদগী শমথরকপা কোইনা খজায় নাক য়েৎতা মশক লোৎনবা হোৎনরিব্রা ? অদুদসু নত্তে ; খদাংগী অমদি নাতেন সুমাংগী কোই, কনানসু মহাকপু শ্রীমান্স বাসুনি হায়বা খঙলরোই। মান্নি, মহাক অদুনি, শ্রীমান্স বাসু ! ঐগী শ্রীমান ! মশক্তি ওনখ্রে, মখোলদি ওনবা ঙমখিদ্ৰবোই। ঐনা ভিজিটিং কার্দ অমা খুল্লকই ; মদুদা ইরি — শ্রীমানসৈ !’ কোইজম ইপু মনিতোম্না থোনখিবা মশূগী মমিং, অবেঙ্গদা মাঙখিদ্রে। ঐতনদি খঙই। কয়াদা হৈনা মমিং ওনখ্রবা ! ইকুই কুইদনা পাউচে অমদা অমুকসু থেংনখি পরেং খরা —“আই পি ও শ্রীমানসৈ ষ্ট্রাইক বেক ! ‘তসল অবব’ মাদর কেস রি ওপন।”

ঐ খঙই, তসল অবব মাদর কেস ! থিয়ু, থিয়ু নতিক লৈরগা থিয়ুকো। ঐদি চৎখ্রনি, কুইবরোই। আই. পি. ও. সাহেব ! মনিক বেনার্জী মীহাৎতা চেন্নরিবা তলস অরব ! খঙব্রা তসল অরবকী অর্থ ? ইহে ! কদোমদগী ৱাফেনো ? অমবু ওইরবসু লোৎলগে মোংফমগী লৈরোনুংদা ! ঐবু মীহাৎপী অমসু ? নত্তেদা কৈস্সু !

চহী কয়া মমাঙগী থৌদোক ! ঙরাং অহিং মমৈদা ওষ্ঠোক্রম মরিক চুম্না মঙদা হল্লকলম্মী। শ্রীমাননা ঐবু লৌবা লাকলিব্রা ? নত্তেদা, ঐনা মাবু নীংশিং নীংশিং তুমথখি। মদুদা উবা ওইগনি। ঐনা ‘নমফু মঙ’ মঙখিব্রা ?

ঙসিদি ইখূৎ অসি মরেং মরেং হেক চংলি। ইখঙ হেক খঙহৌদনা দায়রী ইনিংলকই। মাগা অমুক উন্নগনি হায়বদি থাজদ্রে। কৈদৌবে উন্নদোইবা ! মহাকপু ঐগী কনানো ? ঐনা মাগী কনানো ? অদু ওইরসু, চুম্না উন্নবদি য়াইদনা। ঙাইরম্মু হায়রম্মী, মচি লেঙলমগনু হায়রম্মী। ঙাইহিরি, ইশামক্কী লৈফমদি হোংলে। হোয়, ঐহাক মচি লেঙখ্রবীনি। অদুবু, চুম্নতগী উন্নবদি য়াই। উম ! চিঠি অমত্তং ইরগা থমলম্বা চুস্ত্রা খল্লি। চুমদ্রনে ? চুম্মী, চুম্মী, য়াম্না চুমগনি। ঙসি হয়েং খঙদে, ঐগী পুক্নি !

ঙরাং অহিংসু মঙওই হাওই অমুক হন্না তোংলম্মী কামরূপ এক্সপ্রেস। মহৌশাগুম শ্রীধাম নবদ্বীপ হেন্দোক্তুনা চংলম্মী। অমুক হন্না চংলুই প্রেমনিকেতন্দা। কাতোৱাসু য়ৌরুই, শম অমুকসু কোকলুই... অদৌদি ঐবু কু মনুংদা। মীৎকপ খঙথোক হেক থোকই ; অমুক হেক নমথখি। মঙ অমগী মথং মঙ অমা। ঐঙোন্দা করি হীদাক কাপলিজাৎনো ? ঐবু ‘মার্সি কিল্লিং’ তৌদোইরা ? ফৈ, মদুনবু হেন্না ফরেদা। অনাবা কয়া য়োক্তুনা থম্বা ৱারে, থম্মোয়গী অনাবসু,

কোক্কী অনাবসু অদুগা অঙাং খাউদসু লাইরেল শজিক ! ইশানা চৈনাখোল কয়া খাঙখি, লোংপা য়াবসু লোংচখি। হৌজিক্তি ওপরেসন তৌরুবগী মতমসু হেনগ্রে। নুংশিদা পুন্সিসে !)

হোলি চেস্কবগী লাইফমুংদা যাতারিবী শ্রীমতী কুমারিকা মচি লেঙদ্রে ; উতুপ তাবগুন্মী। ফিভৌ অমসুং উরেবোম মচুগী ফৈজুপ অথাবনা মরোল মরোল নাইদুনা মঙক ফাওবা সুপলি। অইংবা মতমনি – নিংথমথা ! মাগী মশা লেংওৎপা তৌদ্রে। মিন্থুনতনি হুল্লিবা। মহাক্কী মখোঙ মখূৎ ককখ্রব্রা ! মখূৎ অনীদি য়াওরি ; মখোঙদি নাম্মা তংখায় ! মহাক শিনিংচিংতা হিংহৌবনি। মহাক্না বোম্বেদগী হল্লক্লবা মতুংদনি। নোংমসু, মথন্তা বোলপুর চৎলুই। ট্রেন এক্সিদেন্ট অমদা ওয়গী মখোয় চপখায়দুনা শোকখি। তঙাইফদনা খূউ মখাদা ককথৎপা তাখি। মদুদগী মহাক ফমুংদা য়াতাদুনা লৈবকলি। শিনিংবগী লাংতক্লবা হৌরকখি। মশাদা হান্নদগী অনাবা কয়াসু থাগোন্নরি। অদুনা, ঙাইরি ; মার্সি কিল্লিং, ঙাইরি।

ওল্লোকইদা, পেস্মা য়েলহৌফবী !



"মেদোন ! চে কলম পীয়ু।"

"ইমাথোই ! কৈদৌনবা ?" মেদোননা হংঙি।

"চিঠি অমত্তং ইবমগে।" মমাথোইনা খুন্মী।

"ইমাথোই ! কনাদা পীনবা...?" মেদোননা ঙকুনা হংঙি।

"নঙোন্দা।" মমাথোইনা নোকফেৎ খুন্মী।

"ঐঙোন্দা ?" মেদোন মমীৎ লংখৎলি।

"হোয়নে, চে কলম পুরকউ।"

"ফগনি পুজবক্কে।"

মেদোন থোকখ্রে।

মহাক নর্সনি। ফমশেন্নবী নর্স। লমজা হাউসকী অহানবা লমজানু মেদোন অদুনি। মপূং মরৈ ফাখিবা কুইরে। নর্স তমলুই। কোলকতাদা থবক তৌরুই। হল্লকপা কুইদ্রি। মহাক মরু মনাও য়াম্না কাংঙি, থবকসু য়াংঙি। মহাক্না মমাথোইব্বু কুপশেন্নদুনা লৈজৈ। মহাক্কী মপান্না মমাথোই হিংলিবনি। মহাক অসি মশক মতৌসু য়েংবা নুংঙাই। কুচু ভৌই। মশা পাতকই, চুংফিরাল চানা ফজৈ। মমীৎসু ফজৈ, মমীৎনা নোকই অদুগা মহাক খরসু খেংঙি। নোকপদা মখজায় কুৎনা (দিম্পল) বাসি লৈ। মদুনিসে, হেন্না ফজরিবা ! মহাক চহী কুনমঙাগী মথকনি ; শ্রীমতী কুমারিকানা মহাকপু মফম চানা, অফবা নুপা অমদা থাজরমগে খল্লি। নংখিগদ্রা ?

শ্রীমতী কুমারিকাগী চিরবা, য়াম্না চিরবা পুন্সিগী মতাং য়ৌরকলে। অদুনা মহাক উংজানৈ (মেদোনসিবু মাগী নুংশিনবা নুপাকা লৈরিদ্রা ? উম ! ঙসিদি হেক্তা হংলগে। মাগী মফম অমা খঙদ্রবদি... ঐ শিবা ঙমলোইদৌরি। নত্তে, মহাকপু কনাদা শিন্নরমসিবা ? উম ! লৈরেহে, মীশক অমা... চিঠি হেক্তা ইরমলগে।)

মেদোন চংলকলে। ক্লিফ বোর্দ অমদা অঙৌবা চেবাং খরা চপশিল্লগা পুরকলে। ফমুংদা পোপ থাদরগা হায়রকই—"সে, ইমাথোই! চে কলম লৈজরে।"

"হৈ অঙাওবী!" মমাথোইনা হায়রকই—"ফমুংদা লোংনা হিপ্পগা ইবা য়ারোইনে, কাংথোন নোঙাদা মোন খিল্লু; ঙাথরগা ফমগে।

"ফগনি, ইমাথোই!" নর্স মেদোননা অসি হায়রগা কাংথোন নোঙাদা মোনচেপ মোন্দুম খিন্দুনা ঙাথফম শেমলে। মমাথোইবু তপ্না তপ্না চিংখৎতুনা ফমহল্লে। মখোঙ অনী তিংথোকহল্লি, মতম্পাক্তা মোনচেপ অচৌবা অমা খিল্লগা নীংথিনা শেম্বীরে।

"চংলো চংলো য়ারে।" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই।

মেদোননা শ্রীমতী কুমারিকাবু থাদোক্তুনা চংনিংদে। ফম্মাংদা লেপ্না লেপ্না হায়রকই, "দোক্তরনা ইমাথোইবু থাদোক্লু, মতম চানা চানা হীদাক কাপ্পু, ব্রাখল নুংঙাইহল্লু হায়রম্মী, খুয়াদা অসুম ফমজগে।"

"মপান্দা লৈরু ঙাইহাক্তং। ঐ কৈসু তৌরোইদ্রা।" শ্রীমতীনা মখা শমথদুনা হায়রকই, "ঙরাং অহিংসু নঙবু মীৎশেং খাংব্রা?"

"নর্স অমগী মখৌ তৌজবদা অব্রা অনা লৈজদে।"

"ঐ পেল্লে, নঙগী থৌগল সেবা।" শ্রীমতীনা মোমোন তৌনা অমুক মখা শমথদুনা হায়রকই—"ঐনা শিদ্রিঙৈদা করি পীরম্মুগে, মেদোন?"

"ঐ করিসু পামজদে।" মেদোননা মখা তানা হায়রকই—"ইমাথোইবু মতম কুইনা হিংহননিংঙি।"

"অতৈ লায়রি, মেদোন!" শ্রীমতীনা ঙাইহাক চোঙ্থরগা নোকফেৎ তৌনা হংলকই, "নঙবু নুংশিঞ্জবা পাখঙগা লৈব্রনে?"

"লৈতেদা, ইমাথোই!" মেদোননা ইচম চম্না খুম্মী।

"ঐনা নঙবু মফম চানা থাজরমগে খল্লি।"

"ঐবু থাজবা! কনাদা?" মেদোননা খঙনিংনা হংঙি।

"ঙসিমক, মফম চানা।" শ্রীমতীনা তুবৎ খুম্মী।

"ইমাথোই!" মেদোননা ঙাইহাক লকক তৌরগা হায়রকই—"ঐসু য়ুম পাঞ্জরোই, লুহোংদবী ওইনা হিংজনিংঙি। ঐদি লমজানি, হৌফম শাৎফম খঙদবীনি। লমজা হাউসকী সেবাদা পুম্সি কখোক্তুনা ইমাথোইখোয়গী খুদুং ইঞ্জনিংঙি।"

"ফৈ, মদুসু য়াম্না ফবা ব্রানি। অদুবু, মেদোন...।"

"তাকপীয়ু, ইমাথোই!"

শ্রীমতী ব্রা য়াম্না ঙাংনিংলকই। অদুবু ব্রাথৈদুনা হংলকই—"মেদোন! অতৈ লায়রি, ঐবু কয়া কুইনা হিংখিদগেনে?"

"হিংখিনিদা ইমাথোই!" মেদোননা খুম্মী।

"দোক্তরনদি করি করি হায়রম্মী, মেদোন?"

"অদুবুরো ইমাথোই...।" মেদোন লকক তৌই, মখা তাখিদ্রে।

"মেদোন! ঐহাক ইশানা ইশাবু খঙজে।"

"ইমাথোই! নহাক চংশ্রবদি ঐ কানাগা লৈহৌনি।" মেদোননা পেহৌ পেহৌ শমথদুনা হায়রকই —"চংখিনুকো।"

শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই —"হোয়, হোয়। মপান্দা ঙাইহাক লৈরুচো, অন্না অমুক কৌরক্কেদা।"

"ফগনি, ইমাথোই!"

মেদোন থোকখ্রে, থোঙজাও মনাক য়ৌখ্রে।

"অদুগনে মেদোন!" শ্রীমতীনা মহাকপু কৌরগা অমুক হায়রকই —"ঙসিদি ঐ উন্নবা লকপা অমত্তা চংহল্লক্কনু .. ভি.আই.পি., এন.আই.পি., প্রেসমেন... ঐ কনাসু উন্ননিংদ্রে। থোঙ পুন্না পানশিল্লু।"

মেদোন চপ লেপ্লী। মমায়দি লৈথোরকপা তৌদনা হংলকই —"দোক্তর সাহেব লাকলবদি...?"

"মহাকপুদি চংহল্লকউ।"

"য়াথং অদুমক।" মেদোন থোকখ্রে।

শ্রীমতী মথন্তা লৈহৌবে। মহাক্ত কনাদা, করি চিঠিবু ইদৌরিবা? মেদোন থাজবগী চিঠি ইদৌসু মাল্লি। মহাক উংজানে (করিবু ইসিবা! করি হায়না রাহৌসিবা?)

মহাক কলম পায়খৎলে, মখুৎ নীকলপ তৌই। ময়েক তাবা ঙমদ্রি। মিকুপ অদুদা খংনীং হেক্তা নীংশিংলকই—

"অদুম লৈবীরম্মু, মচি লেঙবীরমগনু।"

মহাক ফুক হৌগৎতুনা ষ্টেসন্দা চৎনিংলকই; পাঙ্গল থৌনাদি লোইখ্রে। কনানো অমবু লাইবার থানিংলকই। মাগী অবোইবা মিকুপ্তা শ্রীমানগা উন্নখিনি হায়বগী থাজবদি মাঙদ্রি। মহাক নুংঙাইজে, মোমোন তৌই; থম্মোয়নুংদা নুংখন্নে (চৎলুনে কনানো অমা... লাকপ্রা য়েংঙুচো, ষ্টেসন্দা। লাক্কনি মহাক শোয়দনা, নোংমদি শোয়দনা লাক্কনি। হৈ, মেংবী! কুমারী মীরাদাসী! চৎলুনে নহাক। ইহে! মেংবীদি ঙস্তানা চংশ্ররিনি, মাদি য়াহৌঙনবী টেম্পল গাইদনি। মাদি শ্রীমানগী ফোতোসু উথ্রবনি। মেংবীনা শ্রীমানবু থেংনরবদি শোয়দনা পুরক্কনি, হোলি চেন্বরদা। নুংঙাইদৌরিকো, পুন্সি মমৈগী কুমহৈ! ইরগে চিঠি ফজবা অমসু, অদুগা হেক্তা থারগে, হৌজিক্তি মাগী লোৎফমসু খঙলে।)



শ্রীমতী কুমারিকা চিঠি ইরি।

ইখিসনু, মনীংতম্মা। লৈরমগনি মাগী নীংজবা অমা। মহাক ইচম হেক চন্বী নুপী নত্তে। শিরমদাইদা করিবু লোৎলমগে খল্লিগবা? লোৎনিংবা লোৎচসনু। মহাক নোকফেৎ নোকফেৎ

তৌনা চেদো কলম তাবা হৌগ্রে। মাগী নুংমীৎতা শংশং হেক উজে— মাগী মঙলানগী লোয়ুম্বা! মাগী মঙলানগী শ্রীনদীয়া বিহারী!

নুংঙাইকো, মঙ অদো!

শ্রীমতী কুমারিকানা মাগী পুক্সিগী মরুমদা মঙলানগী তোঙানবা লোয়ুম্বা অমা লোৎশিন্দুনা থমলি। মসিমদি তশেং তশেংলবনি। মশক মমিং পঙ্খোকপা য়াদবা (শ্রীমান্স বাসু নত্তবা) করম্বা নুপা ওইরিগবা! মহাক্কী মমাঙদা নৎত্রগা নুংমীৎতা ঙাইহাক লৈতনা উরিবা মুর্তি— সুমহৎপা মায়খোং! লাই ওইরম্বসু য়াইকো।

মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদা, শ্রীনদীয়া বিহারী অমদি সুরধুনী গঙ্গা অনীগী প্রেম কথা তারকই। য়োকচবী মমা চন্দ্রিকানা শম্পৎনা লীরম্বনি। থোইনা মনুং হুঞ্জিন্না খঙখিবা নত্তে। মহাক্না (অহানবা ওইনা) শান্তনু গোস্বামী থিবা ওইনা নবদ্বীপ্তা লাকখিবা খোঙচৎ অদুদা নৌহৌনা অমুক তারুই।

পন্দিত ব্রজমোহন দাসনা লীরম্বা ব্রারী- পন্দিত গঙ্গাদাসনা অমুক শন্দোরকই। মহাক্কী আখড়াদা ফমখিবা কথা সভা কয়াদসু অনৌ অনৌবা কয়া হাপচিন্দুনা লীখি। ভক্ত কয়ানা য়াম্না খোইজংনা অমদি থাজনা তান্নখি। মহাক্না পুথোকখিবা সুরধুনী ঘাট অসিসু খ্বাই ময়ামগী স্নান তৌফম ওইরকখি, মীনা কৃক কৃক ইন্নফমনি, মমিংসু চৎলি। মসিনা মাগীদি শেন্দাল লক্ষ্মী অমসু ওইরকখি। পন্দিত গঙ্গাদাসনা লীবা ব্রারীদি মনুং মপান খায়দে, হেক্তা শেংনা শেংনা লীবজাৎনি। রস লৌশিনবা হৈবশিংদি ঙাওনরিবনি।

শ্রীমতী কুমারিকাসু মপানা লীবা ব্রারী তাজখি। গৌতমীদাসীনসু অমুক হঞ্জিন্দুনা লীখি; শ্রীমতীবু ঙাওহনখি। মহাক মশামক্তা 'দিসগাইজ আইদেন্টিটি'দা হিংবগী ব্রাখল পোক্লকখি। মসি, য়াম্না শাথিববা লায়না অমনি। মহাকসু সুরধুনী অমনি, সুরধুনী সান্ন্যসীনিগী অবতারনি হায়দুনা খঞ্জবগুম তৌরকখি।

নোংমসু, অহিং অথেংবদনি।

ফালগুণ পুর্ণিমাগী থাবল মঙালনা চামথোক্লবা অহিং! শ্রীমতী কুমারিকানা মীরাদাসী লোয়নরগা কোয়বা থোরকই। সুরধুনী ঘাটকী সিড়ীদা মবানী ফম্মীনখি। য়াম্নসু চান্নজে, মমা মচা! থাবল মঙালনা য়ৈরবা গঙ্গাগী ঈচেল কয়াদি নীংথিজখ্রে। হি মচা, অচৌবা কয়াসু ঈচেল তম্না হোম্বরি, খবনা হোঙ্গৎলি, খরনা লাম্বোকখি। মায়কৈ খুদিংমক্তা ঈশৈ নোংমাই অমদি যন্ত্রশিংগী মখোলনা পুমনীল নীম্লি। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী মপোক নুমিৎ তাবা পুর্ণিমানি। নদীয়াবাসীশিংগী য়াম্না মরু ওইখ্রবা নুমিৎনি।

শ্রীমতী কুমারিকাসু খঙহৌদনা ঈশৈ ঙংনিংলকই; ঙংবসু ঙংজৈ। মীরাদাসীনা খঙহৌদনা একতার খোঙ্গৎলকই। শ্রীমতী কুমারিকা ঈশৈ ঙংবা লেপখি, খংহায় হায়রকই—"মীরাদাসী! ঈশৈ শকউ। নঙগী ঈশৈ তাখিদবা কুইরে।"

"ইমাথোইনা ঈশৈ হনবীয়ু, ননাই তুইনজগে।" মীরাদাসীনা অসুম হায়না হঙ্গৎচৈ। মাগী একতার খৎপদি লেপখিদে।

"ঐবো, চীন লেঙদুনা ঈশৈ শকপা!" শ্রীমতী কুমারিকানা শমথরকই—"চরোদা, মীনা অঙাওবীনি হায়খিনি। নঙ শকউ ঐনা লেংখিবা ঈশৈদো তারগা নুংঙাইজৈ। শকউনে মেংবী, কুমারী মেংবী।"

"য়াথং অদুমক।" মীরাদাসীনা অসুম্না হায়রগা একতার খোংল খোংলদুনা য়াম্না পুক্নিং লুপশিন্দুনা ভজন অমা শকই—

"নদীয়া বিহারী ! নদীয়া বিহারী !
দাসীনি ঐদি হে প্রভু নঙগী।
ঙাইজরি ঙসিসু, খোইরাবা নঙতবু।
ওইহনবীয় ঐবুসু সুরধুনী গঙ্গা !
গঙ্গে গঙ্গে সুরধুনী গঙ্গে।।"

থাবল ফরবা অহিং ! সুরধুনী গঙ্গা মপানগী ঘাট শিংদা অঙকপা কুমহৈ অমনি। ঈশৈ শক্তুনা ফম্বা অসি চৎনৈ, কনাসু ইকায়নদে।মনীং তম্না তম্না ঈশৈ শকচৈ। তাজবা লাকপা কয়া অমা। তুমিন তুমিন ফমই। কনানা হরি সঙ্কীর্ত্তন শক শোন্দুনা মতম লেল্লি, কনানা ভজন শকই। কনানা প্রেমবিলাসকী ঈশৈ, হরি ভক্তিরোম পুশিন্দুনা লোৎলগা শকই। কনানসু করি অমত্তা হায়নদে। মাগী মাগী লাইনীং লাইসোননি খন্নে। খোইদোক্না মীরাদাসীদি তশেং তশেংলবী দেবদাসীনি, মশামক লাইওংবীনি খঙ্গে, চংখোন্না ঈশৈ শকই।

"ইমাখোই !" মীরাদাসীনা মমাখোইবু নুংশিনা কৌরগা ঈশৈ মরক খংথৎ থৎতুনা হংলকই, "নদীয়া বিহারী হায়সিবু শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুরা ?"

"হোয় মহাকসু নদীয়া বিহারী অমনি ; অনীসুবা নদীয়া বিহারী !" শ্রীমতী কুমারিকানা মখা শমথরদুনা হায়রকই—"ইমাগী নদীয়া বিহারীদি তোঙানবনি। অদুনা মীরাদাসী, মখা তানা ঈশৈ শকউ। নখোয়দি অনীসুবা নদীয়া বিহারীগী দাসীনি, শ্রীবৃন্দাবনদাসকী রচনা অদুসু শকউ, ঙসিদি ইমা তাগে, নোংমসু ইমানা প্রেমনিকেতন্দা শকখিদো... কয়া নুংঙাইখ্রে, নুমিৎ অদো ; মাম্মা বাসুনা অনৌবা মঙ অমা শাগৎপীবম্মী ; ঙসিদি পুমতোয় পুমকায় !"

শ্রীমতী কুমারিকা, থম্মোয নুংহিকনৈ। মীরাদাসীনা একতার খৎনা খৎনা ঈশৈ মতেক অমা শমথরদুনা শকচৈ—

"রাধাই কুচু লৌরদুনা
নুংদা কৃষ্ণ লোৎলদুনা
নিমাই হায়না কৌরদুনা
নদীয়াদা ঙাল্লবে
নদীয়াগী থাজ ওইনা।"

"মদুনা অনীসুবা নদীয়া বিহারীবু শৈথাবনি।" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই—"ইমাদি আদি কালগী শ্রীনদীয়া বিহারীদা ঙাওরি। মঙ থেমদুনা মহাক্কী স্বয়ং মুর্তিদো ফাওরকপা ঙাইরিবনি ; লাকখিনীদা নোংমদি। খোইমু ওইনদি উখ্রে মঙদা।"

"ইমাখোইগীসিবু...?" মীরাদাসীনা চিংনরপ তৌনা মখা তাদনা লেপখোকখি ; একতার খৎপদি লেপ্তে।

শ্রীমতী কুমারিকাদা মফম খঙহৌদবা ঈহুন অমা খঙফাও হেক ফাওরকই ; হিক্না হিক্নসু

কপ্পি, হেক থংনবা মিকুপ্তা লৈয়েং ফাজিনবা ঙমদ্রবা মচিনবাল লেঙলদুনা প্রেমবিলাসকী ঈশৈ অমা মরক থৎচিন্দুনা শকলকই—

"শায়োন হৈবা খোইমু !
অহিংগীদি খোইমু !
নঙনি ঐগী শ্রীমান !
নঙনি ঐগী থরায়
নঙনি ঐগী পুন্সি !
নঙনি ঐগী লাইনীং।।"

শ্রীমতী কুমারিকা লৌশিং লাকই, ঈশৈ লেপখি অদুগা হায়রকই—"ইহে ! ভজন মরক্তা প্রেমবিলাস গীত !"

"কৈসু কায়দে, ইমাথোই!" মীরাদাসীনা খুম্মী—"নদীয়া বিহারীবু ওইরবসু, মী বিহারীবু ওইরবসু... নুপী ওইবী ঐখোয়গী বিহারীদা শৈবানজবনি। মখা শকখোরা ইমাথোই ?"

"হুম ! থেংলে চংলসি।" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই —"চংনা চংনা ভক্তিরসতা লোইশিল্লু, মীরাদাসী !"

"ফগনি ইমাথোই!" মীরাদাসীনা অসি হায়রগা মখাতানা একতার খৎনা খৎনা শকই—

"জয় রাধে জয় কৃষ্ণ
রাধে রাধে জয় জয়।
জয় রাধে জয় কৃষ্ণ
রাধে রাধে জয় জয়।"

নুমিৎ অদুমসু শ্রীমতী কুমারিকা অমসুং কুমারী মেংবী মমা মচা- সুরধুনী গঙ্গা মপান্দা থেংলেদি হায়রগা অদুম ফমমিন্নদুনা নোংঙানবা ঙাইখি।

মীওইবগী পুন্সিদা (নুপা নুপী অনীমক্তা) অপাম নুংশিগী তাঙ্কক অসি মরি থোক্লা খায়দোকপা য়াই—'টিন এজ রোমান্স', 'মেচিয়োর রোমান্স', 'মেরিটেল রোমান্স' অমসুং 'ওল্ড এজ য়ং বোমান্স'। অকোনবগী মখল অসিদি চহী ৪০দগী নৌহৌনা হৌনৈ, চহী ৭৫/৮০ ফাওবা চৎথনবা য়াওই। কনাগুম্বা কনাগুম্বী খরগী মফমদদি চহী ৮০ দগী ৯০ ফাওবসু চৎথখিবা য়াওই। পৃথিবীগী ওইনা য়াম্না কুপশিন্না নৈনবশিংনা সর্ভে রিপোর্ট কয়াসু ফোঙখ্রবনি। চহী ৭০ সুরবী নুপীনা চহী ৩৫/৪০গী নুপাগা লুহোংবগী ৱারী কয়া লৈখ্রে। ওল্ড এজ য়ং রোমান্স হায়রিবা মখল অসি অঙকপা মখল অমনি। চহী ৬০গী নুপানা চহী ২৫/৩০গী লৈশাবী লুহোংদুনসু লৌনৈ। পৃথিবীগী শকনাইরবা অয়িবা কয়া অমসু হৌজিক হৌজিক লাংওন লংদাই শিন্নদুনা চাংয়েং তৌরি ; অনৌবা সাহিত্য থোরকপা য়ারি। শ্রীধাম নবদ্বীপ্তসু থোকখ্রে, অতৈসু থোকলবা য়ারি। তৌবসু চহী তংখায় খেন্নরবা নুপা নুপী য়ুম্বান্নদুনা নৌহৌনা লৈমিন্নবা অসি পুন্সিরোল মখল অমনি ; মতম কুইনা হিংনবা পাম্বৈনি হায়দুনা থাজনবসু লৈ। অমরোমদা, নাম্মা হাংলবা নুপা নুপী কাঙবু অমনা (এজ গ্রুপ অমদা লৈবশিং) নৌহৌনা য়ুম্বান্নদুনা 'ওল্ড এজ য়ং রোমান্স' হায়রিবা লভ ষ্টোরি মখল অসি থোকহল্লি ; ৱল্ড রেকোর্দ থম্নবসু হোৎনরি। নুংঙাইখ্রপোৎনি, পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা নুংশি ৱারী।

মতৌ অসুম্না, শ্রীমতী কুমারিকাসু ওল্ড এজ য়ং রোমান্সকী অনৌবী নায়িকা অমা ওইখিব্রা ? চিংনদবা ঙমদে। মাগী নায়কতি কনা ? মরক মবক্তা প্রেমবিলাসকী ঈশৈ ঙংখিবা কয়ানি। মাগী পূৰ্ক্লিংদা অপাম নুংশিগী ব্রাখল সুপলৈ হেক লৈত্রে হায়বদি য়াদ্রি। লৈরি, অদুবু ; মহাক্লা অপাম নুংশিগী ব্রাখল নৎত্রগা ঈথৌলাংবা অদু অমত্তদা পুনশিন্নবা হোৎনরি। অঙকপনি ! মাগী নুংশিবগী লাইনীং !



হৌজিক্তি ময়েক শেংলে।

পুমশেং হেক শেংলে। শ্রীমতী কুমারিকা ঙাওরি, কনাদা ? মহাক করিগুম্বা, কনাগুম্বা অমা নীংলি। মাসিমদি শোয়দ্রে। মহাক, আদি কালগী সুরধুনী গঙ্গা ওইনীংঙি। মাগী ঈশৈনসু উৎথোকচখ্রে। মহাক্কী নদীয়া বিহারীদি কনানো ? শ্রীমানসু পল্লি ; মাগী ঈশৈ। শ্রীমানবু মফম কদায়দা হিংলিবা ?

অদুবু, ঙাইরি !

মহাক্কী লাইনীং পরৈসু অসুক্কী মতিক চেৎশিল্লকখি। অদুঙৈ, জি- কোটেজগী অহিংদা থোকখিবা থৌদোক, মঙখিবা মঙ — মঙোন্দা অঙকপা ব্রাখল অমা পোকহনখি। মহাক মশামক্লা শ্রীনদীয়া বিহারীগী থৌজাল অমসুং মঙাল নৎত্রগা ঈঙ্গিৎ অমা ফংখ্রে হায়দুনা খঞ্জখি। মকোক্তা নুংশিৎ হায়গৎলিব্রা ? অহিং অদুদা, গোতমীদাসীনা কনাগুম্বা সাধু সন্ন্যাসী অমবু খৃৎনেক ওইনা নেকলুরগা জি- কোটেজ মনুংদা থাজিনখিব্রা ? চিংনিনিংঙাই ওইরি। মঙগা তাইবংগা চুংশিন্নখিবদৌনা তৌখি। মঙগী খোল্লাও, তাইবংগী খোল্লাও ; মরৌ লৈবা মতেক অমা য়াওখি --

"... নঙ, নঙ ওইবে নদীয়া বিহারী !"

খোইমুগী শক্তম লৌরিবা মঙগী খোয়ুম -- শ্রীমান্স বাসু মাল্লকখি, মাগী নুংমীৎতা ! অদুনদি, মাগী মঙদা মুর্তি অমা উখ্রে, মঙফাওনখ্রে। মসিমদি শোয়দ্রবা ব্রাফমনি। মহাক্তি, শ্রীগৌরচন্দ্র মহাপ্রভু নীংদে ; মহাক্তি শ্রীনদীয়া বিহারী নীংলকই। মহাক্লা নৌনা নিরূপণ তৌদুনা লাৎলিবা শ্রীনদীয়া বিহারী ! অসুম অসুম মানশিল্লকই ; শ্রীমান্স বাসু ! মখোয় অনী মফম কদায়দনো অমদা শোয়দনা উন্নরমলগনি হায়বগী থাজবা অমসু লৈরকলি।

মাগী 'শ্রীমতী কুমারিকা' হায়রিবা মমিং অসিগী মকমদা মহাক্তি ওইনীং ওইনীংবসু ওইবা য়ারবনি ; অফবসু ফত্তবসু। কনানসু করি অমত্তা ঙাংননিংঙাই লৈত্রে। মহাক্লা মণিপুর থাদোক্লম্বা অসি মপূংদা, চহী ৩০ ফাদৌরবনি। থৌদোক ব্রাথোক কয়া অমা থোকনিংঙাইনি। মাগী পুক্সিগী শাংলবা ব্রারী কয়া লৈরি। প্রেমনিকেতনগী চেপ্টর লোইখ্রে, থৌদোক ব্রাথোক খরদি লৈরমখিবা য়ারি। মহাক্লা প্রেমনিব্রাসকী চুম শোদি পুদুনা লাকলি। কনাগী মখৃৎতা শিন্নরমগে খল্লিবনো ? মফম অমদা, শ্রীমান্স বাসুগী চাদা- নৌদা লৈরিগদ্রা ? শ্রীমতী কুমারিকানা শান্নরিবা কুম্মহৈ, ব্রাহং ঙাক্তনি। মহাক্লা প্রেমনিকেতন অমদি প্রেমনিব্রাস অনীবু কাউবা ঙমদ্রি ! শ্রীমান্স বাসুনা লোৎতুনা থল্লম্বা 'শ্রীমতী' থাবা দায়রী অদু মহাক্লা পুদুনা লাকই। মহাক্লা ইথরকখি। তোঙানবা মমিংসু থোঞ্জে --'প্রেমনিকেতন দায়রী !' মফম অদুদা করিগুম্বা অহকপা থৌদোক অমা, মাগী

পুন্সিদা থোকখিব্রা ? চিংনদবা ঙমদে। শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা মহাক তোয়না তোয়নসু লাকলক্ষ্মী (প্রেমনিকেতন্দা লৈরিঙৈগী ৱানি, ছুতি থোকপা খুদিংগী লাকলক্ষ্মী।) মতম খরা মনাওনুপী গঙ্গাগা লৈমিন্নরক্ষ্মী, কোয়মিন্নরক্ষ্মী, চৎমিন্নরক্ষ্মী। অদুনদি দায়রী অদুদা শ্রীধাম নবদ্বীপকী ৱাফম খরসু শোয়দনা ইরমগনি। হৌজিক্ত্রস, দায়রী অদু কন্দায়দা ? হৌজিক্তি মহাক দায়রী ইখিদ্রে।

মাগী পুন্সিগী লারৈ লাথুপ কয়া—মহাক্রে লোৎশিন্দুনা থমলকলি, কনানসু খঙদ্রি ; কনাকুসু খঙহনবা পামদ্রে। ফুংনাক্কী ওমশিন্দুনা থমলিবা ৱাইমৈগুম্না মাগী থম্মোয়নুংদা মৈচাক মৈশা কয়া ওমশিন্দুনা থমলি। থমদবা য়াদবা কয়াসু লৈরি। মহাকসু লমজানু অমদৌনা মণিপুরদা চাউরকই, লমজাশিংবু নুংশিফম থোকই। ৱাফম অসিখক্তনা য়ুমফম ওইরগা, মহাক্না লমজা হাউস লীংখৎখিব্রা ? মেদোনসিবু মাগী কনা ওইরিগাবা ?

ওইরম্বা য়াই, মাগী মবুকথোক্কী মচানুপী ! দোক্তর ইমোবগী পাউতাক মতুংইন্না মহাকসু ঙল্লিঙৈদা মমা ওইবা য়াবগী থাজবা লৈখি। মহাক্সু চাংয়েং তৌগনি হায়দুনা লেপখি। মদুগীদমক্তা মণিপুর থাদোক্তুনা শ্রীমাঙ্গ বাসু থিবা লাকখিবনি। অঙকপনি ! মাগী পুন্সি ; ওইগনি খল্লুবনা, প্রেমনিৱাসকী য়ুম্নুরেম্বী ! ওইরকপনা শ্রীধাম নবদ্বীপকী হোলি মাদর ! পুন্সি থোঙচৎপু ঙক্তে হায়বা ঙমদে। মমাগী মচা হায়বদু হেক থোকইদা। মমাগী ওংফমদা মহাকসু ওংলরে। মহাক্তি মমায় হায়গৎনা হিংলি, মমিংসু ওনদে। অদুগা মমাদি ?

য়েংখোম চনু ফজবী, ফজবী ওইনা হিংবা য়াখিদে। ওম্লেক্রে মরাইবক থিগ্রবী মমানি। মচানুপী পুংবা (অনী)গী মশক উহৌদনা মথৱায় থাখি, য়াম্না ৱানা অঙাং অনীদো উন্নজখি। লোন্না মীরোনবনি ; নবদ্বীপ মরূ ! মশানসু যৌশাখিদে, মতম চনা য়েংশিনবীনবসু কনা অমত্তা লৈখিদে। প্রকৃত্তিগী মরূমদা পুরুষনা লোৎপগুম্না নৎত্রগা শ্রীকৃষ্ণনা রাধিকাগী মরূমদা উঙমদনা লৈখিবগুম্না. মঙোন্দসু থোকখি। পন্দিত গঙ্গদাস ববাজিনা মমীৎতা মচা উজবদি পামজখি। মপান থোক্নস, মহাক্না হুনখিবা হৈরু অদুগী কাংখুল কাংলমদি য়েংবীখিদ্রে। অদুনা ফজবী শিখিবনি। মহাক চংনা স্বর্গ কাপ্রে হায়বা য়াই। মহাকপু, মীহাৎপী মীচেননি হায়বা কনানসু খঙখিদ্রে। মাগী শ্রীঘর চলবা নুঙপাক্তা মমিং মথাদি ফজনা হক্তুনা লৈহৌরি—"শ্রীধাম নবদ্বীপ ওংবী, শ্রীমতী রাধিকাদাসী!" য়েংখোম ফজবী হায়বা মমিং অদুদি হক্তে। মোংফমদা মহাকপু কনানসু ফাবা লাক্লরোই। লাইবক ফৈদা, য়েংখোম ফজবী !

অদুগা, মাগী মচানুপী অনীদি ?

অঙকপী নুপী অদুগী মচানুপীসু তরাই তরাইবীদি ওইফম থোক্তে। মমা রাধিকাগী রেকোর্দ থুগায়খ্রে হায়বা য়াই। অমা পোকপদা ওকলবী মচানুপী ফাইবোক পুংবানি। অমদি মাঙখ্রে, অঙক- অঙকপা থবক কয়া তৌরক্ষ্মী। খঙহৌদনা শ্বাই হেক্তা মাঙখি। হিংলিব্রা, শিগ্রবা নৎত্রগা কন্দায়দা লৈরি হায়বা খঙখিদ্রে। বোলপুর চৎখিবদগী হল্লবক্ষ্মী, ফম্না কুইনা লৈরক্ষ্মী, মপাগী মনাক্তা। নোংমা অহিং তুম্মিন্না মপান থোকখি। মীওই খরনদি অহিং অথেংবদা থৌদু নুঙজাও মনমদা পোরগা গঙ্গাদা চোংথখ্রে হায়নরি। চোংথরম্না য়াই। গঙ্গাদা চোংথদুনা শিরবদি অত্মাঘাট ওইরবসু দোষ লৈতে ; পাপ কোকই হায়নৈ। ঈরোইবা ফজনা হৈরবী নুপীনা মশাদা নুংঙজাও পোশিল্লগা ঈশিংদা চোংথদুনা শিবা হায়বসি থাজনিংঙাইনি ! ঈরোইবা ফজনা হৈরবী নুপী নৎত্রগা নুপানা ঈশিংদা চোংথদুনা শিবা য়াবা হৌনদে ; শ্বর তৎলমদাইদা শোয়দনা ফাওগৎলক্কনি। সমুদ্রগী ঈথক ইরৈনা খঙহৌদনা লাকশিনখিবা অদুনা তোঙানবা ৱানি। অমবু ওইরে, গঙ্গাগী মপাউ তাখিদ্রে। শ্রীমতী রাধিকাগী মচানুপী অমদি লৈহৌরি।

শ্রীমতী কুমারিকা ! অমদা অনী পুল্লবীনি। মহাক্না গঙ্গাসু শাই ; অমুক্না মোংহাদবী সুরধুনী মাঙ্গী। মহাক্না মরক মরক্তা মী কয়াবু চম্মনহল্লি। মীওই খরনা মহাকপু গঙ্গানি হায়নদুনা কন্না চিংনরি। মচে শাদুনা লৈহৌবনি হায়নৈ। মচে সুরধুনী মাঙ্গীদি কদায়দা ? চিংননিংঙাইহনি। মবানী কদায়রাইদা ওহ্লোক্লখিবা ? ওইনিংবা ওইসনু। পোলোইদা খঙগনি !



শ্রীমতী কুমারিকা ফাওগৎলকই।

ইখঙ হেক খঙহৌদনা, খঙফাও হেক ফাওগৎলকখি। শ্রীমতী কুমারী দেবদাসীগী খুৎপু শেমলবা মতুংদনি, নিমাই জন্মস্থান মুন্নবগী কেস হিয়ারিং তৌখিবদো। মদুগী হেক মতুংদগী মমিং চৎলকই। মপান থোরক্তুনা মীয়ামগী থবক তৌবা হৌরকলে ; শ্রীধাম নবদ্বীপ ওংলবী অমগী মতিং উৎপসু হৌখিবনি। মশক মমিং নাইরবী লুচিংবী অমা ওইরকখি। মসিনা মাগী অহানবা তাঙ্ককনি। মাগী থবক য়াম্না যাংশিল্লকই, মীয়ামগী ঙাকলৌসু ফংলম্মী। ফিরাল মমায় চুম্বা হায়বদুনি। নিমাই জন্মস্থান মুন্নবগী ফাইনেল হিয়ারিংদা, মহাক্না লৌখিবা থৌদাং ; মাগী পুন্সিগী শ্রীধাম নবদ্বীপ চেপ্টরদা টর্নিং পোইন্ট অমনি। কুমারী অম্বিকা চৌধুরানী অমদি কুমারী যোগমায়া অনীসু মাগী মশেক মঙালদা ফাওগৎলকই। মখোয়গী মতুং ইনবীনবা কয়া অমসু লৈরকখি।

শ্রীমতী কুমারিকানা ইহান হানবা খোঙথাং ওইনা, মাগী কুমারী কল্ট পাকশন্না শন্দোকপা হৌরকই। সহজিয়া কল্টকী মায়য়োক্তদি করিগুবা প্রচার অমত্তা তৌখিদে। মহাক্না হায় —"কুমারী নিকেতন লীংখৎলে, কুমারী ওইনা হিংঙু, মওং তারোইদবা ওইরবদি য়ুম্বাল পুন্সি চংলুগনু ; দেবদাসী ওইনা হিংঙু ; কুমারী দেবদাসী ওইনা !"

মাগী মরুওইবা পাউজেল — চৌধুরানী অমদি যোগমায়া অনীনা কোয়চৎ চৎতুনা লেকচর পীরুই। লাইরেন মতুং ঙাইনগুম্মী। মাগী পাউতাক পাউজেলদা, থাজবা অমদি য়ানিংলবী কুমারী কয়া, মতুং ইল্লকপসু য়াওই, মথন মথন্তা শাইদাংকোন্দা থুংলবসু য়াওই। কনা কনাগুম্বনা মচানুপী কুমারী কয়াবু থওইনা থিল্লক্তুনা খুৎশিন্নরম্মী, দান কয়াসু তৌরম্বা য়াওই। অদু ওইদুনসু কুমারী খুদিংমকপু লাইমিং লৌহনদে। অম্বিকা, মায়া অনীনা কুমারী অনৌবীশিংবু চপখৎতুনা ৱাহং পাউহংঙি, মরিল চুমলবদি লাইমিং লৌদুনা ৱাশক চে অমা সহি তৌহল্লি, মতুংদা লৌশিল্লি। মতৌ অসুম তৌরদুনা মাগী মতুং ইনবীনবা কুমারী সঙ্গু অমা লৈরকখি — কুমারী থাদোই সনা, মণিপুর রাজবাড়ী নিংথেমচা কোল্লুপ্তগীনি, শ্রীঅনুপ্রভুগী সেবা থাদোক্তুনা মতুং ইল্লকই ; হল্লু য়াখিদ্রে। অতৈসু কয়ানি, কুমারী রাধিকা শর্ম্মা, কুমারী নলীনি, কুমারী সিতারানী, কুমারী রমনী, কুমারী রেনুকা, কুমারী বেনুবালা, কুমারী মেমথোই, কুমারী মোনিকা সেন, কুমারী উনিসা অসিনচিংবা কয়ানি। কুমারী ময়াম অসি, মাগী মাগী তোঙান তোঙানবা শিক্ষা পীদুনা অচৌবা থৌদাং লৌহল্লি। খরনা টেম্পল গাইদ, খরনা চেফোঙ য়োনবসু চংলি। মখোয়গী পাউজেল শন্দোক্লবা 'কুমারী পাউজেল' কৌবা থাগী চেফোঙ অমসু ফোঙই, লোল অহুম মরি খঙলবী থাদোই সনানা ইদিটর ওইহল্লি। লোল মরিগী ৱারেং শৈরেং, ধর্ম্ম তত্ত্বগী ৱাফমনা মপুৎনি।

লমজা কয়া অমসু !

মচং ওইরবা অমসুং তশেং তশেংলবা লমজাশিং ! মফম অসিদা লৈররে। মমা মপা, মরী মতা, তশেংনা লৈত্রবশিং লৈবা য়াই। মমা মপা লৈনা লৈনা শেন্দাল লম্বিগী ওইনা থাদোরকলবা চাকনি ফিনিবশিংদি মফম অসিদা লৈহনবা য়াদে। মমানা লোন্না হুন্দোক্লম্বা লমজাশিং, খুঞ্জিল্লগা য়োকই। শম্না হায়রবদা তৌশিন্নবা লমজাদি লৈবা য়াদে, য়াম্না কুপ্না থিগৎলগা য়োকই। মসিগী মপৃং ওইবা থবক্তি কুমারী অম্বিকানা তৌই, মাগী তেংবাংবী কয়াসু লৈ। লমজা অমসুং লমজানু (নুপীমচাবু খওনৈ) তোঙান তোঙান্না থম্মী। মরুওইনা, লমজানুদা হেন্না খুদোংচাবা পী। খুমন খোম্বা কৌবা অমগা অমরজিৎ সেনগুপ্তা কৌবা অনীনা লমজাগী একাউন্ট হাংবা হৌরকই। অনী অসি মেদোন মেংবী অনীদগী চহী খরা হল্লি। খুমন খোম্বদি মণিপুরদগীনি, মবেনবোক হনুবী অমনা দান তৌরম্বনি ; কনাসু লৈজখিদ্রে ; মমা মপা অনীমক নোংমৈনা পান্দুনা লৈখিদ্রে। লমজা হাউসতা লমজা থম্বগী, য়োকপগী নিয়ম তোঙান্না খরসু লৈরি। নুপা লমজাদি চহী ১৩ ফাওবদং থম্বগী ব্রাফম লৈ। মতুংদদি অতোপ্পা বোর্দিং স্কুলদা থমদুনা লাইরিক তমহনবা, মীওইনবা শেম্বিরম্বা হায়বা অসিনা পন্দমনি। লমজানুশিংদি মপুক্সি চুপ্পগী লৈহনবা য়াই, ময়ুম পানখিবদা অথিংবা থমদে। ময়ুম পানখ্রবদি চংখিবা তাই, লৈবা য়াদে ; নোংফাদোক মপাম ওইরিবা লমজা হাউসতা লাকচবদি য়াই, অসিনচিংবা নিয়ম কানুন শেমখ্রে।

শ্রীমতী কুমারী লমজা হাউস ! নীংথিজনা থবক চংথবা হৌরক্লে। কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীনা অম্বিকা ভাবনদা লৈখ্রে, কুমারী যোগমায়ানা পাম্থোইবী সঙ্গায়দা লৈখ্রে।

লাইপীগী পাম্বোম অনী অসিনা কুপশেন্নদুনা থবক পুন্নমক তৌই। লাইপীনা চাউয়েংতমক য়েংঙি। কুমারী যোগমায়াগী এন্ট্রি ফি কলেকসন অমদি চৌধুরানীগী প্রণালী বোক্স কলেকসন ; লমজা হাউসকী একাউন্টতা কারকলে। মরনাইগী ব্রাখল থাদোক্লখি। নদীয়াবাসী পুন্নমক্লা শ্রীমতী কুমারী দেবদাসীবু থাগৎরকখি ; দান কয়াসু মথন্তা ওরো ওরো লাকচখি। লোয়ননা সুরধুনী গঙ্গা মন্দিরগী করবারসু ফিভম ফগাংলকলে।

মরক মরক্তা কুমারী যোগমায়ানা, 'মায়াজল' তৌবা চংলি। নোংফাদোক কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীসু 'অম্বিজাল' তৌবা চংলি। অসুম্না শ্রীমতী কুমারী লমজা হাউস হৌরকখি।



নুপীগী পুক্সি অঙকপনি !

নুপা চিলহাও থিরিঙৈদা নংত্রগা খোঙফম অমা হেক নাম্থোকখিবদা য়াতুনা লৈগল্লি। লম্বা চাবা পুংবা ফংদবদগী মশক ইফ হেক ফজনা, শিংখিবসু য়াওই। শক অসিসু মরুনি। কাহেন্নো মথীরবা শিংকল্লি ; মশাদা বাইওলোজিকেল দিফেক্ট লৈরবসু শিংপা তবনি ; শ্রীমতী কুমারিকানা মসিগী খুদমনি। লৈশাবী শরীনা হনুবী লৈশাবী শরী ! অদৈদি, ব্রানাইখওদবী নংত্রগা কনফার্ম কুমারী ওইদুনা নুপী কয়া অমা নোঙ্গাখি। কনাগীনা চুপ শান্নখি ; কনাগীনা শান্নখিদে। লৈশাবী শরী কাঙবু অমনা মচা মনাওগুম্বা পাখণ্ড অমা ফারগা য়ুমনাইবী মিংথোল ফংজহৌবসু য়াওই। থায়নঙৈ এম. এ. লাইবকথিবী হায়রগা খঙনরম্বী নুপী অমা লৈরম্মী ; কোলেজগী ওজানি ; মশক মতৌ য়েংবা য়াই ; মমিংসু ফজৈ, মোহিনী ! ইনাক কৈরাকসু খুল্লি। ফনা কুইনা য়াকলম্মী। অদৈদি, মহাক্লা চহী তঙ্খায় হনবা (কোলেজগী লেবোরেটরী পান্নবা) গ্রেদ ফোরগী থবক তৌবা

পাখণ্ড অমবু থেমদৎতুনা লুহোংফাল ফমজবা ফংখি ! মসি ওইরে চিলহাও য়াম্না থিমনবগী দম্বা ! নুপী লৈশাবী শরী খরনা অতোপ্পী ওইখিবসু য়াওই ; লুহোংফালদি ফমখিদে ; কন্যাদান মচা অমত্তংনা লোইশিনখি। অতোপ্পী ওইনিংদবী লৈশাবী কয়া অমদি অদুম শিৎতুনা লৈনহৌবসু য়াওদবা নত্তে। লুমলেনবী ওইদুনা লেনখিবিসু লৈতবা নত্তে। পান্দনা কুমারী ! মীওইবগী নুংলোন ৱারী, অঙকপনি, অঙকপা ! পাখণ্ড শরীদসু অদুম থোকলিবনি ; মরুওইনা নুপীগী মতাংদং পঞ্জগে ; নুপীশিংতগী ৱারীনি। অনৌ-অনৌবা লায়না কয়া অমা, নুপাদগী নুপীদা ; অদৌদি মচা মশৃগী মীরোলদা, মথং মথং ! মসিবু কিজরবী নুপী, লৈশাবী শরী কয়া অমসু ৱানাইখণ্ডবী ওইদুনা লৈরকলি ! নুপা নুপী লৌন-লৈনদ্রিঙৈদা ঈ টেষ্ট তৌসি হায়বসি ইয়া য়ান্নদ্রি ; লায়না পক্কবা মচানুপাদু নুপী থিজিনবীরো হায়বগী চংনবী অমসু লৈতবা নত্তে। ৱানাই মওং তাদ্রবী নুপী কয়া অমনা, গলীগী ফজবী ওইরকপসু য়াওই। খরনা যু য়োনবী, অতৈসু কয়ানি।

শ্ৰীমতী কুমারিকাগী কুমারী কল্ট ! হৌরকফমদি মশাদগীনি। অদুবু, চংথরক্লিবা পান্দমদি কুমারী কয়াগীনি। মহাক্ৰা, ৱানাইববু খিংবদি তৌদে। মীওইবগী চারা মুংথৎলসি হায়দুনা হৌরকপা লানসু নত্তে ; মমৈদা কৈনো অমা তৌরক্কদৌরি। মাগী খোঙফম চেংনবা, মক ফুকপা ঙমদনবা কন্না হোৎনরি, তুম্মিন তুম্মিন হোৎনবা লেপ্পে ; লাইরিক পাবা, নৈনবসু লেপ্পে ; ফজ ফজরবা ৱারেং কয়াসু 'কুমারী পাউজেল' অমদি অতৈ অতৈ নেসনেলগী পেপর অমদি মেগাজিন্দসু ফোঙহনখি। অদুনসু, মাগী মিংচৎ অমদি খোঙলোয়শিংগী মশীং নোংমা নোংমগী হেঙ্গৎলকলে। কুমারী কল্টতা লাইমিং লৌরবী পুম্নমকপু 'কুমারী দেবদাসী' হায়দুনা খঙনরকলে।

নোংমসু থুংলৈ,

লৈশাবী শবী অনীখক ! অদুঙৈ, হাওড়া রেলৱে ষ্টেসনগী অহিং মমৈদা, ট্রেন ঙাইখিবী কুমারী অনী ! ইং কুমজা ১৯৭০ দা ছাত্রি ওইখিবীনি। ইং কুমজা ১৯৯০দা শ্ৰীধাম নবদ্বীপ্তা থুংলখি। মবানীদি অসুপ কুইনসে কৈদৌহৌরিবা ! তৌবুদি কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীসু য়াকহৌরি অদুগা শ্ৰীমতী কুমারিকাসু ! যোগমায়ানা তোঙানবা খৃৎপু অমনি।

চষ্টী নিফু ঙকয়াগী লৈশাবী অনী !

শ্ৰীমতী কুমারী লমজা হাউসকী মেন গেট্টা চংশিলকই—গীতাবলী অমসুং একাবলী ! য়েংবা য়াখিবী মতম অমগী তনৌ তনৌববী লৈশাবীনি, শকফম খরদি ওল্লে, মীয়াই চনফাৎত্রি, মযুম পানবা য়ারি, ফজবা, য়েংনিংবা মায়থোংদি মওইরি।

মতম অদু নুমিদাংৱাইরমনি।

সুরধুনী গঙ্গা পুখ্রি মপান্দা গীতাবলী অমসুং একাবলী লেপলরে। পুখ্রি ময়াইদা ঙানু কাওঙা মানবা হি অদু খা মৈরমদগী ঈশিং ময়াই খায়রদুনা কৌব্রু মায়কৈ পাংনা হোল্লকই। শ্ৰীমতী কুমারিকা তোংলি ; ওয় য়েৎতা মেদোন অমসুং মেংবী ফম্মী। মবানীনা নৌরেল নাক য়েৎতা ওৎল-ওৎলদুনা হি হোনবা তম্বা ওইনা শান্নরি। মখোয়গী মমাথোইনা অসুম্না হোল্লুনে হায়দুনা মরক মরক্তসু হোল্লি।

গীতাবলী অমসুং একাবলীনা মদুদা মীৎয়েং থমদুনা অদুম লেপলি। মবানী চিবোন চিবোন ৱারীসু শারি।

"গীতা ! অদৈসিবু মেদাম শ্ৰীমতী কুমারিকা নৎত্রনে ?" একাবলীনা হৌদোরকই অমসুং

হায়রকই —"নুংঙাইজরিনি, মাগী পুন্সি। চৌধুরানীসু আশ্রম অসিদা লৈগ্রে হায়দাই ; নওগদি য়াম্না কোয়নদে হায়দাই, কৌরগা য়েংসি।"

"ঙাইখোদা একা ! য়াম্না নুংঙাইবা মুদ অমদা উই।" গীতাবলীনা খুম্মী।

"নুপীমচা অনী অসিনা কনানো, মচা ওইরিব্রা ?"

"হেরা, কদায়দৈ কারননো, একা ?" গীতাবলীনা শমথরদুনা হায়রকই —"ময়ুমসু পানদনা, মফম অসিদা লমজা হাউস অমসু লৈ হায়বনি, মহাক্না য়োকচবা লমজা ওইরিগনি।"

"অমবু ওইরে, কৌরগা য়েংসিবা !" একাবলীনা তকশিল্লকই —"ঐদি উন্ননিংবনা খাঙমদ্রে ; নোংমা মেদামনা দিবেটিং কম্পীটিসন অমদা পীখিবা লেকচর অদুতা নীংশিংদুনা লৈরকই।"

"ঐসুনী, মদুতবু নীংশিংদুনা মফম অসিদা শাইদাংবা লাকপনি। মেদামগী কন্ট অসে অসুম পামলকই। নুপাগী মীনাই ওইনিংদ্রে।"

"ওস্তোকপা চান্নরুবনি।" একাবলীনা শমথরকই —"মহৌশাগী হাওড়া ষ্টেসন্দা থেংনবদৌনা ইবানীসু কোক হেক থেংনৈ। ঐসু ফরক তাহৌরে, য়ুম পান্নিংদ্রে।"

"নুংশিদ্রা একা, পুন্সিসে ? চহী কয়াগী মতুংদা নৌহৌনা অমুক।" গীতাবলীনা অসি হায়রগা কোয়রৈ লৈরদুনা য়েংলকই ; উরকই অম্বিকা ভবন !

গীতাবলী নুংঙাইবনা লুতোন শাংলি। অম্বিকা মবানী রুম মেট ওইরকই ; য়াম্নসু নকশিন্না তিন্নরকই। পন্থবা তৌদনা চংশিনগে তৌরুই ; চপ লেপ্পী (হুম ! অঙকপা পোকহনগে।)

"মখোয়সিবু মীওকপীকা অমত্তা লৈতবরা, কৈনো ?" একাবলীনা মথস্তা শোঞ্জে।

"লৈরমগনি, ফরকতাবা মতমনি, ইবানী লাকইসি।" গীতাবলীনা হায়রকই —"তু তু ! মন্দির থোঙ হাংদোবকলে, লাইদুম হান্না খুকমখিসি।"

গীতাবলী অমদি একাবলী অৱাংথংবা থোং কাখৎলগা অমুক কুমথরক্লুনা মন্দির মমাঙদা লেপলরে। প্রণালী বোক্সতা লুপা ১০/ ১০গী নোট অমমম থারগা মখূৎ লোন্নরদুনা শ্রীনদীয়া বিহারী খুরুম্মী।

ঙশায়দগী মন্দিরগী থোঙ অহুম্মক লোনশিল্লগা শ্রীনদীয়া বিহারীগী অভরোন (ফিজেৎ লৈতেং) হোংলিবী নুপী অমখক্না, মবানীবু খঙউ উরকই ; মপান্দা প্রপ প্রপ থোরকই। অদুগা হায়রকই —"মথক্তা হেক্তা লেঙখৎপীরকউ, গেট্টা লৈরুচো চৎখিবী রেনুকাদি কদায় চংখ্রবা !"

"য়ারেদা, মখাদা অসুম দর্শন ফংজগে।" একাবলীনা হায়রকই —"মেদাম শ্রীমতী কুমারিকা অমুক্তংসু উন্নজনিংদুনা লাকচবনি।"

"ইবেম্মা অনীদি করি করি লমদগীনো ?" নুপী অদুনা একাবলী গীতাবলীবু মুন্না য়েংলুরগা খংহায় হায়রকই —"এ ঃ এ ঃ নীংশিংঙে নীংশিংঙে, সোমনা ত্রিপুরাদগী একাবলী, সোম্না কাছারদগী গীতাবলী।"

"কমদৌনা খঙবিরিবনো ঐখোয়বু ?" গীতাবলীনা খঙনিংনা হংলকই —"অদুগা বৈষ্ণবীগী নামদি খঙজবা য়াগদ্রা ?"

"নবানীগী ফোতো, চৌধুরানীগী এলবমদা উজখি।" নুপী অদুনা হায়রকই —"ঐগী ইমিংনা কুমারী যোগমায়া, শ্রীমতী কুমারিকাগী তুংইনবী দেবদাসীনি।"

"খুরুমজরি বৈষ্ণবী!" একাবলীনা মখূৎ লোন্নরদুনা নোল্লুকপা উৎলি।

"খুরুমজরি বৈষ্ণবী!" গীতাবলীসু মখূৎ লোন্নরদুনা নোল্লুকপা উৎলি।

যোগ মায়ানা খুরুম্বা ওক্লা ওক্লা অম্বিকা ভবনলোমদা ওনশিল্লপ তৌরদুনা লাউরকই, "চৌধুরানী! হো, অম্বিমা! কৈদৌরিগে নঙবো? লাউনে থোরকউ, নঙগী থায়নগী মরূপ অনী লাকইনে।"

সুরধুনী গঙ্গা পৃথ্রিদা হি তোংদুনা লমথোকলিবী শ্রীমতী কুমারিকানা যোগ মায়াগী খোঞ্জেল তারে, মথন্তা হায়জে—"কৈনোনে, যোগিমানা লাউরিসিবো, কনা লাকইবা, কদায় কদায় মেংবী! নঙগী নৌ অদু ইমা হোনগে।"

মহাক্লা অসি হায়রগা মেংবীদগী নৌরেল লৌরগা নোংচুপ থংবা রেনবো থোং তম্না হি হোঞ্জিল্লকই। কয়া য়াংখ্রে, কয়াসু য়েংবা নুংঙাইখ্রে। ঈশিং খারৌনা ঈয়াই থক্তা পাইবগুম হি অদু য়াংনা পাইশিল্লকই, মফম চানা থাংজিল্লম্মী। মচা নুপী অনীবু খুৎশমলগা প্রপ প্রপ কাখৎলকই।

অম্বিকা ভবন্দগী চৌধুরানী অমদি রেনুকা অনীসু লাইমাঙ য়ৌনবা চেনশিল্লকই। ইঙক হেক ঙকনৈ। হেক থংনবা মিকুপ্তা চৌধুরানী, গীতাবলী অমদি একাবলী খঙহৌদনা কোনশিন্নে।

"রেনুকা! নঙবু ঐনা গেট ময়াদা লৈয়ু হায়রগা কদায়দা চৎলুরে?" যোগমায়ানা হায়রকই—"অতিথি সেবা তৌবা ওকপা হায়বা অসি য়াম্না মরু ওইবনিনে।"

"ঙাকপীগনি যোগিমা!" রেনুকানা হায়রকই—"অম্বিমাগী পুক থিনবা লেংবা হৌরে হায়দুনা মখূৎ খৎলগা লাউরকপদগী চংলুবনি।"

"এ ঃ অম্বিমা, কৈদৌরবা?" যোগমায়ানা হংলকই।

"ফরে ফরে যোগিমা!" চৌধুরানীনা অসি হায়রগা মখা তারকই—"থায়নগী মরূপ অরিবী লাকই হেক তাবগা থিনবা লেংবগা ফখ্রে, নুংশিপ্রবী মরূপনি, অমুক উন্নগনি থাজরুদ্রবনি।"

"ইমাথোইসু য়ৌরকএ, সন্ধ্যাগৌরী কৎপা মতমসু ওইদৌরে, কুমারী দাসীশিং কৌথোকউ, রেনুকা!" যোগমায়ানা হায়রকই।

"ফগনি, যোগিমা!" কুমারী রেনুকানা অসি হায়রগা হোলি চেম্বর মনুংদা চংশিনখ্রে। ইমুংদগী শরিক মরী চিংদুনা হোলি চেম্বর য়ুমদোনগী শরিক অদু অহুল্লক খিংলকই।

চৌধুরানী গীতাবলী একাবলী কোন্নবা থাদোকনৈ।



"খুরুমজরি মেদাম!"

গীতাবলী অমদি একাবলী অনীনা অসুম হায়রগা শ্রীমতী কুমারিকাগী মখোঙ শোকলপ তৌনা খুরুম্মী।

"গীতাবলী! একাবলী! য়াইফবা ওইয়ু!" শ্রীমতী কুমারিকানা মবানীবু চিংখৎপীবা ওইনা মকোক মকোক্তা নাম্থবিরদুনা মখা তানা হায়রকই—"শ্রীমতী কুমারী লমজা হাউসকী মায়কৈদগীসু তরাম্না ওকচরি।"

গীতাবলী একাবলী নোনখৎতুনা লেপখ্রে।

"মেদামগী লৈফম অসিদি ওম্বোক্লা ফজখ্রে, য়াম্লসু পূক্লিং শান্তি লৈরমদৌ মাল্লি।" একাবলীনা হায়রকই।

"অদুনবু ঐসু রাজনীতি থাদোক্লগা পোখাফম থিবা লাকলিবনি।" কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীনা মরক থৎপা ওইনা শমথরকই—"নত্তে, নবানীবু কমদৌরিবগে ? কদোমদৈনো য়াম্না থাজদনা ?"

কুমারী গীতাবলীনা হায়রকই—"ইবানী হাওড়াদা থেংনৈ। পঙ্খংফমসু মান্নরমদুনা খোঙবু ওইরকপনি।"

"নবানীবু অঙাংনুবীনা কয়া লৈরবা ? নখোয় নখোয়গী শ্রীমানশিংনা করি করি তৌরি ?" শ্রীমতী কুমারিকানা খঙনিংনা হংলকই—"লমজা হাউসতা য়াম্না থাজদনা লাকপগী মরম্না করিগীনো, সুম কোয়খোরকপ্রা ?"

"মেদামগী ঈ পাউ অমদি আর্টিকলস কয়াসু খবর কাগজ কয়াদা থেংনজে, অমুক্তং লাকনিংবসু কুইরবনি।" গীতাবলীনা মখা তারকই—"তাঞ্জা হেক ফংবগা লাকচবনি অদুগা মেদাম ! ঐসু হৌজিক ফাওবা কুমারী ওইজরি, চিলহাও থিরিঙৈদা শিৎহৌরে।"

"এ ঃ হৌজিক ফাওবা ?" শ্রীমতী কুমারীকানা নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই—"নশকনে নতৌনে করিসু ৱাৎতবী নঙবু লৌবিনবা নুপা লৈত্রবা ! অঙকপনিকো ! নুপীগী মপোক। মতাংনবু চাদ্রবদি চৌধুরানীসু, ইহে ! ঐসুনিকো, অদুগা যোগমায়াসু ! একাবলী নঙদি ?"

"মেদাম ! ঐসু গীতাবলীগা চপ মান্নে, ৱানাইখঙদবী ওইজরি।" একাবলীনা শমথরদুনা হায়রকই —"মফম অসিদা মেদামগী কুমারী ক্লটতা লাইমীং লৌদুনা ঙমজবা মতেংসু পাংজরবগে খন্দুনা লাকচবনি। অহল লমনগী অয়াবা লৌরগাসু লাকচবনি, চেল্লকপা নত্তে।"

"নবানীবু থবক ইনখাংদি কমদৌরি ?" শ্রীমতী কুমারিকানা কোথরদুনা নোৎশিল্লকই, "গীতাবলী নঙদি এম.এ. লোযবগা রিসার্চ তৌখিদাই ?"

"প্রাইভেট কলেজ অমদা মতম খরা ওজা ওইরুই, থাদোকচরম্মে।" গীতাবলীনা শম্পৎনা হায়রকই—"উচিন নাচিন্না চহী ৬ চংদুনা ইংলিসতা পি ঐচ দি ফংবদি ঙমলে।"

"ভেরী গুদ !" শ্রীমতী কুমারিকানা একাবলীদা অমুক ওনশিল্লদুনা হায়রকই—"অদুগা, দিবেট য়াম্না হৈখিবী একাবলী নঙদি ?"

"ঐদি এম.এ. ফেল্লনি, খুঙ্গংগী এল.পি. স্কুল অমদা মতম খরা ওজা ওইরম্মী।" একাবলীনা শমথরকই—"মিসন স্কুল ময়াম লীংখৎলকপদগী ঐখোয়গী স্কুল মুৎখ্রে, য়ুমদা ফিসা লোনসা তৌদুনা লৈরুই। নোংমদি মেদামগী মিং খবরদা থেংনৈ, অদৈদি হেক্তা চেল্লকপনি।"

"মী খুদিংগী পুন্সিদা ৱারী অমমম !" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই —"অদো নখোয়, শেংদি শেংলিকো।"

কুমারী গীতাবলীনা হায়রকই—"মেদাম ! ঐদি বারাক তুরেলনা সাক্ষী ! বারাক তুরেলদৌনা শেংজরি।"

"মেদাম ! ঐসু মহাভারতকী অম্বাদৈসু হেন্না শেংজরি, চেনচোংবা, ফবীবা খোৎপীবা করি অমত্তা হেক তৌজরুদ্রি, ঙাল্লিসিনা সাক্ষী !" একাবলীনা মখা শমথরকই —"ইহে নুমিৎপু তাখ্রমাল্লে। কুমারী ক্লটতা লাইমীং লৌজরগে, ঙসিদগী।"

"লাইবক য়াম্না ফবৈ ৱনি।" শ্রীমতী কুমারিকানা শমথরদুনা হায়রকই—"ঐনা মহৌশাদগী নবানীবু খঙলকই। অমুকসু অঙকপা পোকই, ঐখোয় অমুক থেংনরগনি হায়বা খল্লুদবনি। ঐখোয়গী চৎন-পথাপ খরা লৈ, চৌধুরানীগা লাইশঙ পান্নরিবী যোগমায়া অনীগী অয়াবা লৌথিবা তাই অদুগা ৱাশক চে অমসু সহি তৌবা তাই।"

"ইমাথোই! ঐদি য়াজরে, কুমারী অনী অসিসু মরু চঙবীনি।" কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীনা হায়রকই—"লমজা স্কুলগী ওজা মকোক ওইবীনবা দোক্তর গীতাবলী থুংলবসি লাইবক ফরবনি হায়দুনা খল্লি।"

"উম! নঙগী আইদিয়াদো ফজে।" শ্রীমতী কুমারিকানা শমথরকই—"ইংজবী তপচবী একাবলীবুনা মীথুংশঙ পান্নবীসু ওইবা, ফিসা লোনসা তৌবসু, ওজা ওইবসু য়ারনি।"

"ঐসু য়াজরে ইমাথোই!" কুমারী যোগমায়ানা হায়রকই—"মপী অনীখকসু থুংলরে, সন্ধ্যাগৌরী মতমসু ওইরে, কুমারী ময়ামসু থোরকলে, গীতাবলী একাবলী অনীসু য়াওবীয়ু।"

"ইহে! যোগিমা নঙবুদি শক তাকত্রিনে।" শ্রীমতী কুমারিকা হায়রকই—"য়েংঙোই, গীতাবলী, একাবলী! শ্রীনদীয়া বিহারীগী লাইশঙ পান্নরিবী মহাক অসিনা ঐগী থায়নগী লৈকাই অমত্তদা লৈমিন্নরকপী মরূপনি, মমিংনা লাই-মায়া, যোগমায়াসু কৌই; মিস কংলৈপাক ১৯৬৯! মমিং চংলবী কালাকার অমসুনি অদুগা খ্বাইদগী অথোইবী দেবদাসী! ঐখোয় ইবুংঙোগী সেবা অয়াম্বা মতমদা মহাক্না তৌজে; থৱায় হকচাং কংথোকখ্রবীনি, শ্রীনদীয়া বিহারীগী মফমদা; ঐখোয় খ্বাইসুনি। নিরাকারদা, পান্দম থমদনা লাইনীংবা য়াদে; নুংমীৎতা কন্সেনত্রেসন তৌগে হায়রবদি মূর্তি অমা শেমগৎপা তই। মসিনি হিন্দু ফিলোসোফি। একাবলী! নহাক্তি ফিলোসোফিগী ছাত্রি অমনি, নঙনা হেন্না খঙফম থোকই, লাইনীংদুনা পূব্রিং হকচাং ফাজিন্দুনা হিংবা অসিসু কুমারী কল্টকী পান্দম অমনি। তৌগদবা থবক অতৈসু য়াম্না লৈ; সমাজগী, মীয়ামগী, মীওইবা জাতি পুম্নমক্কী য়াইফনবা থবক্তসু ঐখোয়না ঙমজবা থৌদাং লৌদুনা সেবা খরদং তৌরমসি হায়বনি। ঐখোয় হিংলম্মী হায়বসু খঙহন্নবা থবক খরদি তৌরমদবা য়াদে; মসিনা পুন্সিগী অর্থনি। নবানীসু ঙমগনি হায়বগী থাজবা থমজৈ। ঙসিদগীদি নবানীবু গীতামা, একামা কৌরগনি মসি চংনবী মমিংনি।"

হাউস অসিনা 'একাভবন' থোল্লগনি, একাবলীগী লৈফম। মরু চংবী অনী থুংলবসি শ্রীনদীয়া বিহারীগী যৌজালনি।"

"ঐখোয় ইবুংঙোগী অঙকপা লীলানি।" যোগমায়ানা হায়রকই।

"ঐখোয় হেক থুংলবগা ইমিংদসু ভবনগী মমিং থোনবীরবা।" গীতাবলীনা হন্নাও মোমোন তৌরদুনা শমথরকই—"ইমাখোই ! ঐখোয় চেনবৈ ৱাদি লৈজদ্রে ; থব্রায় হকচাং কংথোকচরগে লমজা হাউসকী সেবদা।"

"ঐসুনে, ইমাখোই ! কংথোকচরবনি অনীমক।" একাবলীনা ওক্তুনা খুন্মী—"হৌজিক্তি ঐখোয়গী ৱাখল লেপলবনি।"

"নবানী ঐগীদা ফি হোংদোকল্লুসি।" কুমারী অম্বিকানা হায়রকই—"ফজনা হেক্তা লাইমিং লৌবা ওইনা নাম শকপসু য়াওবনা চুমগনি। ৱাশক চেসু সহি তৌরুসি।"

লৈশৌবুংদগী লৈশৌ সঙ্গু পাইথোরকপদৌনদি য়াম্না নত্তে, কুমারী সঙ্গু অমা মফম অদুদা থুংলরে... নহা কয়ানি, অয়াম্বনা চহী ২০-৩৫গী লোঙ্গানি, খরা লীতকপীদা দোল্লি থাবা, উনিসা, মণ্ডাই।

শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই—"রেনুকা ! গীতামা, একামা অনীবু ময়ামদা মশক তাকউ, কুমারী লাইনৌ নুরাবী ময়ামবুসু শকতাকউ।"

"ফগনি ইমাখোই !" কুমারী রেনুকানা অসি হায়বগা অনৌবা মপী অনীগী পরিচয় তাক্তুনা কুমারীশিংদা খঙহল্লি—"কুমারী গীতাবলী, কছারদগী, কুমারী একাবলী, ত্রিপুরাদগী। অম্বিমাগী মরূপ অরিবীশিংনি অদুগা ইমাখোইগীসু ছাত্রিশিংনি। ঙসিদগীদি ঐখোয়গী মপী ওইদুনা লৈরগনি, নখোয় নশা নশাগী নমিং নথাসু মথং মথং তাক্তুনা ইমা অনীদা খঙহল্লু।"

কুমারী অনৌবীশিংনা নোল্লুকপা উংতুনা একাবলী অমসুং গীতাবলী অনীগী মফমদা মখুৎ লোন্নজৈ। মথং মথং মমিং মথা তাকনৈ — কুমারী থাদোইসনা, কুমারী উনিসা, কুমারী সিতারানী...।"

কুমারী অম্বিকানা শবক শিংনবা তৌদনা হায়রকই—"য়ারে য়ারে যোগিমা ! সন্ধ্যা গৌরী হৌগৎপীরম্মো ; ঐহাক থুন্না থোকচরকলগে।"

কুমারী অম্বিকানা মাগী মতা অনীবু লেঙ্গোল্লদুনা মনীং পাংনা চংশিনখ্রে ; অম্বিকা ভবন য়ৌশিনখ্রে।



শরিক অমসুং কাংশি মখোল !

মায়কৈ খুদিংমক্তা পুমনীল নীনখ্রে। সুরধুনী গঙ্গা ৱাংমা ৱাংমদা লৈরিবা লাইশঙ মন্দির কয়াদা সন্ধ্যা আরতি কংনরি। লাইশোন ঈশৈ কয়াগী নুংশিরবা শৈহেক শৈদা মরক্তা, পুং ঝাল, মাঙ্গং মোইবুং, মন্দিলাগী তান মেন কায়ফদ্রবা মখোলনা মরক থংনা, নীনবা য়ানা নীল্লকলে ; অনকপদৈ অরাপ্পদৈ। লাইনীংবা, লাই থাজবা হায়বা অসিগী ময়েক লারবা খুদম শ্রীধাম

নবদ্বীপ্তসু, শ্রীধাম মায়াপুরদসু উবা ফংগি। অয়ুক অঙনবদগী মথং অয়ুক ফাওবা, পুং ২৪ লেপ্তুনা হরিনাম শক-শোন্দুনা লৈবা লাইশঙ মন্দিরসু লৈ। সাধু বৈষ্ণব অমদি শৈশকপা কাঙবু কাঙবুনা লাইমাঙদা থৌগল তৌদুনা হরিনাম শক শোল্লি, ঙাইহাক্তসু লেপ্লা য়াদে ; কাঙলুপ অমগী লোইরমদাইদা, অনৌবা কাঙলুপ অমা চংশিল্লক্তুনা থৌগল তৌরে ; চিম্থাং শিন্নে, হান্নগী কাঙলুপ হৌগৎখিনি। অহিং নোংশোয়বা চংথবা লাইফম খরা লৈ। অঙকপা ভক্তিনি ; অঙকপা ! নাম শোনবা, নাম শন্দোকপা মফম অসিগী অথোইবা লাইনীংনি ; মরুওইবা শিনফম ওইনসু হিংনবা মীগী মশীং য়াম্না য়াম্মী — লাইশঙ মন্দির অয়াম্বদা থেংনৈ। অয়ুক্কী, নুমিৎয়ুংবদগী অমদি সন্ধ্যা য়াচংবা মতম অহুম অসিদদি মায়কৈ শলায় খণ্ডদনা পুংলাং লাংঙি ; পুমনীল হেক্তা নীল্লী। লাইশঙ মন্দির পুম্নমক্কী কায়ফত্রবা রুটিন্নি। য়াচংবা মতুংদগীদি নেমথনখি। অহিং লেপ্তুনা হরিনাম শক- শোনবা কাঙবুগীদি তোঙানবনি। মখোয়না মী কয়াগী তৃপ্না য়াদনবদি তৌদে ; ভোলুম নেমথখি। লাইনীংবা কাঙবু অমনা শ্রীচৈতন্য গৌরঙ্গা মহাপ্রভুগী মতৌ তমদুনা লম্বীদা, গলীদা হরিনাম শক- শোন্দুনা চৎপসু য়াওরি। মী খুদিংমক্তা ইংনা চিক্লা, তাংদু লৈতানা হিংমিন্নসি হায়বগী পাউজেল শন্দোকলি।

শ্রীমতী কুমারিকা অমসুং মাগী মতুং ইনবী কুমারী দেবদাসীশিং — কুমারী কল্ট হৌগৎপা নৌরিঙৈদদি লম্বী সরক্তা, লৈরক খুল্লক্তা কোয়না চৎলম্মী, নাম শন্দোক্লম্মী, অয়াম্বা মতমদা যোগমায়ানা ঈশৈ হন্দুনা জগোয় শাদুনা কুমহৈ অমা ওইরম্মী। মাদি একতারসু নীংথিনা খোংলগা ঈশৈসু শক্তুনা, জগোয় শাবসু ঙম্মী। মাগী মতৌ অদুদা কনাগুম্বনা পৈশা কৎনবকপসু য়াওখি। কুমারী কল্টকী প্রচার কয়াসু মৈদান কয়াদা ঙাইহাক পল্লগা লেকচর তৌরম্মী। মসিদি শ্রীমতী কুমারিকা মশানা অয়াম্বা মতমদা তৌরম্মী, মতুং তাবদি কুমারী অম্বিকা চৌধুরানী অমদি যোগমায়া অনীনা শমথৈ। মখোয়গী দান্সিং প্রোসেসন নৎত্রগা ষ্ট্রিট কেম্পেন — য়াম্না কান্নবা ফংখি, কুমারী কল্টপু খঙনরকখি।

অদৈদি, দান্সিং প্রোসেসন লেপখি।

মখোয়না লাৎলিবা, নীংলিবী শ্রীনদীয়া বিহারীগী থৌগলদি খ্বাইগী মতৌগুম্না নোংমগী অহুমলক আরতি কৎপা (অয়ুক্কী, নুমিৎ য়ুংলমদাইগী অমদি য়াচংবা মতমগী) অসিদি লেপ্তুনা চৎথবকলি। নুমিৎ অদুসু ফজনা চৎথখি। শ্রীমতী কুমারিকানা মাঙজিল থারদুনা শ্রীনদীয়া বিহারী অমদি সুরধুনী গঙ্গাবু অসুম হায়না শৈথাবদুনা খুরুমজে —"হে শ্রী হরি ! নদীয়াদা শায়োনখিবা, হে শ্রীনদীয়া বিহারী ! খুরুমজরি হে প্রভু নঙবু ! হে সুরধুনী গঙ্গে ! খুরুমজরি হে তপস্বিনী নঙবু। ওইহনবীয়ু ঐথোয়বুসু সুরধুনী গঙ্গা !"

কুমারী দেবদাসী পুম্নমকসু মাগী মতুং ইন্দুনা খুরুম্মী। মখোয়দা অচেৎপা থাজবা অমা লৈজে। থাজবা হায়বা অসি লাইনি ! থাজববু লাইনীংবা কৌই। শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী পুম্নমক্কী পুক্নিং হকচাং ! থাজবা অদুদা লুপশিন্নখি ; চেক মোক লাউদে। মসিগী হেক মতুংদা মীরাদাসীনা একতার খৎ-খৎলদুনা রাগ হৌগৎলকই। মন্দির মনুংদা নুমিৎ অদুগী সেবা চংদুনা আরাতি কৎলিবী কুমারী যোগমায়ানা ঈশৈহনবা ওইনা মখোল হৌরপ্পা শৈথাজে —

"জয় হে নদীয়া
জয় হে বিহারী
জয় হে গঙ্গে
হর হর গঙ্গে
সুরধুনী গঙ্গে॥"

সুরধুনী গঙ্গা মন্দির মমাঙদা ফমলিবী শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী পুম্নমক্না মঙ্গলাচরণ অসিবু মপূব্রিং চংনা তাজে, মমীৎ উইশিন্নরদুনা খুম্মী। যোগমায়ানা নীংথিজনা তাকপী তম্বীরবী মীরাদাসীনা ঈশৈগী মখা শমথরদুনা শকই। খ্বাইনা খোনবাংদুনা খুম্মী। নুমিৎ অদুদা থুংলবী কুমারী একাবলী অমদি কুমারী গীতাবলীসু মমীৎ উইশিল্লদুনা ঈশৈ খুম্বা য়াওররে। অঙকপনি! খুদক্তা হেক্তা কুমারী দেবদাসী ওনখ্রে। ফজে, কুমারী দেবদাসীশিংগী শৈহেক শৈদা। অর্থসু য়াম্না চেল্লি। নুংতিগীসু লেপ্তুনা চংথরিবা লাইনীং লাইসোননি। মতেক অমত্তং তাখিসি ঃ

“জয় হে নদীয়া! জয় হে বিহারী!  
সুরধুনী গঙ্গাগী ঈয়াইদা লোৎলিবা  
নদীয়া বিহারী! নদীয়া বিহারী!

দাসীনি ঐখোয়, হে শ্রীমান নঙগী।  
থৱায়সিসু নঙগীনি, হকচাংসিসু নঙগীনি  
কৎচরি নঙোন্দা লৈজবা পুন্বা।

ফংহনবীয়ু নঙগী নুংশি থৌজাল  
ওইহনবীয়ু ঐখোয়সু সুরধুনী গঙ্গা!  
গঙ্গে গঙ্গে সুরধুনী গঙ্গে॥”

ফজে, শ্রীমতী কুমারী দেবদাসীশিংগী লাইনীং লম্বী। মখোয়গী ফিরেপ অমসুং ৱাশক লিপুন! থোইদোক্না থাগৎনিংঙাইনি; তুংগী ৱাদি খঙদে। মখোয়গী পূন্সিদা করিবু থোক্লগবা!



শ্রীমতী কুমারিকাগী খূৎপু — মপী মঙা সুরকখি। গীতাবলী অমসুং একাবলী অনীসু কুমারী কল্টতা লাইনীং লৌখিবগা লোয়ননা মাগী মাগী মথৌ নীংথিজনা তৌবা হৌরকই। শ্রীমতী কুমারিকা, সুরধুনী মান্সীগী পুন্সি! পুমহোং হেক্তা হোংলকই। ইনৌ হেক নৌরবা পুন্সি মরেল অমনি। মহাক্তি নুমিৎ খুদিংগী মমলিঙৈদা য়াহৌই। কোইরাউ লাউদুনা ময়াম্বু হৌদোকই, শরিক খিংবসু য়াওই; ময়াম হৌদোক্লবা শরিক অমা হোলি চেম্বরগী মতোন্দা য়াল্লি (কোকতুমবোল মচা অমগী মনুংদা) মরীনা মাগী ফমুং মনাক ফাওবা পুথরকই। মহাক্কী মতৌদা কনাসু হৌগৎতবা ঙমপোৎ নত্তে। মতম চনা চীন য়া শেংবা অমদি মনুং চংবা লোইরবা মতুংদা হৱা চাবা চংলি। গঙ্গা মপানগী অশেংবা নুংশিৎ য়ৈহনবা নৎত্রগা চাবা। শ্রীমতী কুমারিকাগী মতুংদা কুমারী দেবদাসী কয়া, য়েনবীগী মতুংদা য়েনাও ইনগুম্মী। য়েনবী মঙাগী খূৎপু, খূৎপু খায়দোকনৈ। মখোয়গী খোঙচৎ—নোংমনা অৱাংলোমদা, নোংমনা মখারোমদা, নোংমনা খুল্লক তাবা লম্বীদা। হল্লকপগা গঙ্গা স্নান তৌই। মখোয়দি মফি মরোল চোৎনা চোৎনা কারকই — হকচাংগী অকুং অতোং নাইরবা কায়াৎশিং ফিথক্তা ফন ফন..! মসিদি তীর্থ স্নান তৌফম খুদিংগী হৌনশানি। কনানা কনাবুসু থওইনা য়েংনদে; খওহৌদনা উরুবা অদুনা তোঙানবা ৱানি।

কুমারী দেবদাসীশিংনা মাগী মাগী কুথা চংদুনা ফিশেং, ফিকং হোংদোকই। চন্দন চৱা ফজনা থিল্লি ; লাই খুরুমদুনা আরতি কংলি, ভজন শকই। রাধে নাম, হরিনাম শক-শোল্লি। যোগমায়া অমদি মীরাদাসীনা অয়াম্বা মতমদা ঈশৈ হল্লি। মমীংতা মপি তারগা শকপা ঙন্বদি যোগমায়াতনি। শ্রীমতী কুমারিকাদি কৈদৌঙৈদসু মমীং পাংথোক্লগা ঈশৈ খুমদে।

যোগমায়ানা খোঞ্জেল হিক্লা, মমীংতা মপি শিন্থখ্রবদি কুমারী দেবদাসী অতৈসু অদুম কষ্টী, কপ্পা কপ্পা ঈশৈ খুম্মী, মমীং অমুক উইশিন্দুনা মখূং লোন্নরগা মঙক হায়র - হায়রদুনা শ্রীনদীয়া বিহারী নীংজৈ। লাইপীদি কৈদৌঙৈদসু লাইমাঙদা মপি শিন্থদে। মাগী সরনী তোঙানবনি, মীনা মতৌ তম্বা ঙমপোৎ নত্তে। মহাক্কী নুংমীং শক্তিনা হকচিনবা রসতি চুপশিনবা ঙম্মী, ব্রাখল চোইথোক্তে।

অয়ুক অঙনবগী আরতি হেক লোইখবগা সুরধুনী গঙ্গা মন্দিরগী অকোয়বদা কুমারী ময়াম অদো যোগ তৌই, পুংখায়মুক মমীং চেজেৎ উইশিন্নরদুনা ফম্মী, পূর্নিং ব্রাখল চোইথোক্লদে। কনাগুম্বী ইরাং থাংবী খরদি সোৎপেক লাউবা য়াদে, হুরান মীৎয়েং ওইনা মমীং নাম্মা পাংথোক্লগা কোইকপ কোইকপ য়েংলকই। অমুক হেক্তা উইশিন্নখি।

কুমারী অরিবীশিংগী মরক্তগী গীতাবলী, কুমারী অনৌবীশিংগী মরক্তগী বেনুকা — ইরাং থাংলপ তৌবীনি। গীতাবলীসু মমীংনা নোকই। মমায়সু কোয়দানৈ, অনীমক। শকফমসু হায়ফেৎ লাকফেৎ মান্নগুম তৌই। মবানীসি মমা মচানিকা হায়রবদি পকচগদবসু মাল্লি। অতৈ কুমারীশিংদি মবানীদৌনা মমীং ঙাওদে, উইশিনখিবদগী পাঙথোক্তে। লাইপীনা যাবে হায়দ্রি ফাওবা লৈনৈ। যোগ সেসনগী মতুংদগীদি মাগী মাগী শিন্থা পায়খৎনৈ — খরনা লমজা হাউস রোমদা চংখি। খরনা ফিসা লোনসা তৌফমদা চংনখি। টেম্পল গাইদশিংনা যাত্রিক ফাবা খোম্বা চংনখি। নোংমগী রুতিন কায়দনা চংথৈ। মশা ঙমদবা খোংতবা য়াওবদা ময়াম চংদুনা সেবা তৌনৈ। মখোয়গী পুন্সি অফা অপুন, মীৱা মীশা তানিংঙাই লৈত্রবনি ; ওল্লোক্লা নুংঙাইনা হিংঙি। চাকলেম চাদুনা হিংবদি য়াদে, মাগী মাগী হৈজবা শিনফম তৌবা তাই। কনানা লাইশঙগী সেবা তৌই, কনানা পুজারী চাকথোংবী ওইদুনা শিন্থা পাঙথোকই। কনানা লমজাশিংগী ওজা। লমজামাশিংনা মচাশিংগী থবক তৌই।

শ্রীমতী কুমারীকাদি যোগ সেসন লোইখ্রবসু মন্দিরগী মাঙ্গোলদা ফমদুনা লৈহৌই। লাইবিক মখল মথেল পাদুনা মতম লেল্লি ; মরক মরক্তা ব্রারেং কয়াসু ইথোকই। লোকেল অমদি নেসনেলগী পেপব অমদি মেগাজিনগী কাঙবুনা লাক্তুনা ইহনবসু য়াওই। শম্না হায়রবদা মহাক্তি পোত্থাবা হৈনদে, মতম মাঙহনদে, লৈকোল শেম্মী, ইংখোল মচা মচা কোই, লৈশাবী মচাশিং ঙাইবা তৌদনা ঈশিং চাই, ৱাইসু হেক্তা শিংলি। অদৈদি, কুমারী দেবাদাসী ময়াম চেন্থোরক্তুনা মঙোন্দগী থবক মুনখি। মদুদা মহাক পেঞ্জে ; নুংঙাই নুংঙাইবা ব্রারী ব্রাতাই তৌদুনা খ্বাইব্রু হরাওহল্লি, ফাগীসু মতৌ মান্দনা তৌই। ময়াম্বু থাগৎপসু থাগৎলি, থিনা চৈ থাংবদি তৌদে, নীংথিজনা খঙদবা কয়া তাকপী তম্বী।

মহাক উন্নবা লাকপা যাত্রিক কয়াদসু মহাক্লা ফজবা পাউতাক পাউজেল পীদুনা মপূর্নিং পেলহন্নবা হোৎনৈ। মপাইব্রুংঙো গঙ্গাদাস পন্দিতনা তৌরম্বগুম্না কাথা সভা ফমদুনা লাইনীং লম্বীগা মরী লৈনবা ব্রারী কয়া লীদুনা তাহল্লি। কুমারী ময়ামসু, মতুংদা খঙহৌনবা হায়দুনা কাথা সভাদা য়াওহল্লি। মহাক্লা মথৌচিনবা নুমিৎতদি চৌধুরানী অমদি যোগমায়ানা কাথা সভা, অমদি ব্রারী লাইরিক পাদুনা যাত্রিকশিংগী সেবা তৌই। হৌজিক্তি, শ্রীমতী কুমারিকা, পন্দিত নুপী অমা

*ওইরকল্লবনি। তোঙান তোঙানবা সংস্থান কয়ানা মহাকপু ইকায়খুম্নরদুনা মিংথোল কয়াসু পীখ্রে। মহাক্না নীংজবা কয়া থুংলে হায়না লৌবা য়ারে। মাগী নীংজবা অমত্তুংদি থুংদ্রিব্রা ?*

অদুবু ঙাইহরি !



শ্ৰীমতী কুমারী লমজা হাউস !

কনা কনাগুম্বনা করেম-কথাইনবগী মওংদা 'মৌশাকোন' হায়দুনা কৌনবসু য়াওদবা নাত্তে। করিগুম্বা লূপ অমা লীংখৎলকপদা য়ানিংবা, য়ানিংদবা হায়বা অসি লৈতবা য়াদে। লম খুদিংমক্তনি। মায়য়োক্তা লৈবা মী কাঙলুপ অমা থোবক্তুনা কানা- কানি ঙাংনবা হায়বা অসি হৌনশ্রানি। গৌর-নিত্যাই মচীন মনাও অনীনা হরি সঙ্কীর্তন চৎপা মতমদসু, জগাই মধাই মচীন মনাওনা মায়য়োক্তা লেপ্পুনা থুগায়নবা হোৎনখি। মতৌ অসুম্না, শ্ৰীমতী কুমারিকাগী মায়য়োক্তসু থোরকপা তাবনি।

শাইদাংকোন চলাইরিবী কুমারীশিং – প্রেমনিকেতন, শ্রীনিকেতন অমদি শান্তি নিকেতন, মহেকোন অহুম অসিদগী থোরকখিবীনা মপৃংনি। কুমারী নিকেতনগী ব্রাখল্লোন হৌদোক্লম্বী গঙ্গাসু, শান্তিনিকেতনগী ছাত্রি ওইরম্মী। মিংথোল অসিসু হেন্দোক্না থোনবা য়াই। কুমারী ময়ামগী লৈফম নৎত্রগা শাইদাংফম ওইরি।শ্রীমতী, কুমারিকা অমদি কুমারী – ব্রাহে অহুম অসিগী তোঙান তোঙানবা অর্থ লৈ। কুমারী নিকেতনগা থাদোক্নবা য়াদবা মরী অমা লৈনবী। মখোয়বু কল্লকপা খরনদি বৌকুমাবী নিকেতন (মৌলৈশাবী লৈফম) কৌবীবসু য়াওই। শ্রীমতী কুমারী লমজা হাউস হায়রিবা মমিং অসিনসু ব্রাহং অমা থোরকহল্লি। কুমারীগী মমাঙদা কৈদৌবে 'শ্রীমতী'! নুংলোন খঙদবা মীওই খরনা তোয়না হংনরি। শাইদাংলিবী কুমারীশিং অসি মনুংদদি অরোৎপী 'শ্রীমতী' ঙাক্তা ওইরিগদ্রা ?

ওইবম্বা য়াইকো ! নুংগী ব্রাবু পান্দা করম্না খঙলুগনি ? মেদিকেল টেষ্ট তৌসি হায়রুবদা মখোয়না য়ারক্কদ্রা ? থাজবা অমদি থাজদবা হায়বা ব্রাফম অমা লৈরক্তবা য়াদে। মখোয় খুদিংমক্না ব্রারী অমমম পুরগা মফম অসিদা থুংলখি ; শাইদাংফম লৌরখি ; মমৈথংদদি মবা তাশিল্লকখি। মেদিকেল টেষ্টকী রিপোর্ট য়াওরক্তবসু 'কুমারী' ওইরিবু হায়রবদি হেক্তমক চংজফম পীবিখি। মখোয় কয়াবু তংদু লৈতানা হিংজনবা পাম্বৈসু শিনবীখি।

কুমারী অয়াম্বা লাইরিক লাইসু নীংথিজনা হৈরবী ঙাক্তনি। এম.এ. লাইবকথিবী হায়রগা খঙনবা কাঙবুসু য়াওরি। অমমমনা মায়কৈ ঙাকপী ঙাক্তনি হায়বসু য়াই। বিহারদগী, ইউ.পি.দগী, বাংলাদেশতগী (রিফ্যুজি) দারজিলিংদগী, মণিপুরদগী, অসামদগী, নোংচুপ বঙ্গগী তোঙান তোঙানবা মফমদগী হায়ফেৎ সুজিল্লকলে। অয়াম্বনসু মীকি লাইকিদে। নুপা সহুম চংবীসু য়াওরি, থোংচবী নৌজবী কয়াসু য়াওরি। মখোয় লোইনমক লাই নীংঙি, ইন্দ্রি খুদুম চন্নবা হোৎনরিবী ঙাক্তনি। হেন্দোক্না 'কুমারী দেবাদাসী' কৌবা য়ারে ; শ্রীমতীগী মিংথোলসু ফংবা য়াবদি য়াওরম্বসু য়াই। মখোয় খ্বাইগী মকোক ওইরিবী হোলি মাদরদি হান্নদগী শ্রীমতী মিংথোল ফংলবীনি ; অতৈ অসিদি 'অরোৎপী শ্রীমতী' য়াওরম্বসু কম্নানা খঙবা ! খ্বাইনা ঙাংনবা হায়বা অসি খরদি চুমনিংঙাই হেক্তা ওইরকই।

অমবু ওইরে, মখোয়গী নিয়ম-কানুন (চৎন-পথাপ) ফজনা লৈ। মখোয়বু 'লমজা য়োকপী' নংত্রগা 'লমজামা' হায়রগসু খঙনৈ। কৌবা য়াই, মখোয় সেবিকানি (সোসিয়েল ৱাকর।) মপী মপা লৈজদ্রবা অঙাং কয়া মখোয়না মমাশক্লা য়োকচৈ। মবুকথোক্কী মচা পোকপদি মখোয়না পামজদ্রে। মমাগী নুংশিবা ফংজদ্রবা লমজাশিং — মফম অসিদা মমাগী নুংশিবা ফংজে, তংদু লৈতানা হিংজৈ।

মপাগী নুংশিবদি ? মদুমদি ওইথোক্তে। মমা শাবী লৈরবদি মপা শাবা খরসু লৈহনবা ফরোইদ্রা ? মসিমসু ওইথোক্কদবা মানদ্রে। মখোয়দা জাৎ বীজাৎ খায়দে (অঙাংগী ৱানি)। অদুবু, মখোয়গী পুংবা ওইবা য়াবা নুপাবুদি হঙ্গোইনা খল্লি। থুই ! হায়দুনা তিল শিৎলি হায়বমক য়াই। মনাক্তা নুপা অমত্তং চংলুবা মতিক নত্তে। মখোয়নসু নুপাগী মনাক্তা নকশিল্লুবগী ৱাফম লৈত্রে। মখোয় অসি থম্মোয় থোৎলবসু মপান্দদি থৌদু নুঙদৌনা থম্মোয় কনখ্রবী ঙাকনি ; শিলা রমনী (নুঙগী নুপী) কৌবসু য়ারে।

নুপাগী মনমবু মখোয়না নমথীনা খল্লি। মখোয়না নুপাবু অসুক্কী মতিক তাথিরিবা করিগীনো ? সংসার অসিদি অনীতগী কুমহৈনি। পুংবা কায়বা য়াদে ; পোৎ খুদিংমক্তা পুংবা পুংবা লৈরিবনি। নুপাগী মতেং য়াওদ্রবদি মখোয়না মচা শাদুনা য়োকচরিবা লমজাশিং অসে কদায়দে পোক্লক্কনি ? মখোয় লোয়নমক অসে নুপানা থোক তৌদুনা লংথোকপীরমলবী শ্রীমতী কুমারী ঙাক্তা ওইরিদ্রা ? মখোয়না মচা শাদুনা য়োকচরিবা লমজা অমদি লমজানু কয়া অদুগী মরক্তা মখোয়গী মবুকথোক্কী মচাসু য়াওরম্বা য়াই ; চিংনিনিংঙাই ওইরি। মেদোন অমসুং মেংবী ! কনাগী মচাবু ওইরিগবা ? অতৈসু য়াওরম্বা য়াই।

অমবু ওইরে, কুমারী দেবদাসীশিং অসিদা অচৌবা শীংনবা অমা লৈখ্রে। মপুন্সিগী (নুপা নুপীগী মপাং নাইবা পুংবা) লুহোংলরোই হায়বা অসিনা মখোয়গী মরুওইবা পান্দমনি। মসিনি মখোয়না ৱাশক চেদো সহি তৌরিবা ৱাফম ; নুপী খুদিংমক্না মখোয়গী ৱাখল অমদি ফিরেপ অসিদা হিংলবদি পৃথিবী অসিদা মীনৌ চারা চোংথৎনিংঙাই ওইরিব্রা ? মখোয় অসিবু নুপী লালহৌবী খৃৎপু অমরা ? করিনো মখোয়গী দাবী অমসুং লালহৌ ? লুহোংফালদগী ফুক হৌগৎলগা চেল্লকপা নুপীসু য়াওরি। মখোয়না নুপাবু অসুক য়াম্না তাথিনা খল্লিবা করিগীনো ? লৈরমগনি, ৱারোৎ কয়া। নত্ত্রে, মখোয়দা কনা কনানা হু কামশিনখ্রিবা ? কনা ওইনি...!

শ্রীমতী কুমারিকানি ! মহাক্না প্রেমনিকেতন্দা শন্দোকখিবা পাউজেল — কাইনথংবা ; মদুগী মহৈ ফংলকই। শীংনবা অনীখক লৈখি। হৌজিক্তি কুমারী অম্বিকা চৌধুরানী মায়থীরে। শ্রীমতী কুমারিকানা পঞ্জেং ফিরাল থেৎখ্রে। নিকেতন অহুমগী ছাত্রি কয়া মাগী মতুংইনবী ওইরকখি।

ঙকইদা, হে নুপী !



পৃথিবী অসিদা নুপী মখল য়াম্না লৈরি।

মৱা মপুরোইববু লাই ওইনা নীংজবী নুপী কয়া অমা। মৱা মপুরোইববু অধামোরা ওইনা থমনিংবা নুপী কয়া অমা। মৱা মপুরোইবা অমনা পেন্দবী নুপী কয়া অমা। পীকলিবা মচাবু লোন্না

নৎত্রগা ফোঙনা থাদোকললগা অনৌবা যুম্বাল থিবী নুপী কয়া অমা। য়ৈবী পুংবা ওইবা পামজবী নুপী কয়া অমা। নুপী মখল মথেলনি, নমদুনা গলীরানী, কোল গার্লস ওইখিবী কয়া অমা। নুপাদসু মখল মথেলনি।

লমজা হাউসকী কুমারী মাদরশিং অসিনা করম্বা মখলনো ? মখোয় লাই নীংঙি, যোগিনীসু কৌবা য়াই। মখোয় অসিবু লাইদা ওংলবীশিংলা ? মখল অসিগী নুপীসু লাইশঙ মন্দির অমদি চার্চতা লৈতবা নত্তে। মখোয় অসি লৈবগী কান্নবসু লৈ ; অফবদসু ফত্তবদসু। বাইওলোজিকেল দিফেক্ক লৈবী নুপীসু মরক মবত্তা থোকই। মশাদা নুপাগা লৈমিন্ননিংবগী ইরাং সুপলৈ লৈতবী নুপীসু লৈতবা নত্তে। অমবু ওইরবসু, লমজা হাউসকী কুমারীশিংনা নুপাবু য়াদবদো য়ারনু। মখোয়না 'লাইনুপা' অমগী মীতম পফাল (মুর্তি) অমবু লাৎতুনা নীংলি। মসিনা কৈদৌনবনো ? লাক্কদবা মপোক অমদা (থাজনবগী মতুং ইন্না) লাইগুম্বা মৱা মপুরোইবা ফংজগে হায়দুনা নীংলিব্রা ? করিগুম্বা (হন্দক্কী যুগ অসিদা) লাইনুপা অদুনা স্বয়ং ওইনা চোংথোরক্তুনা (নরসিংহ ভগবান্না যুম্বী মনুংদগী থোরকপগুম্না) মমাঙদা লেপরবদি কমদৌবা ?

লাইনুপা অদু মুন্নবদা নুংশিন্নগ্রবী খৃৎপু অসি মশম ফোইনরোইদ্রা ? মখোয় লোয়নমক লাইনুপা অদুগী গোপী নৎত্রগা লাইতু ওইদৌরিব্রা ? মখোয় লোয়নমক বসন্ত মমৈগী খোইনীং অমোমদৌনা ফজরি (অবিবীশিংগী ৱানি), হেন্দোক্না ময়ুম পানবা য়ারিবী ঙাকনি, মমা ওইবকপা য়াবীসু য়াওরি। লাকপাসু য়ারি, মখোয়বু ঙম্বা মানুষ দেবতা অমা !

মখোয় পুম্নমক 'সুরধুনী গঙ্গা' ওইবা পামজৈ। আদি কালগী সুরধুনী গঙ্গা কাথাদা মখোয়না থাজবা থম্মী, অসুক্কী মতিক থাজখ্রে। শ্রীনদীয়া বিহারীগী মহিমা অমদি সুরধুনী গঙ্গা কাথা লীদুনা, শন্দোক্তুনা নৌবিবী কুমারী কয়াবু 'মপী মঙা' অসিনা চিংশিল্লি। মখোযগী লাইমীং লৌখ্রবী কুমারী নহা কন্নাসু অমত্তা চেঙ্গোরকপা লৈত্রি। অঙকপনি ! মখোয়গী লাইনীং পরৈ। অসুক্কী মতিক চেৎখ্রে, শা-ঙা চাদে, থোইনা অকে অমৌসু তৌদে, চম্না শেৎচায়, চম্নসু ফজৈ।

মখোয়না শ্রীচৈতন্য গৌরাঙ্গ মহাপ্রভু য়াদে, নীংদে। গৌরাঙ্গনা (নিমাই কৌরিঙৈ) মাগী নুপী বিষ্ণুপ্রিয়াবু অহিংদা লোন্না হুন্দোক্লম্লগা চেনখি। মসিদনি, মখোয়না নুপাবু শাউরিবা, যাদ্রিবা। লাইনীংগে হায়রবদি নুপী থিরমদনা চৎখিবা য়াদ্রো ? মসি মখোয়গী ৱাহংনি। অনৌবা মীরোন অসিনদি চুম্মী, চুম্মী হায়নরকই। নুপীসু লাইনীংগে হায়রবদি ময়ুম পাল্লুনু। মসিসু মখোয়গী পাউজেলনি। সহজিয়া কল্ট, মখোয়না য়ানিংদে। মখোয় পুম্নমক নুপা নুপী ওইনা পোকপগী মনুং হুঞ্জিনবা তত্ত্ব (অথুপ্পা ৱারোল) খঙদনা শিদৌরিব্রা ?

লাকপা ওইসনু, শ্রীনদীয়া বিহারী !

মখোয়না নীংলিবা লাইনুপা, শ্রীনদীয়া বিহারীগী মুতিনি। গৌড়ীয়া মঠকী মহন্ত (লুচিংবা) কয়ানা.শ্রীনদীয়া বিহারী অমদি গৌরাঙ্গা মহাপ্রভু অমত্তনি হায়রি। পন্দিত ব্রজমোহোন মহন্তগী পাউজেল শন্দোক্লম্বা পন্দিত গঙ্গাদাস শিরোমনিগী মত মতুংইন্না শ্রীনদীয়া বিহারী হায়বা অসি শ্রীবিষ্ণু ভগবানগী তোঙানবা অবতার অমনি হায়দুনা শন্দোক্লম্মী। মী মীগী থাজ- ৱাখল ; লাল্লি চুম্মী হায়রুবা য়াবা নত্তে। লমজা হাউসকী কুমারীশিংসু মাগী মাগী অপাম্বা লাই নীংজসনু ! তৌবতবু, মখোয় অসি গৌড়ীয়া সম্প্রদায়গী মায়য়োক্তা লৈবদৌনা তৌই। মখোয়দা হাইজিল্লকপদি কন্নাগীসু মতিক ওইদ্রে। অদুনা মখোয়গী মায়য়োক্তা তোঙানবা প্রচার কয়া শন্দোক্লবদি হোৎনরকলি।

শ্রীমতী কুমারী লমজা হাউসকী মরমদা কানা-কনানি য়াম্না ঙাংনৈ। লমজা হাউস চলাইনবা শেল — মখোয়দা কনানা থাদরকলিবা ? মখোয়না কমদৌনা শেল তাল্লিবা ? অসিনচিংবা ৱাহং কয়ানি। মখোয় তায়। হূইনা খোংববু খোঙজসনু খন্দোকনৈ। মখোয়গী শেল ৱাৎতে। শকনাইবী ঙাকনি, মখোয়না শেল খায়বা চৎপদা পীরক্তবা অমত্তা য়াওদে। তোঙান তোঙানবা ফাইনেলসিয়েল ইষ্টিটুসন কয়াদগী গ্রান্ট লৌথবা ঙম্নী নুপী অমা য়াওরি — কুমারী অম্বিকা চৌধুরী ! মহাক্না চংলু - চংলুবা মফমদগী দোনেসন কয়াসু ফংঙি। তোঙান-তোঙানবা শেন্দাল লম্বীসু লৈ। মখোয়না লাৎলিবা শ্রীনদীয়া বিহারীগী মন্দিরদা প্রাণালী বোক্স অচৌবা অমা খিন্দুনা থম্মী, নোংমগী আয় কারকই। মরক মরক্তা যোগমায়ানা মিসন চৎলি। শেঞ্জাও পায়বা, অরিকপা কয়াবু যোগমায়ানা 'মায়াজাল' তৌদুনা দানবীর ওইনখি। পুম্নমক অসিগী মথক্তা, নদীয়াবাসী পুম্নমক্না 'হোলি মাদর' হায়দুনা ইকায়খুম্নরিবী শ্রীমতী কুমারিকা লৈরি। মাগী মফমদা খ্বাই পুম্নমক্না মঙক নোন্নে। মহাক্না ৱাহৈ অমত্তং হায়বদা, য়াদবা কনাসু লৈত্রবনি। মহাক পন্দিতনি, আশ্রমসিগী মপুনি।



শ্রীমতী কুমারিকাগী শক্তি অঙকপনি !

মহাক হৌজিক্তি দেবদাসী ওইরবনি, দেবদাসী মকোক ! মহাকপু মমু য়েথেকপা কনাগীসু মতিক ওইরোই। মৈতে ৱাহৈদা হায়রগা মতাং চানা (ঈশৈ পালা তৌরিঙৈদা) খুদৈ লোকপা হায়বা অদু থোকখ্রে। মহাক্না হায়রিখে, তৌরিখে য়াবা মতাং অমসু ওইরকলে। নিমাই জম্মস্থান মুন্নবগী কেস নমথবা ঙমখিবা অসিমক মাগী অচৌবা ক্রেদিটনি। নহা অহল সাধু বৈষ্ণব কয়ানা মকোক নোন্দুনা ইকায়খুম্নবা উৎশ্রবনি। মহাক্না খল পায়খ্রে হাযবসু য়াই। মঙোন্দা ফাইন্দিংস পুম্নমক লৈরিবনি। মহাক্না ঙমহননিংবা মায়কৈদা হেক তোংখিবদা কেস লোইশিনবা য়াই। মদু ওইরবদি কাঙলুপ অমগী মন্দির করবারদি পুমশি শিবা তাবনি। মসি খ্বাই পুম্নমক্না খঙই।

শ্রীমতী কুম্যারিকাসু খঙই। অদুবু, মহাক্তি করিসু খুদোংচাবা লৌগে হায়বগী ৱাখল লৈজখিদে, ইচমদা হেক চমজবীনি। মাগী ফিদম ফিরেপ তোঙানবনি। ধম্মগী মরীদা খৎ থিংজিনখিদে ; হেনজিনবা, হকচিনবা খরবুদি চুমথোক্নবা প্রচার তৌবা হৌরকখি। মাগী সুরধুনী গঙ্গা মন্দিরদা লাৎলিবা শ্রীন্দীয়া বিহারীনা তীর্থ যাত্রিক কয়াবু চিংশিনবা হেঞ্জিল্লকখি। মসিদা গৌড়ীয়া মঠ কয়াগী মহন্ত কয়া পাখৎনবসু য়াওখিদবা নত্তে। মখোয়গী মন্দির করবাব শোকচিল্লকই। মশক মতৌ ফজরবী ; ঙাংবা শকপসু হৈরবী লাইনৌ দেবদাসী সঙ্গু অমনা তীর্থ যাত্রিক কয়াবু খেমদুনবু ওইরবসু সুরধুনী গঙ্গা মন্দিরদা চিংশিন্নবা হোৎনরকখি ; চিংবসু চিংশিনখি। নুপীনা ঙমদবা করি লৈ ? লাই হাক্তক্তী চৎনরক্লবনি। মপাঙ্গল কনখ্রবা লাইপুংথৌ মপালবু অদুঙৈ লাইনুরা তরেৎনা সুরুন্দা চিংশিল্লগা মফি মুনখি। মদুমক থোকলে হায়বদি নত্তে। যোগমায়ানা মায়াজল তৌদুনা মন্দির করবারদা অচৌবা থৌদাং লৌরকই, মশামক টেম্পল গাইদ ওইদুনা মন্দির কয়াদসু তীর্থ যাত্রিকশিংবু কোইপু পুদুনা চৎলকই। কুমারী অম্বিকাদি (এম.পি. অমসু ওইরুরবনিনা) খরা লেমতক্না লৈখি হায়বতনি ; শেন লাক্লবা থবক্তি তৌখি ; লমজা হাউসপু কুপশেন্নদুনা লৈজে।

শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী খৃপুগী য়াংশিল্লকলিবা থৌওং অসিদা গৌড়ীয়া মঠকী লুচিংবশিং পাখৎনপ্রে। অরোনবা মিটিং কয়া তৌবা হৌবকলে। কনানসু ফোংনা শীংনরকপদি ঙমদ্রি, খন্নবদি লেপ্তুনা চৎথরি। মখোয়না শ্রীমতী কুমারিকাবু মাঙহনখিবা পামলকই। মায়কৈ অনীমক শনতাইনবা ঙন্নী মাবু অদুক থুনা কাউদ্রবা !

অঙকপনিকো ! মন্দির করবার ! ভারতকী লাইফম খুদিংমত্তা মন্দির করবারগী হিদান্নবা অসি লৈরি। লাইশঙ মন্দিরগী পুজারী, পুরোহিতশিংনা দর্শন তৌবা লাকপা মীওই কয়াগী মখূৎতগী শেন ফাওবা লাকই। লুপা অদুক হান্না কৎত্রবদি চংবা য়ারোই হায়দুনা থিংবা য়াওই। যাত্রিক খরনা মপান্দা লাই খুরুমলগা হনখিবসু য়াওই। শ্রীধাম নবদ্বীপ্তুদি অসুম্বসি কয়া লৈতে। ইচম চম্মী, লুপা অমদগী হেন্না কৎপীগনু হায়দুনা নোটিশ থেৎপসু য়াওই। কৎনিংবা কৎপীয়ু হায়দুনা থেৎপসু য়াওই। তৌইগুম্বসুং শ্রীমতী কুমারিকাগী মিংচৎ অমদি মশেক মণ্ডালদা লেন-না নুংশা মণ্ডালদা তুমবদৌনা গৌড়ীয়া মঠ খরগী ফিভম শোকচিল্লকলে। তীর্থ যাত্রিক অমত্তা চংলক্তবা মন্দির য়াওনরক্রে। মসিদা ময়েক্ল মিপাইবা পোকফম থোকই।

লমজা হাউসকী এলাকা মনুংদা মীথুংশঙ, উসব কৎফম, রিক্রিয়েসন সেন্টর ওইবা য়াবা পুম্নমক লৈখ্রবনি। লাইগী আরতি কৎপা, লুক হৌবা উসবকী চাক ঈশিং থোংবা, য়েনবা খোৎপা পুম্নমক কুমারী দেবদাসীশিংতনা তৌই। মসিদা য়ানিংদবা কাঙবুসু লৈতবা নত্তে ; মরুওইনা ব্রাহ্মন অমদি ঠাকুরশিং ফি ফি কামদুনা শাউনিংবা পোকই ; উপাইদি লৈখিদে। ব্রহ্মন পুজারীগী মখূৎ নৎত্রবদি লুক হাদবা তীর্থ যাত্রিকশিংসু লাক্তবা নত্তে। অদুবু শ্রীমতী কুমারিকা থোরক্তুনা ব্রাহে অমা অনীদং ঙাংলবদা 'চুম্মী চুম্মী' হায়দুনা শ্রীনদীয়া বিহারীগী প্রসাদী খুন্নে।

হৈখ্রে হৈখ্রে শ্রীমতী কুমারিকা ! মহাক্ল তীর্থ যাত্রিক কয়াদা ইতৎ তৎতনা লেকচর তৌই, "লেঙবীরকলিবা তীর্থ যাত্রিকশিং ! শ্রীমতী কুমারিকানা নোল্লুক্রা হঙ্গৎচরী, অতিথি সেবাবু লৎনবীগনু। য়ুম য়ুমদা অদোমগী শেংলবী ইচানুপীশিংনা থোংবা থাকপা চাক এঙ্গাং হাবীদবা কনা য়াওবগে ? ঐখোয়সে নচানুপীশিংনি, নচেশিংনি, নচলশিংনি, শেংলবী কুমারী দেবদাসী ঙাক্তনি, চিংনবা লৈতনা লুক খুনবীয়ু ; লুনা নান্না কিনা হোৎনজবনি ; কনাসু কররি অমত্তা সমসা তৌবা লৈজদে।"

মাগী অসিগুম্বা নোল্লুকপা পাউজেল অসিদা কনাসু ফেৎ হায়দোক্তুনা চৎখিবা ঙম্লদে। মতাংচানা কুমারী যোগমায়ানা হেক্তা ফোঙ্গিলকই —"চন্দোন চব্রা ফজনা থিল্লবা বৈষ্ণব বৈষ্ণবীশিংনা নুমিৎ কয়ানি ইরুজদ্রবা, ফিমাঙ শেৎপা রামু হোটেলগী মিষ্ট্রিশিংনা থোং-থাকপা খেচুরী, তল কাদি হাবীরগা, নোংমদা অহুমলক ঈরুজবী কুমারী দেবদাসীশিংগী খূৎ চাবীদ্রবদি য়ুম য়ুমদা হনখ্রগা, ইচানুপীশিংগী মখূৎসু চাবীরুনু।"

কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীনা অমুক হেক্তা নোৎশিল্লকই—"তীর্থ যাত্রিক পুম্নমক ! ঐখোয়দি করবার তৌজদে, ময়ামগী সেবিকানি। কৎপীরকপা শেনফম অদুমক অমুক কৎথোকচদুনা লুক হৌজবনি। ননাই চৌধুরানীনা থোঙ ঙাকচগে, প্রসাদী ফংদনা লেঙবীখিবা অমত্তা য়াবোই হায়রিসিনি। হোটেলদগী হেন্না শেংলবা প্রসাদীনি।"

শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী অহুমগী ব্রাহে খোনফমদা কনাসু শ্রীনদীয়া বিহারীগী প্রসাদী ফংদনা থোকখিবা ঙমপোৎ নত্তে।

"চুম্মী চুম্মী ! মহাপ্রসাদী ফংলসে।" তীর্থ যাত্রিক পুম্নমক অসুম্না লাউরগা প্রসাদী খুন্নে। ফৈ ফৈ হায়রম্মী।

অসুম্না মমৈদদি সুরধুনী গঙ্গা মন্দিরগী চমলবা করবার মচা মচা কয়ানা মীওই কয়া কয়াবু অতৎ-অখম লৈতনা চিংশিনফম ওইরকখি। মমিংসু চৎলকই।



নোংমা, অযুক অঙনবদনি।

ভুবনেশ্বর ঠাকুরনা লুচিংলগা সাধু বৈষ্ণব সঙ্গ অমনা শ্রীমতী কুমারিকা উন্নবা লাকই। ভুবনেশ্বর ঠাকুর হায়বা অসি শ্রীধাম নবদ্বীপ অমদি শ্রীধাম মায়াপুর অনীমক্কী কাঙবুনা ইকায়খুম্নরিবা গৌড়ীয়া সম্প্রদায়গী লুচিংবনি। খ্বাইদগীসু অহল ওইরবা মহন্তনি। শ্রীধাম মায়াপুর লোমদগী ভাগবান দাস, নবেন্দ্র ঠাকুর, হরিদাস গোস্বামী অসিনচিংবসু য়াওরকই।

খৃপু অদু লমজা হাউসকী গেট ময়াদা খৌতক্লদুনা চপ লেপ্লে। চৌধুরানীনা লৈ ঈশিং চাইরিঙৈদা হেক মায়য়োক্লরুবে। মখোয়না হৈনদ্রিবসি চৌধুরানী অমসুং যোগমায়ানি। কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীদি নুপা সহুম চংবীনি, কালিকা থাকপাক পাযরগা হাৎকে তুপকে ঙম্বীনি, ধমকাসু হৈখ্রপোৎনি। পান্দা খোইবী যোগমায়াসু অঙকপীনি। সাধু বৈষ্ণবশিংগী মনাক্তা চংশিল্লগা মশানা মশাগী মফুরিৎ শেগায়বগা ইজৎ মাঙহনবীরে, মখূৎ শাংলমলে হায়দুনা অর্ট এক্টিং উৎতুনা লাউ খোংলগা ৱাকোংশেন লৌথোকপা ঙম্বীনি। রামু হোটেলগী মেনেজর বামুবুসু ময়াম মমাঙদা মখোঙ শোক্তুনা খুকমহনখি, শেনসু কোংহনখি।

খ্বাইনা হৈনদ্রবী নুপী অনী অসিনা শ্রীমতী কুমারিকাগী পাম্বোম ওইবগা লোয়ননা শ্রীমতী কুমারিকাগী মগুণ অমসুং মীংচৎ হেঙ্গৎহনখি। অমরোমদা শ্রীমতীগী চিং লেমলবা ৱাঙাং শঙাংনা অমদি ফজরবা ধর্ম্মগী পাউতাক পাউজেলনা মী কয়া সুমহৎপা ঙম্মী। মহাক মশামক মৈনি, ঈশিংনি, নুংশিৎনি। মতম কুইনদগী তোঙান তোঙানবা যোগ তৌরক্তুনা শক্তি চেল্লবীনি। মঙোন্দসু কালিকা য়াওবি, মঙোন্দসু পাম্বোইবী য়াওরি, মঙোন্দসু থোইদোক হেন্দোক্লা নোংথাঙলৈমা লোৎলি।

নুপী অহুম অসিগী খেন্নবা লৈ। মান্নবসু লৈ। অদুনবু চান্নরবা খৃৎপু ওইখ্রিবনি। চৌধুরানীদি থোইখ্রবীনি। ময়াম্বু উই, ঈশিং চাইদুনা লৈথোকই। মহাক এম.পি. ওইবম্মী হায়বগী মৎ লৈরি। মঙোন্দা ভোট পীখিদবা সাধু বৈষ্ণব কয়া য়াওরকই হায়বা মহাক খঙই। কৈসু খৌশাখিদে। মহাক অমুক হন্না ভোট লেপ্পগী ৱাখল লৈতবদৌনা তৌখ্রে। মরম অদুনা খৌশাদ্রিবনি।

মহাক ঙাইহাক্তং খঞ্জানৈ। ময়ুমদা লাকপা অতিথিবু য়েক্লবা ওইরবসু ওক্কদবনি হায়বা অদুদি মহাক কাউদে। চৌধুবীময়ুমগী হৌন-লোনচৎসু ঙাকপা তাই। মখূৎতা পায়রিবা ঈশিং পেরে থমলল্লগা প্রপ প্রপ চেম্থোবক্তুনা ময়াম্বু ওকপা ওইনা খুরুম্মী —"লেঙশিনবীরকসি, মহাপুরুষ পুম্নমক! ননাই চৌধুবানীনা খুকমজবি। করি করম্না থবক্কী লেঙবীরকপনো ? ননাই ঐখোয়বু কৌবীরকপা য়াদব্রা ?"

ভুবনেশ্বর ঠাকুরনা য়াইফ পাউজেল পীরদুনা হায়রকই —"য়াইফবা ওইয়ু, চৌধুরানী ! ঐখোয় ময়াম্না শ্রীমতী কুমারিকাগী মফমদা হায়জনিংবা খরদং লৈদুনা লাকচবনি।"

"বাবাজিশিংনা হোলি মাদরবু মী থারক্তুনা কৌবিরবসু য়াবদুবু করিগী অসুক ৱানা

লেঙবীরকপনো ?” কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীনা অসুম্না হায়রগা মখা শমথরকই —“হোলি চেম্বরদা লেঙশিল্লসি।”

মখারোম থংবা লৈকোলদা লৈ ঈশিং চাইরবী যোগমায়াসু প্রপ প্রপ চেংহোরক্লুনা সাধু বৈষ্ণব ময়ামবু মখূৎ লোন্নরগা নোঙ্ছরপ তৌনা হায়রকই —“মহাপুরুষ পুন্নমক ! মায়াদাসীনা খুরুমজরি। করি করন্বা শন্দেশ পুবীরকপনো ?”

“সুমদৌবনি, ময়াদাসী !” ভুবনেশ্বর ঠাকুরনা ময়ামগী মহুৎ শিল্লদুনা হায়রকই —“শ্রীমতী কুমারিকাগা অমুক্তং উন্ননিংদুনা লাকচবনি।”

“হোলি মাদরগী মায়য়োক্ত ৱাকৎপা লাকপা মানখ্রেদা।” কুমারী যোগমায়ানা মথন্তা শোঞ্জবা ওইনা ঙাংলকই —“ননাই ঐখোযনা কবি অকায়বা তৌখ্রবগে।”

“নত্তে নত্তে, যোগিমা !” নহা ওইরিবা বৈকুণ্ঠাথনা হায়রকই —“চুম্নতা হোলি মাদবগা তান্নজনিংবা ৱাফম খরা লৈ।”

“লেঙশিল্লসি।” যোগমায়ানা হায়রকই।

কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীনা নাবোলন্দা মমীৎ খৎলকই।

যোগমাযা ভাব তাই, অম্বিকাগী ঈঙ্গিৎ খঙই। মবানীদি পান্খোম অনীনি। বৈষ্ণব সঙ্গু অদু নাক য়েং চপ্তুনা যৌগল তৌবা ওইনা হোলি চেম্বর তন্না পুশিনখ্রে।

“ইমাথোই ! নদীয়াগী মহাপুরুষ ময়াম লেঙলকই।” চৌধুবানীনা ইমুংলোমদা ওনশিন্দুনা পাউ তাকই।

মীতেক মীরৌ খঙলবী মায়াদাসীনা অমুক পাংশিনবা ওইনা ঙাংলকই —“মহাপুরুষশিং খুদাদা লেঙশিনবীয়ু, ইমাথোই কৌথোকচকগে।”

সাধুবাবা মহাপুরুষশিং মফম চানা চানা ফমথনখ্রে। মায়াদাসীসু প্রপ প্রপ চংখ্রে, পাউ পীরুই।

চৈরক্লুন্দা চৌধুরানীনা ভুবনেশ্বর ঠাকুব তন্না য়েংলদুনা হংলকই —“বাবাজি মহন্ত ময়াম লেঙবীরকপগী মরমসিবু খঙজবা য়াগদ্রা ?”

নহাওইবিবা হরিদাসনা হায়রকই —“অম্বমা ! নিমাই জন্মস্থান মুন্নবগী মতাংদা হোলি মাদরগা ৱারী খরসু শাজনিংঙি।”

“অতৌদি করি কবি ৱাকৎনো ?” চৌধুবানীনা নেংৎশিল্লকই।

“চৌধুরানী !” খৃৎপু অদুবু লুচিংদুনা লাকলিবা ভুবনেশ্বর ঠাকুবনা হায়রকই —“নখোয়গী হোলি মাদর থোরক্লগা খন্নবসি।”

“য়াইদা য়াইদা।” চৌধুরানীনা মরৌ লৈনা মোমোন তৌবগা ঙাংলকই —“ঐখোয়দি করিসু খঙজদে, অতাবী ওইজগে। তৌবতবু বাবাজি ! নিমাই জন্মস্থান মুন্নবগী কেস অদুমদি মতম পুম্বগী ওইনা থুপচিনখ্রসি নংত্রবদিকো ধর্মগী লাঞ্জাও থোরক্কনি।”

“চুম্মীদা চুম্মীদা, নিমাই জন্মস্থানদি শ্রীধাম ময়াপুরদনি।” ভগবানদাসনা নোংশিল্লকই।

“নত্তেদা কৈসু।” ভুবনেশ্বর ঠাকুরনা শাউরপ তৌনা ঙাংলকই —“ঙরাংতগী নহা নঙনা করি খঙদুনা হায়রিবনো ? শ্রীধাম নবদ্বীপনা অচুম্বা, নিমাই জন্মস্থাননি।”

অম্বিকা চৌধুরানীনা হায়রকই—"এ ঃ এ ঃ ইংথবীয়ু মহাপুরুষ পুম্নমক ! খুৎপু ওইনা লাকমিন্নরগা মত মান্নদ্রবদি ইমাথোইনা ৱারী শাসি য়ারোইকো।"

ময়াম অদু তুমিন তুমিন লৈখ্রে।



লেঙথোরকলে।

শ্রীমতী কুমারিকা লেঙথোরকলে। কয়াদি নীংথিজরে, অয়ুক্কী লাইরেম্বী ! মহাক্তি মফম মতমগী মতুংইন্না ফিজোল হোংঙি ; লৈঙাং মচুদি পংনা থোনদে। মপাল অঙাংবা চনবা সাড়ী অশংবা শেৎলি, ফুরিৎসু অশংবনি ; পান্নোম চেনবী। সাড়ী ফিজিল তুংলোমদা শাংনা থাদৈ ; ওয় থংবা লেংবান্দা চোম্বুরপ কুপ্পী ; নাকচেপ উদনবা ফিজেৎনি। নীংথিজরবী মায়থোং ; অদুম ফজরি, লাইবক্তা সিন্দুর পাকনা নম্মী। চন্দন অশাংবা থিল্লি। ঈরুজরুবা কারকপগী কংশিনদ্রিবা শমলাংশিং পুনখৎত্রি ; লেংপাক য়ৈনা ; অমুবা নোংগী মপৈগুম্ন ফন্দোক্ল লৈতেংলি। অনীবক মরু কোকলুরবনি ; অমুকসু শম্বান্দোং ককপা য়াদৌরে। হান্নদি অডৌবা শমলাং খরা উরম্বনি, উদ্রে ; ফোয়দৎখিব্রা ? শম মচু শংলম্বসু কনানা খঙবা। কেজবা নৌজবা পামজবী নুপীশিংনা চষ্ণী ফনমক লৈশিল্লব্রবসু পোক হৌহনবা পাম্নদে। মহাকসু পামলমদবা য়াই। অমবু ওইবে, ফাজিন্দ্রবা মাগী শমলাংশিং, শমদেনবী ; শমফত্তবী নুপীশিংগী কম্লব্রম্বম ওইরি। নুপা নহাগী মমাঙদা নুপীনা শম থাদোক্তুনা থোকপসি চৎনদবনি। মসি মহাক খঙই। অমরোমদদি ফাদোব্লবা শমলাংনা হকচাং তুংয়ানগী ফিজেৎ লৈতেং ওইরিবী কালিকাগী মফমদদি হেন্নদুম ফজে , হৌনদবা ফজদবা লৈতে। মহাকসু কলিকাগী শক্তম লৌদুনা মহাপুরুষশিংবু দশর্ন তৌবা থোরকলিব্রা ? নৎত্রগা কিহনবা !

শ্রীমতী কুমারিকা চপ লেপ্পী ; হোলি চেম্বরগী থোঙজাউ য়ৌদৌরে। মশাগী অশোযবা খঙজরকই, খংহায় হায়রকই—"যোগিমা ! শম পুনশিল্লকউ, অসুম্না থোকপা ফংতে।"

থৌগল তৌবিবী যোগমায়ানা খুমলকই—"ঙসিদি কালিকা ওইনা লেঙথোকপীরো।"

"অদুনা ফবদ্রা ?" শ্রীমতী কুমাবিকানা খুম্মী।

"মহারানী অমা ওইবা তারবদি শকলোন পুবী ওইবা তাবনি। পুম্নমকপু সুমহৎপা ঙম্বী, চিংশিনবা ঙম্বী অমসু ওইবা তাবনিনে, ইমাথোই।" মায়াদাসীনা শৌগৎতুনা অমুক ঙাংলকই।

"এ ! ঐদি মহারানীসু নত্তনা, চুম্নতগী মীচমনি।"

"হৌজিক্তি, ইমাথোই মীচম নৎত্রবনি।" মায়াদাসীনা শমথরকই—"হোলি মাদরগী মিংথোল ফংলবীনি ; খ্বাই পুম্নমক্কী মমানি। অথোইবী মমাদি মহারানী অমগা খেন্নবা লৈতে। পুম্নমকপু সুমহৎতুনা লাকশিনবগী তোঙান তোঙানবা শকলোন উংপা তাবনি। মদুতনা চিংশিনবা ঙমগনি যাত্রিক কয়া, ভক্ত কয়া অদুগা নাপলনরবা সাধু বৈষ্ণব কয়াবুসু নমথবা ঙমগদবনি, কুমারী কল্ট শন্দোকপদসু মতেং ওইগনি।"

"চুম্মী মায়া ! কুমারী কল্ট শন্দোকপদি তোকপা য়াদে।" শ্রীমতী কুমারিকানা মখা শমথরকই—"সাধুবাবাশিং লাইকইসিনা করিবু ওইরিগবা।"

"ওইনীংবা ওইসনু, ইমাথোই!" যোগমায়ানা মখা তানা হায়রকই —"সাধুবাবাশিংগী শন্দেশ তারুরসি।"

শ্রীমতী কুমারিকা লেপ্লরে।

মহাপুরুষ পুন্নমক মমীৎ মনা তথক তথকই। হৌনবী ব্যবহার উৎতুনা হৌগৎনগে তৌই। শ্রীমতী কুমারিকানা মসিগী খুদোংচাবা লৌরগা ভুবনেশ্বর ঠাকুরগী মনাক্তা প্রপ প্রপ চংশিন্দুনা হান্না খুরুম্মী —"মহাপুরুষ ! ননাই দাসীনা খুরুমজরি ! মতম কুইনা খ্বাই ময়ামগী তুংইনঞ্জবী ওইনা হিংবা ওইজগে।"

ভুবনেশ্বর ঠাকুর হৌগৎপা নংহৌদ্রে। শ্রীমতী কুমারিকাগী মকোক্তা নাম্বুরদুনা হায়রকই, "তথাস্তু ! নীংজবা অদুমক থুংজবা ওইয়ু, শ্রীমতী কুমারিকা ! অদুগা নহাক্তি মঙাল নাইরবীনি, খ্বাইগী ইমাথোই, হোলি মাদরনি, নশামকপু দাসী অমনি খনফম থোক্ত্রে, মহামানুষীনি। অমুকসু আশীর্বাদ পীরি ; ঈশ্বরনা নহাকপু কুইনা হিংহনবীবা ওইসনু !"

শ্রীমতী কুমারিকাগী শম্বুল থোক্লা চায়থোক্তুনা ফন্দোকলিবা শমলাংশিংনা (উথক্তগী খোঙনাং মরাশিংনা লৈমায় থেংনা মরী মরী য়ান্থরকপদৌনা) মরেংবান্দগী লিংথরক্তুনা লৈমায়দা সোরো সোবো চিংলপ তৌরি। শমলাংদা নুংশিবা মনম চেল্লি।

"ইস ! মনমসিদি ; কালিকাদু ঙাই।" নহাওইরপ তৌরিবা ভগবান দাসনা নুংশিবা মনম চিংশিল্লি অদুগা নুংখন্নে (ওমঙ্গল ! ঙসিসে ওমঙ্গল ওইনিসে। শম্বুল নাইদবী নুপীগী শমলাংবু অয়ুক ঙন্তানা যাত্রদা থেংনরবদি মঙ্গল ওইবদি হৌনবিব্রা ? নুপীসি লায়রোইদৌরি। ঐখোয়বু দাও হন্নবা, থমায়নবা তৌরিনেসে। খঙনিদো ঙসিদি, বাবাহল ভুবনেশ্বরদি মাগী মীচং চংলপ তৌবনি, ঐদি মাগী লীচৎ য়ানিংদে। ঐগা তকখায়নগেদো।)

ভগবানদাসকী শোম্বাংনবা ব্রাহে — শ্রীমতী কুমারিকা তায়। মহাক করিসু থৌশাদে ; মোমোন্নে। মহাপুরুষশিংবু মথং মথং খুরুম্মী। ময়াম্নসু খুরুম্বা ওকই। ভগবানদাসতি শাউরংনৈ মমায় লৈথোরপ তৌদুনা লৈখি।

থৌওং অদু চৌধুরানীনা উরে, খুদক্তা হায়রকই —"ভগবানদাস ! নহা নঙোন্দা হোলি মাদরনা অতিথি অমদা উৎফম থোকপা হৌন-লোনচৎ উৎপবু লৎনবদি তৌহৈদেকো, নমঙদা থাঙপাক পায়বী কলিকা লাকচনিহে।"

ভগবানদাস শ্বাই লাউই। মহাক্না চৌধুরানীবু য়াম্না কিজৈ। থাঙপাক পায়বী কালিকা ! মহাক তশেংনা কিজৈ। নুংলোন পাখোং খঙই। মাগী লৈথোকলুরবা মঙক লৈশিল্লগা নোল্লুক্না খুরুম্বা ওক্তুনা হায়রকই —"ঙাকপীগনি, হোলি মাদব ! নচানসু খুরুমজরি।"

"মচাবু ঙাকপীবা হায়বা অসি মমাগী অথোইবা ধর্ম্মনি !" শ্রীমতী কুমাবিকানা অসি হায়রগা হৌগৎখ্রে। মাগী থাদুনা থল্লিবা নবদ্বীপ ফক অথাবা মথক্তা লেঙশিনখ্রে। মনাক্তা লেপলিবী ময়াদাসীদা মমীৎ কুপ্লপ তৌনা ঈঙ্গিৎ তৌরকই।

যোগমায়ানা ঈঙ্গিৎ খঙই। মখূৎ লোন্নরদুনা মহাপুরুষশিংদা হঙ্গৎচৈ —"মায়াদাসীনা অমুকসু খুরুমজরি। মহাপুরুষশিংনা করি করম্বা শন্দেশ পুবীরকপনো। ননাইদাসীনা হোলি মাদরগী মহুৎশিঞ্জরগা হঙ্গৎচরি ; তাকপীয়ুদো, হে দেবদুত পুন্নমক !"

"ভগবানদাস !" নরেন্দ্র ঠাকুরনা ভগবানদাসপু কৌরদুনা হায়রকই —"শ্রীধাম মায়াপুরগী প্রস্তাপ অদু হান্না অমুক্তং থম্মুদনা।"

"ফগানি স্বামী !" ভগবানদাসনা মাগী গুরুগী য়াথংবু ফিগাও শানা য়াজরগা হায়রকই, "মহামানুষী ! অদুগা কুমারী দেবদাসী অনীমক ! মায়াপুর সম্প্রদায়না শিঞ্জদুনা 'সাইন্স এন্দ রিলিজন' কৌবা সেমিনার অমা পাঙথোকচদৌরি, ফোরেনগী পন্দিত, সাইন্টিস কয়াসু শরুক য়ারগদৌরি। মসিদা গুরুদেব ভুবনেশ্বর ঠাকুর য়াওগনি, অদুগা হোলি মাদরসু চে অমা পীবিদুনা শরুক যাবীনবা হায়জবা লাকপনি।"

"য়াম্মা ফবা ৱানি।" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই—"ঐ ইশানা য়াজরে। ঐগী টোপিক্তি করি মতাংদনো, হা ! ভগবানদাস ?"

"টোপিকমক্তি লেপচদ্রি, ইমাথোইগী অয়াবা হান্না লৌজবা লাকপনি।" ভগবানদাসনা নোল্লুক্লা খুম্মী।

"সাইন্সকী মরমদি ঐ খঙদেকো।" শ্রীমতী কুমারিকানা মখাতানা হায়রকই—"ধর্ম্মগসু থাদোক্লবা য়াদনা মরী লৈনরিবা মতাং অমদা ঙাংবা য়াগদ্রা ?"

"তাকপীয়ু ইমাথোই, মেন থিমগা চান্নববদি য়াই।"

"সুমদৌসি ভগবানদাস !" শ্রীমতী কুমারিকানা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই—"সহজিয়া কল্ট এন্দ কুমারীত্ব কল্ট ইন রিলিজন হায়বা হীরম অমা থম্বা য়াব্রা খন্নখো।"

নরেন্দ্র ঠাকুরনা তাপ ওক্তুনা খুম্মী—"য়াইনে, ইমাথোই, খৃষ্টান মিসিন্নরীগী নুন কয়াসু কুমারী কল্টকী মনুংদা কোনশিনবা য়াগনি। মদুদা ওইনা অয়িবা চে লাপ্লোকপীবো।"

"য়ারে য়াবে।" শ্রীমতী কুমারিকানা মখা তানা হায়রকই—"ঙসি য়াম্মা থাজদনা নদীয়াগী মহাপুরুষশিংনা তোল্লবী, করিসু খঙজদ্রবী ননাইগী মফমদা মমল য়াল্লবা শন্দেশ অমগা লোয়ননা লেঙবীরকপসি ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইজে, করিনা সেবা তৌসিবা !"

মীতেক মীরৌ খঙলবী যোগমায়ানা সৎ হেক্তা ৱামৈ ওকপা ওইনা শমথরদুনা ঙাংলকই, "মৈ চংদবা শঙ্গোম অহিংবদং ওইরবসু ফংবিখো, গোশালাদগী ননাই লৌজরুগে।"

"যারে য়ারে, মায়াদাসী !" ভুবনেশ্বর ঠাকুরনা মখুৎ থাংগৎলগা খাম্বা ওইনা হায়বকই, "ঐখোয় পুম্নমক অয়ুক্কী ভোজন লৌরকলে।"

"ননাই দেবদাসী ঐখোয়বু হঙ্গোইবীব্রা ?" চৌধুবানীনা নোৎশিলকই।

"নত্তে নত্তে, চৌধুরানী ! করিসু হঙ্গোইবা লৈতে।" নরেন্দ্র ঠাকুরনা শমথরদুনা হায়রকই, "অদুগা মায়াদাসী ! শঙ্গোম অহিংবা থকউ হায়দাই, পুরকওদনা।"

"ফনি, ননাই লৌজরুগে।"

যোগমায়া মপান থোকখ্রে ; একাভাবন তম্না চেনখ্রে।



"ইমাথোই !"

হরিদাস গোস্বামীনা মমাথোইবু কৌজরগা নোল্লুক্লা হায়রকই—"শন্দেশ ঙাইবা ওইনা ৱাফম খরদং হঙ্গৎচগে হায়ববু...?"

"চিংনবা লৈতনা খন্নসি, নৈনসি।" শ্রীমতী কুমারিকানা চিংলেম্না হায়রকই—"করি করম্বা ৱাক্মনো, হরিদাস ?"

হরিদাসনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই —"ঙাকপীগনি ইমাথোই ! মতম কুইনদগী চিংন্দুনা লৈজবকপা ৱাহং খরদং হংজবা তারে।"

"হায়য়ু তাসি।" শ্রীমতী কুমারিকানা তকশিল্লকই।

"ইমাথোই !" হরিদাসনা ঙাইহাক খল্লগা মখাতানা হায়রকই —"মহাপুরুষ কয়াগী মত মতুংইন্না শ্রীনদীয়া বিহারী অনী সুদে, অমত্তনি হায়নৈ মদুসু শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুত্তবু নন্দীয়া বিহারী ঙযবগা খঙনৈ হায়রি, ননাইগী গুরুদেবশিংনসু তাকপীখি। হোলি মাদবগী শ্রীনদীয়া বিহারী অসিনা করম্বনো হায়বা অসি খরদং খঙজনিংঙি। পন্দিত গঙ্গাদাস বাবাজিগী সুবধনী গঙ্গা পুরাণবুদি পাজরে। অদুবু...।"

শ্রীমতী কুমারিকানা হরিদাস গোস্বামীগী ৱাঙাং লোইফাৎত্রিঔদা তাপ ওক্তুনা মরক থৎলগা হায়রকই -"অদুবু য়ানিংদে নৎত্রদো ? যেংঙোই, হরিদাস ! হৌজিক্তি শ্রীনদীয়া বিহারী অহুমদুম সুবেদো।"

"ত্রিসরা ! অদুদি কনানিনা, হোলি মাদব ?"

"নদীয়াদা নঙগা মিং মান্নবা হরিদাস গোস্বামী কৌবসি তরাগী মথক্তা লৈব্রা খল্লি।" শ্রীমতী কুমারিকানা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই —"অদুনা, হরিদাস ! ঐগীসু মঙদা স্বয়ং ওইনা মঙফাওনখিবা শ্রীনদীয়া বিহারী অমা লৈখি। মদুবু নৌহৌনা নীরুপণ তৌরগা সুবধুনী গঙ্গা মন্দিবদা লাৎচবসিবু যাদব্রনে ? মহাপুরুষ খ্বাইসু পাউখুম পীবিয়ু।"

ভুবনেশ্বর ঠাকুরনা মবক খংথৎ থৎতুনা খুমলকই –"য়াইদা য়াইদা. কবি অমত্তা হেক্তা কায়দে। মণিপুর নিংথৌগী মচানুপী দেবপ্রিয়াগী মঙদসু শ্রীগোবিন্দনা শ্রীঅনুপ্রভু অমুক ওইরক্তুনা শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা লাৎখ্রিবনি।"

শ্রীমতী কুমারিকানা মতাং চানা নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই—"ননাইসু শ্রীধাম নবদ্বীপ ওংবীনি, লাইদা ওংবীদি ওইজদ্রিকো ! শ্রীমতী কুমাবিকা হায়বা ইমিং অসিনা ঐবু হেক চেন্থহল্লে, তৌবসু শ্রীমতী দেবদাসী ওইবা ঙম্নবদি হোৎনজরি। শ্রীনদীয়া বিহারীগী অথোইবী দাসী ওইজনিংঙি।"

"মদুদি লময়ৌরবা লাইনীং লম্বীনি।" নরেন্দ্র ঠাকুরনা শৌগৎতুনা হায়বকই—"ঙসিদগীদি ইবেম্মবু শ্রীমতী দেবদাসী হায়দুনা মিংথোল অমসু পীজবমলগে।"

"মিংথোল অদুসু ননাইনা তরাম্না লৌজরি।" শ্রীমতী কুমাবিকানা ঙাইহাক অমুক খল্লগা শমথবদুনা হায়রকই —"সহজিয়া কল্ট অসিমদি ননাইনা যাজনিংদে। মহাপুরুষশিংগী মায়য়োক্তা লেপচবদি ইতিক নচ্চদে, অদুবু য়ারগদি তোকপীবনা ফরোইদ্রা ?"

"মসিদি পবম্পরা অমনি।" হরিদাস গোস্বামীনা মতিং লৈনা হায়রকই —"কনানসু মুৎথৎপা য়ারোই ; সহজিয়া কল্ট হায়বা অসিতনা অথোইবা লাইনীং লম্বীনি। মসিবু মুৎথৎলবদি মীথাঙ মীরোন মুৎথৎলসি হায়বা ৱানি। কনানা ইবুংঙো ইবেম্মগী সেবা চৎপীগনি ; ইবুংঙো ইবেম্মসু সহজিয়া কল্ট মনুংদা লীলা কয়া শান্নখ্রিবনি। শ্রীমতীজীনা শন্দোকলিবা কুমারী কল্ট অসি অমরোমদদি মহাপাপনি, চাগোক শলাই মুৎথৎনবা লাইনীং লম্বীনি ; মুন্না খন্থবীয়ু, অদোমসু পন্দিতনি, পন্দিত অমগীসু মমোমনি। মহাপন্দিত গঙ্গাদাসজীসু সহজিয়া কল্ট চৎখি।

ইমাথোইবু মঙাল ওইনা ফংজখি। অদুনা ফাজিন্দুনা থমলিবা কুমারীশিংবু মনীং তমহল্লু, ব্রানাইদবী ওইনা হিংহনগনু ; মখোয়বু পুণ্য ফংহন্নবা সহজিয়া কল্ট শন্দোকপনা হেন্না মায়পাকদ্রা খঙ্গে। লাল্লবসু ঙাকপীগনি।"

শ্রীমতী কুমারিকাগী মনাক্তা ফমলিবী চৌধুরানীনা মথোং মরম খঙদনা ফ্রং লাউনা শাউগাৎলক্লুনা ঙাংলকই—"করি হায়বা হরিদাস ? ঐখোয়বু নখোয়দা ওংঙু হায়রিব্রো ? কুমারী কনাবুসু ঐখোয় মপী অহুম্না নমদুনা ফাজিনখিবা নত্তে ; মশা মশানা ব্রানাইদবী লাইনীংবী ওইনা হিংজনিংদুনা লাকচখিবনি।"

"ঙাইখোদা চৌধুরানী! ইংথখো ব্রাহে খোনফম কায়ফদে।" শ্রীমতী কুমারিকানা ইংনা তপ্পা হায়রকই—"ঐনা সহজিয়া কল্ট মুৎথৎনবা হোৎনগনি। কুমারী কল্টপু পাকশন্না শন্দোক্লবা থৌদাং লৌরিবনি। যূম্বাল পুন্সি অমসুং লাইনীং যুম্বাল—তোঙান তোঙান্না লৈহনবা পাম্মী। ঐগী পুন্সিমক্তা থোকখিবা সহজিয়া কল্টকী ব্রারী, অমুক হন্না থোকহননিংদে। তশেং তশেংলবা লাইনীং লম্বী অমদি য়াৎলমগে খল্লি। সহজিয়া কল্ট অমসুং কুমারী কল্ট অনীগী মরক্তা কবস্থনা ফবগে হায়বদো মীয়ামগী রাই লৌরগা লেপকন্দবনি।"

"ঙাকপীগনি, ইমাথোই!" চৌধুরানী মখা তাখিদ্রে।

"শ্রীধাম মায়াপুরদা পাঙথোক্কদৌরিবা মীফমদা ব্রাফম অদুমক খন্ন-নৈনবগী মতাং অমসু লাক্কদৌরে ; ঐনা হেক পামজবা হীরমসু ওইরে। মখা শাংথরগুমসি, হরিদাস !" শ্রীমতী কুমাবিকানা তেনশিনবা ওইনা শমথরকই—"তৌবতবু শ্রীমতী কুমারী দেবদাসীগী খৃৎপুনা সহজিয়া কল্টকী মায়য়োক্তা লান হৌরিবনি, লান হৌখিগনি ; ঐনা সহজিয়া কল্ট মুৎথৎকনি। মসি শ্রীমতী কুমারিকাগী ব্রাশকনি !"

"ইমাথোই !" হরিদাসনা (মপুক্লিংদা শাউনিংবা কয়া লৈরবসু) নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই—"নুপা নুপী ওইনা পোক্লবদি মহৌশা খৃৎশেম পথাপকী মতুং ইন্না রি-প্রদক্সন তৌবা তাবনি, লীকলম মুৎথৎপা য়াদে ; মহৌশা খৃৎশেমগী মনুংদা লৈরিবা উচেক ব্রায়া হৈ, লৈ, জীব পুম্নমক্ল পথাপ অসি ঙাক্তুনা চংথরকই ; মীওইবসু যূম্বাল পুন্সি চংদবা য়াদে, নুপা নুপী নাম্মতং ওইনা হিংঙু হায়বদি ধর্ম্ম খুদিংগী পাউজেলনা য়াদে।"

হরিদাস গোস্বামী নহা ওইরিবা লাইনীংবনি। মহাক্তি শ্রীধাম মায়াপুর চন্দ্রদোয় মন্দিরদা বিলোং তৌই। মশাগী চহী ৩০সুরে ; য়াম্না আশা তৌনিংঙাই ওইরিবা হিন্দু ধর্ম্মগী রিসার্চ স্কোলরনি। রাধে কল্টপু নাথৈরগা কৃষ্ণ কল্ট থিদুনা পাউতাক পাউজেল শন্দোকপদা অচৌবা থৌদাং লৌরিবা এক্টিভিষ্ট অমসুনি, এম.এ. ফিলোসোফরনি, দোক্টরেট ডিগ্রীসু ফংলবনি। মহাকপু খাই পুম্নমক্ল শীংথানৈ, ঙাংবা শকপা, ইবা খোৎপদসু মমিং চৎলি। মাগীসু সেবক শাখা কয়া লৈরক্লবনি। অদুনা কনাবুসু মহাক্ল উশিংতে, কিরুবসু লৈতে।

মহাক্ল ঙাংলিবা ব্রাঙাং-লৌশিননিংঙাই য়াম্না য়াওরি, শ্রীমতী কুমারিকাসু মুন্না তায়। চৌধুরানীদি মহাকপু য়ানিংদে। ফ্রং লাউনা শাউনিংলকই, ফরক ফুবা ওইনা নোৎশিল্লকই, "মিষ্টর গোস্বামী ! নঙদি কনাগা যুমবান্নদুনা সহজিয়া কল্ট শন্দোক্কে খল্লি ? নুতন বিষ্ণুপ্রিয়াবু নহাক্ল উদ্ধার তৌবীরোদনা নৎত্রগা মীরাদাসী পামব্রা ?"

"হি ! করি ব্রানোদা, অম্বিমা !" হরিদাসনা মমায় ঙাংলপ তৌরগা মখা শমথদুনা হায়রকই, "হিন্দু ধর্ম্মগী তত্ত্ব খরদং থমজবনি, ননাইদা এটেক তৌবীগনু। ঐদি ব্রহ্মচারী পন্দুপ লাম্থেক্লবনি, ঐনা সহজিয়া কল্টকী মতুংইন্না লুহোংগনি। কুমারী কল্ট মুৎথৎকনি।"

*শ্রীমতী কুমারিকানা য়াম্না চিংলেম্না হায়রকই—"ঐনসু সহজিয়া কল্ট মুথৎকনি। নহাক্স শিল্পিবা সেমিনার অদুদা ঐহাক য়াওদ্রবসু য়ারেদনা, ঐদি খংনবা পামজদে।"*

হরিদাস ফুক হৌগৎলি, শাউরংন্না হায়রকই—"ননাই চৎচরে।"

"এঃ নঙদি খংনবা হৌবা লাকলিবোইনা।" চৌধুরানীনা করেম্নরদুনা হায়রকই—"নঙনা ফোংনা লুহোংবদা ঐখোয়না থিংবা তৌদে। মদুদি ঐখোয়সু য়াই। তৌবতবু নহাক সহজিয়া কল্টতগী লাপ্না লৈখিবা তায়। নুপা নুপী পুন্না লাইনীংফমদা লৈমিন্নবা অদুদি ঐখোয়না য়ানিংদে। শ্রীমতী কুমারী দেবদাসীগী খুৎপুনা মদুগী মায়য়োক্তা প্রচার কয়া তৌদুনা ধর্মগী লড়াইদি চৎথবা তাবনি, হরিদাস!"

"চৎথবীয়ু, ননাইসু চৎথজগনি।" হরিদাস প্রপ প্রপ থোকখি।

"ইংথখোনে হরিদাস!" ভুবনেশ্বর ঠাকুরনা খান্না ওইনা হায়রকই—"অতো! নঙনা ঐখোয়বু হৌদুনা পুরকইসিদি চোপহন্নবা ওইরে; ইস! অহলথংদা ইকায়দা।"

"ঙাকপীগনি গুরুদেব! ননাই চৎচরে।"

হরিদাসনা অসি হায়রম্লগা হোলি চেম্বরগী থোঙজিল ময়া য়ৌশিনখ্রে। কুমারী যোগমায়াদাসীনা মখুৎতা শঙ্গোম অহিংবা চফু অমা পুরগা হোবে হোবে চেনশিল্লকই। থোঙজিল ময়াদা মবানী গোং হেক থেংগাইনৈ।

শঙ্গোম চফু লৈমায়দা পোপ তাখি; পুমকায় পুমতোয়; শঙ্গোম্ন পুমচায় চায়খ্রে। অয়ুক অঙনবগী মীফম—শঙ্গোম্না পুর্নাহুত্তি পীখ্রে। মহাপুরুষশিংসু হৌগৎলগা তুমিন তুমিন মপান থোকখি।

হরিদাস গোস্বামীনা চংনা চংনা নুংখন্নৈ (শ্রীমতী কুমারিকানা অচোংপা মশম থাদোক্তুনা ঐখোয়বু থমাইখ্রবা! ঐসু শম্ভুল থাদোকপসি উবা য়াদবনি। ওস্লোকইদা! ফৈ খঙগনি। মানুষ দেবতা অমা শ্রীনদীয়া বিহারী ওইনা শেমগৎপা তাই; অদুগা কুমারিকা আশ্রমদা মিসন থাজিনবা তাই। অদুগা, ঐসু মীরাদাসীবু হরণ তৌগেদো; ঐনা কুমারী কল্ট মুংথংকনি। শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী ময়াম অসিবু সুমহৎপা ঙমগদবা মানুষ দেবতা অমা শোয়দনা থাজিল্লগনি; মদুতনা অরায়বা পাম্বৈনি।)

হি! হরিদাস! নঙদি পৃক্লিং ফিরোল নাইবা লাইনীংবা ওইরেকো! নহাক নশামক্স শ্রীনদীয়া বিহারী ওইয়ুদনা।

হরিদাসকী মতুংদা ইন্নরক্লিবা মহাপুরুষশিং অদুগী মরক্তগী ভগবানদাসনা লাউরকই, "বাল ব্রহ্মচারী! ঙাইখোনে নঙবো!"

হরিদাস চপ লেপ্পী, মচীন্দা মুরুম মুরুম (নুংগী ব্রাখলদু) শোঞ্জে (লাকপা ওইসনু মানুষ দেবতা অমা! ঐনা কুমারী কল্ট মুংথংকনি। ইচে কাভেরীগী খুৎথাঙদা পাউ থারগা মীরাদাসীবু শ্রীমতী কুমারিকা আশ্রমদগী ইহান হান্না চিংথোক্লগা শ্রীমতী মিংথোল ফংহনগনি।)

"কৈদৌরে হরিদাস?" ভগবানদাসনা মখাতানা হংলকই—"নচীন্দা মুরুম মুরুম নঙবু হরিনাম শোল্লিব্রা?"

হরিদাসনা মখোন হৌরপ্না খুমলকই—"ঐনা কুমারী কল্ট মুংথক্কনি। ঐনা সহজিয়া কল্ট য়োকখৎকনি। থিরুগনি মানুষ দেবতা অমা!"

নরেন্দ্র ঠাকুরনা হংলকই—"মানুষ দেবতা হায়দি কনানিনা ? নঙনা হৃষীকেশতা থেংনরম্মী হায়বা জাদুগর অদুরা ?"

"অহোয়, মহাজাদুগর অদু কৌরুরগা সীতাগী আশ্রামদা মুণি রাবন থাজিনবদৌনা থাজিল্লবদি কুমারী কয়াবু মথং মথং হুদুনা পুথোরকপা ঙমগদ্রা নীংঙি।" হরিদাসনা ঙাইহাক খল্লগা অমুক হায়রকই—"মপী অহুম অসিবু হান্না মমু য়েথেকপা তাই, অতৈদি অরায়বনি।"

"রাধে রাধে!" অহল ওইরবা ভুবনেশ্বর ঠাকুরনা চপ লেপ্তুনা লৈহৌই, অদুগা হায়রকই, "বাল ব্রহ্মচারী ! পাপকী মশক ওইরবা নঙগী ব্রাখল অদু থুনমক নপূর্ক্লিংদগী তাম্লোকখো ! অদুঙৈ বৃন্দা (তুলসী) দেবীবু মাঙথোকল্লুবদে শ্রীবিষ্ণুসু নুঙ অমুবা ওনখিদো, হরিদাস ! শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী মপী অহুম অসে নুপী অচংবীনিকো।"

"ননাই খঙজে।" হরিদাসনা নাপলতৌনা খুমলকই—"অমুকসু হন্না হায়জরি, ননাইনা কুমারী কল্ট মুথংকনি।"

"হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ।" ভগবানদাসনা ভুবনেশ্বর ঠাকুরদা বিদাই পীবা ওইনা হায়রকই, "লৈবীহৌরে গুরুদেব। ননাইনা বাল ব্রহ্মচারী হরিদাসপু গ্যান তানবা থেমজিঞ্জগে।"

"রাধে রাধে ! য়ৌরো য়ৌরো।" ভুবনেশ্বর ঠাকুর লেপ্তুনা লৈহৌই, মপূর্ক্লিংদা অসুম্মা খনখি—"কুমারী কল্টসু অদুম লৈজসনু ! দেবদাসীশিংবু কনানসু মোৎলি হায়নদে। কুমারী দেবদাসী ওইনা হিংজসনু!"



কুমারীত্ব সাধনা !

শ্রীমতী কুমারিকানা শন্দোক্লিবা কুমারীত্ব সাধনা নৎত্রগা কুমারী কল্ট পাক শন্না খঙনরক্লে। মসিগী অফবা কয়া লৈ, ফত্তবসু। মীরোন মীথাঙ হন্থ্রক্লবগী মরম অমসু ওইদবা নত্তে। পুন্সি চুপ্পগী য়ুমনাইদবী ওইনা হিংবা তাবনি। মসিনা মখোয়গী অচেৎপা ব্রাশকনি ; ফিরেপসু। লুরিবদি ইন্দ্রি খুদুম চনবা হায়বা অসিনি। মীওইবগী লিচৎতা অপাম নুংশি অমদি লুমদিন ইহল (হিয়ুমেন সেক্স বিহেবিয়র) হায়বা অসি পোকপদগী লোয়নরক্লবনি। শাফু কল্লবা তুরেলগী ঈচেলবু মতম চুপ্পগী থিংগৎতুনা থম্বা হায়বা অসি ঙমদবা মতাংসু য়াওরকই। মতৌ অসুম্মা ঈতিন্নিংবা অমদি ঈতিনহননিংবা হায়রিবা ময়াইকাবা অসি নুপা নুপী খুদিংমক্তা লৈরিবনি। মসিবু পুন্সি চুপ্পগী খুদুম চনবা হায়বা অসি ঙমখিবা মী য়াওখিরম্বা য়াই। মদুসু চাম্মগী মনুংদা অমা, অনী মঙাই। থাজনিংঙাই ওইরক্তবা কয়াগী ব্রাথোক ব্রবী - কুমার নৎত্রগা কুমারীশিং অদুনা শিথ্রবা মতুংদা ফোঙদোক্লরকপসু য়াওখি। অদুনা কুমারী কল্ট হায়রিবা লাইনীং নৎত্রগা পুন্সি মরেল—তরাইনা লৌবা য়াদে, চংলুরগা হন্দোকপসু য়াবা নত্তে। অদু ওইদুনসু লায়চৎ অমদৌনা তৌরকলে, খ্বাইনসু পাম্লরকলে।

মসিদসু নত্তে, শ্রীমতী কুমারিকানা লাৎলিবা শ্রীনদীয়া বিহারীনা তীর্থ যাত্রিক সঙ্ঘ সঙ্ঘ চিংশিল্লকপা কুইরে। গৌড়ীয়া সম্প্রাদায়গী মহন্ত কাঙবুনদি মহাকপু চৈ থাংবা, শাউনবসু য়াওদবা নত্তে। শ্রীমতী কুমারিকাবু ধর্ম্মগী লালহৈবী অমনি হায়দুনা শৌগৎনবসু কোঙ্গায়নি।

চহী নৌরিবী কুমারী কয়া (মথোং মরম খণ্ডদনা) লাইমিং লৌবা হেঙ্গৎলকই। শ্রীমতী কুমারিকাগী থেমলোন হৈপ্রবী দাসী অমদি টেম্পল গাইদ কয়াসু লৈরকলে। মখোয় অদুনা নুমিৎ হেক খুদিংগী কুমারী অহুম মরিদি হেক্তা চেন্দুনা পুশিল্লকই। মফম কয়াদসু শন্দোকপা হৌরকলে।

ফৈ, মসিবু ফত্তে হেক হায়বসু য়াদ্রি। মতম অসিগী লায়চৎ ওইহ্রিবা সেক্স দিজিজদগী ঙাকথোক্লবা পাম্বে অমসু মওইরি। তৌবসু মীওইবগী সেবাদা মপুন্সি কৎথোক্লগে লেপথ্রবশিংগী মফমদদি মপাং নাইদবা পুন্সি হায়বা অসিনা খুরৌ চেন্দবা ওইহল্লি।



ঙসিসু থুংলরে।

তীর্থ যাত্রিক সঙ্ঘ সঙ্ঘ। নুপা নুপী অঙাং অহল কয়ানি। কাঙবু অমনা ট্রেন্দা লাকই। কাঙবু অমনা বসতা। কন্নানা চুম্লতগী কোয়বা লাকপনি। কন্নানা সোরাৎ (শ্রদ্ধ) শোনবা, ফিরোই কৎপা। কন্নানা 'চিন্তামণি' (লাইবক্কী শব্দ মচেৎ) নৎত্রগা সংস্কারগী উং পুবকই। সুরধুনী গঙ্গাদা লংথরবদি অফবা মপোক অমদা পোক্লবসু অরান খূভম ফংঙি- অসুম হায়না থাজনবি। কন্নানা মপা মপুগী 'নেমপ্লেট' নৎত্রগা শ্রীধর কৎপা, থেৎপা লাকই। মপা মপুগী মমিং মথা হুকলবা নুঙঙৌ নুঙপাক্তা, সাধু বৈষ্ণব অমদি ভক্তশিংগী মখোঙ মখোঙনা নেৎ-নেৎতুনা চৎথ্রবদি (মপা মপুনা হিংলিঙৈদা তৌবম্বা) পাপ কোকই হায়নৈ। কোকলম্বা য়াই। অদুগা লৈগী দোলাই তোংদুনা স্বর্গ কাখৎলি, অসুম হায়না হৌজিকসু থাজনরি। কারম্বা য়াই, কাখিদ্রবসু নীংশিং খুদম অমদি লৈহৌরেদনা! মসিনা মরু ওইবা পান্দমনি। মী মীগী থাজ-ব্রাখলনি ; লাল্লি হেক্ত হায়রবা য়াদে। হায়ফমসু থোক্তে।

মাগী মাগী পোক্লফম লমদমদা শিথ্রবসু শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা থব্রায় নোংকারোনগী মফম ওইখি হায়বদো উৎচনিংবা কোঙ্গায়সু য়াওদবা নত্তে। মাগী মাগী অনীংবা অপাম্বা পাঙথোকচবা কায়দে। তৌবতবু ইনাক খুনবা দানবীর লৈতবসু য়াদে। মখোয়না লাইশঙ মন্দির, সাধু বৈষ্ণব, পুজারী পুরোহিত অমদি চাককোই চাদুনা হিংলিবা লমজা শারা কয়াগী মফমদা মীৎনা উবা দেবদুত ওইহ্রিবনি। অদুনা লাইব্র - ইনাকখুনবা কয়া কয়া—ঙসিসু সঙ্ঘ সঙ্ঘ...!

তীর্থ যাত্রিক সঙ্ঘ অমা!

মণিপুরীয়া বৈষ্ণব বৈষ্ণবী সঙ্ঘ অমা, কুমারী মেংবীগী মমাঙদা লেপলরে। মেংবীনা ময়ামগী মফমদা মকোক নোন্না মখূৎ লোন্নরদুনা মচীন্দা নাম শোল্লি—"রাধে রাধে! শ্রীধাম নবদ্বীপ্পা তরাম্না ওকচরী। কুমারী মেংবী, মীরাদাসীনসু খ্বাই ময়াম্বু নোল্লক্লা খুরুমজরি।"

তীর্থ যাত্রিকশিং অদুসু খুরুম্মী—"রাধে রাধে, বৈষ্ণবী!"

মেংবীনা অমুকসু হঙ্গৎচৈ—"হরে কৃষ্ণ! হরে কৃষ্ণ! ইমা ইন্দোল, ইচে ইনেম, ইপা ইপল পুম্নমক! লমজিং লমতাক ওইজগে।তাকপিয়ু করি করম্বা লাইশঙ মন্দির লেঙবীগদবনো?"

"বৈষ্ণবী!" মাঙজিল থারিবা যাত্রিক অহল অমনা হায়রকই—"ঐখোয় শ্রীঅনুপ্রভুগীদা থুংজগে, ফিরোই অমা কৎচবা লাকপনি, অতে লাইফমসু দর্শন তৌজগনি, লম্বীসিবু কদোমদনো?"

খূৎপু অদু অহানবা ওইনা শ্রীধাম নবদ্বীপ লাকপনি। লম্মীৎ তুম্মীৎ খঙদ্রি। মীরাদাসীনা মসি খঙই। মহাক্তি পুম্নমক্কী টেম্পল গাইদনি। অমগীসু অমগীসু ফম্নবতা তৌই। মহাক শ্রীমতী কুমারিকাগী মনাইনি। অদু ওইদুনসু মখোয়গী লাইফমদা নমদুনা পুনবদি খক হোৎনদে। যাত্রিকশিংগী পূব্রিং থৌদোক থৌজিন তৌবদি য়াম্না হৈ। মহাক্না যাত্রিকশিং অদুগী মতৌ য়েংলগে খন্দুনা হায়রকই—"শ্রীনদীয়া বিহারীগী লাইশঙ মন্দিরদা কৎলবসু য়াইদা অদুবু ইকুংঙো মহাক্তি অমত্তনি, তাকচগে লম্বীসু, লাইফম য়ৌনবা লমজিংজগে দক্ষিনকা লৌজরোইদা।"

"বৈষ্ণবী!" মৌয়াই অমনা মেংবীদা অসুম্না কৌরগা নোল্লুক্না হায়রকই—"ননাই ঐখোয় শ্রীনদীয়া বিহারীসু দর্শন তৌজগনি। অহানবগী ওইনদি শ্রীঅনুপ্রভুগীদা উৎসব মচা অমত্তং কৎচগে হায়দুনা খঞ্জম্রে।"

"য়াইদা, য়াইদা।"কুমারী মেংবীনা নোকফেৎ তৌনা শমথরকই —"তৌবতবু শ্রীমতী কুমারিকাগী শ্রীনদীয়া বিহারীসু মমঙদা ফাওখিবা তোঙানবা অবতারগী মুর্তিনি। নৌহৌনা মমিং চৎলবা লাইফম অমা ওইরবনি, নুমিৎ খুদিংগী ভক্ত লিশীং লিশীংনা দশর্ন তৌবা লাক্লরি, হোলি মাদরগী পাউতাক ৱারী তারগা পূব্রিং লৌশিংসু ওইনরিবনি। অদুনা যাত্রিকশিংসু য়ৌশিনবীরম্মু হঙ্গৎচবনি।"

"শ্রীমতী কুমারিকাগী মতিক মগুণসু তাজে। মহাক্তি ইরমদমগী নিঙোলসুনি।" মাঙজিল থারিবা অদুনা মখাতানা হায়রকই —"হোলি মাদরগী দশর্নসু তৌজগনি, শ্রীনদীয়া বিহারীগী চরণদা ঙমজবা খুদোল খরসু কৎচগনি, অদুগা সোনার গৌরঙ্গা মন্দিরসু য়ৌজনিংঙি, নিমাই জন্মস্থানসু, শ্রীধাম মায়াপুরসু য়েংনিংঙি।"

কুমারী মেংবীনা মাগী যাত্রিক খরা ফংদৌরে খন্দুনা মোমোন তৌই। লাইনীংবা, লাইনীংবী খূৎপু অদুবু নীংথিজনা লমজিং লমতাক তৌবীগে হায়দুনা খল্লি। মখোয় অদুবু লায়না সুম্বা য়ারনি হায়বসু মহাক খঙই। লৌনম লাংথাক তৌগে হায়দুনদি খনদে। মহাক্তি ওম্বোক্না মবুকচেল শেংখ্রবীনি। মহাক্না দেবা-দেবী অমত্তবু হুল্লানবসু তৌদে। খ্বাই পুম্নমক্না শকখঙলবী টেম্পল গাইদনি। শ্রীগৌরাঙ্গ মঠশিংগী পুজারী অমদি বাবাজি পুম্নমক্না মহাকপু তরাম্না তৌনৈ। শ্রীধাম মায়াপুরদসু মহাক্না যাত্রিক কয়া পুরগা গাইদ ওইদুনা চৎলি। শ্রীমতী কাভেরী গোস্বামীনসু মাবু তেংবাংবী। লাইফম মন্দির তোঙান তোঙান লাৎনরবসু ঈশ্বরদি অমত্তনি, ৱাংঙুলোন অসিদা মহাক্না থাজে। তৌবতবু মহাক্তি শ্রীনদীয়া বিহারীগী মফমদা মীচং চৎলপ তৌই। মসিদি হৌনশানি, মহাকসু শ্রীনদীয়া বিহারীগী মনাইনি ; মফম অদুদা শাইদাংফমসু ওইরি। মহাক্না হোলি মাদর শ্রীমতী কুমারিকাগী মতিক মগুণ শন্দোকপদা অচৌবা থৌদাং লৌরি। মহাক্কা হেক থেংনবা তীর্থ যাত্রিকশিংবু শ্রীমতী কুমারিকাগী মনাক্তা পুশিন্নবা হোৎনৈ ; ঙম্নসু ঙম্মী। ফন্নমক নাস্তিকসু ওইসনু, মেংবীনা মেংথরকপদা মপূব্রিং ওনগনি, মতুংইন্দুনা লাক্কনি ; শ্রীনদীয়া বিহারী খুরুমগনি, দান তৌরমগনি। মসিনি কুমারী মেংবী, মীরা দাসীগী মতিক মগুণ।

খূৎপু অদুদা অহল লমনশিংগী মতুং ইঞ্জরকপী লৈশাবী অমা য়াওরি। মহাক্কী মপূব্রিং ইলাং লাংঙি। মেংবীগী মতুং ইন্দুনা শ্রীনদীয়া বিহারীগী মশাইগোন্দা হান্না চৎনিংলকই, ঙাইঙমদে, খৎ খৎ লাউনা হায়রকই—"ইচে ইচে! হো ইচে মেংবী! মীরাদাসী হায়দু ইচে ওইরে ; মিং তাজে। অহলশিংনা শ্রীঅনুপ্রভুগী গেষ্ট হাউষ্টা লৈরসু, ঐদিনে ইচেখোয়গী পেরেদাইজদা লৈনিকো, হোলি মাদর হায়বদো উনিংবা কুইরবনি, ঐসুনে নখোয়গী...।"

"ইনাওসু লাইমিং লৌনিংব্রা ?" কুমারী মেংবীনা লৈশাবী মচা অদুগী ৱাঙাং

লোইফাৎত্রিঙৈদা খংনোৎ নোৎশিন্দুনা হায়রকই—"তৌবসু ইবেম্মা ! মসিমুক পূক্লিং হকচাং নুংঙাইবা পুন্সি লৈরমদ্রে, অফা অপুনরবা যুন্সানবগী পুন্সি ! মাই মাই ...।"

"ননাওসু য়াম্না পামজে।" লৈশাবী অদুনা খুন্মী।

"ইনাওগী মিংদি করি কৌই ?" কুমারী মেংবীনা হংঙি।

"ইমোইনু থোল্লি ইমা ইপানা।"

"অং অং ! নহাক্তি ইমা ইবেম্মা ইমোইনুগুম্না চংখোন্না উই। নহাক হেক পোকপগা নখোয়গী ইমুং অদো লন য়াম্না চংলমগনি, চংদ্রনে ইমোইনু ?" কুমারী মেংবীনা ফেঞ্জিল্লকই, "নহাক্তি শোয়দনসু লনচেনবী ওইগনি, নঙগী হরাও তয়াম্বনা থল্লবা মায়থোংদা উজে।"

"হি ! ওম্থোক্লা চুম্না ফাওবীরেদা, বৈষ্ণবী !" খূৎপু অদুগী মাঙজিল থারিবা নুপা অদুনা হরাও নুংঙাইবা উৎতুনা শমথরকই—"ইচাসে মথন্তা পোকই, মহাক হেক পোকপগা ঐসু থবক মফম হায়গৎলি, মীনা হাৎখিবা শেন কয়াসু হেক্তা ওরো ওরো চেনশিল্লকই...।"

"ইচাসে লনচেনবীসু থোনজে।" মৌয়াই অদুনা মপূক্লিংদা নাপল কারপ তৌনা হায়রকই—"বৈষ্ণবীদি খূৎলৌ মায়লৌ য়েংবসু ওম্থোক্লা হৈবীরমলে, ওম্থোক্লা নুংঙাইজে, ঐখোয়গী লমজিং লমতাক ওইবীয়ুকো।"

"শোয়দনমক ওইজগে।" মেংবীনা তুবৎ খুন্মী।

"ইচে ইচে !" লনচেনবীনা মরক খংথৎ থৎলগা হায়রকই—"ঐদিনে মিং অনীমক্তো পামজদবনা, ইকায়জবনা কোনিকা হায়দুনা ওম্থোকচৈ, ইমোইনু লনচেনবী হায়বা অদুনা ইমুংগী মিংনি। স্কুল কোলেজদনা সলাম কোনিকা চনু কৌজে।"

"হৈ অঙাওবী ! ইরোলদা থোনবা মিংনা খ্বাইদগী ফজবনি। 'কোনিকা' হায়দিকো মফম লৈতবী নৎত্রগা ফমফম লৈতবী হায়বনিনে।" কুমারী মেংবীনা মোমোন তৌনা ফেঞ্জিল্লকই, "নঙনেকো... মমৈথংদা লুহোংফাল লৈরমদবসু কনানা খঙবা ! থোক্তবদি ওইসনু। হে নদীয়া বিহারী ! চমলবী ইনাও অসিবু কনবীয়ুকো !"

হৈদকো, হে কুমারী মেংবী ! নঙগী নমিংদি কৈদৌবৈ মীরাবাই কৌখ্রিবা ? নঙবু করি জাতিনো ? কনাগী মচা মশূনো ? কমদৌনা কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীগী মতুং ইন্দুনা লাকখ্রিবা ! নঙবু চৌধুরানীগী অরোৎপী মচানুপী নত্তবরা ? শ্রীমতী কুমারিকানা নঙবু মেংবী থোনখি। চহী কয়াগী মতুংসিদা মপুংমরৈ ফজনা ফারবী কুমারী মেংবী ! নশক্লা ফজরিবা, নতৌনা লৈরিবা। পাম্মুইদা, মীরাদাসী ! নহাকসু কুমারী কন্টতা অসুম্মক হিংলগে খল্লিব্রা ? লুহোংঙুনে, হরিদাস গোস্বামীদা !



"হি ঃ কিজরেদা !"

লনচেনবী কোনিকাগী মমানা মথবাক য়ৈজরগা হায়রকই—"অদুতদি থোকহনবীগনু ! হে অনুপ্রভু ! হে নদীয়া বিহারী !"

"ঐদি কৈসু কিবীদে ইমা।" কোনিকা লনচেনবীনা মোমোন তৌরগা ঙাংলকই—"ঐদি ইচে বৈষ্ণবীখোয়গী পুন্সি মরেল অসে ওহোক্লে পামজৈ। নোংমা 'বেঙ্গোল টু দে' কৌবা মেগাজিন্দা "Unmarried women and their single life"কৌবা আর্টিকল অমা থেংনখি, মদুদগী ঐসু মপাং নাইদবা পুন্সি অসি পামজখি। শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা লৈরিবী হোলি মাদরগী মতাংসু য়াওখি।"

"ব্বারেং অদো ঐসু পাখি।" কুমারী মেংবীনা শমথরদুনা হায়রকই —"ঐখোয়গী অমরজিৎনা ইখিবনি।"

"অমরজিৎ হায়দুবু কনানো, ইচে মেংবী ?" কোনিকানা য়াম্না খঙনিংনা হংলকই।

"রিপোর্টর জর্নেলিষ্টনি।" কুমারী মেংবীনা খুন্মী অমসুং হায়রকই —"হোলি মাদরগী মচানি, লমজা হাউসকী খুদোল অমনি।"

"হোলি মাদরগী মচা হায়দি ?" কোনিকাগী মমানা চিংনরপ তৌনা হংলকই—"কম্দৌনা ওইরিবনো ? হোলি মাদর শ্রীমতী কুমারিকাদি মপুন্সিগী য়ুমনাইদবীনি হায়না তাজৈ।"

"লুহোংদ্রবসু, য়ুমনাইদ্রবসু নুপীনা মচা পোকপা য়াই, য়াদ্রনে ইমা ? মেনকাসু কুন্তীসু লুহোংদনা মচা পোকখি।" কুমারী মেংবীনা লুরপ্না ব্বাহৌদোক অসি থমলগা মখা শমথরদুনা হায়রকই —"অদুবু হোলি মাদরদি ঐগীসু ইমানি, পুম্নমক্কী মমানি। মহাক্তি মালেম পৃথিবীগী শক্তম পুবীনি, মহাক্না লমজা কয়াবু মচা ওইনা য়োকচখি, শকনাইরবা, শকনাইরবী কয়াবু পুথোকখি, অমরজিৎ সেনগুপ্তসু ইমাথোই, হোলি মাদরগী অথোইবা মচা অমনি, দোক্তর অমসু পুথোকখ্রে, মাগী মমিংনা খুমন খোম্বা, দোক্তর খুমন খোম্বা।"

কোনিকাগী মমানা হায়রকই—"ঐদি ইপা হেক পাখৎলুই। ঙাকপীগনি বৈষ্ণবী !"

"ব্বারীসু য়াম্না নুংঙাইহরি।" কুমারী মেংবীনা মেংলপ তৌনা হায়রকই—"ইমা পাবুংগী মিং খঙজনিংঙি, খ্বাইগীসু শকতাকপীয়ু। ইজাতিগী তীর্থ যাত্রিক সঙ্গু অমা থেংনজবা অসে য়াম্না নুংঙাইজৈ, মহে য়াল্লবা নুমিৎ অমনি।"

"ইচাগুম্বী নহাকপু বৈষ্ণবী হায়দুনা অদুম কৌজগে।" কোনিকাগী মমানা কোথরদুনা হংলকই —"য়াইদনা ?"

"য়াইদা য়াইদা ইমা !" কুমারী মেংবীনা হায়রকই —"লমদম অসিদদি নহা অহল হায়বা লৈতে। চৎনবী ওইরবা মিংগৌনি। নচানসু ইমা হায়দুনা কৌজগে, তাকপীয়ু সুভনাম।"

"ইমাগী ইমিংনা কোম্বীরৈ কৌজৈ।" কোনিকাগী মমা কোম্বীরৈনা শমথরদুনা হায়রকই, "নঙ পাবুংগী মিংনা লমফেল কৌই, লৈফমসু লমফেল লৈকাই। নপাবুং ইবানীবু লমফেল কোম্বীরৈ পুংবা কৌনৈ।"

"লমফেল পাৎকী কোম্বীরৈ পুংবা!" কুমারী মেংবীনা ঙাইহাক খল্লগা মতৌ য়েংলগে খন্দুনা নোৎশিল্লকই—"ও ঃ লমফেল ইনাক খুনবা হায়বদো পাবুং ওইরেকো, মিং তাজৈ।"

লমফেল নুংঙাইজৈ, মেংবীগী ব্বাফম অদুদা থাজৈ, মপুক্লিংদা হেদৌ কাজৈ। মায়থোং মকা লাম্না হংলকই—"ইবেম্মা বৈষ্ণবী ! শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা ইপাগী মিং তাবকো ?"

"তাজৈ পাবুং !" কুমারী মেংবীনা নোৎশিৎলকই —"লম লমদগী তীর্থ যাত্রিক লিশীং লিশীং থেংনজখি, মাগী মাগী লৈকাইগী ধর্ম্ম লৈবা, দানবীর কয়াগী ব্বারী তৌরম্মী, মরক অদুদা লমফেল ইনাক খুনবা পাবুংগী মিংসু তাজহৌই।"

"হোয় হোয়, নহোয় পাবুংসু দান তৌগনবদা হায়নরিবনি।" কোম্বীরৈনা সৎ হেক্তা ফেঞ্জিল্লকই—"মাইস্নামগী তাইবুংঙো গুলাপখোয়সু শ্রীঅনুপ্রভুগীদা নেম প্লেট থেৎতুনা দান য়াম্না তৌরম্মী হায়না তাজে, তাদ্রনে মোইপাবুং ? ঐখোয়সু দান খরদি তৌরমসি, নেম প্লেটসু থেৎলমসিকো।"

লমফেল ইনাক খুনবা শ্বাই লাউই। মবেম্মা কোম্বীরৈনা হেন্না হেন্না হায়জিনখ্রে। মহাক্তি লিকপদা লমফেল ষষ্টি অকংবা খুল্লগা শীং ওইনা শিজিন্নরম্বনি। হৌজিক্তবু মচানুপীগী চক্রিন্দগী কুকিং গ্যাস লৈখিবনি। তিনশিনবা হৈবদা মমিং চৎলিবনি। মাদি খাইদোকপা হৈতবনি। মাগী নুপীগী ৱাফম অদু নাকোইনদুনা থমলগা হায়রকই—"আই এন এ ফ্রিদম ফাইটর ওইরম্বা ওজা নীলমনিগীসু নেম প্লেট কৎলম্মী হায়না তাখি।"

"লৈ লৈ, অনুপ্রভুগী মন্দির ফক্লাংদা থেৎলিবনি।" কুমারী মেংবীনা মতাং চানা নোৎশিল্লকই—"মচা মশৃশিংনা দান কয়াসু তৌরম্মী। অতৈসু কয়ানি, য়ুম্বী কৎপা, গেট কৎপা, শরিক কৎপা। দানবীরশিংগী মিংলেনশিং অদো অমর ওইদুনা লৈহৌরগদবনি, চুমদ্রনে, লমফেল পাবুং ?"

"চুম্মী চুম্মী, ইবেম্মা বৈষ্ণবী !" লমফেল ইনাক খুনবনা হায়বকই —"ঙসি, পাউচেগী ইদিটর ওইরম্বা তাইঙো কুঞ্জবিহারীবীগীসু লৈব্রনে ?"

"লৈবনি লৈবনি, পাবুং ! নচানা মফমশিং অদো খুদোম্বী থিন-থিন্দুনা তাকচগনি।" কুমারী মেংবীনা মখা তানা লৌ অমা থাংজিন্দুনা হায়রকই—"অদুগা পাবুং ! শ্রীধাম নবদ্বীপকী লাইশং মন্দিরশিংদা তৌরম্বা দানদি লেম্না মাঙদবনি, মমিং লৈহৌবনি। পাবুং ইনাক খুনবসু ঐখোয়গী আখড়াদা মশক নাইবা খুদোল অমদি তৌরম্বা য়াইকো, য়াদ্রনে ?"

"কৎসু ঙাইদনা।" লমফেল ইনাক খুনবনা মপৃক্লিং ওল্লকপগী মওংদা য়াম্না মতিং লৈনা হায়রকই—"ইপাদিনে, হিংলিঙৈদা ইপাগী নেম প্লেট অদু উজনিংঙি।"

"অদুদি লেঙলসি পাবুং !" কুমারী মেংবীনা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই —"পুপুগী ফিরোইদি শ্রীঅনুপ্রভুগীদা কৎপীয়ু। শ্রীনদীয়া বিহারীগীসু ঙমজবা খরদংদি কৎপীরম্মু হায়জবনি। পাবুংখোয়গুম্বা ইনাক খুনবা দানবীরগী মতেং নত্তনদি হোলি মাদরগী লমজা হাউস চলায়বা ঙমপোৎ নত্তে হায়জরিবা।"

"য়াম্না চুমখ্রবা ৱানি, ইচে বৈষ্ণবী !" কোনিকানা মরক থৎত্তুনা ঙাংলকই—"ঐবু ওইনা কৎখোকপীরম্মু হায়দুনা নীবিয়ুবা। ঐহাক্তি লৈহৌরগে হায়দুনা পুক্লিংদা চপ য়ুংনা লেপলবনি ; লৈজনিংদ্রে মনিগী লৈবাক্তা। মৈতৈনুপী কয়ানা মীরমদা ময়ুম পান্নরিবসে চুম্বসু লৈনে, ইচে।"

"হি ! করি ৱানোনে লনচেনবী।" মমাইবেম্মা কোম্বীরৈনা পাখৎতুনা হায়রকই—"নঙদি নথম্তা পোকপীনি, ইয়ুমদা অফবা ইয়া নুপা অমা য়াওং ইলহন্দুনা থমগে খল্লিবনি।"

"ইমা ! ঐদি য়ুম পাল্লোইকো, হায়বীরিসিনি।" কোনিকানা ইকায় ইকি থাদোক্তুনা হায়রকই —"মৈতৈ পাখণ্ড অয়াম্বদি এইদস পক্লবনি, চাম্মদা চাম্মা য়ৌদৌরবনি। ফাষ্ট তারবনিনে, মৈত্রবাক মণিপুর !"

"থিদা অঙাওবীসিদি। মীমাঙ পুমাংসিদা।" কোম্বীরৈনা মচাবু থেমজিনবা ওইনা হায়রকই, "ইকাইদ্রনে, নচে বৈষ্ণবীগী মমাঙসিদা। অদুম ঙাংবা হৌনব্রনে ?"

"ঙাংজসনু ইমা, অচুম্বা ৱানি।" কুমারী মেংবীনা ইংলপ্না মখা পায়থরদুনা ঙাংলকই, "হৌজিক মতমগী লাইরিক লাইসু নীংথিজনা হৈরবী নুপী কয়ানা শন্দোক্লনবা লায়না অসিবু

কিজবদগী য়ুমনাইদগী ওইনা হিংনিংবগী মরম অমসু ওইরকই। ঐখোয়গী শাইদাংকোন্দসু নোংম নোংমগী মশীং হেঙ্গৎলকই। হোলি মাদরগী য়োকচবী মচানুপী নর্স মেদোন কৌবী অমসু লৈ। মহাকসু ময়ুম পাল্লোয়, মপুন্সি চুপ্পা মীয়ামগী সেবাদা নর্স ওইদুনা হিংগনি হায়দুনা অচেৎপা ফিরেপ লৌখ্রে।"

"ইচে ইচে, ইচে মেংবী।" কোনিকানা খৎলি খৎলি মরক থৎতুনা ঙাংলকই—"ঐসুনে বি.এস.সি. নর্সিং তম্না লোইরে।"

মীতেক মীরৌ খঙলবী অমদি নুমিৎ খুদিংগী তীর্থ যাত্রিক মশীং খঙদনা থেংনরবী কুমারী মেংবীনা তেনশিনবা ওইনা হায়রকই—"লাকউ চংলসি, লনচেনবী!"

"মাঙঙে, মাঙঙে বৈষ্ণবী ! লৌশিং নৈতবী ননাওনি।" কোম্বীরৈনা খংপা পাখৎতুনা পাউমেঞ্জে—"পুবীখিনু ইচাবু।"

কুমারী মেংবীনা মেংলপ হায়রকই—"শ্রীধাম নবদ্বীপ মনুংদা চংলসি হায়জবনি। অদুগা লনচেনবী ! মুন্না খল্লবা মতুংদা পুন্সিগী ফিরেপ লৌবা চুমগনি, চংলুরবদি হন্দোকপা য়াদে ঐখোয়গী লাইনীং, মুন্না কুপ্পা খনখো।"

"ইচে মেংবী ! নঙসে ওম্ভোক্লসু মরু চংখ্রে।" কোনিকানা য়ানিংবা উৎলদুনা হায়রকই, "ওম্ভোক্লসু হৈখ্রে, নহাক্না ঐগুম্বী লৈশাবী কয়াবু নখোয়গী লাইনীংদা পুশিনখ্রে ?"

"নহাক্না থারবদি ...।" কুমারী মেংবী চপ লেপখি।

"য়ারে য়ারে, ঐবুসু মশীং থাজিনবীরো।" কোনিকানা হরাওবা উৎতুনা হায়রকই—"ঐসু কুমারী দেবদাসী ওইরগনি। চংলো ইচে মাঙ থাবীরো, লমজিংবীয়ু তীর্থ যাত্রিক ঐখোয়বু। তাকপীয়ু লম্মীৎ তুম্মীৎ। ঐদি লৈহৌরদৌনি, ফিরেপ হোংলরোই।"

লমফেল কোম্বীরৈ অনীদো মচানুপীগী মতৌদা পাখৎচৈ। করিনুংগী মচানুপী পুরকপনো খল্লি। মপুতোন মুনাললনা শোম্ভাংননা শোঞ্জে—"ওম্ভোকপা খোঙচংনি। তাচৌগী ফিরোই কংপা লাকপ্রা হায়ববু ইশ্ নুপী থাজবা লাকপা তাদনকো।"

"হোয়নে খুরাতোন !" লমফেলনা খুম্মী।

কুমারী মেংবী তায় অদুবু তাশিন্নদে। তীর্থ যাত্রিক খূৎপু অদুগী গাইদ ওইজবা ফংবদা নুংঙাইজখি। লাইফমদা পুশিল্লগে খল্লকই। লমফেল কোম্বীরৈনা মাঙজিল থারদুনা পুরকলিবা খূৎপু অদু মীওই তরাহুমদোইনি। অনলক্কী নম্বর ওইরিবী কোনিকা লনচেনবীদি য়াম্না হেক্তা মতু মমান খিংখ্রে। নম্বর ১৩ ওইবী কোনিকা ! শোয়রোইকো নঙ ! মীথেমলোন হৈরবী কুমারী মেংবীনি। মমাশবী অহুম্না ট্রেনীং ফজনা পীরগা থাদোরক্লবীনি। মহাক্কী লাংদগী কনাসু নাম্ভোকপা ঙমখিদে। কুমারী কোনিকাসু নাম্ভোকপা ঙমগদবা মানদ্রে।



"হে লনচেনবী !"

কুমারী মেংবী, মীরাদাসীনা কোনিকাবু নুংশিনা কৌরদুনা হায়রকই—"খোঙনাং বট মখোঙ ঙাকলিবী যোগমায়া খুরুম্মু। খ্বাই ময়ামসু শেন অচোয়বা খরদং এন্ট্রি ফি ওইনা

কৎপীরম্মু। লাইপুদো মহাময়াবীনি, মঙ-হাদা নৎত্রবসু স্বয়ং ওইনা মীথুংশঙদা ফাওরক্কনি, শাথিপ্ত্রবী ইমানি ; মখূৎতা থাঙশাংকাসু পায়বীনিদো। মতম অদুদি দিমান য়াম্না চাউরক্কনি।"

এ ঃ কুমারী যোগমায়ানা মাগী মী থাদোকই হায়বা অদুদি কুমারী মেংবী ওইরে। ময়াম পুম্নমক পাখৎনৈ, শেন অচৌইবা কৎতুনা মখূৎ লোন্নরগা খুরুমনৈ, য়াইফ থৌনিজৈ। নীদবসু য়াদবনি, হোজং ঙাকপীনি। মসি, পুম্নমক্ত থাজনৈ। লংফৈ চৎলমদাইদা, হৱাগাড়ী, এরোপ্লেন তোংলমদাইদা কলিমাই নৎত্রগা যোগমায়া খুরুমনৈ। লম অমদা থুংলুবা মতমদসু লম অদু কোল্লিবা লাই খুরুম্বা হায়বা অসি হিন্দুশিংগী চৎনবীনি, য়াইফবা খোঙচৎ ওইগনি হায়বগী থাজবসু লৈনরকই। থোইদোক্ত শ্রীধাম নবদ্বীপ বেলৱে ষ্টেসন ঙাকলিবী যোগমায়াদি চংচং হিংলিবীনি।

কোনিকানা যোগমায়াগী প্রণালী বোক্সতা লুপা তরাগী নোট অমা থাদরদুনা খুরুমলগা হংলকই—"ইচে মেংবী ! মহা মায়াবী লাইপু হায়দি কনানো ?"

"লাই - মায়া !" কুমারী মেংবীনা খুম্মী—"কুমারী যোগমায়াগী মরন্নাই লাৎচবা যোগমায়া নৎত্রগা কালিকানি। হৌরেন নুমিদাং খোমজিনবা থোরক্কনি।"

"মীনা হুখিরোইদ্রা, লাইপুসু শংদে।" কোম্বীরৈনা হংঙি।

"কনাগীসু মতিক নত্তে।" কুমারী মেংবীনা মখা তানা হায়রকই—"লাইফম চংবগী তীর্থ শেনখায়নি খনবীয়ু। এলাকা অসে যোগমায়ানা কোনবনি।"

কুমারীত্ব সাধনাদা লাইমিং লৌগদৌরবী কোনিকা লনচেনবীদি য়াম্না খঙনিংলকই, মশানসু তাবনি ; কোথরদুনা হংলকই—"ইচে মেংবী ! যোগমায়া হায়দি কনানো ? কুমারী দেবদাসী নখোয়গী খূৎলা ?"

"হোয়, হোলি মাদরগী ওয়থংবা পাম্বোমনি। মহাকসু মৈতৈনুপীনি, মতম অমগী মিস কংলৈপাক ! ঙসিদি ৱানাইখঙদবী ওইদুনা শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা ওংলবে ; য়াম্না মরু চংলবী দেবদাসীনি। থম্মোয় চাউবগী মতিক, ফত্তবা অরানবা তৌবশিংগী মফমদদি নোংখাঙলৈমনি, মায়ানি, যোগমায়া !"

"অদুগুম্বী ঈচংথৌবী নুপীদো থেংনজনিংঙি।" কোনিকানা মখা তানা হংলকই—"অদুগা ইচে মেংবী ! হোলি মাদরগী য়েৎ থংবা পাম্বোমদি ইচে নহাকলা ?"

"নত্তেদা, ঐদি চন্লবী দাসী মচানি।" কুমারী মেংবীনা মশাবু শম্পৎনা শকতাকচবা ওইনা হায়রকই—"ঐগী কনাসু লৈজদ্রবীনি, পদ্মা তুরেল মপানগী লমজানু, মতম অমগী নোংপোক পাকিস্থান হৌজিক্কী বাংলাদেশলোমদগী লান চেন্নকখিবীনি, ঐসু মৈতৈ নুপীনি, ইমাদো তুরেল মপান্দা মথৱায় থাখি, ঐবু পীশক পীক্ত হন্দোকলম্মী। চাকনি ফির্নিদুনা হৌরকই, নোংমা খঙহৌদনা কুমারী অম্বিকা চৌধুরানী থেংনখি, মহাক্ত ঐবু মচা ওইনা য়োকপীরকই। ইমা ইচা লমজা হাউস য়ৌরকখি। কুমারী অম্বিকা চৌধুরানী হোলি মাদরগী ছাত্রিনি ; হৌজিক্ত য়েৎথংবা পাম্বোম ওইদুনা কুমারী কন্ট শন্দোকপদা অচৌবা থৌদাং লৌরি। মহাক্তি রাজনীতি মৈদান্দসু মশক নাইবী ওইরুই, অঙকপী কলিকা অমনি।"

"ইচে মেংবী ! নখোয়গী শাইদাংকোন অদু য়াম্না নুংঙাইরমদৌ মাল্লিবো।" কোনিকা লনচেনবীনা মায়থোং মকা লাম্না হায়রকই—"অফাওবী নুপী ঙাক্তনিনে লৈরিদো।"

"হোয়, অদুম্না খনবসু য়াই।" কুমারী মেংবীনা মখা তানা ফেঞ্জিল্লকই —"লম লমগী মায়কৈ ঙাকপী ঙাকনি, ফত্তবদা হায়বা নত্তেকো, কৎথোক্লবী, থাদোক্লবী ঙাকনি। কুমারী তমুবী কৌবী চহী ৭০ মুক সুরবী অমসু নৌনা লৈররে। খ্বাইগী ইনেনি। কুচুসু মুসুক, মশকসু লময়ৌনা থিবজাৎনি, য়েংবদি নুংঙাই। মহাক্ল লৈকোন পান্নে, লমতু শেংদোক শেংজিন তৌই। মহাক্ল ইরোনবা কনাসু চান্নদে, হোলি মাদরদি কিরিসু হঙ্গৈইবা লৈতনা চাই। য়েংঙোই কোনিকা ! নুপীনা মশক য়ৌনা থিমল্লবসু শিৎকললি। ঐখোয়গী ইনে তমুবী, খুদম অমনি।"

"ঈ পাউ খরদং তাজবদা নুংঙাইজে।" কোনিকা লনচেনবীনা মখা তানা পাউ লৌবা ওইনা হংলকই —"অদো ইচে, হৌজিক হৌজিক নখোয়গী শাইদাংকোন্দা কুমারী কয়াদি লৈবে ?"

"নহাক থারবদি ১০৯ সুরনি।" কুমারী মেংবীনা খুম্মী।

মেংবী অমসুং কোনিকাগী ব্রাবী-ব্রাতাই অদু মমা মপা অমদি মখোয়গী লোইনবকলিবা শাগে নাতে, মবী মতাশিং লোয়না তায়, ব্রা ঙাংথোক্লদে ; মখোয়দা খুবৌ চেনবসু ওইবকলে। লাইফম চংশিনবসু য়াদদুনা লৈবে। কোনিকা লনচেনবীনা লৌরিবা ব্রা মচং -তরাইনা খনবা য়াদে। মহাক্কী মখোঙ নাম্মা থাংজিনবা হৌশ্রে হায়বা য়ারে। ময়াম্না চিংনজে। মমা মপা অনীনসু মরক থৎপা ঙমদ্রে, তিঙক মায়ঙকনরে। কাঙবু অমদি মনাকোং হোৎতুনা খাঙনবে।

"করি করি জাৎনো ?" কোনিকানা খঙনিংনা হংলকই।

কুমাবী মেংবীসু চোকথবা নাইদে। মাগীদি শিনফমনি। হোলি মাদরগী অনৌবী চেকলানি। কুমারী কল্টকী পাউজেল শন্দোক্তুনা মী খোপচিনবনা মাগী মকওইবা থৌদাংনি। নোকমি নোকমি তৌরদুনা কোনিকাগী পাউখুম পীরকই —"শ্রীমতী কুমাবী লমজা হাউস হায়বা অসিদি জাৎতি পুম্নমক্কীনি, শকচুগী খেন্নবা থমদে ; কুমারী হায়বা অসিনা জাৎনি। মপূংদা মপী মঙানা থবক পুরি ; মৈতৈনুপী মরিনি, বাঙ্গালী নুপী অমা, মচা মনাই ঐখোয় ময়াম মরক্তসু জাৎ মান্নদবা, লোন মান্নদবা, শকচু খেন্নবা কয়ানা পুনশিল্লগা শেমগ্রবা খৃৎপুনি।"

"মপী অহুমগী মশক মমিংদি খঙলে।" কোনিকানা হায়বকই অমসুং হংলকই —"মপী অনীদি কনা কনানো ?"

"অমনা কাছারদগী কুমারী দোক্তর গীতাবলী। মহাক্ল লমজা স্কুল পুরি।" কুমারী মেংবীনা শমথরদুনা হায়বকই —"মপী অমনা একাবলী, ত্রিপুরাদগী মৈতৈনুপীনি, মহাক্ল গেষ্ট হাউস পুরি। মচা মনাইশিংগী মরক্তা মক চংবীসু য়াম্না য়াওরিদা। নুপী অচংবী অমত্তংগা খোপচিনগে হায়দুনা হোনরি, শোয়দনসু ঙমগনি খল্লি।"

"ঐবুরো ইচে ?" কোনিকানা হাথু হাথু হায়রকই —"ঐবুদি ইশানা য়াজরে। ঙসিমক কুমারী কল্টতা লাইমিং লৌদুনা মিং চল্লগনি, ঐসু শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা ওৎলগনি।"

"হা ! করি হায়বা লনচেনবী ?" কোম্বীরৈনা মচাগী খঙহৌদনা হোংলকলিবা মতৌ অদুদা পাখৎতুনা হংলকই অমসুং হায়রকই —"নঙবু শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা ওংলগনি হায়বা !"

"পাখৎপীরক্নু ইমা !" কুমারী মেংবীনা শেংদোকপা ওইনা হায়রকই—"শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা খুন্দাদুনা লৈবী কুমারীশিংবু শ্রীধাম নবদ্বীপ ওংবী হায়রগসু খঙনৈ ; তৌবসু অহল লমনগী অয়াবা য়াওদ্রবদি ঐখোয়গী লাইমিং লৌবসু য়াদে, মশানা চেঞ্জরকপা অদুনা তোঙানবনি।"

"চেল্লকপীসু য়াওব্রনে ইচে ?" কোনিকানা হংঙি।

"মঙা তরুক য়াওরি।" কুমারী মেংবীনা খুশ্মী অমসুং হায়রকই —"অমবু ওইবে লেঙশিল্লসি, নুমিৎসে আ য়ৌগ্রে। নঙগী নতৌদা অহল লমনশিং পাখৎনবে। তৌবুদি যাত্রিকশিংনা হংবা ব্রাহংগী পাউখুম পীবা হায়বা অসি টেম্পল গাইদ ঐখোয়গী ইথৌনি। ঐসু ব্রা য়াম্না ঙাংখ্রে। ইমা, ইন্দোল, ইপা ইপল পুম্নমক ! তোল্লবী ননাইবু ঙাকপীয়ু । ইবেম্মা লনচেবী ! নহাকসু তরেৎ তবা থোক্রা খনখো। ঐখোয়গী লাইমিং লৌখ্রবদি পামদ্রেকা হায়দুনা চেপ্লোকপা য়াপোৎ নত্তে, লুবনিকো, য়ুমনাইদনা পুন্সি লেনবা, পূক্রিং হকচাং খুদম চনবগী যোগ চংঙি। খনখো, লনচেনবী। অম্বিমাগা যোগিমাগা অনীগী মরক্তগী চেপ্লোক্রবা উপায়সু লৈরোই।"

"হোয় হোয় ইচে!" কেননিকানা নোকফেৎ তৌনা হাযরকই—"লমজিংবীবো ঐখোয়বু মতম খরা খনখিগে।"

লমফেল কোম্বীবৈ নে তাবে। শ্বর শাংনা শাংনা হোন্দোকচে। কোম্বীবৈনা হাযবকই, "লেঙশিল্লসি বৈষ্ণবী!"

"বাধে রাধে!"

কুমাবী মেংবীনা খ্বাই মযামদা নোল্লুকপা উৎতুনা মখূৎ অনী লোন্নজে, লুকক্রা অমুকসু খুরুমলগা হায়রকই —"শ্ৰীকৃষ্ণ ফংগে, খঙগে হাযরবদি শ্ৰীমতী রাধিকা হান্না মশক খঙবা তাবনি। তীর্থ যাত্রিক পুম্নমকসু শোনবীয়ু, রাধে রাধে! জয় রাধে কৃষ্ণ!"

কুমাবী মেংবী মীবাদাসীনা তীর্থ যাত্রিক খূৎপু অদুগী মাঙজিল থারদুনা ষ্টেসন বোড় লাপ্লোকখ্রে — মরী মবী পরেং পরেং হোজং লম্বীদা চংশিনবা হৌখ্রে।



"নুংশিদকো, হে শ্রীধাম নবদ্বীপ!"

লমফেল কোম্বীরৈ অনীগী মতুং ইগুরকপা মণিপুরীয়া বৈষ্ণব অহল অমনা লৈমায়দা মখূৎ শোক্লগা লাইবক কৎনা কৎনা হায়জৈ —"হে প্রভু! চহী কল্প অমা, দর্শন অমুক্তং তৌজগে হায়দুনা নীংজরকপনি, ঙসিদি ইচা ইমৌ অনীগী মপান্দগী ফংজরে, পোকপগী মহৈ য়াঞ্জরে।"

অহল অসি লমফেলগী মখুরানি, মুনাল কৌই; সলাম মুনাল সিংহ। লমফেলনসু মপা শক্র নাওকোঞ্জে। অহল অসিনা মচা মমৌ অনীবু থাগৎচবা য়াই। তীর্থ স্নান নৎত্রগা দর্শন তৌবা হায়বা অসি নীংবগা হেক্তা ফংবা ঙমদে। লমফেল কোম্বীরৈ নুংঙাইজৈ, মপূক্রিং হেদৌ কাজে।

"খ্বাই ময়ামসু অহল ইবুংঙোগী মতুং ইন্দুনা পুণ্যভূমি অসিদা লাইবক কৎপীয়ু।" মীরা দাসীনা হায়বকই—"লেঙশিল্লসি চুমদ্রিং, সোনার নবদ্বীপকী সিমানা হৌরবনি, মাঙদা উরিবা লম্বী অচৌবা অসি মপূৎদা মণিপুর রোড হায়রগসু খঙনৈ, মনুংদসু মণিপুর রোড লৈ।"

যাত্রিক খূৎপু অদু পুণ্যভূমিদা লাইবক কৎনৈ।

"শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা মণিপুর রোড!" লনচেনবীনা মথন্তা শোঞ্জে অদুগা কুমারী মেংবীদা হংলকই—"ইচে দাসী! কমদৌনা মফম অসিদা মমিং অদু থোনখ্রিবনো? শ্ৰীধাম নবদ্বীপকী মরমদসু খরদং তাকপীয়ু।"

"শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা মণিপুর রোড! থোইনা ওকনিংঙাই ওইদে।" মীরাদাসীনা টেম্পল গাইদ অমগী তৌফম থোকপা মথৌ অমা ওইনা শমথরদুনা হায়রকই —"লনচেনবী! অদুগা খ্বাই ময়ামসু তবীয়ু। লম্বী অসিগী মমিং অতৈসু য়াম্না লৈ, ষঠীতালা, শান্তিলতা নৎত্রগা ভারক পাড়া রোড হায়দুনসু খঙনরম্মী। হান্নগী মমিং মুৎখ্রে। মমৈথংদা মণিপুর রাজবাড়ী অমদি মণিপুর ঘাট তাবা লম্বীনি হায়দুনা মণিপুর রোড় হায়না খঙনখিবনি। রিক্সো বালাশিংনা, মখোয়গী যাত্রিকশিং পুশিনবদা নুংঙাইনবা নমথোন থোনখিবনি। শ্রীধাম নবদ্বীপ পৌরসভাগী মানচিত্রগী মতুং ইন্না মণিপুর রোড অসি খুল মনুংদা য়েকলি। অমবু ওইরে, লম্বী নম্বর টু অসি থায়নওৈদগী হৌরদুনা মণিপুরী মৈতৈশিংগী য়াম্না মকওইবা হোজং লম্বী অমা ওইরকই। জাতি অসিগী ওইনা চাউথোকচনিংঙাইনি। মতম পুম্নগী ওইনা 'মণিপুর বোড' হায়দুনা খঙনগ্রসনু!

অদুগা লনচেনবী! শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা মণিপুরী মৈতৈগী খুঙ্খোক-খুন্দা ৱাবী লৈ; চাউরবা ফিন্দা অমসু কনবীরম্মী। মদুগী তৌবিমল মীবোন কয়াদগী মণিপুরী মৈতৈশিংনা উৎতুনা লাকই, উৎতুনসু লৈহৌরগনি। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র অমসুং মজাইবেম্মা বীমাবতী (শিজ লাইওংবী) লোয়ননা মনাই মশল কয়ানা সুবধুনী গঙ্গা মপান্দা খুন্দাদুনা লাই নীংলম্মী। গঙ্গা মপানগী লাইনীংফম হিদেন — বাজাব ঘাট (বাজা ঘাট) হায়দুনা খঙনখি। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মমিং লৌবগা থোনখিবনি। কাইনথংদা, 'মণিপুর ঘাট' হায়দুনা খঙনরকখি। ঘাট অদুদগী খবা চংশিল্লগা শ্রীঅনুপ্রভু (মতুংইনবা প্রভু)গী মন্দির লৈ। শিজ লাইওংবীনা লাৎচবম্বনি। শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌখিবা থৈবোং পাম্বী অদুগী তরুকসুবা মকক্স মুর্তি অসি শাখিবনি। মজাইবেম্মগী মমঙদা শ্রীগোবিন্দনা অমুকসু মঙফাওনখি হায়নৈ। মীবোল কয়াদগী থাজনদুনা লৈবকলি।

শ্রীগোবিন্দগী কুচুনা নিম মচুনি। শ্রীঅনুপ্রভুগী কুচুনা রাধাকুচুনি; শ্রীশ্রী গৌবচন্দ্রগী তোঙানবা শকলোন অমনি। মতম অদুদা পানখিবা শ্রীধাম নবদ্বীপকী নিংথৌ গীরিশচন্দ্র বাই বাহাদুরনা শ্রীঅনুপ্রভুবু শকখঙবীখি, দিঘা মপলগী লম পীরম্মী; মতেং কয়াসু পাংবীরম্মী। শ্রীঅনুপ্রভু মণিপুরী মৈতৈশিংতগী লাই নত্তে; বাঙ্গালী হিন্দু অমদি অতৈ হিন্দুশিংসু দশর্ন তৌবা লাক্লরি। কর্ত্তা শাগেগী নিংথৌমচা মশৃশিংনা পাথাং পুথাং নাইদুনা সেবা তৌরকলি। শ্রীঅনুপ্রভুনা লৈরিবা এলাকা-মণিপুরী রাজবাড়ী হায়বগা খঙনরি। হৌজিক্তি নতুন মণিপুর রাজবাড়ী হায়বা লম মচেৎ অমা শেৎতোকখ্রে; ইসকন্দা য়োম্বোক্তুনা শ্রীগোপালদেব মন্দির হায়বা অমা লীংলবে। শ্রীঅনুপ্রভুগী মখাবোমদা খরা চৎথরগা 'মণিপুর সোনার মন্দির (মহারানী ধনমঞ্জুরী আশ্রম) লৈ। মসিসু ট্রুষ্ট অমদা শিন্নখ্রে, মণিপুরী মৈতৈগী ওইদ্রে।

অমবু ওইরবসু শ্রীঅনুপ্রভুনা মণিপুরী মৈতে কয়াবু খুৎলাম তোযনা তোয়না কৌরি। হে তীর্থ যাত্রিকশিং! মণিপুর রোডতা লেংশিল্লসি।"

কুমারী মেংবী, মীরাদাসীনা মাঙ থারদুনা তীর্থ যাত্রিক খুৎপু অদু (খোঙনাং বট মখোঙদগী) ষ্টেসন রোড লাম্বোবকলে। লম্বী নম্বর টু, মণিপুর রোডতা মমাঙ পাংনা চংশিনখ্রে। ময়াম্না মাগী মতুং ইঙে।

মীরাদাসীনা লম্বীগী মখারোম থংবা চিদাইদা মখুৎ থিল্লদুনা অমুকসু হায়রকই —"হে তীর্থ যাত্রিকশিং! মফম অসিদগী লাই খুরুম্বা হৌবা য়ারে। খোঙনাংবট অমদি সনাখোঙনাং পাম্বী অনীগী কারক্তা লৈরিবা মন্দির মচা অহুম অসি য়েংবীয়ু। লোকনাথ মন্দির, শিব মন্দির অমদি হনুমান মন্দির। খোঙঙাকপা, লম্বীঙাকপা লাইশিংবু হান্না খুরুম্বীয়ু, শেন অচোইবা খরদং কংপীরম্মু। প্রণালী উপুগী মখুন্দা হে লৈদি থাদবীরুনু; অকক্লবা শেনখায় লৈতে; উশিন্নদনা

চৎপীখিনু। থোঙ-ঙাকপগী অয়াবা য়াওদনা খুল মনুং চংশিনবা নুংঙাইরোই। নুঙগী মুর্তি ওইরিবা লাইশিংনদি করিসু হায়রোই, লাইপুদো শাথিবীনি ; মাগী মী থাদোক্তুনা থম্মীসু হায়নৈ, এন্ট্রি ফি যৌবা, মুনবা লাকপা য়াই। লাইপুদো মহাদেব ওংবীনি ; কালিকা অমনি। যোগমায়াগী গেট লাম্বোরকলবসু, কালিকা গেট নাথৈদুনা চৎপা য়াবা নত্তে। হেক্তা উরমগনি। শেন কৎপদা পাম্মুবীরুনু। পুণ্য ফংগনি শোয়দনা।"

মীরাদাসীনা প্রপ প্রপ চংশিন্দুনা অম্বিকা গেটকী লাই অহুম খুরুম্মী। মহাক্তি প্রণালী উপুদা শেন থাদদে, মখূৎ অনীদং লোম্নে, মমীৎ নাম্ম উইশিল্লি অদুগা মচীন্দা (ময়াম তানবা) হায়জে—"হে লোকনাথ, হে মহাদেব, হে হনুমানজী ! ইনৌ নৌনা লাকচরিবা যাত্রিকশিংবু থৌজানবীয়ুকো, ফত্ত-নুংদা থোকহনবীগনু।"

কুমারী মেংবীগী মতুং ইন্দুনা খ্বাই ময়ামসু খুরুমনৈ। প্রণালী উপু অহুমমক্তা শেন অচোইবা থাদনৈ। মরৈ মরা চাউবা অমত্তা য়াওদ্রে, ঙম্নমক 'এন্ট্রি ফি' কৎনখ্রে। লাইমাঙদগী মখোয় থোরকলে, চুমদ্রিং অমুক চংশিল্লকলে। লম্বী ৱাবী কয়ানি। মেংবীনা কোইথোক্না লমজিংলি।

"ইচে ইচে ! মীরা দাসী !" কোনিকানা য়াম্না খঙনিংনা হংলকই—"লাইশিং অসিগী লাইপুদি কনা কনানো ?"

কুমারী মেংবী মীরাদাসীনা খুম্মী—"বাঙ্গালী নিঙোল অমনা লাৎপনি। মপা মপুগী লাইনি ! মহাকপু মহাদেব ওংবী কৌনৈ।"

কোনিকানা ফাক ফাক নোল্লগা হায়রকই—"মহাদেব ওংবী ! নঙদি কনাদা ওংঙি, ইচে ?"

"নোক্লনু, লনচেনবী !" কুমারী মেংবীনা খরা হর্কচিন্না হায়বকই—"পান্দম লৈতনা লাই নীংবা য়াদে। নিবাকাববু নুংমীৎতা চিংশিন্দুনা নীংবা য়াদে, ইহাং হাংঙি, ৱাখল চোইজাইনৈ ; পুক্রিং ফাজিনবা ঙমদে। মরম অদুনা হিন্দু লাইনীংদা মুর্তি পুথোরকই। লাইনীংবা লাইনীংবীশিংনা দেবা-দেবী কয়াবু তোঙান তোঙানবা মওংদা নীংজৈ, নীংফমসু থোকই ; মদু নৎত্রবদি নিরীভানা ফংদে। কনানা মহাদেববু নৎত্রবসু শ্রীকৃষ্ণবু মচা ওইনা নীংজৈ, কনা অমনা, মপুরোইবা ওইনা নীংজরম্বসু য়াই। মজাইবেম্মা বীমাবতীনা শ্রীগোবিন্দবু মপুরোইবা ওইনা নীংজখি, মীরাবাইসু শ্রীকৃষ্ণদা ওংজখি। অতৈসু কয়ানি।"

"সোবী ! ঙাকপীগনি ইচে !" কোনিকানা মখা তানা হায়রকই—"ননাওসু অনৌবা লৌশিং কয়া ফংজরে।"

"নঙদি কনাদা ওংগে খল্লি ?" কুমারী মেংবীনা ফাগী ওইনা নোৎশিল্লকই—"হায়য়ুনে কোনিকা ! দোক্তর, ইঞ্জিনিয়ার ?"

"অদুবুবো...।" কোনিকানা নোকফেৎ তৌরগা ৱাথৈদুনা হংলকই—"অতৈ লায়রিদা ইচে ! মহাদেব ওংবী অদুগী মমিং করি কৌই ?"

"মিস চৌধুরানী !" কুমারী মেংবীনা মখাতানা হায়রকই—"কুমারী অম্বিকা চৌধুরী ! মন্দির অহুম্মক মহাক্কীনি। অসুম্না হিংবা তাই ; লাইফম অসিদা, মীয়ামগী সেবা তৌবা হায়বা অসি শেন চংঙি। অম্বিমা (অম্বিকা মা) পুকচেল চাউবীনি। মরনাইগী শেন তানশিনবা নত্তে। মহাকসু লমজা য়োকপীনি।"

"অদো ইচে নঙদি...?" কোনিকানা লৈতোন চিকলপ তৌই, ৱাহৈ মখাতাখিদ্রে। মতাংসু ফংখিদ্রে।

মপুবোক মুনালনা মরক খংথৎ থৎনা মেংবীদা হংলকই—"ইবেম্মা বৈষ্ণবী! শ্রীঅনুপ্রভুগী মন্দির অদুবু কয়াম লাপ্পগে।"

"অহল ইবুংঙো! খোঙনা লেংবসিবু ৱাব্রনে?" কুমারী মেংবীনা ৱাহং অসি থমলগা মখা তানা হায়বকই—"থোইনা নকপসু নত্তে, য়াম্না লাপ্পী হায়বসু য়াদে। রিক্সো নৎত্রগা ভান কৌজৌ হায়ব্রা?"

"খোঙনা অসুম চৎসিদা, খুরাতোন!" লমফেলনা মখা তারকই—"লম্মীৎ তুম্মীৎ খঙবা হেনগনি, চুমদ্রব্রনে, বৈষ্ণবী?"

মুনালনা ওক্তুনা খুম্মী —"ইপা ৱাদে ৱাদে। চুম্নতা হংবনি। ইশাদুম কনখৎলে, প্রভুগী থৌজাল ফংলব্রা খল্লি।"

"শোযদনমক ফংগনি, অহল ইবুংঙো।" মেংবীনা খুদোংচাবা লৌবা ওইনা শমথরকই, "থাজবা হায়বা অসি ঈশ্বরনি! থাজবা লৈত্রবদি লাই লৈতে, ভুটসু লৈতে। থাজবনা অথোইবা লাইনীং লম্বীনি। মসিনি, ঐখোয়গী হোলি মাদরগী পাউজেলসু। লমজা য়োকপসু ঈশ্বরগী সেবানি।"

"চুম্মী চুম্মী, বৈষ্ণবী।" মুনাল বৈষ্ণবনা হায়রকই—"পুণ্যভুমি অসিদা ঐখোয়গী ঈশ্বব লৈরি হায়দুনা থাজে, অদুনবু লাকচবনি।"

"ঐখোয়গী ঈশ্বব হায়দি, কনানো পুতোন!" কোনিকানা মপুদা হঙ্গৎচৈ।

"শ্রীশ্রী নারোত্তমদাসকী অবতাব, মণিপুরদা পোকখি।" সলাম মুনাল বৈষ্ণবনা খুম্মী।

"অদুনা অমুক হেন্না খঙখিদ্রেদা, পুতোন।" কোনিকানা মথন্তা শোঙ্গে।

"লনচেনবী!" কুমারী মেংবীনা হায়রকই—"ইচে খঙই, পুতোনগী পাখোং; মতম ফংলবদি ইচে ৱারী লীগে।"

"ইচে ইচে!" কোনিকা লনচেনবীনা হান্নগুম্না খৎখৎ লাউনা হায়রকই—"নদীয়াবু করিগী শ্রীধাম নবদ্বীপ কৌখ্রিবা, মদুগী ৱারীদো মকোক্তগী লীযুবা; ননাওদি য়াম্না তাজনিংঙি। য়াম্নসু খঙজনিংঙি; লৈহৌবগেসু খল্লি।"

কুমারী মেংবী মোমোননৈ, হোয় মাই হায়দে। ঙাইহাক লৈরগা খোঞ্জেল মেংলপ্পা লাউরকই—"জয় শ্রীধাম নবদ্বীপ! জয় শ্রীনদীয়া বিহারী! জয় সুরধুনী গঙ্গা!"

খ্বাই ময়াম্না খুম্মী—"জয় শ্রীধাম নবদ্বীপ!"



শ্রীধাম নবদ্বীপ!

গৌড়ীয়া বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎপা হিন্দুশিংগী য়াম্না মরু ওইরবা তীর্থ স্থান অমনি। থোইদোক্না, মণিপুরী মৈতৈশিংগীসু শেংলবা লাইফম অমা ওইরি। অসুক্কী মতিক অচেৎপা থাজবা নৎত্রগা থাজনরবা ৱাফম কয়াসু লৈরি। শ্রীশ্রী নরোত্তমদাসকী থৱায় য়াওদ্রবা হকচাংনা (গঙ্গা মপান্দা

সংস্কার তৌদ্রিঙৈদা) ফুক হৌগৎতুনা নোংপোক পাংনা চৎখি, শ্বাই মাঙখি হায়নরি। মাগী থব্রায়না মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা ওইনা লাংওন তৌখিবনি হায়দুনা থাজনৈ। ওইরম্বা য়াই, ওইরমদবসু য়াই ; চীম্বাঙ ব্রারীনি। মতিক মগুণ লৈরবা, লাইনীং পরৈসু চেৎলবা মৈতৈগী নিংথৌরেল, রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র হায়বা মিংথোল ফংখি। থাজনিংঙাই ওইরবা ব্রারীসু লৈরি। শ্রীশ্রী নরোত্তম ঠাকুরগী শ্মসান ঘাট (পোৎলোইফম) অদুদা রাজর্ষিসু সংস্কার তৌখি হায়নৈ। হৌজিকসু থাজনরি। রাজর্ষি অসিনা হৌদোক্লম্বা গৌড়ীয়া ধর্ম্ম—মৈত্রবাক মণিপুরগী লৈহাওদা মরা তাশিন্দুনা লৈহৌবি ; পাক হেক্তা মরু ফুক্তোকপা য়ারোই ! অসুক্কী মতিক হকচিন্না থাজখ্রবনি। শ্রীশ্রী চৈতন্য মহাপ্রভুগী গৌড়ীয়া ধর্ম্মদা থাজরবা, লু-তোংদা চুশিনখ্রবা মণিপুরীয়া (মপানগী মীওইনা কৌনবা মিংগৌ) বৈষ্ণব কয়া কয়া নুমিৎ খুদিংগী নিমাই জন্মস্থান্দা থুংলরি।

ঙসিসু, কুমারী মেংবীনা তীর্থ যাত্রিক সঙ্গু অমা পুশিন্দুনা চংশিনখ্রে। মরম অদুনা, মীরাদাসীদা অমুক হন্না চীন্থাং শিন্নজরি। মঙোন্দগী অমুক তাবিরসি। মীরাদাসী ! নঙ ব্রা ঙাংঙু ; তাহল্লু নঙগী যাত্রিকশিংদা।

"হে তীর্থ যাত্রিকশিং ! মীবাদাসীনা হঙ্গৎচবি। নোংচুপ বঙ্গগী নদীয়া জিলাদা লৈরিবা তীর্থ স্থান ; শ্রীধাম নবদ্বীপ অসিগী পুৱারী অমসুং লম্মীৎলোন পৌরপ্পা খঙজিনবা চুমগনি। মতুংদসু য়াম্না কান্নবক্কনি।

'নবদ্বীপ' হায়বদি দ্বীপ (ঈথৎ) মাপল হাযবনি। সহর মচা অসিগী মায়কৈ মরিমক্তা, ভগীরথী গঙ্গাগী তোঙান-তোঙানবা মশা মরেংশিং অমদি অমনবা তুরেল খোঙ্নুংশিংনা পুমকোয় হেক কোয়শিল্লম্মী, হৌজিক্তি মতৎ মতৎলে। থেককোই-নাকোইনরবী ভগীরথী গঙ্গাগী নোংপোক থংবা তোবর্বানলোমদা দ্বীপ মরি লৈখ্রি। মখোয়শিং অদুদি, অন্তর্দ্বীপ (শ্রীধাম মায়াপুর), সীমন্তদ্বীপ (সিমুলিয়া), গোদ্রুমদ্বীপ (গোগিছা), মধ্যদ্বীপ (মাজদিয়া)। নোংচুপ থংবা তোবর্বানলোমদসু দ্বীপ মঙা লৈখ্রি—কোলদ্বীপ (শ্রীধাম নবদ্বীপ), শ্রীরিতুদ্বীপ (রাতুপুর নৎত্রগা রামপুর), জাহ্নুদ্বীপ (জন্নগর), মোদদ্রুমদ্বীপ (মামগছ) রুদ্রদ্বীপ (রুদ্রপাড়া) মখোয়শিং অসিনি। নদীয়া জিলা অসিবু মপৃংদা নবদ্বীপ, নবদ্বীপধাম নৎত্রগা শ্রীধাম নবদ্বীপ হায়দুনা খঙনরকই। নদীয়া হায়রগা নবদ্বীপ অসিতবু ওইনা খঙনরম্মী। হৌজিক্তা নদীয়া জিলাগী মরু ওইবা সহর মচা অমা ওইখ্রে। শ্রীধাম নবদ্বীপ অসিমক লোকসভা অমদি বিধান সাভা মীখলগী কেন্দ্র অমা ওইবে। অয়াম্বা মতমদা সি পি আই (এম) মীরেপ্পুনা মীখলদা মায় পাকখি। কুমারী অম্বিকা চৌধুরীসু কেন্দ্র অসিদগী মীখলদা মায়পাক্তুনা এম পি ওইরুরে। মথংদা অমুক তুখি। হৌজিক্কা লমজা হাউসতা !

শ্রীধাম নবদ্বীপকী লোকেসন — অব্রাং লেটিচুদ ২৩°২৫' নি, নোংপোক লোংগিচুদনা ৮৮°১৫'নি। সহর শেমগৎ শাগৎপগী মপৃং ওইবা থবক অমদি অতৈ অতৈ কয়াসু, নবদ্বীপ পৌরসভানা তৌরি। অশাবা লমনি, নিংথম থাদসু কা-হেন্না ইংদে। মসিগী পাক চাউবা বর্গ কিলোমিটর য়ামদে, চপ চাবা মশীংদি ননাই দাসীনা চিনফা পুজরক্ত্রে। খুন্দারিবা মীগী মশীং, লাখ অমুক্তনি। ঙাংনরিবা লোন বাঙ্গালী, হিন্দী অমসুং মণিপুরী (মৈতৈলোন) অহুম অসিনা মপৃংনি, ইংলিসতি থোয়না মরু ওইদ্রি। মৈতৈ য়াম্না খুন্দারি, চাইনা চাইনা। অয়াম্বা জাতিনা মৈতৈলোন খঙই, অনৌবা যাত্রিকশিংগা পাউ ফাওনৈ। বাঙ্গালী অমসুং মৈতৈ চারৌ মৌরৌনৈ ; য়াম্না নকশিন্নৈ, লাইনীং লম্বীদসু। মতেং পাংনৈ, হীরম কয়াদসু। অতৈ অতৈসু অদুমঙাই ; নুংঙাইরবা পুণ্যধামনি। 'শ্রীধাম নবদ্বীপ' কৌখিবগী পুৱারী লৈরি।"

"ইচে ইচে! মদুসু লীবিয়ু।" লনচেনবীনা নোৎশিল্লকই।

"তাবীয়ু ব্বারী লীজগে।" মীরাদাসীনা মখা তানা হায়রকই —"লমদম অসিদা হিন্দু, মুসলিম, শিখ ইশায়-নুংশি চান্ননা লৈমিন্নে। কাঙলুপকী ইরাং থোকপা তৌদে। থায়না ইতিহাসকী ব্বানা তোঙানবনি। নবদ্বীপ অসি বঙ্গদেশ অপুনবগী কোনুং ওইরম্মী। সেন শাগৈগী মমিং চৎলবা লক্ষন সেননা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্মী। ইং কুমজা ১২০২ দা মুহম্মদ বখতিয়া খিলজিনা নবদ্বীপ অসি খুদুম চনখি – লক্ষনসেনবু তাঞ্ছোকখি। মতৌ অসুম্না বঙ্গদেশতা মুসলিমগী লৈঙাক সাসন হৌরকখি। লোয়নননা আদি হিন্দু ধর্ম্মসু মরায় চায়থরকখি। লুটপাট, মীহাৎ মীপুন, নুপী ফাদোক-ফাজিন, নমজা নমথেক অসিনচিংবা থৌদোক কয়া থোকখি। চাউরাক্ল চহী ২০০ রোম তংদু লৈতাখিদে। মুসলিম লৈঙাকপশিংনা মথং মথং পাল্লকই। লমদম অসিগী বাঙ্গালী জমিন্দরশিংসু টর্কিজ লৈঙাকপশিংগী তেংমাইদা লেপলম্মী ; লৌমী শিম্মী কয়াবু ওৎ নৈবীরম্মী। কবি অমসুং পন্দিতশিং চারা হেনবগী থাক্তা লৈরম্মী। হিন্দু লাইনীংবা কয়াসু থুপ্না লৈজখি। লৈবাক প্রজা পুম্নমক অসুক্কী মতিক অব্বাবা থাক্তা লৈরম্মী। মখোয়বু কনবীনবা শ্রীহরিবু নীংজখি।"

কোনিকা লনচেনবী নুংঙাইজে, মথন্তা পেঞ্জে —"ইচে বৈষ্ণবী নুংশিবী ! নঙগা থেংনবা অসি লাইবক ফৈ।"

"হি ! ইচাসিদি ঙাওদৌরিনা।" কোম্বীরৈনা অসুম শোঞ্জরগা মীরাদাসীদা হঙ্গৎচৈ, "বৈষ্ণবী ব্বারী মখা চৎথবীয়ু।"

"হে তীর্থ যাত্রিকশিং ! মীরাদাসীনা থৌগলজগে। তাবীয়ু, নবদ্বীপ মহিমা !

মতমগী খোঙলৈ অঙকপনি। শ্রীহট্ট জিলাদগী শ্রীজগন্নাথ মিশ্র অমসুং মাগী লোয়নবী শচীরানী লাকই ; নবদ্বীপ্তা খুন্দারে। মখোয় অনীনা মথং মথং মচানুপী নিপাল পোকখি। অদুবু, ঈশ্বরগী নোংদম্না অমত্তা ফাওবা হিংখিদে। মখোয় অনী অব্বাবগী ঙমখৈ লৈখিদে। শ্রীমধুসুদনগী চরণদা অতৎ অখম লৈতনা প্রর্থনা তৌজখি। মচ নুপা অমা অহানবা ওইনা ফংজখি। অঙাং অদুবু 'বিশ্বরূপ' (তাইবংগী মশক) হায়দুনা মমিং থোল্লি। জগন্নাথ মিশ্র অমদি শচীরানী নুংঙাইজখি।

শকাব্দ ১৪০৬ হৌরকলে। বিশ্বরূপসু পুংকক চাউরকলে। নোংমা, জগন্নাথ মিশ্রগী মঙদা য়াম্না নীংখিজরবা মঙাল অমা তপ্না তপ্না পাইরক্লগা মাগী হকচাং মনুংদা চংখি। মহাক মীৎকপ খংথোক থোকখি। মিৎকুপ অদুদা, মহাক কামগী ময়াই কারকখি। শচীরানী হৌদোক্লুনা মমঙ তমজখি। শচীরানীসু মফম খঙহৌদনা কামগী ইনোৎ হৌরকলে। মালেম পৃথিবী মিলন ওইগ্রে ! জগন্নাথ মিশ্রগী মঙাল অদো, শচীরানীগী গ্রর্ভদা চংশিনখ্রে। শচীদেবী ঙকচানখি। মাগী গর্ভদা কনাগুম্না মহাপুরুষ অমা জন্ম ওইরবা য়াই হায়না খনখি। অঙকপা মতৌনি, মঙালগা লোয়নননা মরু হুনখিবা অঙাং অদু থা ১৩ মীরোনখি। মশীং ১৩ অসি হিন্দুগীদি অফবা নম্বরনি। ননাই দাসীনা হায়জবা নত্তে ; লাই গুরুগী য়াব্বানি।

ইং কুমজা ১৪৮৬ (শকাব্দ ১৪০৭) মার্চথাগী তাং ১৪ ফাল্গুন (লমতা) পুর্ণিমা, চন্দ্রগ্রহ তৌরিঙৈ, য়ুমশকৈশ নুমিৎকী য়াচংবা মতমদা শচীদেবীগী গর্ভদগী অঙাং অমা পোকখি। মতম অদুদা মীয়ামগী হরিধবনিগী খোঞ্জেলনা মায়কৈ খুদিংদা, গঙ্গা মপান্দা নীল্লম্মী-হৱাও জগোই শাদুনা গঙ্গাদা চোংথনখি। হরিনাম সঙ্কীর্ত্তন্দা অঙাং অদুগী পুন্সি হৌখি। রূপ গুণ চংখোল্লবা অঙাং অদু শ্রীভগবাননা শচীদেবীগী মচা ওইনা অবতার তৌবনি হায়দুনা থাজনখি। মসিবু ইংগ্রেজি লোন্দা Human form of God's incarnation হায়রগা খঙনৈ। 'বঙ্গদেশতা

ব্রহ্মননা নিংথৌ ওইরগনি' হায়নবা ৱাফম অমা লৈরম্মী। লৈবাক মীয়াম্না শচীদেবীগী মচানুপা অসিগী হাক্তক্তা অচুম্বা ওইরগনি হায়দুনা থাজনখি।

শচীদেবীগী ইতোন-তোনবা মচানুপা অসি হুম হুম চাউখৎলকই। মমা ইবেম্মনা, মচবু য়াম্না নুংশিনা 'নিমাই' কৌজে। নিম পাম্বী মখোঙদা শাবা ৱাঙ্গোনশঙদা পোকই- নিমাই কৌজবনি। (হৌজিকসু নিম পাম্বী অনী হৌরি, অমনা প্রাচিন মায়াপুরদা অমনা শ্রীধাম মায়াপুরগী চিদাইদা ৱাঙ্গোনশঙগী নমুনা শাদুনা থম্মী। মনুংদা মুর্তি শাদুনা লাৎলি- শ্রীজগন্নাথ মিশ্র, শচীরানীগী তম্পাক্তা অঙাংওইরিবা নিমাই।) নিমাইবু পন্দিতশিংনা নামকরনগী মতমদা 'বিশ্বম্ভর' (জগৎকী মপু) থোল্লে। নিমাই অসি পান্দা বাধাগী কুচুনি, নুংদা কৃষ্ণ লোৎপনি হায়নৈ। মরম অদুনা নিমাইবু গৌরচন্দ্র (অঙৌবা থাজ) নৎত্রগা গৌরাঙ্গ হায়দুনসু মিংগৌনৈ।

নিমাই অসি অঙং ওইরিঙৈদা, য়াম্না মওং চাদনা ঙাওরকই। লোযননা মাগী বুদ্ধি লৌশিং য়াম্না থৌরম্মী, তাবগা খঙবনা হাল্লি। মাবু লাইরিক তম্বীরিবা পন্দিতশিং ঙক্লখি। মহাকসু পন্দিত ওইরকই --'নিমাই পন্দিত' হায়দুনা ভারতবর্ষগী মফম কয়াদ' মমিং চৎখিরম্মী। নাপল চাওরবা পন্দিত কয়া, মাগা ৱায়েংনবা লাকখি। মহাক্না পন্দিত কয়াবু মমু য়ৈথেকখিরম্মী। মহাক্না মশাগী ওইবা টোল (বিদ্যালয়) লীংখৎতুনা শিম্যা কয়াসু পুথোকলম্মী।

নিমাই পন্দিতপু শ্রীকৃষ্ণগী শ্বয়ং অবতারনি হাযবদো হেন্না হেন্না ময়েক শেংলকখি। ধর্ম্মনা লৈখা তাববা মতমদা শ্রীভগবাননা অমুক অমুক অবতার তৌবৈ, ফত্তবা কয়াবু মাঙহল্লি হায়দুনা থাজনবকই। মহাক্না মফম খুদিংদা কোয়চৎ চৎতুনা হরিনাম শক-শোন্দুনা নদীয়াবাসী কয়াবু মীৎকপ থোকহনখি। মতৌ অদুদা মামা ইবেম্মা শচীরানী পাখৎচৈ। মাগী মচানুপা অহল বিশ্বরূপ- চহী য়াম্না নৌনা সংসার ত্যাগ তৌরগা সন্ন্যাসী ওইখ্রবনি। মতৌ অসুম্না মচানুপা নিমাইসু ময়াম্বগী মতৌগুম্না চৎখিগদ্রা হায়বগী চিংনজখি। মরম অসিদ্গী, নিমাইবু (নিমাইসু খোইদাজরবী) লক্ষ্মীপ্রিয়া কৌবী মশক মতৌ ফজরবী, বাসি গুণ চংখোল্লবী নুপীমচা অমগা লুহোংবীখি। লক্ষ্মীপ্রিয়া অসি মগুণ লৈবরা বল্লভাচার্য্য কৌবা ব্রহ্মন অমগী মচানুপীনি।

নিমাই অমসুং লক্ষ্মীপ্রিয়া কুইনা যুম্নান্নখিদে। লুহোংলবা মতুংদা, নিমাইনা মাগী শিষ্যা খরগা লোয়নবদুনা মাগী পারী পূবীগী হৌবফম ওইরিবা শ্রীহট্ট জিল্লাদা কোয়বা চৎলুই। মহাক্না চৎখ্রিঙৈদা লক্ষ্মীপ্রিয়া লীননা চিক্লুনা শিখি। মহাক্না হল্লকপদা মহাক্কী নুংশিজবী শিগ্রে হায়বা খঙলে। মমা ইবেম্মা শচীরানীনা কপ-লাউরদুনা পাউ তমখি। নিমাই পন্দিত অৱাবা শকলোন উৎখিদে। মমাবু থেমজিন্দুনা হায়খি --"মমা মপা, মতু মচা হায়বর্সিদ তাইবং মায়ানি। কনাসু কনাগী করিসু নত্তে, বাবাসু নোঙ্গাশ্রেদনা... কপকনু ইমা!"

মতম খরা লৈরগা শ্রীসনাতন আচার্য্যগী মচা ইবেম্মা বিষ্ণুপ্রিয়াগা নিমাইগা অমুক হন্না লুহোংলে। অনৌবা যুম্বল পুন্সি হৌরকলে। বিষ্ণুপ্রিয়াসু থোইদোক হেন্দোক্না চংখোনবী অমদি লময়ৌনা ফজরবী নুপীনি। মহাক্না মপুরোইবগী সেবা য়াম্না নীংথিজনা তৌজখি। নিমাইনসু মাগী অনীসুবী নুপীবু অসুক্কী মতিক নুংশিনা লোয়নজাখি। মনাইনুপীগী সেবাদা মহাক্না পেন্দবা অমত্তা লৈখিদে। মপুরোইবনা পামজবা (হরিনাম প্রচার) তৌবদা বিষ্ণুপ্রিয়ানা অয়েৎপা অমত্তা পীখিদে। মমাইবেম্মা শচীরানীগী চিংনবসু খরমখোদ কোকখিরম্মী।

চৈরক অদুদা, নিমাইনা মাগী শিম্যা কয়াগা লোয়নরদুনা গায়াদা মপাবুংগী পিণ্ড কৎপা চৎলুই। মফম অদুদগী ঈশ্বরপুরী কৌবা সাধু অমদগী কৃষ্ণনাম দীক্ষা লৌবগা নবদ্বীপ্তা অমুক হল্লকলে। নিমাই ঙাওখৎলকই, রাধা ভাপ্তা ঙাওরকলে। নদীয়াগী লম্বেল খুদিংদা

শ্রীহরি-সঙ্কীর্ত্তন তৌরদুনা শ্রীহরিনাম প্রচার হৌরকলে। মখুৎ অনী, পাম্বোম বাংনা থাংগৎতুনা জগোই শারগা হরিনাম শক-শোন্দুনা কোইচৎ চৎলি, মতুংদা মাগী শিষ্যা অমদি ভক্ত কয়া কয়াসু মতুং ইল্লম্মী।

নোংমদি, নিত্যাইনন্দাগা নিমাইগা থেংনৈ। শ্রীনিত্যাইনন্দ অসি একচাকা খুঙ্গংদা লৈবা পন্দিত হাড়াইগী মচানুপানি। মহাক অসি মপোক অমদা কৃষ্ণগী ময়াম্বা বলদেব ওইনা পোকলম্মী হায়দুনা থাজনখি। গৌর লীলা য়াওনবগীদমক অমুক হন্না গৌরদেশতা অবতার তৌরবনি। নিমাই অমসুং নিত্যাইনন্দা নুংদা পাউ ফাউনখি। মচীন মনাও অমদি চান্নরবা মরূপ ওইনা লোয়নরদুনা হরিনাম শন্দোকমিন্নরকই। মখোয় অনীবু 'গৌর-নিত্যাই' মচীন মনাও হায়দুনা খঙনরকলে। মখোয় অনীনা মতম অদুগী নদীয়াদা কিন্নরবা ডাকু মচীন মনাও জগাই অমসুং মধাইবু নমথখি, হরিভক্ত ওইহনখি। মতুংদা, মতম অদুগী মুসলিম লৈঙাকপা শিরাদৌলা চাদঁ কাজীবুসু নমথখি, হরি সঙ্কীর্ত্তন চৎপদা অথিংবা লৈখিদ্রে। নিমাই পন্দিত, গৌরচন্দ্রবু নবদ্বীপকী নিংথৌনি হায়দুনা খন্নখি। মীচম লাখ লাখ, মাগী ভক্ত ওইদুনা মতুং ইল্লকলে। মীপুম খুদিংগী থম্মোয়বু মহাক্না জয় তৌখি। বঙ্গদেশতা ব্রহ্মননা নিংথৌ ওইরগনি হায়বা লাইপাউ চুমলকখি। মহাক নিংথৌনি, থম্মোয় খুদিংমক্কী নিংথৌনি, নিংথৌ!

মতৌ অসুম্না, মুসলিমনা লৈঙাকখ্রবা বঙ্গদেশতা মরু ওইনা, নবদ্বীপ্তা, শ্রীগৌবচন্দ্রনা হিন্দু ধর্ম্ম হিংগৎহনখি। শক-চু খেন্নবা, মীওই খুদিংমক ঈশ্বরগী মফমদদি চপ মান্নে হায়বা অসি শ্রীগৌরচন্দ্রনা শন্দোকলম্মী। মাগী মতম অসিবু ভারতকী ইতিহাসতা 'ভক্তি লালহৌ' নৎত্রগা 'ভক্তি য়াওন' হায়না খঙনখি। মহাকপু নদীয়াবাসীশিংনা অসুক্কী মতিক নুংশিরম্মী, লাইনি হায়দুনা খন্নরকই। মহাকপু য়াদবা অমত্তা লৈরমদে। মহাকপু মানুষ দেবতা অমনি হায়বদো পূম্লনক্না য়ান্নখি।

মমৈথংদা, শ্রীগৌরচন্দ্র, নিমাই পন্দিতনা মাগী নৌজরিবী বিষ্ণুপ্রিয়া অমদি মমা ইবেম্মা থাদোক্লুনা চৎখি। অহিংদা লোন্না গঙ্গা লানখি। ঘাট্ট অদু মমৈথংদা, শচীরানীনা 'নিদায়া ঘাট' (মীনুংশি খঙদবা ঘাট) কৌখি। হৌজিকসু লৈরি, তীর্থ স্থান অমা ওইরি, ভক্ত কয়ানা নুমিৎ খুদিংগী স্নান তৌনরি।

নিমাই পন্দিত, মুর্শিদাবাদ জিলাগী চিদাইদা থুংখি। মফম অদুদা মশম কোকখি। মাগী শম কোকফম অদুবু 'কতোৱা' হায়দুনা মমিং চৎলবা মফম অমা ওইহৌরি। নিমাইনা কেশব ভবতী কৌবা পন্দিত অমদগী সন্ন্যাস লৌদুনা নাম ফংখি। নুমিৎ অদুদগী নিমাই পন্দিত, শ্রীগৌরচন্দ্র (গৌরাঙ্গ) কৌরম্বা মানুষ দেৱতা অদু 'শ্রীকৃষ্ণচৈতৈন্য মহাপ্রভু' হায়দুনা খঙনখ্রে। কেশব ভারতীনা নাম পীবনি। অনৌবা মিংথোল অসিগা লোয়ননা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা জগৎতা লৈরিবা মীওইবশিংগী মফমদা কৃষ্ণনাম য়েম্থোক্নবা কোয়চৎ চৎখ্রে। শ্রীধাম বৃন্দবনগী মায়কৈ পাংখি। মতুংদা নীলাচলদা চৎখি। পুরীগী জগন্নথ মন্দির মনুংদা চংখি। মহাক অদুম থোরকখিদ্রে। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুগী নোংকাবোন অঙকপা অমা ওইহৌরি। পুরীদা লাৎলিবা জগৎবন্ধুগী মুর্ত্তিদা মহাক মশামক মঙাল ওল্লগা তিনখি হায়দুনা থাজনরি। থাজবা অদুনা, মহাকপু ঈশ্বর অমা ওইহনখি।

শ্রীনিমাই পন্দিত, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভু পোকখিবা লমদম অসি হান্নদি, নদীয়া হায়রগা পৌরপ্না খঙনরম্মী। নদীয়া অসি হিন্দুশিংগী শেংলবা তীর্থস্থান অমা ওইরকই। হৌজিক হৌজিকসু অয়ুক নুংথিল নুমিদাং পুং ২৪ হরিনাম প্রচারতনা মায়কৈ খুদিংদা নীন্দুনা লৈরি। মহাক্না

শন্দোক্লম্বা গৌড়ীয়া ধর্ম্ম অসিতনা অথোইবনি খন্নরি। মহাপুরুষ অসিগী হৌফম শাংফম ওইরম্বা নদীয়া নংত্রেগা নবদ্বীপ, 'শ্রীধাম নবদ্বীপ' হায়দুনা খঙনখিবনি। মসিনি, পৌরপ্পা নবদ্বীপ মহিমা।"

"য়াম্না নুংঙাইজে, ইচে বৈষ্ণবী।" কোনিকা লনচেনবীনা ময়ামগী মহুৎশিন্দুনা হায়রকই, "নহালমখৈ খঙদবা ৱাফম অমসু তাজবা ফংলে।"

"করম্বা ৱাফমনো, লনচেনবী ?" কুমারী মেংবীনা হংলকই

"ঐখোয় প্রভুগী মনাইনুপী অনী সুই হায়বা খঙলুদে।"

"অহুম সুই হায়নৈ। অমদি দেবদাসীনি !"

"অহুম শুই হায়বদি অরোৎপী অমসু লৈরিবা ?"

"কোনিকা !" কুমারী মেংবীনা নিংসা হোন্দোক্লগা হায়রকই—"অদুম্না খনবা চুমদে। ননাই দাসীসু শ্রীনদীয়া বিহারীদা ওংজবীনি। প্রভুগী মনাইনুপী মশীং থিঙমদে। য়েংঙোই, লনচেনবী ! অদুগা ভক্ত পুন্নমক ! নুংশিবা মখল অনী লৈ। মপাং নাইবা নুপা নুপীগী নুংশিবা অমা, অতোপ্পা অমনা ঈশ্বরবু নুংশিবা নংত্রেগা মানুষ দেবতা অমবু মপুরোইবা নংত্রেগা মচা ওইনা নীংজবা। নুংশিবা অনী অসি ইংগ্রেজিদা কোঞ্জুয়েল লভ অমদি দিভাইন লভ হায়দুনা মশক তাকনৈ। মতৌ অসুম্না, প্রভুগী তাম্রোয অমদি দিভাইন লভতি ওইবগা অঙকপা শক্তি অমগী পাম্বৈনা নুংগী ওইবা মরী অমা লৈন্নখি, মচা ধারা লৈহৌরিসু হায়নরি। মসিদি লাৱৈ লাথুপনি, অঙকপা ৱারীনি ; হোলি মাদরদগী তাবীয়ু।"

"য়ারোই, য়ারোই ইচে বৈষ্ণবী !" কোনিকা লনচেনবীনা হায়রকই—"অঙকপা দিভাইন লভকী ৱারীদো চৎথখো।"

"মতম লৈত্রে, মাঙদা লৈরে, শ্রীঅনুপ্রভুগী নোংচুপ হোজং।" কুমারী মেংবী, মীরাদাসীনা হায়রকই—"শাংলবা লম্বী খংতেন তেনশিনলে, লেঙশিল্লসি খ্বাই পুন্নমক।"

"ৱারী শাদুনা চৎলবদি লম্বী তেল্লী হায়বদো হেক চুম্মীদা।" মুনাল বৈষ্ণবনা হায়রকই, "প্রভুগী মহিমা তাজবদা কপ্পাক চোকথবা লৈখিদ্রে।"

কুমারী মেংবীনা হঙ্গৎচৈ—"ননাইনা খঙজবা খরদং যৌগঞ্জবনি। মখাসু য়াম্না লৈরি।"

"পুমনৌ হেক নৌনা থোকপা মতাংসু ঙসিদং তাজরি।" লমফেলনা হায়রকই—"শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী মচা ধারা লৈহৌই হায়বা মতাং অদুমত্তংদি মরিক চুম্না তাজ্জনিংঙি।"

"শোয়দনমক তাবা ফংবীগনি।" কুমারী মেংবীনা শমথরদুনা হায়রকই —"মতমনা খুদোংচাবা পীরবদি লেঙশিনবীরকউ শ্রীনদীয়া বিহারীগী সুরধুনী গঙ্গা মন্দিরদা। কাথাসভাদা শরুক য়াবীয়ু।"

"শোয়দনমক লাকচগনি, বৈষ্ণবী !" কোম্বীরৈনা খুম্মী

কুমারী মেংবী, মীরাদাসীনা খুপু অদু শ্রীঅনুপ্রভুগী মন্দির তম্না পুশিন্দুনা মথং মথং তাকই, লাই খুরুমহল্লি। নুমিৎ অদুগী সেবা ফংলিবা ম্রাখ্বাহলগী মফমদা শিন্নখ্রে। লমফেলনা মঙোন্দা লুপা ৫০ কৎলি। মেংবীনা খুরুমলগা লৌশিল্লি। মহাকসু শ্রীঅনুপ্রভু দর্শন তৌরমলগা মমাঙলোমদা চৎপা হৌখ্রে।

"ঙাইখোনে ইচে, মীরাদাসী!" কোনিকা লনচেনবীনা তান্নরকই, অদুগা মখা তানা হায়রকই—"ননাওদি হৌজিকমক নতুং ইল্লগনি, কুমারী কন্টতা লাইমিং লৌরগনি। পুরীয়ু ঐবু হোলি মাদরগী শাইদাংকোন্দা।"

কুমারী মেংবীনা খল্লি (তস! ঙসিসু কুমারী অমা! ঐগী উশিন অমসু ফংলে; ইরা নাইবা য়ারনি) ঙাইহাক লৈরগা মচীন থোক্লা হায়রকই—"নশানা য়ারেকো, লনচেনবী?"

"য়াজরে, চৎসি ইচে।" কোনিকানা খুম্মী।

মমাইবেম্মা কোপ্পীরৈনা লাউরকই—"ইমাই ইবেম্মা লনচেনবী...!"

লনচেনবী পাউখুম পীরমদ্রে। কুমারী মেংবীনা মহুৎ শিল্লদুনা খুমলম্মী—"পাখৎপীরক্নু ইমা! হয়েং অমুক লনচেনবী থীনজরক্কে।"

কুমারী মেংবী অমসুং কুমারী লনচেনবী—শ্রীঅনুপ্রভুগী মমাঙ হোজং ফাওদেরুগা প্রপ প্রপ চৎখ্রে। বসন্ত নগর ফাওরগা হোলি মাদরগী হোলি চেম্বর পাংখ্রে।



চেপাউ ইবা লোইরে।

শ্রীমতী কুমারিকা চেপাউ (চিঠি) ইবা লোইশিনখ্রে। তকশি শোল্লদুনা অবোইবা খুদম চিংনা চিংনা নুংখন্নে (তস! লোইরে, পুমলোই হেক লোইরে। হৌজিক্তি মহাক্কী লোৎফমসু খঙলে; মিংলোৎসু খঙলে। ঈ-মেল থাখিবনি, পাউহন থারকখিদ্রে। কনানা খঙবা... মহাক শিখিরম্বসু। ঙরাংসু সমুদ্রদা প্লেন অমা য়ুংশিন্দুনা কায়খি হায়; পাউ তাহৌই। মহাক হিংবদি ওইসনু! চেপাউ অসিদি থাখিবা তাই। অমনবু ওইরবসু ফংজসনু। ঐ ঙাইবা ঙমলরোই; মতমসু লৈত্রে। চিরবা, য়াম্না চিরবা মিকুপনি। ইখূৎ নীকলে, অসুম অসুম নীকশিল্লকলে। পরেং খরসু ইখিসিরা? হুম, ইবরোই সহি তৌখ্রে। মচং খরদং অসিনা য়ারেদা। মহাকসু লৌশিং য়াম্না লৈবা নুপানি। চিংথোকপা লেংথোকপা হৈরবদি মহাকাব্য অমদুম ইহৌরসনু। নত্তে, ঐনা তৌরিসিবু মরূনা য়ুশিল্লম্বা তারদরা? ঐ খঙদে, কনানা লানখিবা, কনানা চুমখিবা? অমবু ওইরে, ঐগী ৱাদি ইখ্রেদনা। মতমসু লৈত্রে, নিংসা হোনবসু ৱারকলে।)

শ্রীমতী কুমারিকা হিংলরোই; মহাক মতম কুইনা হিংলরোই। মহাক মশানা খঙলবনি। ঙসি অহিং মমৈদা নুমিৎ থারম্মী, নবদ্বীপ মাইবনসু, দোক্তরনসু। থম্মোয়গী অনাবনি, অনাবা অরুবা অমসু লোয়নরি। নহালসু কোমাদা লৈরুই। খঙদে, মিকুপ খরগী মতুংদা করি থোক্লগবা? শোয়দনা ওইরবা য়াই; মহাক মশানসু ওইহনিংঙি। চহীসু লোইগদৌরে। ঙসি দিসেম্বরগী অরোইবা নুমিৎনি – 31st December 2007! ফক্লাং পঞ্জিকাগী তারিকসু অমত্তা ঙাইরে, ককথৎকদবা!

শ্রীমতী কুমারিকানা ফক্লাং পঞ্জিকাদা য়েংনা য়েংনা মোমোননৈ (ঐসু চৎলগে খল্লি। হয়েংদগীদি অনৌবা চহী অমা অমুক হৌরগনি। ঐগীসু অনৌবা মপোক অমা হৌরবা য়াই। মোংফমদা লেমহৌবা মিংচৎ অমদি শোয়দনা লৈহৌরগনি। ঐসু লৈবাক্কী, মীয়ামগী, মরী মতাগী, মরূপ মপাংগী, কুমারীশিং অমদি নুংশিরবা ইচা লমজাশিংগী য়াইফনবা থবক খরদি

তৌজরম্মী। ঐবু মীয়াম্না শকখঙবীবা ওইনা মিংথোল কয়াসু পীবিখ্রে ; অর্থ লৈরবা মিংথোলসু য়াওই ; সম্মান পত্র (সাইটেসন) কয়াসু পীরকখি। শ্রীমতী দেবদাসীগী মিংথোলসু ফংজখ্রে। নত্তে ! ঐবু করম্বা মখলগী দেবদাসী ! নত্তে ঐদি শ্রীগোবিন্দ ওংবী ; নত্তে ঐদি শ্রীকৃষ্ণ ওংবীসু। মহাপুরুষশিংনা পীরম্বা মিংথোলদি লৌজখি। অতৈসু কয়ানি। ঐসে য়াম্না নহা ওইনা 'পদ্মাশ্রী' মিংথোলসু ফংখ্রপোৎনি। কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীনা রিকমেন্দ তৌবিখিবনি। ঐ শিংখ্রবা মতুংদসু 'ভারত রত্ন' মিংথোলসু ফংলকপা য়ারিপোৎনি ! নোংচুপ বঙ্গদা ঐবু খঙদবা কনা লৈরি ? শ্রীধাম নবদ্বীপ অসিদসু ঐগী চাউরবা ফিদা অমদি লৈরিদনা। ফংনিদা শোয়দনা, ফংঙোইদ্রনে ? হৌজিকসু কুমারী অম্বিকা চৌধুরানী হিংলি। ঐগী যোগমায়াসু লৈরিদনা। মখোয অনীনা ঙমদবা থবক করি লৈ ? নীংশিংলকলে... নোংমসু, মবানীগী মায়াজল অমদি অম্বিজাল !)



শ্রীমতী কুমারিকা মোমোন তৌই।

মমীৎতা শংশং উজে — শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী খুৎপুগী নুংঙাইরবা কুম্মৈ। নোংমদি মখোয় অহুম্না কুমারী কল্ট শন্দোকপসু ওইনা কোলকাতা সহরগী অৱাং ইথং থংবা চিদাই য়ৌকই। দান খরসু খোম্মুসি হায়দুনা চৎপনি। মফম অদুগী বস পার্কিংদা ইখঙ হেক খঙহৌদনা থেংনরুই, নুপী অমা।

"মেদাম ! খুরুমজরি।" নুপী অদুনা প্রপ প্রপ চেনশিল্লকুনা শ্রীমতী কুমারিকাবু মকোক নোল্লুপ্না মখুৎ লোন্নরদুনা খুরুমলগা মখাতানা হায়রকই—"অদুগা অম্বিকা নঙসু ! কদোমদৈনো য়াম্না থাজদনা ?"

শ্রীমতী কুমারিকানা নুপী অদুদা মুন্না য়েংলগা মোমোন তৌনা হায়রকই—"সুমিত্রা ! সুমিত্রা বিশ্বাস নৎত্রা ?"

"মানিনে মেদাম ! ঐ সুমিত্রা বিশ্বাসনি।" সুমিত্রা বিশ্বাসনা মখাতানা মশাবু শকতাকচবা ওইনা হায়রকই —"প্রেমনিকেতন্দা অদোমগী ছাত্রি ওইজখি, অম্বিকা চৌধুরানীসু লুনা তিন্নজখি। মফম অসিদা ঐহাক য়ুম পাল্লে।"

"ঐ খঙই।" শ্রীমতী কুমারিকানা সুমিত্রা বিশ্বাসকী কপালের সিন্দুর (লাইবক্কী শম কারক্তা নম্বা) অদু মুন্না য়েংলগা হায়রকই—"লাইবক ফৈদা, সুমিত্রা ! মতম কুইনা মুৎতবা ওইয়ু নঙগী কপালের সিন্দুর !"

অম্বিকা চৌধুরীনা সুমিত্রা বিশ্বাসবু কোল্লদুনা হায়রকই —"ঐদি হৌজিক ফাওবা কুমারী ওইদুনা হোলি মাদর শ্রীমতী কুমারিকাগী তুংইনবী ওইজরি। শ্রীধাম নবদ্বীপকী লমজা হাউসতা লমজা য়োকপী অমসু ওইনা মীয়ামগী সেবা তৌরি।"

"মেদামগী পাউসু নঙগী পাউসু লোইনা তায়।" সুমিত্রা বিশ্বাসনা শমথরদুনা হায়রকই, "ঐখোয়না ঙমদবা থবকনি তৌবিরিবদু, ইহে ! সোমগী মেদাম অসিনা...।"

"কুমারী মায়া !" অম্বিকা চৌধুরীনা মায়াবু মশক তাকপা ওইনা হায়রকই —"হোলি

মাদরগী পাম্বোমনি, যোগমায়া, লময়োৌরবী দেবদাসী অমসুনি, খ্বাইগীনা যোগিমা ! মতম অমগী মিস কংলৈপাক !"

"খুরুমজরি যোগিমা !" সুমিত্রা বিশ্বাসনা যোগমায়াদা নোল্লুকপা উৎলি।

"তরাম্না ওকচরি।" যোগমায়ানা খুরুম্বা ওকপা ওইনা শমথরকই—"হোলি মাদর অমদি অম্বিমাগী মরূপ অমা থেংনবসি ঐসু নুংঙাইজে।"

"ঐসু য়ানা থাজদনা নুংঙাইজে। মেদাম অমসুং চৌধুরানী থেংনরকখিনি হায়বা খল্লুদবনি।" সুমিত্রা বিশ্বাসনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই —"অদো, মেদাম ! লেঙলসি ঐগী য়ুমদা, মতম খরদি অতিথি ওইবীখো।"

"নঙগী নুপানা শাউরোইদ্রনে, সুমিত্রা ?" শ্রীমতী কুমারিকানা নোৎশিল্লকই।

"শাউরোই শাউরোই, মেদাম !" সুমিত্রা বিশ্বাসনা খুমলকই—"ঐগী পতিদো ঐনা ঙমলপ পাল্লি, হৌজিক হৌজিকসু য়ুমদা লৈতে, পুলিস ওফিসারনি, চৌভিস পারগানাদা পোষ্টিং তাখ্রে। লেঙলসি ঐগীদা, ইনক নকই।"

"নত্তে, নঙবু নচা নশূদি কয়াম লৈরে ?" শ্রীমতী কুমারিকানা খঙনিংনা হংলকই—"নুপা কয়া, নুপী কয়া ?"

সুমিত্রা বিশ্বাসনা খুম্মী—"ইশূমকতি লৈজদ্রি, খরা থেংলপ য়ুম পানজে। নুপা অহুমনি, নুপী অনী।"

"সুমি ! নঙবু করি থবক তৌরিবগে ?" অম্বিকা চৌধুরানীনা মরক থৎতুনা হংলকই।

"দক্ষিনেশ্বর মনাক্কী কোলেজ অমদা ওজা ওইরি।" সুমিত্রা বিশ্বাসনা খুম্মী।

"চৎসি সুমিত্রা, য়াম্না তান চারে।" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই —"হন্দক্কী খোঙচৎ অসিদা দক্ষিনেশ্বর কালি মন্দিরসু দশর্ন তৌগে খল্লকই, অদুগা...।"

শ্রীমতী কুমারিকাগী ৱামৈ শমথবা ওইনা যোগমায়ানা তাপ ওত্তুনা হায়রকই —"কুমারী কল্ট শন্দোকপা ওইনা কুমারী খবসু খোমজনিংঙি, ফন্দ দ্রাইভ খরসু তৌসিরা খল্লি।"

সুমিত্রা বিশ্বাসনা খুম্মী —"যোগিমা ! ঐসু দান খরদি কৎচগে। ইচানুপী অহলদি য়ুমনাইদবী ওইদুনা হিংগনি হায়রি।"

অম্বিকানা খুদক্তা তাপ ওকশিল্লকই —"সুমিত্রা ! অতৈ লাইহবি, নচানুপী অদো, হোলি মাদরগী মফমদা দান তৌরোদনা... কুমারী কল্টতা লাইমিং লৌহল্লসি।"

সুমিত্রা বিশ্বাসনা হায়রকই —"হোয়, হোয়, পুত্রিদানসু তৌজগে। লেঙলসি মহাদেবী অহুম্মক !"

"সুমিত্রা, ঐখোয় দেবী নত্তে।" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই —"অপুনবগী মমিংদা ঐখোয়বু শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী হায়রগা খঙনৈ ; কুমারী কল্টতা লাইমীং লৌরবী পুম্নমক কৎথোক্লবী থাদোক্লবীনি। ঐখোয় খুদিংমক শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী ঙাক্তনি ; কুমারী দেবদাসী মিংথোলগী মমাঙদা শ্রীমতী হাপ্পা য়াই ; ঐখোয় পুম্নমক শ্রীনদীয়া বিহারীগী দাসীনি। ঐখোয় লুহোংবা য়াদে, ৱাইনাইবসু য়াদ্রে ; ৱাশক লীপুন অমনা পুনশিন্দুনা কুমারী কল্টতা লাইমিং লৌখ্রবনি। সহজিয়া কল্টকী মহাপুরুষ খরনদি ঐখোয়বু মাঙথোক্লবা হোৎনরিবনি। ঐখোয়বু

মীওইবগী চাগোক শলাই মুৎথৎপীনি হায়দুনসু প্রচার তৌরিপোৎনি, লমজা হাউস মৈ থাগনি হায়বগী পাউস্‌ তায়। শ্রীধাম মায়াপুরগী চীন্দুম্না (মচীন তুমখৎলক্লিবা) হরিদাস গোস্বামীনা ঐখোয়বু মায়থীবা পীবা ঙমগদবা মহাজাদুগর অমা থিবা চৎখ্রেকাসু তারিপোৎনি। ঐ করিসু থৌশাবীদে; ঐগীসু লৈরি, অন্বিজাল! মায়াজাল।"

"মেদাম।" সুমিত্রা বিশ্বাসনা খঙনিংনা হংলকই—"অন্বিজাল, মায়াজাল হায়দি করিনো? মেদামসু জাদু হৈব্রা?"

"ঐগী নাক য়েৎতা লেপলিবী ইতা অনীগী শক্তিনা ঐহাকপু থৌনা হাপখিবনি, শকলোন পুবী অনী অসিগী শক্তিবু অন্বিজাল, মায়াজাল কৌজে।" শ্রীমতী কুমারিকানা মখা শমথরদুনা ঙাংলকই—"থায়নগী একাবলী, গীতাবলী কৌবী অনী অদুসু লৈহৌরি; মবানীনা লমজা হাউস পান্নহৌরি, লমহেন তুহেনবা কন্নাসু হায়জিনবা মতিক নত্তে।"

"য়াম্না পূক্লিং লৌশিং ওইজৈ।" সুমিত্রা বিশ্বাসনা তেনশিনবা ওইনা হায়রকই, "লেঙলসি মেদাম, টেক্সী ফাজগে।"

"চৎসি চৎলি...।" শ্রীমতী কুমারিকানা খুন্মী।

সুমিত্রা বিশ্বাসনা মাঙ থারদুনা শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী খুৎপু অদু মতুংইনখ্রে, টেক্সী ফারগা তোংখৎখ্রে।

টেক্সী অদু বস পার্কিং থাদোকখ্রে।



নোংমদগী নুমিৎ হুমনি।

শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী খুৎপু অদু রামেশচন্দ্র দত্তগী ময়ুমদা অতিথি ওইনা লমদনখি। ইমুং মনুংগী মীওইশিংগা য়াম্না লোনদিন্ননা লৈমিন্নখি। সুমিত্রাগী মচানুপী অহল ওমিতা দত্তসু কুমারী কল্টতা লাইমিং লৌবগে হায়দুনা লেপখ্রে। মহাক্না লমজিং লমতাক্তুনা শ্রীমতী কুমাবী দেবদাসী খুৎপু অদুগা কোযমিন্নরুই। মচি মচিদা কুমাবী কল্ট শন্দোকপগী লেকচর তৌবদা মহাক্না মতেং পাংলুই। ওমিতাগী মমান্নবী খরসু শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী ওইনিংবগী অপাম্বা ফোঙদোক্লকই। চৌধুরানী অমদি যোগমায়া অনীনা কুমারী মঙা তরাদি চেন্দুনা পুখিনবসু কন্না হোৎনখি। থোইদোক্না চৌধুরানীদি নুপা শাহুম চংবীনি, কুমারী অনৌবী উবা য়াদে; কোয়তান তান্নদুনা কুমারী কল্টতা পুশিন্নবা হোৎনৈ। অদুগা যোগমায়াসু, অরাইবী নত্তে, চৌধুরানীনা ফারকপী কুমারী লাইনৌ নুরাবীশিংবু সুমহৎনবা, থমাইন্নবা হোৎনদুনা মপূক্লিং ওলহনবা ঙম্মী। হৈখ্রে হৈখ্রে, কুমারী ফাবা! হোলি মাদরসু অদু মঙাই, নাম হেক্তা পীথোকই।

মরিনীসুবা নুমিৎকী অয়ুক্তনি।

শ্রীমতী কুমারিকা চৎলগে হায়দুনা লেপলে। ইমুংগী মীওই কয়া মাগী অকোইবদা ফমলদুনা চা থকমিন্নে। মতৌ অমনি, মখুৎও মশাও মী সুম্না হৈখ্রবীনি। সুমিত্রাগী মচাশিংগী মমিং ঙম্নমক চীনফা পুথোকখি, মথং মথং কৌরদুনা হায়রকই—"দিলিপ, দিপক, দিনেস! ইচাশিংগী মিংসিদি

দি সেরিজনি, ফজনা থোনখ্রেদা। অদুগা নুপী অনীনা ওমিতা, ওসিনী! লোয়না ফজৈ, কন্নানা থোনবনো? কুঠী মিংলা?"

"অহোয় মেদাম!" সুমিত্রানা খুম্মী—"ঐগী ইচাশিং পোকপা মতমদা থোকখিবা নক্ষত্রশিংগী অহৌবা মমিংগী খোঙ্গোক্কা চান্নবা থোনবীরকখি।"

"অদো, সুমিত্রা!" শ্রীমতী কুমারিকানা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই—"সুনা হৌবা নক্ষত্র অমা নীংলগা সু- না হৌবা নচানুপী অমত্তংগা ফংজখোকো।"

ময়াম অদো ব্রা লাউনা নোকই।

সুমিত্রনা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই—"চহী মতাং হেনগ্রে, মেদাম!"

"সুচিত্রা কৌবা থব্রানমিচাক অমা লৈবনিনে। মদুবু নীংলবদি হেক্তা চম্মকার ওইবনিদো।" শ্রীমতী কুমারিকানা সুমিত্রাগী মপৃক্লিং খঙদোকলগে খল্লদুনা মখা তানা হায়রকই—"তান্ত্রিক সন্ন্যাসীনি সুবধুনীসু চহী মতাং হেনখ্রবা মতুংদা শ্রীহরিগী থৌজালদগী শ্রীনদীয়া বিহারীবু মচা ওইনা ফংজখি। নঙসু তঙাইফদনা অহুমসুবী নচানুপী অমা ফংহন্নীংই...।"

"মেদাম! হায়রিসিবু।" সুমিত্রা ঙাকচানৈ, মখা তাদে।

"সুমি!" চৌধুরানীনা শ্রীমতী কুমারিকাগী নুংলোন অদু ফোঙদোকপা ওইনা সুমিত্রাবু নুংশিনা কৌবগা হাযবকই—"নচানুপী ওমিতাগী মহুৎ শিলহৌনবা অমা ফংজবা ওইযু হায়দুনা বর পীরিবনি। বর লৎনহৈদে।"

"হোলি মাদরনা পীবা ববদি লেম্না খক মাঙদবনি।" যোগমায়ানা অমুক পাংশিল্লকই, "সুমিত্রাজী বব লৌশিনবীয়ু। ওমিতাগী মহুৎ শিলহৌনবা সুচিত্রা কৌবী নচানুপী অমা ফংজবা ওইয়ুকো!"

শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী অহুম্মক নারোন্দা মীৎখৎনৈ।

"হা! কবি হায়বা?" সুমিত্রা বিশ্বাসনা পাখৎলপ তৌনা হায়রকই—"শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী অহুম্মকপু ইকোক নোন্না খুরুমজরি, ঙসিমক্তি ইচানুপী পুবিখিনু। মবোকসু নাদুনা লৈরি, মপাগী অয়াবসু লৌজখিগে।"

"ঙসিমক পুগে হায়বা নত্তেদা।" শ্রীমতী কুমারিকানা থেমজিনবা ওইনা হায়রকই—"নচা নুপীনবুদি য়ারে, চেল্লোই হায়দুনা ব্রাশকখ্রে। ফরে, ঐখোয় চৎলগে, দক্ষিনেশ্বর দর্শন তৌরগা হনখ্রগে। মতম কুইনা লমজা হাউস থাদোকপা য়াদে, লাইনীংবা পাখঙ খরা মোংবা হৌবরে।"

সুমিত্রা বিশ্বাস নে তাবে, হায়রকই—"ঙাইহীবীখো মেদাম! খূদোল পোৎ খরদং কৎচখিগে, লমজা হাউসকী ফন্দ ওইনবা লুপা লীশিং তরাদংগা কৎচগে, লৎনদনা লৌবিয়ু।"

যোগমায়ানা হায়রকই—"সুমিত্রাজী! নয়ুমদসু নুমিৎ হুমনি অতিথি ওইদুনা লৈরে, খূদোল পোৎসু দানসু, ইকায়জৈদা কৎপীরনু।"

"এঃ করিসু খনবীরুনু মায়াজী।" সুমিত্রা বিশ্বাসনা হায়রকই—"হোলি মাদরগী লমজিং মখাদা কুমারী দেবদাসী ময়াম্না তৌবিরিবা থবক অদু ঐখোয়না ঙমগদবা লৈত্রে; মতেং পাংদুনা পৃক্লিং থৌগৎফম থোকই, থোইদোক্না মেদাম শ্রীমতী কুমারিকাগী লমন তোল্লিবনি। নোংমসু ইশা ঙমদবা মতমদা ইনাত্তা লেক্তুনা সেবা তৌবীখি।"

"হোয়নহে সুমি ! প্রেমনিকেতনগী পুন্সিদো।" অম্বিকা চৌধুরানীনা খঙনীং নীংশিংলুরগা হায়রকই—"ঙক্ত্রা পুন্সিসে, নঙনা ঙসি নচা মঙাগী মমা ! ঐখোয়না লমজা য়োকপী। মেদামগা ঐগা শীংনখিবা কয়া। অদুগা ঙসিনা চান্নরবী মরূপ অমগুম্না লোয়নরি।"

শ্রীমতী কুমারিকানা অমুক হায়রকই—"ঐসু ঙকই সুমি ! ওইংগে খন্দুনা লাকপনা অমা, ওইরকপনা অমা। ফরে, চংলগে। নুমিৎসে ফন্না কাখৎলকলে।"

"ঙাইবীখো ঙাইহাক্তং।" সুমিত্রা বিশ্বাসনা অসি হায়রগা ফুক হৌগৎখ্রগা ইমুংগী কা অমদা চংশিনখ্রে। সিলভরগী শেঙ্গা অমদা সাড়ী অহুমনে, লুপা লীশিং তরাগী কন্দল অমনে পুরগা প্রপ প্রপ অমুক চেম্থোরকই। লাইপী অহুমগী মমাঙদা শেঙ্গা অদু থেলদুনা হায়রকই—"কৎচরিবা খুদোল অসি লৎনবা তৌদনা লৌবীয়ু। 'সরদা সাড়ী' অসিদি মেদাম্না থোল্লগা লেঙবীখো, গেরুৱা মচুগী সাড়ী অনী অসিসু পাম্বোম অনীনা থোনবীখো।"

"হৌজিকপো অমুক ড্রেস চেঞ্জ তৌখিদ্রা ?" অম্বিকা চৌধুরানীনা হায়রকই—"ঐখোয় লাক্কনি হায়বা হান্না খঙব্রা ?"

"ঙরাং ইচানুপী থাদুনা লৈহঞ্জরুবনি।" সুমিত্রা বিশ্বাসনা মখা তানা হায়রকই—"ঐনা মেদামবু ইমা সরদা দেবী ওইনা উজে ; ঐগী নুপানা শ্রীরাম কৃষ্ণপরমহংস নীংঙি, ঐনা ইমা সরদা ! মগুণ লৈরবা সরদা সাড়ী অসি হোলি মাদরনা থোল্লগা বর পীবিরম্মু। মসিমক শেৎলগা দক্ষিনেশ্বর কালি মন্দিরদা লেঙবীয়ু, চম্মকার অমা শোয়দনা থোক্কনি।"

মপাল অঙাংবনা পাক্ল চনবা, মচুনা অঙৌবা সাড়ী, য়াম্না মগুণ লৈরবা সাড়ী অমা ওইনা লৌনৈ ; মতিক মগুণ লৈতবী নুপীনসু পাক হেক্তা শেৎনদে। মহাপুরুষী সরদাদেবীনা থোনখিবনি হায়দুনা 'সরদা সাড়ী' কৌনৈ। মমলসু তাংঙি, তরু তরু য়াম্নসু ফজে।

"হোয় হোয় !" শ্রীমতী কুমারিকানা নোকফেৎ তৌনা সাড়ী অদু খুরুমলগা লৌশিল্লে, হায়রকই—"নঙগী নফমদা ঐহাক সরদা দেবী ওইনা অমুক শায়োন তৌরগা হনখ্রগে, লমখাংদা শ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংস অমত্তং থেংনব্রা য়েংঙুবা হায়বদুনি।"

"শোয়দনমক থেংনবা ওইবীয়ু!" সুমিত্র বিশ্বাসনা য়াম্না থাজনা হায়রকই—"নুপা নুপী পুন্না লাইনীংমিন্নদুনা পুন্সি লেনবা অসিসু সাধনা মখল অমনি। ঈশ্বর ফংনবা লম্বেল অমনি হায়দুনা বাঙ্গালীশিংনা হৌজিকসু থাজনরি। য়ুমথোং খুদিংদসু শ্রীরাম কৃষ্ণ পরমহংস অমদি সরদা দেবীবু লাইওইনা লাৎনরি।"

"ঐগী হোলি চেম্বরদসু অনীমক্কী চিত্রবত লাৎলি।" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই, "মবানীগী পুন্সি লাইনীংদি তোপ-তোপ্পনি, সহজিয়া কল্টতগী থৈরপ লৈবনি। নুংশিবা অনীগী সুপচিনবা সাধনানি। অদুবু কুমারিকা আশ্রমদদি মানব ধর্মনা মপূংনি, তান্ত্রিক যোগগী পাম্বৈনা থব্রায় হৃকচাং পুন্না শ্রীনদীয়া বিহরীগী মফমদা কংথোকলবিনি, দিভাইন লভনি : কোঞ্জুয়েল লভকী লীলা শান্নবদি য়াদে। অদুবু, দেবদাসী কল্টকী নুংলোন অমদি লৈরি। অমবু ওইরে, নঙগী নীংজবদি থুংহল্লগে, সুমি ! কদায়দা ফি হোংনি ?"

"ইমাখোই মনুংদা লেংশিল্লসি।" ওমিতানা হায়রকই—"অদুগা যোগিমা, অম্বিমা অনীসু। দান অসিসু লৌশিনবিয়ু।"

"কৎলবদি লৌদবা তৌহৈদে।" যোগমায়ানা লুপা বন্দল পায়খৎলি।

শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী খৃৎপু অদু ওমিতানা মমাঙ থারদুনা দ্রেসিং রুমদা পুশিল্লগা চংখ্রে।



ময়ামগী মমাঙদা লেপ্লরে।

শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী অহুম্মক, খ্বাই ময়ামগী মমাঙদা লেপ্লরে। ফিনৌ বোরি ফি থোনবদো কয়াদি নীংথিজখ্রে। সরদা সাড়ী শেৎপী কুমারিকানা ময়াইদা। গেরুৱা মচুগী সাড়ী শেৎপী কুমারী অম্বিকা চৌধুরী অমসুং কুমারী যোগমায়া অনীনা নাক য়েৎতা। থোইদোক্লা শ্রীমতী কুমারিকাগী মওং মতৌ লমঙাল্লী, মোমোন মোমোনসু তৌরি। হেক্তা সুমহৎপা মতৌনি। লাইদা, লাইনুবী মাল্লকএ। ঙৌরবা কুচুগী খজিক্তং খুইথরপ (নাতোন নাকচি অনীগা খজায়গা তাইনফমদা) উরিবা মায়থোং; হেন্দোক্লা ফজরি, অনৌবা নুমিৎ মঙাল হেক মাল্লদনা, মীৎ থকফমদি ওইদে; অথোইবী মমা অমগী শকফমনি, হেন্না হেন্না মগুণ লৈখৎলকই। খোঙ তোনগী ফজবা, মীৎফম হোংবা য়াবা নত্তে। থোইদোক্লা পাম্বোম অনীগী শক্তম লৌরিবী কুমারী দেবদাসী অনীগী ফজবসু মপা লৈখিদ্রে। মখোয় অহুমগী লুখমদা মঙাল থোকপদুঙাই; চিংলেম্মী; মীৎ থল্লি; পুমথন হেক্তা থল্লি। লেপলিবা মওং মতৌ-নোংথক্তগী দুর্গানা লেঙথরকপদা লক্ষ্মী সরস্বতী অনীনা নাক য়েৎতা যৌগল তৌবদুঙাই। মৈতৈগী লাইরেম্বীদা হায়রগা লৈমারেল শিদবীগী নাক য়েৎতা পাম্থোইবী অমদি নোংথাঙলেমা অহুমনা খম্লাং লেপকুম্মী।

সুমিত্রা বিশ্বাস (দত্তা শাগৈদা ওংলবী) অমদি মাগী মচাশিং — পুমঙক হেক্তা ঙকখ্রে, ময়া কাখ্রে, মমীৎ কুপ্লখিদ্রে। সুমহৎখ্রে, পুমসুম হেক্তা সুমহৎখ্রে। মখোয়গী মমীৎতদি ইমা সরদা! স্বয়ং ওইনা ফাওরকলে খঞ্জে। সুমিত্রানা খুরু খুদক কুল্লদুনা লাইনুবী অহুম খুরুমজে, মচা নুপা নুপীশিংসু মমাগী নাক য়েৎতা কুম্থরদুনা মতুং ইনজে।

"তথাস্তু! য়াইফবা ওইয়ু। পুম্নমক মঙ্গল ওইয়ু!"

শ্রীমতী কুমারিকানা অসুম হায়রগা সুমিত্রা অমদি মাগী মচাশিংগী মকোক্তা নাম্থ-নাম্থরদুনা মখা তানা হায়রকই—"পুন্সি নুংশাংনা হিংবা ওইয়ু। ইচাশিং পুম্নমক মীথোই মীহেনবা ওইজৌ। হৌগৎলো, হৌগৎলো।"

"শ্রীধাম নবদ্বীপকী হোলি মাদরনা ইমা সরদাগী রূপ লৌরদুনা লেঙবীরকপসি ঙমখে লৈতনা নুংঙাইজে।" সুমিত্রা বিশ্বাসনা নোল্লুক্লা মখা তারদুনা হায়রকই—"সরদা সাড়ী অদু নীংশিং খুদম ওইনা থম্বীয়ু, মরক মরক্তসু অতিথি ওইনা লেঙবীরকউ।"

"শোয়দনমক।" শ্রীমতী কুমারিকানা তেক্তক খুম্মী। কুমারী অম্বিকা চৌধুরানী অমদি কুমারী যোগমায়া অনীনসু সুমিত্রা অমদি মাগী মচাশিংবু তেক্তক তেক্তক বর পীবা ওইনা হায়রকই, "হোলি মাদরনা পীখ্রিবা বর থুংজবা ওইয়ু, খ্বাই পুম্নমক।"

"থুংজগে থুংজগে।" ময়াম্না খুম্মী।

"সুমিত্রা ! ঐদি চমলবী অঙাওবীনি।" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই —"ঐগুম্বীনা ইমা সরদাগী থাক য়ৌবা ইতিক নত্তে। ঐঙোনদসু হোলি মাদরগী মিংথোলদি পীবিখ্রে। মিংথোল অদুগী তৌফম থোকপা ইথৌদি পাঙথোকপা তারি। নত্তে, ঐবু ইমা সরদা মাল্লব্রনে ?"

"মেদাম ! নঙোন্দা লোৎশিন্দুনা থমলিবা মাদরহুদকী মঙাল, মীনুংশি, মতিক মগুণ প্রেমনিকেতনদা খঙজখি।" সুমিত্রা বিশ্বাসনা মখা শমথরদুনা হায়রকই--"ঙসিদি অঙকপা নুপী অমা ওইরকলে, ইমা সরদা মানবতা নত্তে ; অবতার অমরা হায়দুনসু খল্লকলে। সরদা সাড়ী হেক শেৎপদা সরদা দেবী ওইনা উহনবা ঙম্মী। কয়াসু চুশিন্নখ্রে।"

"ঐ ঙকই সুমিত্রা ! পুক্নি খোঙচৎপু ঙক্তবা ঙমদে।" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই —"ঐবু নমফুন্দা নৎত্রগা উত্তমদবা থৌইশিন অমনা হোলি মাদব ওইহনখি। হৌজিক্তি ঐহাক মীচম ওইনা হিংবসু য়াদ্রে, মসিনি ঐনা ৱারিবা ! ফরে, ঐহাক য়ৌখ্রগে।"

"থিন্দোকচগে, লেঙবীরসি।" সুমিত্রানা হায়রকই।

শ্রীমতী কুমারিকানা সুমিত্রাগী মতৌ য়েংলগে খন্দুনা ওমিতাদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, "চৎসিদনা, কুমারী ওমিতাদাসী!"

কুমারী যোগমায়ানা খুদক্তা অমুক নোৎশিল্লকই —"লাইবক ফৈন্দা ওমিতা ! ইমাথোইনা নহাকপু ঙসিমক দাসী মিংথোল পীখ্রে। য়ুমনাইদবী কুমারী ওইনা হিংবমুক নুংঙাইবা লৈতবনি।"

কুমারী অম্বিকা চৌধুরীনা অমুক ওকশিল্লকই —"ওমিতাদাসী ! ইমাথোইগী মিংথোল লৎনহৈদে, যোগিমানা হায়রিবসি অচুম্বনি। চৎলসিদনা।"

সুমিত্রা বিস্বাস পাখৎচৈ, তহা তহানা হায়রকই—"অম্বিমা ! ঙসিমকতি পুবীখিনু, কোন্না থিঞ্জরক্কে।"

"নতৌ য়েংবনিদা, সুমি!" শ্রীমতী কুমারিকানা ওমিতাদা মীৎয়েং থল্লগা মমীৎ কুপ্পপ তৌরগা মঙক ইল্লপ তৌনা মখা তারকই—"নচানুপীসু য়াওনা ঐখোয়বু থিন্দোকপীয়ু হায়বনিদা, থিৎ পাখৎখিনু।"

"ঐদি ইপা হেক পাখৎলুরে।" সুমিত্রানা মচানুপী ওমিতাদা হায়রকই—"ওমিতা, ওসিনী নবানীনা শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী অহুমবু থিন্দোকউচো, ইমাদি নবেন অনাবী লৈবনিনা লৈহৌরগে।"

"হোয় ইমা !" ওসিনীনা খুম্মী অমসুং হায়রকই —"ঐসু কুমারী কল্টতা লাইমিং লৌনিংলকএ।"

"য়াদে, য়াদে।" কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীনা খাম্না ওইনা হায়রকই —"ইমাগী ইবেম্মা ওসিনী ! নঙদি নচেগী মতুং ইল্লক্কনু, নমাগী মত্তেং পাংনবা লৈহৌরো।"

শ্রীমতী কুমারিকানা তেনশিনবা ওইনা ঙাংলকই —"চৎলেকো সুমিত্রা ! অদুগা ইচাশিং লৈহৌরোকো।"

"ফগনি, হোলি মাদর!" ময়াম্না খুম্মী।

শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী অহুম খোঙশানখ্রে। সুমিত্রানা মখোয়বু য়েংলদুনা মথক্তা নুংলোঞ্জে (য়ুমনাইদবী মখোয়গী পুক্নি অসিসু মখল অমগী নুংঙাইরবা মহিংনি, অদুবুনে হয়েং অহল

ওইরবা মতমদদি মচা মমৌগী সেবাদি ফংলরোইদো ! মসিবু ফৈ হায়সিরা, ফত্তে হায়সিরা ? ইচানুপী ওমিতাবু দান তৌনিসু হায়দোকখ্রে। হুম ! ইচানুপীবু খিংহৌবা তাইদা।)

ঋাখলনা যুংবংনরবী সুমিত্রানা লেপলাউ লাউরকই —"ওসিনী ! ইমানা নঙবু থারিবদো খঙইদনা, তন্না হল্লকউকো।"

শ্রীমতী কুমারিকানা সুমিত্রাগী নুংলোন লৈরবা ঋাহে তায়, শাউদে ; মোমোন তৌনা হায়রকই —"ওমিতাদাসী ! অদুগা ওসিনীদাসী লৈহৌরে লৈহৌরো, নমানা পাখংলে।"

"ঐবুসু দাসী মিংথোল পীরবা।" ওসিনীনা হরাওরপ তৌনা শোঞ্জে।

কুমারী যোগমায়না সুমিত্রাগী মচানুপী অনীমক পুদুম পুরগে খল্লকই। কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীসু অসুম্না খল্লকই। মবানী মমীৎ খংনৈ ; মপৃক্রিংগী য়া ফাওনৈ।

যোগমায়ানা হায়রকই —"ওমিতাদাসী অদুগা ওসিনীদাসী ! ইচা অনীমক লৈহৌরো। ঐখোয় হনখিরোই, হয়েংসু অমুক উন্নবা য়াই ; লমদনখিনি কালি মন্দিরগী মীথুংশঙদা।"

"ইচাসিদি !" কুমারী অম্বিকা চৌদুরানীনা অমুক নোংশিল্লকই —"লোন্না হেক চেল্লকউ ; অফবা থবক্তি থিঙ্খইহেদে। নিমাই পন্দিতসু লোন্না চেনখিবনি, মমৈদা শ্রীচৈতনা মহাপ্রভু হায়দুনা ফাওখ্রিদুনি। লৈহৌরো লৈহৌরো।"

"মন্দিরদা ঙাইরম্মু হাযবরা ?" যোগমায়ানা অমুক নোংশিল্লকই।

ওমিতা অমদি ওসিনী লৈহৌরে। মখোয় অনীগী মপৃক্রিং ইরাং লাঙই। দাসী মিংথোল পীরম্বা অদুসু নুংঙাইজে। চেনশি কদায়, লৈহৌসি কদায় ! মচীন মনাও অনীমক খোঙবীনা লৈমায়দা তকহৌই। সুক সুক হেক নৈরদুনা খোঙফম ফাদোকখি।

শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী অহুমদি পম্ভরমদ্রে। দক্ষিনেশ্বর কালি মন্দিরগী মায়কৈ তন্না খোঙশানখ্রে।



মাঙদা লৈরে।

কালি মন্দির ! মমিং চংলবা দক্ষিনেশ্বর কালি মন্দির। এলাকা অসি য়াম্না চাউই। মন্দির তরাহুমদোই লৈখ্রি। অঙকপা ফজবা মফম অমন। মন্দিরশিং অসি ইনাকখুল্লবী রানী রাসমনিনা খৃষ্টকুম ১৮৫৫দা শারম্বনি। খ্বাইদগী চাউরবা মন্দির অসিনা কালিদা কংথোকই ; কালি লাংলি। লেমহৌরিবা মন্দির তরানিথোইনা মহাদেবদা কংথোক্লমী। মহাদেব ময়াম্না লাইনুপী কালিবু অসুক্কী মতিক চেকশিন্না অমদি ইকোই কৌইশিন্দুনা ঙাক শেল্লি। শেন্নফমসু থোকই ; মা কালিদি অঙাওবী লাইনি ! মফম অসিবু মপৃংদা দক্ষিনেশ্বর হায়রগা খঙনৈ। খ্বাইদগী চাউরিবা কালি মন্দির অসিগী তুমখৎপা মতোনশিং, চিথেক তরানিথোই লৈখ্রি। মসিনা মন্দির অসিবু অঙকপা, খৃৎশারোন অমনি হায়বদু ময়েকশেংনা উংলি। মন্দিরগী অকোয়বদা চাউর-চাউরবা যুম্বী কয়ানা ইকোয় কোয়না শৌগৎতুনা পাক্লবা কোরিদোর লৈ, মেন থোঙজাও ওইরিবা মফম অদু পাক্লবা মাঙ্গোল অমনি। লৈমায়দগী ঋাংলবা সিড়ী কয়া কাখৎফম লৈ। টেম্পল গার্দেন কয়াগী ফজরবা

দৃশ্য-পুক্লিং সুমহৎনিংঙাই ওইরি। মফম অসি শীংথানরিবা লাইনীংফম অমনি। সাধু বৈষ্ণব অমদি তান্ত্রিক যোগী কয়ানা মচি মচিদা মমীৎ উইশিল্লদুনা লাইনীংলি। চহী চুপ্পা, নুমিৎ খুদিং, অহিং নুংথিল নাইদনা ভক্ত কয়া লাকই; মশীং থিঙমদে, নোংঙানদ্রিঙৈদা পরেং পরেং লেংলদুনা লেপলে। পরেং থুগায়দুনা চংলুবা য়াবা নত্তে; লাউনরকই; চৈনরকই, চিংথোকনৈ। অসুক্কী মতিক মগুণ লৈরবা লাইফমনি।

মন্দির মনুংদা লাংলিবা মা কালি মুর্তিগী নাক য়েৎতা (খরা চৎখৎনা) শ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংস অমদি মা সারদাগী মুর্তি লাংলি। ধুপ থাউমৈ থাদুনা থম্মী। কালিগী মমাঙদসু ধুপ থাউমৈ থাই, অহিং চুপ্পা মুৎপা নাইদে। মা কালিগী মঙাল ফংগ্রবা পুংবা অসিবু অসুক্কী মতিক ইকায় খুমনৈ। সরদা দেবী হান্না খুকমলবা মতুংদা শ্রীরাম কৃষ্ণ পরমহংস খুরুমনৈ, মথংদা মা কালি দর্শন তৌনবসু য়াওই। মী পুংবা, নুপা নুপী অনী অদুনবু পেনবীরবদি মা কালিনসু শোয়দনা থৌজালবীগনি হায়বগী থাজবা অমা লৈনরি। অমরোমদা রাধেনা পেল্লবদি শ্রীকৃষ্ণনা থৌজানবী হায়নরি। জয় রাধে কৃষ্ণ হায়দুনা শৈশকনৈ। লাইহাক্তগী নুপী নীংবা নৎত্রগা নুপীদা ব্রাচং ব্রানোম অসি চংনরকলে। শিষ্যা অমনা গুরু নীংলবদি নৎত্রগা গুরু মশক খঙলবদি ঈশ্বর ফংঙিসু হায়নরি। মসি গুম মখলগী লাইনীং লম্বীবু 'গুরু শিষ্যা পরম্পরা' হায়রগা খঙনরকলি। মতৌ অসুম্না সরদা দেবীবু কালি তোংবীনি নৎত্রগা মহাক মশামক মা কালিনি হায়দুনা থাজনৈ।

এঃ হায়রিমক্তদা; থুংলরে কালিকা খুৎপু!

শ্রীমতী কুমারিকা চংশিল্লকলে। মাগী নাক য়েৎতা কুমারী দেবদাসী অনীনা ঙাক শেল্লকই। মেন গেট্রা লাপ্তক্রা লেপ্তুনা লৈখ্রে। মাগী মীৎয়েং লৈখাদগী ব্রাংলবা সিড়ী তম্না অসুম য়েংখৎলকই; ৪৫° গী এঙ্গলদা চপ লেপখি।

যোগমায়ানা হায়রকই—"এ ঃ মীয়ামসিদি! দর্শন ফংবৈ ব্রা লৈতে।"

অম্বিকানা শমথরকই—"হোয়নে যোগিমা! য়াম্না মতিক মগুণ লৈবা লাইফমনি।"

কালি মন্দির মমাঙগী মথাং নাইরবা সিড়ীগী নাক য়েৎতা ভক্ত লীশিং লীশিং পরেং নাইদুনা লেপল্লি। নুপাগী পরেং নুপীগী পরেং থায়দোকই; ফৌমান য়ানবা য়াপোৎ নত্তে। ময়াই লম্বীদি থাদোকই, অসুক্কী মতিক শাংগ্রবা পরেংনি, মতোন অনীনা মেন গেট য়ৌই। লাইনীংবা, লাইবু অসুক্কী মতিক থাজবা মতৌ উবা ফংঙি। বেঙ্গলগী শারবা নুংশা মরক্তা মচি অমফাওবা লেংদনা মাগী মাগী মতাং ঙাইনরি, ছাতিন খনবসু য়াওই। মখূৎ মখূৎতা পুজাগী পোৎলম পুখম মচা, হৈ লৈ য়ুবী, লফোই, সিন্দুর পুররক্লবসু য়াওরি। ভক্তশিং অসি অসুক্কী মতিক থকসি খাসি ঙাক্লা উই। কনা অমত্তনা ময়াই লম্বীগী অহাংবা সিড়ীদা কাখৎতুনা নৎত্রগা ফৈদোরক্তুনা কাখৎনদে, কাখৎপসু য়াদে। লাই খুরুম্বা লোইরবশিংনা মতাই মতাইদা কুমথনরকই।

"ইমাথোই!" কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীনা খরা তল্লপ তৌনা হায়রকই—"কিউ মমৈদা লেপলবদি নুমিৎ তারনি।"

"ইমাথোই!" কুমারী যোগমায়ানা অমুক ওকশিন্দুনা খুম্বা ওইনা হায়রকই—"হয়েং অয়ুক মম্মীঙৈদা লাকসিরা?"

শ্রীমতী কুমারিকানা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই—"ময়াইদা হাংলিবা সিড়ী অসিদা হেক্তা কাখৎলগা চংসিদো।"

"ইমাথোই ! কিউ থুগায়রে হায়দুনা লাউনরক্কনি।" কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীনা হায়রকই — "ঐখোয়গী বেঙ্গলদদি য়াম্না চুম্না নিয়ম ঙাকনৈ।"

"ঐ খঙই, অম্বিমা !" শ্রীমতী কুমারিকানা য়াম্না চিংলেম্না হায়রকই — "ইমরজেন্সিদদি কিউগী নিয়ম ঙাক্তবসু য়াই ; ঐদি ঙসিমক হনবা তাই, হয়েং ঙাইবা য়াদে। মতম কুইনা ফাইদুনা লৈথোকপা চুমদে, হরিদাস চীন্দুম্বনা করিনো খরা তৌরকপা য়াবগী চিংনবা লৈ।"

"ইমাথোই ! হরিদাস চীন্দুম্বদু ঐঙোন্দা শিন্নবীরো।" যোগমায়ানা শমথরদুনা হায়রকই, "মাযাজাল তৌদুনা পাউথোক্লগা শ্রীধাম নবদ্বীপ্তগী তাম্লোকখিনবা হোৎনজরগে।"

"হরিদাস চীন্দুম্বদি মীরাদাসীদা ঙাওরিবনি।" কুমারী অম্বিকানা লাকক তৌনা হায়বকই, "মীরা পুরগা চেলহনখ্রসিরা, ইমাথোই ?"

"ঙাইখোদা, অম্বিমা অদুগা যোগিমা ! মদু কোন্না খন্নসি।" শ্রীমতী কুমারিকানা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই — "হৌজিক হৌজিক ঐখোয়গী মাঙদা তারিবা থবক অসি খূৎলৈ থুনা পাঙথোক্লবা হোৎনৌ।"

"কমদৌনা চক্রবীহু চংসিবা !" কুমারী অম্বিকানা শোঞ্জে।

শ্রীমতী কুমারিকানা নাপল কারপ তৌরগা হায়বকই — "অম্বিমা ! অদুগা যোগিমা ! ঐ শ্রীমতী কুমারিকানি। ঐনা পাঙথোক্কে খনবা থবক্তা ঙমখিদবা লৈত্রিবনি।"

"হোয়নে, হোয়নে, অদুবুদি...।" যোগমায়ানা নোকফেৎ তৌরগা ফাগী ওইনা হায়রকই — "লাপথ্রবা চীংলৈবাক্তগী লাক্লগা শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা খুন্দাবা ঙম্নীনি, তৌবতবু ঙমখিদবা অমদি লৈ হায়না তাজেকো, ইমাথোই!"

কুমারী যোগমায়ানা চল্লিবা পাখোং — শ্রীমতী কুমারিকা খঙই। চুম্মী, মহাক্ল ঙমখিদবা অমা লৈ। মাগী শমজিগী গুলাপ্তা তোংলম্বা খোইমু — মফম খঙহৌদনা পাইখ্রে, মহাক্ল ফাজিনবা ঙমহৌদ্রে। অতৈদি মহাক্ল ঙমদুনতা লাকই।

"অদুবু যোগিমা !" শ্রীমতী কুমারিকানা য়াম্না হৈশিংনা খুম্মী — "শ্রীনদীয়া বিহারীবুদি ঐনা ফাজিন্দুনা থমখ্রে। মাগী থব্বায় মিরেলবু তরেং লৈবী শান্নদুনা কৌজখি। মঙালসু ফংজখি, মঙদনিকো। নখোয়সু নুংমীৎতা মাবু মচি লেঙহন্দনা চিংশিল্লগা নীংজৌ, মসিবু দেবদাসী কম্ট নৎত্রগা কুমারী কম্ট কৌই। নিরাকারদা লাইনীংবা য়াদে। লাক্কনি মহাক শোয়দনা, মঙদনি খঙদে, তাইবংদনি খঙদে। মাবু নীংজৌ ; লাকখিনি মহাক শোয়দনা, শ্রীমতী কুমারী দেবদাসীশিংবু উদ্ধার তৌরবসু ওইসনু !"

কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীনা ঙক্লপ তৌনা হংলকই — "ইমাথোই ! উদ্ধার তৌবা হায়দি করিবুনো ? লাকখিনি মহাক, হায়দুনা কন্নাবুনো ?"

"মঙাল ফংহনবীসনু হায়বনিদো।" শ্রীমতী কুমারিকানা ৱাথৈরদুনা হায়রকই, "ঐখোয়গী পুন্সিগী পান্দম হিংবনি, পুন্সিগী পন্থুংনা শিবনি। ইতুং ইল্লকউ, অরান খুভম ফংনবা ইমা কালিসু দর্শন তৌরুরসি।"

"কমদৌনা কিউ থুগায়দোইনো, ইমাথোই।" কুমারী যোগমায়ানা হংলকই।

শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা যোগমায়না তৌবা ঙমখিদবা থবক লৈতে। মাগী মায়াজাল মমিং চৎলিবনি। শেঞ্জাও পায়বা অরিকপা, তীর্থ যাত্রিক কয়াবু মহাক্কী মমিদা, মোইথেমদা

ঙাওহন্দুনা মায়াজাল তৌরগা শেন খোকখি। লমজা হাউসকী দোনর ওইহনখি, নামৈ শেনদং য়াওরগা হলহনখি। অসিদসু নত্তে, মহাক্না টেম্পল গাইদ ওইদুনা পুবা তীর্থ যাত্রিক কয়াবু কিউ থুগায়রগা চংবা ঙমখি। মাবু খ্বাইনা কিনৈ। অদুবু দিক্ষিনেশ্বর কালি মন্দিরগী কিউদি খুৎশাং অমনি, থৌনা ফনা চংশিল্লুবদা মীয়াম হুপচিন্দুনা মশম ফোংইরকপা য়াই। মসি যোগমায়ানা খঙই। ঙাইহাক খঙ্গানৈ।

মাগী মতৌ অদু মীতেক মীরৌ খঙলবী শ্রীমতী কুমারিকানা খঙই। মহাক মোমোননৈ, অদুগা হায়রকই—"চম্মকার তৌবা ঙমদ্রব্রা, যোগিমা ! ঐদি কাখৎলেকো, মা সরদা দেবী ওইনা।"

সুমিত্রা বিশ্বাসনা হায়রকখিবা ৱাফম অমা যোগমায়ানা খঙনীং নীংশিংলকই ; ইখঙ হেক খঙহৌদনা লাউরকই—"চম্মকার ! মিং হোংবসু অবতার অমনি।"

"হোয়নে হোয়নে, চম্মকার !" কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীসু সুমিত্রাগী ৱাফম অদু খঙনীং নীংশিংলকই। মখা তারদুনা লাউরকই—"মা সরদা দেবী লেঙলকলে।"

"মা সরদাগী জয় !" কুমারী যোগমায়ানা খঙলাউ লাউরগা অমুকসু খুমজে—"মা সরদাগী জয় ! জয় !"

"মা সরদাগী জয় !" কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীনা হৌরপ্লা লাউরগা অমুকসু খুমজে, "হোলি মাদরগী জয় !"

মায়াজাল ! অম্বিজাল ! অনীগী খোল্লাওনা পুমনীল নীনখ্রে। মন্দিররোমদা মীৎয়েং থমদুনা লেপ্পরিবা কিউ পরেং অনীগী নুপা নুপীশিংনা ঙশায়মখৈ তুংলোমদা য়েংথোক্লবগী তাঞ্জা ফংখিদে। খ্বাই ময়ামগী মনীং ওইরপ্লা ময়াই লম্বীগী সিড়ী কাফম মনাক্তা লেপলিবী মখোয়বু উখিদে। কুমারী দেবদাসী অনীগী জয়ধবনি হেক তাখিবগা অমনা অমবু হৌনরুবা তৌদনা মমায় তংখায় তংখায় লৈথোরক্কুনা য়েংলকই। খ্বাই পুন্নমক ঙকচানখি, অমতা ওইনা শোন্নবকই—"মা সবদা ! মা সরদা ! শ্বয়ং ওইনা মা সবদা !"

"অবতারনি, অবতার !" কুমারী যোগমায়ানা খুদোংচাবা লৌরদুনা মমাঙ থাগৎখ্রে, তুংহন্না হন্না সিড়ী কাখৎলি ; মথুৎবাক অনী তিংথোক তিংথোক্না স্বগত তৌবগী মওংদা মখাতানা লাউরকই —"কলিগী জীবশিংবু লানবীরগে হায়দুনা ইমা সরদা দেবী শায়োন তৌদুনা লৈবা কুইরে। ঙসিদি শাফোঙবা লেঙলক্লে... থৌয়াম পুবী ইমানি, ইমাবু হান্না কালিবর ফংহল্লবদি লেমহৌরিবা বর অতৈ অদুগী মহৈ ময়ায়সু লেম্নমক ফংবা য়াগনি, ইমাগী লম্বীদা অপনবা পীবিগনু ! ইমাবুসু খুরুম্বীয়ু ; হৈ-লৈ, শেনথুম দানসু তৌবীয়ু, ইমাগী মচা ময়ামসু লৈরিদো, মতেং পাংবীয়ু ! মতেং পাংবীয়ু !"

চম্মকার ! অঙকপা মতৌনি ; কিউ পুমকায় পুমতোয়। মথক্তগী চেন্থরকপসু য়াওই। শ্রীমতী কুমারিকানা সিড়ী মথাং মথাংদা প্রপ প্রপ কাখৎখি। কনাসু করি অমত্তা লাউনরকখিদ্রে। লম্বী ফজনা ফাৎখ্রে। কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীনা মতুং ইন্নদুনা কাখৎলকই। মহাক্না মায়াগী পাইরক লৌশিংবু থাগৎনিংঙি। মাগীসু তোঙানবা অম্বিজাল লৈজে ; মতাং চানা ফন্দ ড্রাইভ তৌহৌরগে খল্লকই।

"যাত্রিকশিং ! মা কালিগী অথোইবা ভক্ত পুন্নমক!" কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীনা অসুম্না লাউরদুনা ময়াম তানবা মওংদা মখা তানা অমুক হৌরপ্লা লাউরকই —"ইমা সরদাদি

কালিতোংবীনি ; ইমানবু পেনবীরবদি স্বয়ং ওইনা দক্ষিনেশ্বর মা কালিগী দর্শন ফংবগা চপ মান্নরবনি, ইমাবু খুরুম্বীয়ু ; ইমাগী মফমদা কৎথোকপা পাম্মুবীরুনু... লম্বী থাদোকপীয়ু। ইমাবু হান্না অমুক্তং মন্দির মনুং য়ৌহনবীয়ু... ইমাবু শাউহনবীনু ; ইমাদি থৌজাল হৈবীনি, ভৈরবী ওনবসু ঙম্বীনি, লম্বী থাদোকপীয়ু ; ইমাদি ঙাইহঙমদবীনি ; নখোয়গী কিউ ইমাদি য়াদে। নীংবগা তৌবগা নোংথাংনি ; নোংথাঙলৈমা !"

ময়াম্না লাউনৈ—"ইমাগী লম্বী থাদোকপীয়ু ! ইমাগী লম্বী... ঐখোয়দি কোন্না দর্শন তৌরসু য়াই ; ইমা সরদা দেবীবু হান্না মা কালিবু উন্নহন্নসি, ইমাসু মা কালিনি !"

কাঙবু অমনা লাউখৎলকই—"মা সরদাকী...।"

কাঙবু অমনা খুম্মী—"জয়, জয়, মা সরদা !"

শ্রীমতী কুমারিকাসু তশেংনমক শকলোন পুবীনি। হিন্দুগী লাইশং মন্দিরশিংদা অসুক্কী মতিক থাজনবা অমা উবা ফংঙি। শ্রীমতী কুমারিকানা মসিমসু খঙই। মহাক্তি মানবতা নত্তে ; তশেংনা হেক্তা সরদা দেবী ওহোকখ্রে। সাড়ী ফিজিলনা মকোক খুমলপ তৌই, মমীৎনা তরংদা য়েংলপ তৌই, মখূৎ য়েৎকী খূদাং থাংগৎলি, খূবাক ফন্দোক্তুনা ময়ামবু আর্শিবাদ পীবগী মওংদা চংশিল্লকই, কাখৎলকই। মহাক নোক্তে ; য়াম্নসু সিরিঅস ওইজবীনি। দক্ষিনেশ্বর কালি মন্দির মনুংদা লাৎলিবা সরদা দেবী অদুমক ওইরবোই নীংনখ্রে ; কয়াদি মানখ্রে ; কয়াসু হৈনা শকলোন হোংখ্রবা। কালি মন্দিরগী থোঙজাউ মমাঙদা চপ লেপ্লরে। মাগী নাক য়েৎতা কুমারী দেবদাসী অনীসু থৌগল তৌররে।



"মা কালিকী জয় !"

শ্রীমতী কুমারিকাগী থোইথুম্লরবা খোঞ্জেলনা হৌরপ তৌনা লাউজরগা মখূৎ অনী লোম্নরদুনা কালিমাই খুরুম্মী।

মতম অদু নুমিৎ য়ুংলমদাইনি।

ৰাং চাউরবা কালি মুর্তিগী মমাঙদা পুজারী অমনা আরতি কৎলি। নাক য়েৎতা লেপলিবা পুজারী অনীনা চামর হাইরি। শরিক কাংশি খিংগৎলকই। মপান্দগী ভক্তশিংনা লাউখৎলকই, "মা কালি কী জয় !"

মীয়ামগী খোল্লাও অসি নমহৎপা ওইনা কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীগী নুপা মখোল চংলপ তৌরবা খোঞ্জেলনা হৌরপ তৌরদুনা লাউখৎলকই—"মা সরদাগী জয় !"

কুমারী যোগমায়ানা শমথবা ওইনা লাউখৎলকই—"নুংদা কালিমাই লোৎলদুনা, পান্দা মা সরদা দেবীগী শক্তম লৌরদুনা, লেঙলকলে হোলি মাদর ! শ্রীধাম নবদ্বীপকী শ্রীমতী কুমারিকা ! অবতারনি ! অবতার ! চম্যকারনি, চম্যকার !"

কালি মন্দির মনুংদা থৌগল তৌরিবা পুজারী অহুম্মক তুজুংনৈ, শ্বাই লাওনৈ। তুংওহোরক্তুনা খঙয়েং য়েংনিংলকই। অমনা অমবু হৌনরুবা তৌদনা মমায় ওহোরকলে ;

মমীৎ কুপ্পখিদ্রে। মা সরদাদা পূক্লিং লুপশিনগ্ৰবা কাওবুনি। পুমণ্ডক হেক্তা গুকশ্রে; পুমসুম হেক্তা সমহৎশ্রে। অমদা অনী পুন্না দর্শন ফংবদৌনা তৌশ্রে।

"হি! করি মতৌনো? কদোমদগী স্বয়ং রূপনো?" পঞ্চবর্তী হাইরিবা পুজারী অদুনা অসুপ্পা শোল্লদুনা শ্রীমতী কুমারিকাবু ওক্লা ওক্লা হায়রকই—"হে ইমা ভাগ্যাবতী! ননাইদি পোকপগী মহৈ য়াল্লবনি, উজবা ফংলে মা কালিসু! মা সরদাসু! লেঙশিনবীরকউ মন্দির মনুংদা।"

শ্রীমতী কুমারিকা মন্দির মনুংদা চংশ্রে। কুমারী দেবদাসী অনীদি মপান্দা লেপ্তুনা লৈহৌরে।

পঞ্চবর্তী হাইরিবা পুজারী অদুনা মখূৎতা পায়রিবা মৈহাই অদু লৈমায়দা থমলগা মশামক শাংত্রোং শাংনা তিংথোক্তুনা শ্রীমতীদা খুরুম্মী। চামর হাইরিবা পুজারী অনী অদুসু মতুং ইন্দুনা খুরুম্মী। মপান্দা পরেং লেংলিবা ভক্তশিংসু খুরুমগদৌবগী কিউ থুগায়রগা চেনশিন্নরকই। অঙকপা মতৌনি। অসুপ্পা থৌওং অসি ভারতকী মফম কয়াদা থেংনৈ। করি অমুক হায়রুনি হিন্দি ফিল্ম জগৎতা 'সীতা' অমদি 'সন্টোসিমা শাবী' হায়দুনা মমিং চৎখিবী অনিতা গুহ্য লাকপদা মীয়াম্না মখোঙ শোক্লা খুরুমনৈ, হৈ- লৈ, পৈশা কৎতুনা থৌনিজৈ। তৌশিন্নববু তশেং তশেংবনি হায়দুনা হেক্তা মনুং হুঞ্জিন্না থাজবা অসি ভারতবর্ষগী কাচিন কোয়াদা চংনরি। তৌববুদি কৃষ্ণ নৎত্রগা মহাপ্রভু শাবা মচাবু মপা অদুমক্তা ভক্তি রসতা খুরুমলগা মমীৎতগী পি শিন্থরদুনা কপচবা ওম্মী। অদুনা, চুম্নতগী 'সরদা সাড়ী' শেৎচরগা ইঙাও ঙাওনা লাকচবী শ্রীমতী কুমারিকাবু মা সরদাগী অনৌবা শায়োননি হায়দুনা খঞ্জবা অমদি নীংজবা য়াই; ওইথোকখিবা অমদি ওইথোক্তুনা লৈরগদবা ইন্দিয়ান কলচরনি।

শ্রীমতী কুমারিকা ঙকই, তশেংনমক ঙকই। সুমিত্রা বিশ্বাসকী বাফম—চুম্নতগী ফাগীনি খল্লই। মঙোন্দা অপাইবা দশা অমা থোক্লরে। ঙাইহাক্তি মহাক করি তৌগনি হায়বা খঙখিদে। মনীংদা লেপলিবী কুমারী দেবদাসী অনী অদুনা শোচ্ছাংন্না হায়রকই—"তথাস্তু! তথাস্তু! লেঙখৎলু লেঙখৎলু ইমানা থৌজালবীরবনি, হে পুজারী অথোইবশিং! ইমাবু নীংজৌ কৎথোকপা পাম্মুগনু।"

কুমারী অম্বিকা চৌধুরানী অমদি কুমারী যোগমায়া অনীনা লাইফম অসিদগী শেনখায় খরদি লৌবা য়াবনি হায়বা খঙই। লমজা হাউসকী ফন্দ অয়াম্বদি মবানীনা খোম্বনি। নোংমা নীনি লৈথবা য়াবনি হায়বসু খঙলে। ভক্ত লীশিং লীশিংদগী শেন অচোইবা মচা মচানা চাউরবা শেনফম অমা শাগৎপা য়ারনি হায়বসু উরে। মদুগী পোরম য়াৎপা হৌরসি হায়বগী মওংদা কুমারী দেবদাসী অনীদো মীৎখৎনৈ।

কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীনা হায়রকই—"পুজারীজি! মা-সরদানা নোংমা নীনি মফম অসিদা অতিথি ওইনীংঙি হায়দুনা লেঙলকপনি।"

কুমারী যোগমায়ানা অমুক নোংশিল্লকই—"শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা হোলি মাদর ওইনা শাফোঙখিবী শ্রীমতী কুমারিকা, অতৈ নপ্তে; মা-সরদাগী অনীসুবা লাংওননি। মসিবু থাজদবা তৌবীগনু। ইমানা লমদম্লবদি মন্দিরগী প্রণালীসু মবুক পীক পীক থুনগনি, ইমাগীসু মচাশিংগীদমক মতেং খরদং ওইগাদ্রা খন্দুনা প্ররিক্রমা ওইজরকপনি।"

মন্দিরগী পুজারীশিং অদু ঙমখৈ লৈতনা পেঙ্গবগী মতৌ উংলদুনা হৌগৎশ্রে, লেপ্তুনা লৈশ্রে। ঙাইহাক্তি চঙক্লখি। ভক্তশিংসু চম্মনখি। লাই খুরুম্মখিদে, নির্মলা নীবা, হৈ লৈ শেন কৎপনচিংবা অমত্তা তৌখিদ্রে। মন্দির মনুংদগী শ্রীমতী কুমারিকাবু লেঙথোরকপা ঙাইবদৌনা

লৈনখ্রে। পুজারীশিংগী মতৌ তমদুনা দর্শন তৌনিংলকলে ; তিংঙক মাইঙক্লদুনা লৈনখ্রে। ঙাইহাক্তি টেম্পল বিজিনেশ ট্রানজেকসন লেপখি।

কুমারী দেবদাসী অনীনা মখুৎ লোন্নরদুনা পুজারীশিংদা নোল্লুকপা উৎলি। মন্দির মনুংদা সং হেক্তা চংশিনখি। শ্রীমতী কুমাবিকাগী নাক য়েংতা লেপলরে। মখোয় অহুম্না মমীৎ চেজেং উইশিল্লদুনা মা-কালিপু পুক্লিং হেদৌ কাদনা খুরুমজে, থৌনিরোলদি মান্নদে ; অহুম্মকী তোঙান তোঙাল্লি।

শ্রীমতী কুমারিকানা নুংনীরোল শোঞ্জে (হে ইমা অথোইবী ! পঙলবী, অঙাওবী নচাদি চুম্নকপী দর্শন লাকচবনি। লাল্লবসু ঙাকপীয়ু! পীনবিয়ু নতিক থৌনা ! মতম কুইনা লমজা য়োকপী, কুমারী য়োকপী ওইনা হিংহনবীয়ু।)

কুমারী অম্বিকা চৌধুবানীনা নুংনীজৈ (হে ইমা ! ঐসু নঙদৌনা কালিকা শাবীনি। থাংবাক পায়দুনা মীতমথী কয়াগী মঙক ককথৎলগা পৃথিবীদা শান্তি পুরকপা ঙম্নবা থৌনা লীংজেল পীনবিয়ু। অমুক্তংগা ভোকাজখিগে।)

কুমারী যোগমায়া হঙ্গৎচৈ (হে ইমা কালি ! কলিগী অথোইবী ! নঙদি ইনাকখুনবীনি। যোগমায়না মায়াজাল তৌরগা প্রণালী বোক্স অমা অনী লুট তৌবদি ওমগনি। অদুবু তৌজররোই। ভক্ত কয়াবু চিংথোক্লগা শেন খবদি তাঞ্জগে, ললাইগী নত্তেকো, ইচা লমজাশিংগীদমকনি। লাল্লবসু ঙাকপীয়ুকো... হৌজরগে।)

শ্রীমতী কুমারিকানা কুমারী দেবদাসী অনীগী নুংলোন খঙই। শোম্বাংননা হায়রকই, "হৌরো হৌরো, অম্বিজাল ! মায়াজাল ! সিন্দুব তেংগোৎ পায়বকউ। ভৈরবী দান্স শানিংলকএ।"

পুজারীশিং ভাপ তাদে। পুজারী অহলনা লেংজুম সুপকৎলপ তৌরগা শোঞ্জে—"অম্বিজাল ! মায়াজাল!"

"ইমাদা কালি তোংবা হৌরকলে।" কুমারী যোগমায়ানা শমথবদুনা হায়বকই—"ননাই ঐখোয় থেমজগে।"

শ্রীমতী কুমারিকা মন্দির মনুংদগী থোরকলে। পাক্লবা মাঙ্গোল ময়াইদা লেপ্পী, মমীৎ উইশিনখ্রে। মশাপুম্না নীকলকই, মকোক্তা খুমলিবা সাড়ী মতেক নাম্থখ্রে, শম্বুল থোকলে, ব্রাই ব্রাই, হ্বাই হ্বাই তারকলে। ইখঙ হেক খঙহৌদনা ভৈরবী দান্স শারদুনা লৈথোকখ্রে। মন্দির মনুংদগী কুমারী দেবদাসী অনীনা মখুৎ মখুৎতা সিন্দুর তেংকোৎ অচৌবা অমমম পায়রগা মনাক্তা লেপ্লুনা লৈররে। অম্বিকানা সিন্দুর অফাবগী তেংগোৎ পায়। যোগমায়ানা সিন্দুব অচেৎপা তেংগোৎ পায়। মহাক্কী খুবীনা সিন্দুর খরা কোৎলগা শ্রীমতী কুমারিকাগী লাইহবক্তা পাক্তক্লা নম্মী। কুমারী অম্বিকানা সিন্দুব অফাবা অদু শ্রীমতীগী মমায় তম্না চাইশিল্লি। খ্বাই ময়াম্না চঙক্লদুনা ষ্ট্রিট মেজিক সো য়েংবদৌনা মমীৎ কুপ্লখিদ্রে। পুজারীশিংসু মপান থোরক্তুনা লেপ্লরে। মন্দির করবার পুম্নলেপ লেপখ্রে।

শ্রীমতী কুমারিকাদি অদুক হাক্লা জগোই শাবা হৈবীসু নত্তে। তৌবসু 'ভৈরবী দান্স' হায়বা জগোই মখল অসিদি খূৎ-শা খরা তিংথোক্লগা, লৈ তিংথোক্লগা তান মেন য়াওদনা চোং ফন্দুনা শাবা য়াই। নিয়ম চুম্না ভৈরবী দান্স হৈরিবদি কুমারী অম্বিকানি। মৈতৈ জগোইদসু নক্তনা 'দেবদাসী দান্স' অমদি জগোই মখল খুদিংমক হৈরিবনা কুমারী যোগমায়ানি। মহাক্তি হেন্দোক্লা 'টেম্পল

দাঙ্গর' (দেবদাসী) অমনি হায়বসু য়াই। শ্রীমতী কুমারিকানা, কুমারী দেবদাসী অনীদা চেরিতি শো অমা উৎলক্লবা ইথিল পীরিনি।

জগোই হায়বা অসি নেশা মখল অমনি। শানিংলকপদা থিংবা ঙমদে। নুংশিবা সুর যন্ত্রগী তাম্বা অমা হেক তাবদা মীমাঙ পুমাঙ খঙদনা জগোই হেক্তা শাবা নুপা নুপীসু লৈ। হায়রিমক্তদা, হয়া হৈ! মহাদেব শারগা কালি খুরুম্বা লাকপা ভক্ত মরক্তগী নুপা অমনা দমরু থিনগৎলকই। কুমারী অম্বিকা চৌধুরানী ঙাওখৎলকই। মখূৎতা পায়রিবা সিন্দুর অফাবা অদু খুবাম অমা লৌরগা মমায়দা চাইশিল্লি।

হেক থংনবা মিকুপ্তা নিয়ম চুম্না কালিকা দান্স শাগৎলকই। কুমারী যোগমায়াসু মাইবী জগোই শাগৎলকই। মবানী হিদান্নবগুম হেক্তা ফজনা শাখ্রে। শ্রীমতী কুমাবিকানা পামলিবদি মবানীগী শোনি। মহাক জগোই শাবা লেপখ্রে, খোঙ্গ্রাই চন্দুনা ফমলগা মমীৎ উইশিন্দুনা যোগিনী অমগী মওংদা লৈখ্রে। মাগী মমাঙদা হৈ লৈ, শেন অচোইবা কৎনরকলে। অরাপ্পদগীসু লংশিন্নবকই। চেগী নোট কয়াসু কৎনরকলে। অঙকপা কুমহৈ অমা ওইখ্রে।

থোইদোক্না কলাকার অমসু ওইরিবী কুমারী যোগমায়ানা মখল মখলগী জগোই শাদুনা খ্বাইবু সুমহৎখ্রে। দেবদাসী দান্স শাদুনা লোইশিল্লি। খ্বাইবু খুরুমলগা লেপখ্রে। হেক থংনবা মিকুপ্তা কুমারী দেবদাসী অনীনা সিন্দুর তেংগোৎ পায়খৎতুনা ভক্তশিংগী লাইবক্তা পংনমদা নম্মী। ময়াম অদুনা মা-সরদাগী শক্তম লৌরদুনা যোগিনী শারিবী শ্রীমতী কুমারিকাগী মফমদা, মমাঙদা মাগী মাগী লৈজবা শেন কৎলগা খুরুমনৈ। শ্রীমতী কুমাবিকানা মকোক মকোক্তা নাম্বুবীরদুনা বর পীখি—"যুগ যুগ জিয়ো! তথাস্তু! সো শাল জিয়ো!"

অঙকপা কুমহৈ অমনি। পুং অনীরোম চৎথখি। শ্রীমতী কুমারিকানা মমীৎ নাম্মা মরক মরক্তা পাংথোকই; দক্ষিনা য়েংঙি। যম্না ব্রাংনা পৈখৎখ্রে। ইখঙ হেক খঙহৌদনা ফুক হৌগৎখ্রে; সিড়ী মখাবোমদা প্রপ প্রপ কুমথখ্রে, খোঙলৈ থুনা চৎখ্রে। মচি অমদা কুমারী কন্টকী লেকচর তৌদুনা লৈখ্রে।

কুমারী দেবদাসী অনীনা সিন্দুর তেংগোৎ অনী অদু পুজারীশিংদা শিন্নরমলগা কুমথখ্রে; চায়দুনা পৈরিবা শেনফমদা মীৎ চিনা ফাওবা য়েংলমদে। মবানীমক খোঙলৈ থুনা চৎখিদুনা শ্রীমতী কুমারিকানা প্রচার তৌবিবা অদুদা তেংবাংবা ওইনা য়াওশিনখ্রে।

"হোলি মাদর!" নুপী অমখক্লা শ্রীমতী কুমারিকাবু কৌরগা চংশিল্লকই, খুরুম্মী অদুগা হায়রকই—"ঐহাক লোন্না চেল্লকলে, পুবিরো ঐবুসু শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা! ঙসিদগী ঐহাকসু কুমারী কন্টতা লাইমীং লৌজরবনি।"

নুপী অসি ওমিতা দাসীনি। মিকুপ খরগী মতুংদা কালি খুরুম্বা লাকপী নুপী নৈশাবী খরসু হোলি মাদরবু খুরুমলদুনা কুমারী কন্টতা লাইমিং লৌজগে হায়দুনা কিউ মরক্তগী চেম্প্লোরকলে। ঙৈহাক্তুদা কুমারী তরা সুদোকখ্রে।

মতৌ অদু উবদা শ্রীমতী কুমারিকানা নুংখৈন্রে (তস! হরিদাস চিন্দুম্বা! নঙনা কুমারী কন্ট মুথৎপা ঙমব্রা য়েংসিদো।)

মন্দিরগী পুজারীশিং চেম্প্লারক্তুনা শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী অহুমবু খুরুমলরে। পুজারী অহলনা হায়রকই—"হে মা সরদা! হে মা কালি! অমদা অনী পুল্লবী দেবীশিং! নোংমা নীনি মফম অসিদা অতিথি ওইনা লমদনবীখো।"

"অম্বিমা ! অদুগা যোগিমা ! নবানীগী করি রাই ?" শ্রীমতী কুমারিকানা হংঙি।

"মহাপুরুষশিংগী নিমন্ত্রণ লৌবা চুমগনি, ইমাথোই!" কুমারী যোগমায়ানা খুম্মী।

"হোলি মাদর ! ননাইসু অদুম খঙে।" কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীনা মত পীজে।

"লেঙবীরসি।" পুজারী অহুম্না হায়রকই—"ঙসিগী চম্মকার কুমহৈ অদো মন্দির অসিদা নোংমা নীনিদং উৎপীখো...।"

"হোলি মাদরদি শেন থুমগী মীহৌবা, মীকাবা করিসু লৈজদে, খঙহৌদনা লাই তোংলকপনি ; শেন নীবা লাকচবসু নত্তে।" কুমারী যোগমায়ানা মখাতানা ঙাংলকই—"ইমানা লমজা কয়াবুদি মচা ওইনা য়োকলি।"

"ননাই ঐখোয় শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা শায়োন তৌদুনা লৈরিবী ইমাগী মিংলেন তাজে।" পুজারী অহলনা হায়রকই—"ইমাদি শক্রোন য়াম্বীনি, ঐখোয়গীদি, মা কালিনি, মা-সরদা দেবীনি ! দক্ষিনেশ্বর মন্দির সেবা কমিতিগী মায়কৈদগীসু মতেং পাংজগে। ঙসিগী প্রাণালী ময়াম অসিসু পুবিখো।"

"হুম ! ঐহাক পম্বুবা য়াদ্রে।" শ্রীমতী কুমারিকানা মমীৎ উইশিন্দুনা ঙাইহাক লৈরগা হায়রকই—"ঐগী নুংমীৎতা ঘটনা অমা থোক্কদবগী খুদম উরে। শ্রীনদীয়া বিহারীনা ঐবু কৌরে, হৌজিকমক ঐ হনবা তারে, মতুংদা অমুক অতিথি ওইরগে... অম্বিমা ! যোগিমা। লাইনৌ নুরাবী ময়ামগা লোয়ননা দান মপৈদো পুরকউ।"

শ্রীমতী কুমারিকা পম্ব্রমদ্রে। প্রপ প্রপ খোঙশানখ্রে।

"য়াথং অদুমক।" কুমারী দেবদাসী অনীনা খুম্মী অদুগা লাউরকই—"হোলি মাদরগী জয় ! শ্রীমতী কুমারিকাগী জয় !"

পুজারীশিংনা লাউরকই—"মা সবদাগী জয় ! মা কালিকী জয় !"



নুমিৎ অদো নুংঙাইরবা খোঙচৎ অমনি।

পুন্সি হায়বা অসিদি মখল মথেলগী শাংলবা খোঙচৎনি। শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী অহুম্না দক্ষিনেশ্বর কালি মন্দিরদা উৎখিবা কুমহৈ ; থোক নত্তে। মখোয় মখোয়গী হৈজ-শিংজবা মতৌনা মীয়ামবু সুমহৎলদুনা ফন্দ দ্রাইভ তৌজখিবনি। কুমারী কয়াসু চেন্দুনা পুরকপা ঙমখি। কুমারী কল্ট ! য়াম্না থুনা লৌনগনবা লায়চৎ অমনি হায়বা য়ারে। মউমরা তাশিনখিবা কুইরকলে।

ঙসিসু কুমারী অমা !

মীরাদাসীনা কোনিকা লনচেনবী পুরদুনা লমজা হাউসকী হোলি চেম্বর মমাঙদা থুংলরে। হোলি চেম্বরদি থোঙ লোল্লি ; মপান্দা নর্স মেদোন লেপ্পুনা য়াথং ঙাইরি।

"কৈদৌরে মেদোন ?" কুমারী মেংবী, মীরাদাসীনা হংলকই।

"ইমাথোইনা ঙসিদি কনাসু চংহল্লকনু হায়দুনা থোঙ ঙাকলিবনি।" মেদোননা খুম্মী।

"ইমাথোইবু মথন্তা মনুংদা কৈদৌরিবগে ?" মীরাদাসীনা অমুক্সু খঙনিংনা হংলকই।

"মেংবী ! ইমাথোই কুইনা হিংদৌ মানদ্রে।" মেদোননা মখা তারদুনা হায়রকই—"দোক্তর খুমন খোম্বনদি থাদোক্কনু হায়, ইমাথোইনদি ঐবু মপান্দা ঙাইহাক লৈরুচো হায়দুনা তাঙ্খোরকই।"

"অম্বিমা, যোগিমা অনীদা পাউ পীদ্রা ?" মেংবীনা পাখৎচনা হংঙি।

"পীদে, নঙ খরা পীরুচো।" মেদোননা তেক্তক খুম্মী।

"ফরে, ঐ চৎকে।" কুমারী মেংবীনা ঙাইহাক লকক তৌরগা হায়রকই—"ইহে! ইকাউবু কাউই, ঐগা লাকমিন্নরিবী ইনাও অসি লনচেনবী কৌই, কোনিকাসু। কুমারী কন্টতা লাইমিং লৌরনি হায়দুনা লাকলবনি। অদুগা লনচেনবী ! ঐগী ইতা নর্স মেদোন হায়বদো মহাক অসিনি।"

"ইনাওবু তরাম্না ওকচরি।" নর্স মেদোননা মখূৎ লোন্নরদুনা লনচেনবীবু য়েংলগা হায়রকই—"হোলি মাদরনা শন্দোকলিবা পুন্সি মহিং অমদি কুমারী কন্টকী লাইনীং লম্বী অসি নুপী ঐখোয়গীদি খ্বাইদগী অথোইবনি, লৌবীয়ু লাইমিং।"

"ইচে, মেদোন!" কুমারী লনচেনবীনা মখূৎ লোন্নরদুনা মেদোনবু নুংশিনা কৌরদুনা হায়রকই—"ঐদি কনাদা গুরু ওইনি ?"

"ঝাশক চে অমা সহি তৌবা তাই।" মীরাদাসীনা মরক থৎতুনা হায়রকই—"কুমারী পুন্নমক অম্বিমানা লাইমিং লৌবী, যোগিমানা যোগ সাধনা তম্বীবা হৌরবা মতুংদা ইমাথোইনা কুমারীশিংগী নাম থিন্দোকই, চৎসি লনচেনবী!"

"কদায়দনো, ইচে মেংবী!" কুমারী লনচেনবীনা হংঙি।

"কালিকা ভবনদা, অম্বিমা উন্নরুসি।" কুমারী মেংবীনা অসি হায়রগা কালিকা ভবনলোমদা খোঙশানখ্রে।

মেদোননা হায়রকই—"য়াইফবা ওইয়ু, লনচেনবী! চৎলু লনচেনবী ! নচে মীরাদাসী থাদোক্কনু। মাদি মরু চংবীনি।"

"ফনি ইচে মেদোন!" কুমারী লনচেনবীনা অসি হায়রমলগা মীরাদাসীগী মতুংইন্দুনা তবি তবি চৎখ্রে।

নর্স মেদোন লেপ্তুনা লৈহৌই। মহাক নুংবংনৈ।



"মেদোন ! মেদোন !"

হোলি চেম্বর মনুংদগী শ্রীমতী কুমারিকানা নিংসা শ্বর থবেৎনরদুনা মেদোনবু কৌরগা, মখা তানা হায়রকই—"চংলকউ লাউনে, ইমাগী মেদোন !"

মেদোন তাই, মহাক শ্বাই লাউই ; মশাপুম্বা তুজুংনৈ। 'ইমাগী মেদোন' হায়বা নুংশি মিংগৌ তাখিদবা কুইরবনি। মাগী ইমাথোই কুইনা হিংখিনি হায়দুনা খঞ্জে ; হেক তাবগা পন্থবা তৌদনা হোলি চেম্বর মনুংদা চংলকই। থোঙগী পৌরোন থাজিনলে। হোলি মাদরগী মমাঙদা য়াথং ঙাইন্দুনা লেপ্লরে।

"তাকপীয়ু ইমাথোই!"

"চিঠি খাউ অনী পুরকউ, অচৌবা অশাংবা, গমসু।"

"ফংগানি ইমাথোই!"

মেদোন চংখ্রে, হোলি চেম্বর মনুংগী থংনবা কাদা। শ্রীমতী কুমারিকানা মাবু পৈরপ য়েংদুনা লৈহৌই।

"ঙসিদি য়াম্না নুংঙাইরে।"

শ্রীমতী কুমারিকানা নিংস শ্বর থবেৎনরদুনা মথন্তা শোঞ্জে। হেক থংনবা মিকুপ্তা নুংখন্নে (ঐ পেল্লে, পোকপগী মহে য়াল্লে। নুঙঙৌগী নেম প্লেট ইদুনা, হক্তুনা যুংবিরকউ হায়বা নত্তেদা। অদুবু, ঐ খঙই, কনানো মীশক অমখক্ত্র ঐগী মোংফমদা লৈবাক খোৎতোকলগা কপ্লগনি, মং ফুবা অমা শারবা য়াই অদুগা ইরগনি পরেং খরা। ফৈ, ইহৌরসনু!

অমোৎপা, অরোনবা হিসাব! পুন্সি পশ্চিরমদাই অসিদা শেংদোকলমসিরা! হুম! পাখোং ওইনা থম্বসিনা ফরনিদা। লমজানু অসিগী পারী পুরী খঙজরসনু। মাগী অতাবী অমা খঙহন্নিংঙি। মাবুদি লুহোংদবী ওইনা হিংহননিংদে। উম! লুহোংদবী নুপীগী পুন্সি! নুংঙাই য়াম্না নুংঙাই। অদুবুনে, শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী ঐগী পুন্সি অসিদা নীংঙমদবা অমদি অসুম লৈরেদো। শমজিগী গুলাপ্তা তোংলম্বা খোইমুদো... অমুক্তংদি উজনিংঙি। অরোইবা ওইনা, পুন্সিগী অরোইবা ওইনা। অদুবু মতম হেনখ্রে, উন্নররোইদা, চেপাউ অসিমদি থাখিবা তাই।)

মহাক্ত্র ইরিবা চিঠি অনীদো হন্না হন্না পাজে, চিঠিগী মরোল মহাক পেঞ্জরে। ক্লিপ বোর্দতগী চিঠি অনীমক লৌথোকলে। চেথুপ মরি খোক্ত্র থুপচিনখ্রে। অদুগা ঙাইরি ; মেদোন লাকপা ঙাইরি।



"নুংশিদা! মেদোন নঙসে।"

শ্রীমতী কুমারিকানা মচীন্দা শোঞ্জে অদুগা নুংখন্নে (নীংশিংলি নুমিৎ অদো। নঙনা চন্থী তরেৎ সুরকপা মতমদা ওইরিনি। ওঙ্খোক্ত্র থাজদনা নঙগা থেংনখিবদো... ঐ কাউদ্রিনে। থৌদু নুঙদগীসু হেন্না কনশিনখ্রবা ঐগী থম্মোয়! মেদোন নঙগী নুংশি মীকৌ অমনা খৃদক্তা লৈগুম্না থোৎখিবনি। নঙনা অহানবা লমজানুনি ; লমজা হাউসকী। নহাক্ত্র ঐঙোন্দা লমজা হাউস লীংখৎনবগী ব্রাখল পোকহনখিবনি। নত্তে, নঙবু কনাগী মচানোনে? নশক্তো খোৎতনা হেক মাল্লদনা। অদুদনিনে, ঐনা নঙবু খংনুং হেক নুংশিখিবা, ইচা ওইনসু য়োকনিংখিবা!

নঙদি নীংশিংলিব্রা, মেদোন? নঙগা ঐগা কদায়দা থেংনখি? নঙনা ঐঙোন্দা 'আইমা' কৌরগা ইতুংদা ফিজি পায়দুনা লেপলৈদনা... নখৃৎতসু কোপশিল্পবা সিলভর তেংগোৎ অমা! মায় হেক লৈথোরকপদা নশক্তু উখি ; তিং লাউখি ; শ্বাইসু লাউখি। ইস! হিংলিবোইরেকো...! ইশা পুম্বা তু খ্যাও চুংখি। ঐ খঙইনে আইমাগী নুংলোন। নঙবু ঐনা চেজেৎ কোল্লগা কপখিবদো... নীংশিংলিদনা, মেদোন? উম! ঙসিদি হংদুম হংসিরদো? হুম হংলরোইদা। নহাক নুংঙাইররোই। নঙসে মেদোন, অতৈ কনা নত্তেনে.. হায়দোকওই!)

শ্রীমতী কুমারিকা হিক হিক কপ্পী। খুদক্তা মপি তৈথোকই। মহাক কপচখি (অতৈ নুমিৎশিংদসু) অহিংদসু, অচিকপা লৈকোলদসু। অদুবুনে, মাগী মীৎলুগী পি কনাবুসু উহনখিদে। মাগী পানগী শকলোন — হরাও মোমোন মীনোক নত্তনা অতৈ উংথোক্তে। উংথোকপসু য়াদে। হৌজিক্তি মহাক খ্বাইগী ফিদমুফম ওইরবীনি। নুংঙাইবা হৈবী, লময়ৌনা লাইরিক লাইসু হৈরবী অমসুনি। থোৎ নৌরবী, মী খোঞ্জিনবা হৈরবী মমানি, লমজা হাউসকী মমা অথোইবীনি। খ্বাইগী মীশৌ চংফমসুনি। অদু ওইদুনসু নোংচুপকী ধর্ম্ম শন্দোকপা সোসাইটিনা 'হোলি মাদর' মিংথোল পীখ্রবনি। শেন থুমগী মতেংসু য়াম্না ফংখ্রবনি। শ্রীগৌরাঙ্গ মঠকী কাওবুনা পেল্লদুনা মশাগী অমদা অনী পুল্লবা সুরধুনী গঙ্গা মিংথোলবু ইকায়খুম্নরদুনা 'সুরধুনী মাইয়া' হায়বা মিংথোল অমসু পীখ্রবনি। মান্নি, মহাক সুরধুনীনি, সুরধুনী গঙ্গা মাইয়া! মহাকুম্না শেংলবী 'কুমারিকা' কনাবু লৈরিগবা! পানগী ৱানিকো।

অদুগা, নুংগী ৱাদি?

হৌজিক্তি মহাকপু 'শ্রীমতী দেবদাসী' হায়রগসু খঙনরবনি, 'কুমারী দেবদাসী' ময়ামগী মকোক। মহাক মথন্তনি, শ্রীমতী! মাগীদি মমিং অশেংবনি। করিসু অরানবা লৈত্রে। অদুবুনে, মীয়ামগী ৱাহংফম অমদি ওইরি, ওইদুনসু লৈহৌগদৌরি। মমিং অসিগী মরুমদা ওইনীংবা 'শ্রীমতী' ওইবা য়াই। ওইজসনু! খ্বাইগীদি হোলি মাদরনি। ফোঙদোকত্রিবা পাখোং অমদি মহাক্না মোংফমগী লৈরোম্নুংদা লোৎলগে খল্লম্বা য়াই।

মহাক্কী অরোইবা চেপাউ (চিঠি) মথন্তা লোন্না পাজরগা চেথুপ মরি থোক্লম থুপচিনখ্রে! করি করিবু ইরিগবা? থুংলুগদবা মফমনা কদায়দা? শ্রীনদীয়া বিহারীদা চুম্লতা ইজবা ওইরম্বসু কনানা খঙবা! মহাক্না শ্রীনদীয়া বিহারী ওক্লখ্রে! মান্নি মহাক দাসীনি! শ্রীনদীয়া বিহারীগী লময়ৌরবী নায়িকা! অদুগা মহাকসু নুপীনি! নুপী অমুক (মতাং অমদা) থম্মোয় চেৎপী লৈতে। মাগী শকলোৎপা নায়ক অদু কনাবু ওইরিগবা? প্রোফেসার মনিক বেনার্জী?

(ঐবু মেদোনগী মমা?)

শ্রীমতী কুমারিকানা মথন্তা অৱায় অখুমনৈ। মহাক্না চহী কয়া কনাবুসু খঙহন্দনা লোৎশিল্লগা থমলকপা ৱাফম অমা- ইখঙ হেক খঙহৌদনা হায়দোকনিংবনা লৈঙমদ্রে। অদুবু, মহাক্না হিংলিমখৈদি হায়দোল্লরোই হায়দুনা মচীন ফাজিনখ্রে। নুংগী ৱানা নুংদা অদুম লোৎশিনজে (নত্তেদা কৈস্সু।)

নর্স মেদোন চংলকলে।

হান্নগুম্না ফম্মাংদা লেপলৈ —"চিঠি খাউ, গম লৈজরে, ইমাথোই!"

"কদায় কদায়।" শ্রীমতী কুমারিকানা মখাতানা হায়রকই —"ঐ হাপচগে, ওন্নখিনি, মমিং মথাদি নহাক ইয়ুকো।"

"ফগনি।" নর্স মেদোননা অসি হায়রগা চিঠি খাউ অনীদো মমাথোইদা পীশিল্লি।

শ্রীমতী কুমারিকানা নোকফেৎ তৌনা মেদোনগী মখুৎতগী চিঠি খাউ লৌই, চিঠি অনী অদু মনুংদা হাপচিনখ্রে। অমদি য়াম্না থাই। মেদোনদা অমুক পীরগা হায়রকই —"গম তৈরগা চেংনা নপশিল্লু।"

মেদোন ঙকচানৈ। মমাথোইবু য়েংনা য়েংনা চিঠি খাউ অনী অদু অমুক লৌরে, গম তৈরগা অমুক পীশিল্লি। মেদোন চিংনজে, অসুম অসুম চিংনজে (ঙসি, ইমাথোইনা তৌরিসিবু... ঐবু কনাদা থাজদোইবা ? ঐসিবু মাগী অরোৎপী মচা ওইরমদনকো...?)

শ্রীমতী কুমারিকা হান্নগুম মোমোননৈ, নুংলোন লৈবা মীনোকনি। মখূৎনা চিঠি খাউ অদু মেৎনা মেৎনা মঙক নোম্মী। অপা অথা মহাক খঙই। মেদোনবু মমীৎ কুপ্তুনা য়েংলগা হায়রকই—"চিঠি খাউ অসিনা নঙগীনি, পায়শিল্লু, নঙোন্দা ইবা চিঠিনি। হৌজিক পাবা য়াদে, নমীৎ তাংজনি।"

মেদোন চিংনজে, মিহুন চোংঙি, তিং তিং ! মখূৎ নীকলপ তৌনা তৌনা চিঠি খাউ লৌবগা হংলকই—"ইমাথোই ! ঐঙোন্দদি করিগী চিঠি ?"

ইমাথোইনা খুম্মী—"ঐনা নঙগী পুন্সি শেম্বীরমগনি। তৌবতবু চিঠি অদু ঐনা শিদ্রিফাওবা পাবা য়াদেকো।"

মেদোন লাংতকনৈ ; হেন্না হেন্না লাংতকনৈ। খূদক্তা চিঠি খাউ অদু শেগায়রগা পানিংলকই। মনুংদা করিবু ইরিবা ? মরোল অদু য়াম্না খঙনিংলকই। কৈনো অমা লোৎলি হায়বা মেদোন খঙজে, হঙ্গৎনবা থৌনা লৈজদে। নোল্লুক্লা খুম্মী—"অহোয় পাজরোই।"

শ্রীমতী কুমারিকাসু মেদোনগী পূক্রিং ব্বা খঙই। মহাক যুগ পুরবী নুপী অমনি হায়বা য়াই। হান্নগুম্না মোমোননৈ, হায়রকই—"ঐনা হেক শিবগা নহাক্কী চিঠি অদো পাগদবনি, ঐগী থব্বায় য়াওদ্রবা হকচাং পোৎলোইবগী ব্বাসু য়াওবনিকো। ঐগী উইল অমসুনি হায়বা য়াই। অদুগা মেদোন ! চিঠি অমদুদি থাখোকো।"

"ইমাথোই !" মেদোন্না মখোঞ্জেল নীকলপ তৌনা কৌরগা হায়রকই—"কনাদা, করি লমদা থাখো হায়বনো ?"

"ঐনা শিববা মতুংদা থাগদবনি।" মমাথোইনা ঙাইহাক খল্লগা মখা শমথবকই, "দায়রীদা ভিজিৎটিং কাদ অমা য়েপ্তুনা থমখিবনি। মমিং মথা লৈফম য়াওবনি।"

"করম্বা চহীগী দায়রীদা, লৈফম্না কদায়দা ?"

"থিয়ু ফংগনি।" শ্রীমতী কুমারিকানা তুবৎ খুম্মী।

"কদায়দা ?" মেদোননা খঙনিংনা হংঙি।

"নঙগী চিঠিদা লৈফম য়াওবনি।"

"য়াথং অদুমক পাঙথোকচগে, ইমাথোই!"

"সে সে, চিঠি অসিমসু নঙ পায়শিল্লু।" শ্রীমতী কুমারিকানা মখাতানা হায়রকই, "ওন্ন- তৈন্না হাংদোকউনিকো। নঙগীদো মার্ক অমা তৌশিঞ্জৌ।"

"ঐগীসে, ইমাথোইগী খূৎইমক্লা ইমিং ইবীরম্মু।" মেদোননা শমথদুনা হায়রকই, "নীংশিং খূৎইসু ওইজহৌগে।"

শ্রীমতী কুমারিকানা চীনবাল কাংলপ্না মোমোননৈ অদুগা অমুক হায়রকই—"ইরোই, নঙবু অরোইবা চাংয়েং অমা তৌনিংঙি। মনুংদা নমিং ইরবনি, মদুনা নীংশিং খূৎইসুনি, থাজরোনসু।"

"থাজরোন হায়দি ?" মেদোননা ঙকল্লপ তৌনা হংলকই—"কনাবু, কনাদা ?"

"মেদোন।" শ্রীমতী কুমারিকানা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই—"ঐগী অরোইবা পাউমেন অমসু য়াওবনি ; নখোয়ময়াম্না মদু পাওথোকউ, অম্বিমাদসু, যোগিমাদসু, গীতামাদসু, একামাদসু পাউ হুৎখ্রবনি। নহাক লমজা হাউস থাদোকউকো।"

"ইমাথোই...।" মেদোনগী মচীন্দগী ব্রাহে মখাতাবা ঙমদ্রে। মখুৎ য়েৎনা মমিং মথা ইদ্রিবা চিঠি খাউ অদুসু লৌশিল্লে। মহাকসু লৌশিং লৈবীনি। মাগী শম্ফুলদগী শমফাবী অমা সৎ শৎতোকই। অহানবা পীরকপা চিঠি খাউ অদুগী নাচেক্তা ফুত থিল্লি (মখুন মচা) অমা হুৎলি। ওন্নখিদনবা খূদমনি। মহাকসু নুংখন্নে (তস ! ইমাথোই ! নঙতনা শিংবা হেনব্রা য়েংগেদো ।)

মতৌ অদু মমাথোইনা উই। খোইরুম মোমোন্তনি তৌরিবা, ব্রা ঙাংদে (শিংঙিদা, মেদোন নঙসে ! নঙবু ইচা ওইনা, ফমশেন্নবী নর্স ওইনা য়োকচবা ফংখিবসি লাইবক ফবনি। হৌজিক্তি খুয়া তুশিৎনা চৎখিবা য়ারনি। লমজা হাউসকীসু ব্রানিংঙাই লৈররোই, লাক্কনি শোয়দনা, নোংমদি শোয়দনা লাক্কনিদা...।)

"লাক্কনি শোয়দনা...। মহাক লাকখিগনি।"

শ্রীমতী কুমারিকানা মাগী নুংব্রাখল অদু মফম খঙহৌদনা মচীন্দগী হায়দোকচরকই।

"কনাবুনো, ইমাথোই ?" মেদোননা খূদক্তা নোৎশিন্দুনা হংলকই—"কদায়দা লাক্কদবনো ? কনানো মহাক্তু।"

"অতৈ লায়বি, মেদোন !" মমাথোইনা ব্রাথেদুনা হায়রকই—"ঐ ব্রারে অমুক হিপলগে।"

"ফগানি ইমাথোই, শঙ্গোমসু থকসি।"

"ইমাগী মেদোন ! ঐ করিসু চানিংদ্রে। ঐবু 'মার্সি কিল্লিং' তৌরো, হীদাক অমা কাপশিল্লো, তুম্না তুম্না চৎখ্রগে।"

"হায়হৈদে, হায়হৈদে, ইমাথোই !" মেদোননা অসি হায়না হায়না মমাথোইবু হান্নগুম হিপহনখ্রে। ফৈজুপ, চিংখৎলি, মোন লৌথোকই, ফমুং ফনুং শেমজিল্লি।

"মেদোন !" শ্রীমতী কুমারিকানা মমীৎ উইশিন উইশিন্না কৌরগা অমুক হায়রকই—"চিঠি অদুদি য়াম্না চেকশিন্না থম্মুকো, কনাসু খঙহনবা য়াদেকো। অদুবুনে, কনানা খঙবা শিখিরন্বসু য়াই... ঙরাং কায়খিবা প্লেন্দা শিখিবা পেসেঞ্জরশিংগী মমিং মথা য়াওবা ইংলিস খবর থিরকউনে, পূক্লিংসে ইচিংদা চিংনৈনে। চৎলুনে নঙবো।"

"ফনি ইমাথোই ! খবরসু থিজরুগে, চিঠিসু লোৎচরুগে।"

"চিঠি অদো কদায়দা লোৎকনি, খঙলব্রা ?"

"ইমাথোইগী মোম্পাক মখাদা।"

শ্রীমতী কুমারিকানা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই—"হৈ, অঙাওবী ! মোম্পাক মখাদা লোৎপা য়াবা নত্তে। লৈরেহৈ, লোৎফম অমা।"

"কদায়দনো, ইমাথোই ?" মেদোননা খঙনিংনা হংঙি।

"য়েংঙোই মেদোন !" শ্রীমতী কুমারিকানা মেদোনগী নাকোংদা হায়গে হায়বগী মওংদা ঈঙ্গিৎ তৌরকই।

মেদোন লুকথরকই, ওয়গী মনাকোং চেপথরগা হায়রকই—“তাকপীয়ু ইমাথোই ?”

শ্রীমতী কুমারিকানা নাসোল তপ্না হায়রকই—“য়েংঙোই মেদোন ! লাইনিংথৌ কাচিন্দা বাবাজিগী মখুম পানবা চন্দন উপু অচৌবা অমা লৈবনি, দেবা-দেবী কয়াগী ছবিসু য়াওবনি, মদুদা লোৎলু। চন্দন উপুগী শোজৈনা ঈশায়ফু মনুংদা... খঙঙেদনা।”

“চুম্মী চুম্মী, ইমাথোই!” মেদোননা নোকফেৎ তৌনা তৌনা হায়রকই —“সনামহি লাইনিংথৌ কাচিন্দদি মী চংবসু কিনৈ, লোৎফম চাই। ঐমকসু কিনা কিনা চংদোইনি।”

“চৎলু হৌজিকমক থম্মুচো। লাইনিংথৌ হান্না খুরুমজৌ।” মমাথোইনা শমথরকই, “অদুগনে, মেদোন! পোৎচৈ অতৈদি লেংঙুনুকো, লাইথুং পকচনি। লীন মকু অমসু য়াওবনি, খং - লাক্কনি, মখা থংবা চেম্বরদি ফাকউনুকো।”

“মীৎ উইশিল্লগা লোৎচরুগে।”

“মনীংথোঙ লোনশিল্লু, মী চংলক্কনিকো।” শ্রীমতী কুমাবিকানা অমুক পাউমেনবা ওইনা হায়রকই—“অদুগনে, মেদোন ! শোজৈদো মফম চানা থমলম্বা কাউনিকো।”

“কাউরোই, কাউরোই ইমাথোই !” মেদোননা খুম্মী —“ঐনা শোয়দনবা মফম অমদগ্ ওইহ্নবসু চেৎনা লোৎচগনি।”

“কদায়দা...?” মমাথোই মমীৎ লংখৎলি।

“অসিদা...।”

মেদোননা চিঠি খাউ অনী অদু মাগী থবাক্কী ফুরিৎ কুদাম হায়দোকলগা সৎ হেক্তা নমশিল্লগা হোলি চেম্বরগী মনীংথংবা ফক্লাংদা ফাৎলিবা থোঙ ইস্থোক্লগা মনুং চংখ্রে।

শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা লাইনিংথৌ লৈমরেল অনীগী খূভম য়াদুনা লাৎনরি। মৈতৈ তাবা, মৈতৈ লৈবা ইমুং পুম্নমক্তা পারী পুরীগী লাইনীং লম্বীসু থাগোন্নরি। অসুক্কী মতিক থাজবা থম্নরি। চহীগী চৈরাওবা নুমিৎতসু ইরাৎ থৌনিদুনা অথেনপোৎ কৎনৈ। নুংতিগীসু ধুপ থাউমৈ কৎতুনা খুরুমনৈ। শ্রীমতী কুমারিকাসু মহৌশাদগী চৎথরকই।

“তাহৌনিকো মেদোন ! চুমদ্রিং চংঙুকো লাইনিংথৌ কাচিন্দা।” শ্রীমতী কুমারিকানা শোম্বাংলপ তৌবা খোঞ্জেলদা পাউমৈঞ্জে—“তন্না অমুক থোরকউ। চিঠিশিংদো লোন্না পারুু, ঐ শিখ্রবা মতুংদা পাউকো। অনৌবা পন্দুম অমগী ব্রাহৌদোক য়াওরিবনি, চেকশিল্লু মেদোন !”

মেদোন তায়। পাউখুম পীরমদ্রে। লাইনিংথৌ কাচিন তম্না চুমদ্রিং চংশিনখ্রে, চংনা চংনা নুংখন্নৈ (অনৌবা পন্দুপ অমগী ব্রাহৌদোক ! ঙসি ইমাথোইনা চল্লিবা পাখোং অসিবু করি ওইরিগবা ! ওস্থোক্ল পানিংখ্রেদা, ঐগী চিঠি! ঐসিবু কনাগী মচানো ? ঐগী য়ুম্লাকসু লৈতে ; নর্স মেদোন ! নর্স হায়বা অসিনা ঐগী য়ুম্লাক শাগেনি। নত্তে, ঐসিবু লমলক লুথুম্লী কনাগী মচানো ? লমজানু ঐগী ইপানা কনানো ? ঐগী ইরাল করিনো ? ঐবু কৈদৌ পোকপিখ্রিবা ! থুই ! ঐদি কুমারী কল্টতা লাইমিং লৌদ্রি। হৌজিক্তি লৌবসু লৌরোই ; ঐদি ইব্রা নাইগনি ।)

মেদোন চপ লেপ্পী। লাইনিংথৌ খূভম য়ারিবা কাচিন য়ৌশিনখ্রে। মহাক লাই থাজে ; কিতকসু তৌই। গঙ্গাদাস বাবাজিগী চন্দন উপু অদু য়াম্না মনুং চংশিন্না (ফক্লাংময়া নপশিন্দুনা)লৈ। মথক্তা 'হরে কৃষ্ণ, হরে রাম' থাবা নমাবলী অমা কুপশিল্লি। চন্দন উপু অদু চিংথোক্তুনা

হাংদোকপা তাবনি। মেদোননা কুম্থরগা খুৎনা চিংথোকপসু ফংদ্রে। লাইমাও অদুদা মখোঙনা নেৎলগা চংশিনবসু হঙ্গোইরপ তৌই। ঙাইহাক্তং খঞ্জনৈ। মিকুপ অদুদা (মহাক্ন) খংনীং হেক নীংশিংলকই বাবাজিগী চৈশূ। অদুঙৈ, যোগমায়ানা ভিক্ষারী হনুবী শাবদা শিজিন্নখিবা চৈশূ অদু লাইনিংথৌ কাচিনগী মায়খলদা য়াল্দুনা লৈরি। মেদোননা চৈশূ অদু লৌখরে, বাবাজিগী চন্দন উপু চিংথোক চিংথোক্ল মকোক নোন্না হঙ্গৎচৈ —"হে লাইনিংথৌ ইবুংঙো ! তোল্লবী ননাইনা খুরুমজরি। ইমাথোইগী য়াথং পাংথোকপা লাকচনি, লাল্লবসু ঙাকপীয়ু!"

নর্স মেদোননা ঈশায়ফু মনুংদগী শো লৌখৎলে। বাবাজিগী চন্দন উপু অদুগী ৱাইখুদা থিংজিন্দুনা হাংদোক্লে। মাগী থবাক্কী মিহুন তিং তিং চোংঙি। মাগী চিঠি অদু পানিংবনা লৈতাফম খঙখিদে। উপু মনুং অদুদা করি করি য়াওরিদগে হায়বসু খঙনিংলকই। 'পেন্দোরা বোক্স'! মহাক্না খঙনীং অমুক নীংশিংলকই। বাবাজিগী চন্দন উপু অদু হাংদোকত্রিমখৈদি ফৈ। হেক হাংদোকলুবদা করি ? মসিসু মহাক খল্লি। ঙাইহাক্তুন্দা মহাক্কী অরোইবা ফিরেপ লৌজবা ঙমখিদে। অমুক চংথোরকই, অমুক চংশিল্লকই। চৈশূনা চন্দুন উপু অদু চিংথোকই অমুক হেক ইনশিল্লি ; শো অমুক লৌখৎলি অমুক হেক থাদখি।

মিহুন তিং তিং ! নর্স মেদোন লেপলি।



"মেদোন ! ইমাগী মেদোন।"

লাইফমুংদা লোংহিপ্লরিবী শ্রীমতী কুমারিকানা শ্বর চনীং তাফাৎতনা হোল্লদুনা কৌজে। মঙোন্দা অঙাওবা ৱাখল অমা খঙহৌদনা লাকই (কুইখ্রেদা মেদোনসে ! মহাক শোয়দনা চিঠি পাদুনা লৈরমলগনি। হোয়দহৈ, পাজরসনু। মহাক উদ্রিঙৈসিদা দোজ হেন্না চাশিলহৌরগে। নুংঙাইনা তুমখ্রগে। ঐ হিংবা ৱারে, হিংনিংবগী ময়াইকাবসু লৈত্রে ; ঙসিমক চৎনিংলে। ইশানা ইশাবু মার্সি কিল্লিং তৌজবদি পাপ নত্তে ; পুণ্য তানশিনবনি। ঐনা খ্বাই ময়ামবু ওৎতুনা লৈনিংদ্রে, লায়েংদুনসু ফররোই, ইশানা খঙলে। অনাবা অমদগী অনাবা কয়া মশা লোংথোরকলে। ঐ চৎলগেদা, অনৌবা পন্দুপকী ৱাহৌদোকসু ইরমলে। থিহৌরসনু 'তসল অরব' মীহাৎ ! ঐ খঙই, লাক্কনি মহাক, শোয়দনা লাকখিগনি।)

শ্রীমতী কুমারিকানা মপূক্রিংদা অসুম্না খল্লগা মমীৎ খংপাং পাংথোরকই, পৈরপ তৌনা য়েংঙি। মনাক্তা লৈরিবা বেদ সাইদ টেবিলদা মীৎয়েং থম্মী। খোইরুম মোমোননৈ। টেব্লেট মচা মচা থংকোক তৌনা য়াওবা লিক্কি মচা অমা মখূৎ তিংথোক্তুনা লাম্মী। য়াম্না খূৎলৈ থুজিল্লকই, মখূম হাংদোকই ; টেব্লেটশিং অদু ময়া কাথোক্লগা সৎ হেক্তা হৈজিনখ্রে। ঙাইাক উমশায়নৈ, ঈশিং লাম্মী, ঈশিং থকচিনখি। মখূৎতগী গ্লাস অদু টেবিলদা থম্বা ঙমখিদ্রে, মখূৎতগী নাক্থরগা লৈমাইদা তাখ্রে, শ্রেং শ্রোং পুমকায় পুমতোয়... কন্নাসু তাখিদ্রে। মহাক পেঞ্জরে (তস ! থাদোক্লগে শ্রীধাম নবদ্বীপ ! অদুবু অরোইবা পাউমেন অমত্তংদি ইরম্বনা চুমলোইদ্রা ? উম ! ইদুম ইরমলগে।)

শ্রীমতী কুমারিকানা মনাক্তা লৈরিবা ক্লিপ বোর্দ অদু লোংইপ্লা লৌখৎলে, মখূৎ নীকলপ তৌনা তৌনা কলম পায়খৎলগা খোরি খোরি ইরি —

"কুমারী দেবদাসীশিং!

লৈহৌরোকো, ঐ চৎলগে। বিদাই! মীৎলু পিরাংনা বিদাই! শ্রীনদীয়া বিহারীগী মশাইগোন্দা নখোয় পুম্নমক কুমারী দেবদাসী ওইনা হিংঙু। তৌবতদি ফোরবিদন গার্দেন অমদি ইরোটিক ফ্রুট! কংদুনা খুইদুনা মাঙহনবদি মহাপাপনি! ঐনা হায়বা নত্তে; মহাপুরুষশিংগী পাউতাক পাউজেলনি। ঐদি শ্রীমতীনি; শ্রীমতী কুমারিকা! ঐগী ইতৌ নখোয় তমগনু। নোংমদি শোয়দনা লাকখিগনি, মানুষদেবতা অমা! শ্রীনদীয়া বিহারীগী মফমদা থরায় হকচাং কৎথোকউ। নখোয় পুম্নমক শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী হায়বা মিংথোল অদু ফংজবা ওইয়ু!

অদুগা মেদোন! চিঠি অসিমদি নহক্না লোৎশিন্দুনা থমগনু। কুমারী অমম্বিকা চৌধুরানী অমদি কুমারী য়োগমায়া মবানী পুনবা মতমদা লোন্না খূৎশিন্নৌ!

হে নদীয়া বিহারী!

ঐ পেল্লে, ঐদি পোকপগী মহে য়াল্লে। শ্রীমতী কুমাবিকা শাইদাংকোন্দা লৈবিবা ইচা লমজাশিং অমদি কুমারী দেবদাসীশিংবু নহাক্না উদ্ধার তৌবিয়ুকো!"

- শ্রীমতী কুমাবিকা



মিকুপ খরগী মতুংদনি।

শ্রীমতী কুমারিকা মুম্ছরকই, অসুম অসুম নিংসা শ্বর তপথরকই। মশা পুম্না জিং জিং লাওনা নুংঙাইবা ফাওরকলে, খজিক খজিক পংথবা, নমথবা হৌরকলে। মীৎথুপ নাম্ছরকই, মখূৎ অনী প্রদাক তাখ্রে। রাইটিং বোর্দ উপাশিনখ্রে। মখূৎতগী কলম নাম্ছখ্রে। মশাদা লৌশিং খজিক্তংদি লৈরপ তৌরি। মীওইবনা তুমথগ্রবসু ব্রেনগী গ্রে চেম্বর অনীদি পোত্থাবা তৌদে, ব্রারী শাম্মিনৈ হায়রি। মদুনা মঙ মঙহল্লি অমদি নীংশিংবগী যৌনা হাপকৎলি। মখোয় অনীগী অব্রায় অখুম অদু তুমলিবা মীওই অদুনা চোয়রোন ওইনা লোম্ছোরকই হায়রি। বৈজ্ঞানিকশিংনা নৌনা পুথোরকপা মঙ অমসুং মঙতাকব্রাগী ব্রাংঙুরোননি। থাজনীংঙাই ওইরি।

শ্রীমতী কুমারিকানা মুরুম মুরুম শোঞ্জে — "মেদোন! নঙদি চিঠি পাদুনা লৈরবোই। ফৈ, ফৈ পাউ। হে লমজানু মেদোন! নর্স মেদোন! নঙসে অতৈ কনা নত্তেনে, ইচানিনে; ঐগী ইচানুপী! লৈহৌরোকো, ইমাগী ইবেম্মা...!"

ইস! ঙকইদা হে নুপী! মীরাদাসীসু কুমারী অম্বিকা চৌধুরানীগী অরোৎপী মচানুপী ওইরম্বসু কনানা খঙবা! অদুগা, কুমারী দেবদাসী অতৈদি?

লুহোংদবী লাইনীংবীনি হায়বা করম্না থাজগনি নৎত্রগা নখোয়না করম্না উৎকনি? অগ্নী পরীক্ষা পাস তৌখ্রবী জানকী সীতা ফাওবা মমৈথংদা ইষ্কোকপীখি। আদি কালদগী হৌরদুনা থাজবা অমসুং থাজদবা হায়বা অসি অদুম লৈরকলি। অরোৎপী মমা মচা কয়াগী ব্রারীসু থোক্তুনা লাকলি।

হে সুরধুনী মাক্সী ! হে শ্রীমতী কুমারিকা ! মসিনা নঙোন্দনি।

সহজিয়া কল্ট অমসুং কুমারী কল্ট ! করম্বনা অথোইবা লাইনীং লম্বীনো ? নহাক্স চল্লিবা ব্বারোই পাখোং ! নঙগী কুমারী দেবদাসীশিংবু কনাদা শিন্নরমলিবনো ? হে শ্রীমতী কুমারিকা ! নহাক্তি দেবদাসী মকোকনি। অদুগা, নহাক্তি ওইনীংবা ওইবা য়ারবীনি। অরোইবা পাউখুম অমত্তংদি পীরম্মু।

মেদোনগী মপাদি কনানো ? হোলি মাদরগী মিংথোল ফংলবী নুপী লক্তগী অথোইবী নঙসু লমলক লুথুম্বী ! কৈদৌঙৈ, মফম কদায়দা লুথুম্বী ওইখ্রিবা ? অদুঙৈ জি কোটেজদা মঙখিবা অহিংগী মঙ ! গৌতমীদাসীনা খূৎনেক অমা নেক্লগা থাজিল্লকখিব্রা ? মঙগা তাইবংগা খম্লাংনখিব্রা ? নোংমসু, নহাক মোদিনী বাগানগী মোদিনী মহলদা য়ারেকখিবদাই ? মেদোনসিবু তশেংনমক চাংয়েং মরূ অমদগী ফংজখিবী নঙগী নমোমলা নৎত্রগা মপা মশক তাকপা য়াদবা টেষ্ট টিয়ুব বেবী অমরা ?

পাউখুম ফংদ্রে।

শ্রীমতী কুমারিকা নুংঙাইনা তুমথখ্রে। থব্বায় য়াওদ্রবা হকচাংগী পাংখক্ম্লা মচি লেঙখিদ্রে !

অদুবু, লৈমরেল ফাঙ্খোং কুমদ্রি !

---

## য়ারোই পাউদম

শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী ! নুংলোন লৈবা মিংথোলনি। মসিগী হৌরকফম লৈ। তোঙান তোঙানবা লিখুন কয়া। **'শ্রীমতী কুমারিকা'** কৌবা নোভেলগী মখা শমথরকপনি। মথক্তনা মপুংফাবা নোভেল অমনি হায়দুনা লৌবসু য়াগনি। অনৌবা শক্তম কয়া কোনশিল্লকই। তৌইংগুম্বসুং, হিংলিবা নৎত্রগা শিখ্রবা মীওই কয়াগী পুন্সিবু কার্বোন কোপী তৌদুনা পুথোকপদি নত্তে। মসি সাহিত্যনি। সাহিত্যদি ক্রিয়েটিপ মাইন্দগী পোথোকনি। তোঙান তোঙানবা মশলা (মহাও) হাপচিনবা তাই। ওইথোকপা য়াদবা ফজবসু সাহিত্যনি ! তৌবতবু পুন্সিগী মশক অমদি উৎপা তাই। মতাং অসিদা নীংশিংবা য়াই, ওস্কার ৱাইল্ডগী ফজরবা পরেং অদো—

**"Literature always anticipates life. It does not copy it, but moulds it to its purpose."**

**পান্দম :** ঐগীসু পান্দম লৈ। লাইরিক অসি ইবগী পান্দম অনী ! অমনা 'থাজদবা' অতোপ্পা অমনা 'য়ানিংদবা'। পান্দম অনী অসিগী পরীং অমসুং থৌদোক — মীওই কয়াগী পুন্সিগা চান্নরুবা মান্নরুবা য়াই। পৃথিবী য়াম্না পাক চাওই। মান্নবা থৌদোক য়াথোক কয়া কয়া থোকখিবা লৈ। হৌজিকসু থোকলিবনি। মতুংদসু থোক্তুনা অদুম লৈহৌরগনি। লৈহৌসনু। থিংনবা পাম্বে লৈতে। তৌইংগুম্বসুং পাউজেল অমদি পীরম্বা চুম্না খল্লি। মসিসু পান্দম অমনি। অহুমসুবা পান্দম!

**লাইনীং লম্বী অনী :** লাইনীংবী নহা কয়াগী মশীং, নোংমা নোংমগী হেঙ্গৎলকই। লাইরিক লাইসু খমথেংনা হৈরবী নুপী কয়া—মপুন্সিগী য়ানাইদগী ওইনা হিংগনি হায়দুনা চোংথোরকলে। মসিবু ফেমিনিজমগী ঈহৌরা ? নোংম- নোংমগী মশীং হেঙ্গৎলকই। কাওবু অমনা লাইনীং লুপ মচা মচা শেমদুনা লৈনরকলে। মখোয়না 'সহজিয়া কল্ট' য়াদে। মখোয়না নুপাবু অসুক্কী মতিক হঙ্গোইনা খনখ্রে। মখোয়না মপুন্সিগী কুমারী ওইনা হিংদুনা লৈনিংঙি। মখোয়গী পান্দমদি **'কুমারী কল্ট'** হায়বা লাইনীং লম্বী অসিনি। খোঙফম শোয়বদগী য়ানাইদবী ওইদুনা হিংবসু কোঙ্গায়নি। লুহোংদবী নৎত্রগা য়ানাইদবীশিংগী পুন্সি মরুমদা য়ারী অমমমদি করিগী লৈরোইদগে ? ঐখোয়গী লৈবাক্তসু, নোংমা নোংমগী মশীং হেঙ্গৎলকই। মথং মথং ইন্টর্ভিয়ু লৌরবদি নোভেল কয়া থোরকপা য়ারি। লুহোংদবী নৎত্রগা য়ানাইদবী ওইরকপগী মরম অসি য়াম্না লৈখ্রে। **'পোলিটিকেল কুমারী'** কয়াসু লৈরি।

**নুপী মখল :** পৃথিবীদা নুপী মখল কয়া মরুম লৈ। নুপীদসু মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ য়াওরি। নুপাদা য়াওরিবা মৈ, ঈশিং, নুংশিৎকা খেন্নবা লৈ। ঐ ঙকই ! নুপীগী লীচৎ ! হৌজিক মতমগী নুপী খবনা মবুকথোক্কী মচা পোকনিংদে। য়ানাইদবী ওইদুনা মীগী মচাবু নৎত্রগা লমজা য়োক্তুনা হিংবসু য়াওরি। মমিং চৎলবী ফিল্মগী এক্টেস কয়াসু য়াওরি। মিস য়ুনির্ভস মিংথোল ফংখ্রবী সুসমিত্রা সেননা রিনী কৌবী নুপীমচা অমবু মচা ওইনা য়োক্তুনা লৈখ্রে। মপুন্সিগী লুহোংলরোই হায়দুনা খনখ্রমাল্লে। দিল্লিদা লৈবী 'মিস শালিনী লম্বা' (৪২) কৌবী নুপী অমসু মপুন্সিগী য়ানাইদবী ওইদুনা লেনগনি হায়দুনা প্রেস ইন্টর্ভিয়ু অমদা ফোঙদোকখ্রে। মহাক ওফিসারনি, শকহেনবী লময়ৈবীনি।

নুপী কাঙবু অমসু লৈ। মবুকথোক্কী মচাবু খুৎশেমগী লমজা, লমজানু ওইহল্লি। কনা খঙহন্দনা অশেংবা মচা অদুবু, লামজা ওইনা য়োকপা য়ানবা লমজা হাউস নৎত্রগা চিলড্রেন হোম লীংখৎলগা কুমারী ওইনা হিংবসু য়াওদবা নত্তে। মচাবু লমহাংদা নৎত্রগা তুরেলদা

লংশেকখ্রগা কুমারী শাদুনা অতোপ্পা নুপা অমদা লুহোংবা ওঙ্গী নুপীসু লৈতবা নত্তে। মহাভারতকী কুন্তী লময়ানবীনি। অদুগা মেনকাসু। হৌজিকসু অসিগুম্বী কুমারী কয়া হিংলম্বা য়ারি।

**থাজবা অমসুং থাজদবা** ঃ মাঙদা ব্রাহং অমা তাদুনা লৈরি। **লুহোংদবী** নংত্রেগা **ব্রানাইদবী** খুদিংমক শেংলবী কুমারী ওাক্তরা ? নুংগী ব্রানা অমরা ? পানগী ব্রানা অমরা ? থাজবা অমসুং থাজদবা অনী অসি অদুম লৈগনি। মেদিকেল টেষ্ট তৌগদ্রা ? মধ্যপ্রদেশতদি কন্যাদানগী মমাঙদা Virginity test তৌগদবনি হায়বগী হুকুম সরকারনা থোকখ্রবনি। পুম্নমকপু থাজদ্রে হায়বগী ব্রাফম নত্তে। কনা কনানি হেক্তা ওাংনরকই। চাম্নগী মনুংদা মশীং খরদি শোয়দনা চুমগনি। ওল ইন্দিয়াগী সর্ভে রিপোট (Indian Today) অমদা অসুম্না ফোঙখি "... % of the unmarried women were not virgin." দোট মনুংগী মশীংদি পঞ্জদ্রে। য়াম্না মরিক চুম্না খোমগংখিবা দাটানি। খরমখৈদি শোয়দনা চুমলবনি। কুমারীসু নত্তবী কয়া অমা, কুমারী ওইনা শিখ্রবনি। হৌজিকসু কয়া অমা হিংলিবনি।

**পুন্সিগী লাইনীং লম্বী** ঃ নুপা নুপী ওইনা পোক্লগা করিগী লুহোংদ্রিবা ? করিগী ময়ুম পানদ্রিবা ? লৈগনি, তোঙান তোঙানবা পাউখুম। মশা মশাদা বাইওলোজিকেল দিফেক্ট লৈবা অদুনা তোঙানবনি। মদু নংত্রবদি লুহোংবা তাবনি, নংত্রেগা ময়ুম মকৈ পানগদবনি ; পান্দবা য়াদে। হিংলম্মী হায়বগী অনৌবা মীরোল অমা থমলম্না তাই। ময়ুম মকৈ পান্দনা, লাই নীংদুনা হিংগনি খঞ্জবা মীওইসু থোরকই। লাই ফংডোই, লাই মশক খঙলোই। পৃথিবীদা ধর্ম্ম শন্দোকলম্বা মহাপুরুষ অয়াম্বা লুহোংখি, ময়ুম মকৈ পাল্লম্মী। লুহোংগনু, য়ুম পানগনু হায়রমদে। গৌতম বুদ্ধ, শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু, শ্রীকৃষ্ণ, হজরত মহম্মদ, শ্রীরাম কৃষ্ণ পমহংস মমিং পনবা য়াই। যিশু খ্রাইষ্টসু মেরী মেগদলিনগা লোন্না লুহোংলম্মী, মচা মশু থল্লম্মী হায়রি। প্রকৃতি পুরুষ মশক খঙগে, ঈশ্বরগী লম্বীদা চংশিনগে হায়ববদি, য়ুম্বাল পুন্সিবু হান্না মশক খঙদবা য়াদে। লাইনীংবা লাইনীংবী কয়াসু য়ুম্বন্দুনা লৈমিন্নে। 'Sex is the realisation to God' হায়রি। **'লুহোংবা'** হায়বা অসিগা **'য়ুম্বানবা'** হায়বা অসিগা খেন্নবসু লৈরি। ফোংনা লুহোংদ্রবসু লোন্না য়ুম্বান্নবা কয়া লৈতবা নত্তে। মসিনি পুন্সিগী লাইনীং লম্বী !

**ব্রারোইশিন** ঃ ওকখ্রপোংনি ! মীওইবগী লীচং ! 'Stolen kisses are sweet' হায়নরিবনি। চাহৈদবা উহৈ (ফোরবিদন ফ্রুট) চাও ! অপাম নুংশি মশক খঙদোকউ। ঈশ্বরনা মীওইবদা পীরকলবা খুদোলবু কংহন্দুনা, খুইথহন্দুনা মাঙহনবদি মহাপাপনি হায়রি। ব্রানাইদবী ওইনা হিংগে হায়ররবদি লাই নীংঙু। 'লাইতু' নংত্রেগা 'লাইওংবী' ওইনদি হিংগনু। মসি নুংলোননি। কুমারী দেবদাসীগী মমাঙদা 'শ্রীমতী' হাপলবদি ওইনীং ওইনীংবা ওইবা য়াই। লাইদা কংথোক্লবী দেবদাসীবু কনানসু 'লাইগী মৌ' নংত্রেগা 'অবোংপী মৌনি' হায়নদে। ইকায়খুম্নে, ফিন্দা ফংঙি। কুমারী ওইনা হিংলম্মী, কুমারী ওইনা শিখি। মখোয় অসি মখল অমগী শ্রীমতীনি, লাইওংবী ওইনা হিংজবনি, পানদদি কুমারীনি। মরুপ্পী ওইরবসু, কনা কনানি ঙাংনদে।

হে ব্রানাইদবী পুম্নমক ! কুমারী ওইনা হিংঙু, কুমারী ওইনা নোঙ্গাখো। তৌবতদি শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী হায়বা মিংথোল অসে ফংজবা ওইয়ু ! শ্রীমতী কুমারিকানা পাম্নলিবসু মসি ওইবা তাই। মরম অদুনা লাপ্পোকচরি —**"শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী !"**

অরোইবদা, লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোংনবদা তেংবাংবিখিবা পুম্নমকপুসু থাগৎচরি।

ইম্ফাল,
জুন, ২৬, ২০০৯, ইরাই

16789 বী. এম. মইস্নাম্বা



মণিপুরী সাহিত্যদা মীযাম্না বী. এম. মাইস্নাম্বা হাযবগা হেন্না খঙনববা মাইস্নাম ব্রজমনি, খৃ: কুম ১৯৪৬কী দিসেম্বর তাং৬ ইবাই নুমিৎতা, ইম্ফাল তুবেল মপানগী লোক্লাউবুংদা পোকই। হৌজিক্না ব্রাংখৈ যোংলান লৈবক্তা লৈরি। অপোকপগী মমিংনা মাইস্নাম ওঝা তোম্বী অমসুং অপোকপীনা কাবাম নিঙোল উমাবতী কৌই। মচীল মনাও মযামগী যাইমনি। মহৈগী থাক বি.কমনি। মণিপুর স্পিন্নিং মিলস কোর্পোরেসনগী একাউন্ট ওফিসার ওইনা থবক্তগী পোথাবে। লাইপুরম নিঙোল মেমচা দেবীগা যুম্বান্নদুনা মচা নুপা অনী লৈরে। শ্রী মাইস্নাম্বা, অঙাং ওইরিঙৈদগী সাহিত্য, কলা অমসুং সংস্কৃতিগী তোঙান তোঙানবা লম কযাদা থরায য়াওজবকই। ড্রামা ইদুনা ড্রামা যাওবকই, ভিদিও ফিল্ম অমদি ওদিও কেসেট কযা পুথোকখি। 'মতম' অমদি 'ইবৈপাক' চেফোঙগী জোইন্ট ইদিটর অমদি ইদিটর ওইবম্মী। হৌজিকসু মবক মবক্তা বাবেং কযা ইদুনা পাউচেশিংদা ফোঙঙি। মহাক অকাশবাণী ইম্ফালগী শৈরেংবা অমসু ওইরি। ওল মণিপুর প্রোগ্রেসিভ রাইটরস এন্দ কলচরেল এসোসিযেসন (এম্পরাকা), ইম্ফালগী অচংবা মেম্বর ওইদুনা সাহিত্যগী লমদা খোঙদাবা হৌবকখি। মণিপুরী সাহিত্য পারিষদ, ইম্ফালগী জেনরেল সেক্রেটরী (২০০১-২০০৩) ওইদুনা থৌ পুরম্মী। হৌজিকসু (২০০৯ ২০১২গী ওইনা) জেনরেল সেক্রেটরীগী থৌ পুরি। 'সেনিযর সিটিজন ফোর সোসাইটি' অমসুং'অপুনবা মতম ঈশৈ কাঙলুপ' (অম্মিক)কী লাইফ মেম্বরসু ওইরি।

**অয়িবনা ফংখিবা সাহিত্যগী মনাশিং**

**অয়িবগী ফোঙলবা লাইরিকশিং**

| | | |
|---|---|---|
| ১। অতিথি অমগী অহিং | (নোভেল) | ১৯৭৮ |
| ২। ইপাম খাম্বী মৈহোবে | (শৈরেং) | ১৯৭৯ |
| ৩। সোবাবেনগী মচানুপী | (নোভেল) | ১৯৮০ |
| ৪। লৈকংলাগী অচাকপা মৈরী | (শৈরেং) | ১৯৮১ |
| ৫। অহিংগী নুপী | (নোভেল) | ১৯৮৯ |
| ৬। কংলা দাযবী | (নোভেল) | ১৯৯১ |
| ৭। ইম্ফাল তুবেল মপানগী রাজকুমারী | (নোভেল) | ১৯৯৫ |
| ৮। মসিনা ঐগী অরোইবা ঈশৈনি | (ঈশৈ শৈরেং) | ২০০২ |
| ৯। ইমাসি নুবাবী | (নোভেল) | ২০০৪ |
| ১০। নিংথেমনুবী ঃ পোনগী উচেক | (নোভেল) | ২০০৬ |
| ১১। নিংথেমনুবী ঃ অহিংগী লাইবাব | (নোভেল) | ২০০৬ |
| ১২। নিংথেমনুবী ঃ কোনুংমীহাৎ | (নোভেল) | ২০০৬ |
| ১৩। শ্রীধাম নবদ্বীপ ওংবী | (নোভেল) | ২০০৮ |
| ১৪। শ্রীমতী কুমারিকা | (নোভেল) | ২০০৮ |
| ১৫। শ্রীমতী কুমারী দেবদাসী | (নোভেল) | ২০০৯ |

Cover Printed at Kangla Printers Paona Bazar    Layout Kh Nabachand .